# পৃথিবীগী ৱারম তম্বা লাইরিক।

## ( আদর্শ ভূপরিচয়গী অনুবাদ )




1949

DIRECTOR
SOCIAL WELFARE, ARTS & CULTURE
GOVT. OF MANIPUR

*Translated*

*By*

Potsangbam Chauba Singh

*and*

Setusana Rajkumar

# হিরম উংপা।

## পৃথিবীগী হারম তম্নবা লাইরিক।

### ভূগোলগী য়াঠৈ ময়াম শুগায়না তাকপা।

লৈকায়—মফম অমদা য়ুম কয়ামরুম তারবদি মাখোয় অদু পুল্লগা লৈকায় অমা কৌই। মাদুদি—বামোন লৈকায়, মুসলমান লৈকায়, হিরুহনবম লৈকায় অসিনচিংবা।

খুঙ্গং—লৈকায় কয়ামরুম পুনশিল্লগা খুল নত্রগা খুঙ্গং অমা ওই; মাদুদি—সুপাতলা, দত্তরাইল অসিনচিংবা।

পরগণা, মহাল নত্রগা মৌজা—সরকারনা ষংগদবা খাজনা লৌখৎপদা য়াযোং চানবা হায়হনা খায়দোক্লিবা অরেপ্পা লম-দম মতূপ মতূপ অদুবু মহাল, পরগণা নত্রগা মৌজা কৌই। মাগুদি—তরপ পরগণা, নলবাড়ী মৌজা।

থানা—লৈবাক মরা তপনা থম্নবগীদমক হায়বদি হুরান-চিন্থী, মীগী মপোৎ নমহাহনা লোবা ঙাক্লনবগীদমক হাপ্পা মীশিং অদুবু পুলিশ কৌই। পুলিশশিংগী লৈননবা অরেপপা মফম অদুবু থানা কৌই। মাদুদি—বালিগঞ্জ থানা। থানা অমমমদা খুঙ্গং চামরি চামঙা ঙাক্লনবগী থবক শিঙৈ। থানাগী থবক (অরুম্বা) পুন্নিবা মী অদুবু দারোগা নত্রগা সব-ইনস্পেক্টর কৌই।

মহকুমা নত্রগা সবডিভিসন্—অনি, অহুম নত্রগা অহুদগী হেনবা থানা পুনশিল্লগা মহকুমা নত্রগা সবডিভিসন অমা শেমই। মাদুদি—হবিগঞ্জ মহকুমা। মহকুমাগী মপু অদুবু সবডিভিসনেল অফিসার কৌই। মাহাক্না মহকুমাগী মমুং চনবা থানা পুন্নমক্কী থবক য়েংই। হুরান চীঙ্খিনচিংবা খৎনচৈনবগী রায়েল তৌদুনা মহকুমা মরা তপনা পালহল্লি। মহাক্কী মতেং পাংননবগীদমক অপিক অপিকপা হাকিম কয়ামরুমস্থ লৈ।

জেলা নত্রগা ডিষ্ট্রীক্ট—মহৌশানা মহকুমা কয়ামরুম পুনশিল্লগা জেলা নত্রগা ডিষ্ট্রীক্ট অমা শেমই, মাদুদি—শ্রীহট্ট জেলা। জেলাগী মকোক ওইবা মপু ডেপুটি কমিশনারনা লৈবা মহকুমাবু সদব মহকুমা কৌই। মাহাক্না মহকুমা পুন্নমক্কী থবক্তা মিৎয়েং চংই।

বিভাগ নত্রগা ডিভিসন—জেলা কয়ামরুম পুনশিল্লগা বিভাগ অমা ওই। বিভাগকী মপুদি কমিশনারনি। মাহাক্না মাগী মখাদা লৈবা জেলা কয়ামকম অহুগী থবক য়েংই। কমিশনারনা লৈবা সহরবু বিভাগকী সদর ষ্টেশন কৌবৈ; মাদুদি—শিলচর, সুরমা ভেল্লাক অমসুং চীংলৈবাক বিভাগকী সদর ষ্টেশন্নি।

প্রদেশ—অনি, অহুম নত্রগা অহুমগী হেনবা বিভাগ পুনশিল্লগা প্রদেশ অমা ওই; প্রদেশ লংকইবা (শাসন তৌরিবা) মপুদি গবর্ণরনি। কমিশনারশিংনা মাহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না থবক তৌই। গবর্ণর হায়বা অদি হিরম পুন্নমক্তা ভারতবর্ষগী গবর্ণর জেনারেলগী মখা পোনবনি।

দেশ—চীংজাউ, তুরেল অমসুং সমুদ্রনচিংবা মহৌশাগী লৈজরবা লাইগী খুৎশেম্না শমথৈ ওইরিবা পৃথিবীগী অচৌবা শরুক অমুবু দেশ কৌই; নিংথৌগী মচুৎ নত্রগা নিংথৌ অমমত্রা দেশ অমমম শাসন তৌই। মাদুনি—ভারতবর্ষ অসি ইংলণ্ড দেশগী নিংথৌগী মচুৎশিনবা মপা অমনা শাসন তৌই। শাসনগী থবক্তা খুদোং চাননবগীদমক দেশ অমবু প্রদেশ কয়ামকুম থোক্না খায়দোকই।

মহাদেশ—দেশ কয়ামকুম পুনশিন্নগী মহাদেশ অমা ওই। পৃথিবীগী কংক্লানগী শরুক অপুম্বা পাকচাউরবা থুমহীগী ঈশিং মপৈনা কোয়শিনবা চাউর চাউরবা মতুপ মঙা থোক্না খায়-দোকই। মতুপ অমমমবু মহাদেশ কৌই। ভারতবর্ষ অসি এসিয়া মহাদেশগী মনুংদনি।

চীংজাউ, চীংমচা চীংতুম মচা—হান্না রাংবা মুণ্ডাক্তা ডায়বা মফমবু চীংজাউ কৌই; মাদুদি হিমালয়। অনেম্বা চীংবু চীংমচা (পাহাড) অমসুং মতুপ মতুপ ওইবা চীং অপিশকপু চীংতুমমচা কৌই। মহৌশানা ফুট ৬০০০ তগী হেন্না নেম্বা চীংবু চীংমচা অমসুং ফুট ৬০০ তগা হেন্না রাংদবা চীং অপিশকপু চীংতুমমচা কৌনৈ; মাদুদি:—খাসিয়া চীংমচা, দেউলীগী চীংতুমমচা।

চীং লম্বেল—অরাংবা চীং পরেংগী মরক্তা ওথাক্না নেম্বা মফমদা লৈবা হঙৎ হন্দা চৎপা য়াবা লম্বেলবু চীংলম্বেল কৌই। মাদুদি—খাইবার চীংলম্বেল।

তম্পাক—অনি নত্রগা অমুদগী হেনবা চীংগী মরক্তা লৈবা

অনেম্বা লমদমবু ভল্পাক কৌই। মাহুদি সুরমা ভল্প্যাক।

মালভূমি—মহৌশাগী পৃথিবীগী লৈমাই অসিদগী হেন্না ৱাংবা লৈভেৱ মান্নবা লমদমবু মালভূমি কৌই। মাহুদি—দক্ষিণাত্য মালভূমি।

মৈগী চীং—চীংদোন্দগী মৈরি উৎ অমসুং শোদোক্লকপা ধাতুগী মকুপনচিংবা থেরবপ চীংজাউবু মৈগী চীং কৌই। মাহুদি-বিসুবিয়াস।

মরুভূমি—( লৈঙোইলম ) অমসুং মরুস্থান—উ, রা হৌদবা লৈঙোইঙাক্তা ঙায়বা পাকথরবা লমদমবু মরুভূমি ( লৈঙোইলম ) কৌই। মাহুদি—সাহারা; মরুভূমিগী মরক্তা উ রানা পিকথন্না হৌবা লৈহাও চেনবা লমবু মরূস্থান নত্রগা ওয়েসিস কৌই।

তুন্দ্রা—সাইবেরিয়া অমসুং উত্তর আমেরিকাগী অরাংলোমদা উ, রানচিংবা হৌদবা উন্না কুপ্পনা লৈবা লমবু তুন্দ্রা কৌই। থোইদোক হেন্দোক্লা ইংবা মরম্না তুন্দ্রাগী লমদমদদি উ, রা হৌদে। শজিবু অমসুং কালেনথাদা করি করিগুম্বা শরুক্তি উল শোদোক্লনা পাথী কোমথী ওল্লি।

ষ্টেপস—রাসিয়াগী অরাং-নোংচুপথংবা শরুক্তা অশাংবা নাপীনা কুপশিন্দ্রনা লৈবা পাকথরবা লমহাংবু ষ্টেপস কৌই।

প্রেরি—অরাং আমেরিকাগী মসুংদা লৈবা নাপী ঙাক্তা ঙাইবা পাকথরবা লমহাং অহুবু প্রেরি কৌই।

লানোক্ত অমসুং পাম্পাস—খা আমেরিকাগী অরাংথংবা শরুক্কী নাপী ঙাক্লা ঙাইবা লৈতেম মাপ্পবা লমহাংবু লানোক্ত মথাথংবা শরুক্কী নাপী অশংবনা কুপশিনহুনা লৈবা লৈতেম মাপ্পবা লমহাংবু পম্পাস কৌই।

শিলবা—আমাজন তুরেনগী শোর্ব্বানদা লৈবা শুক্রবা উমং অহুবু শিলবা কৌই।

তুরেল—চাং নত্রগা পাত্তগী হৌরক্লুনা সমদ্রুদা তারুবা ঈচেল অত্তবু তুরেল কৌই, মাহুদি গঙ্গা তুরেল। করিগুম্বা অচৌবা তুরেল অমগী লমথাংগা অপিক অপিকপা তুরেল কয়া মকম লাক্লুনা তিল্লরবদি মাখোই অত্তবু তিল্লবা তুরেল (ঈরোং) কৌই। মাহুদি যমুনা, ঘর্ঘরা অসিনচিংবা গঙ্গাদা তিল্লিবা তুরেল্লি। তুরেল অমা অতোপ্পা অচৌবা তুরেল অমদগী থাইথখিহুনা লম্বী তোঙাম্না সমদ্রুদা তারুরবদি মাহুবু তুরেল মখা নত্রগা ঈথাই কৌই মাহুদি—ভাগীরথি নত্রগা হুগলীবু গঙ্গাগী ঈথাই কৌই।

অববাহিকা অমসুং জলাঙ্ক—কংফালগী শকক অমগী ঈশিং চিথখিহুনা করিগুম্বা তুরেল অমদা তারবদি কংফালগী শকক অহুবু তুরেল অহুগা অববাহিকা নত্রগা বেসিন কৌই। অববাহিকাগী ময়াইদা লৈবা অরাংবা লৈপাক অহুগী মমিং জলাঙ্ক (য়াংদোং) কৌই।

ঈশিং চাইবী—তুরেলগী লমথাংদা অরাংবা মফমদগী ইথঙ-থহহোদনা য়াম্না নেমবা মফমদা ঈশিং হায়রথখ্রবদি মাহুবু ঈশিং চাইবী কৌই। মাহুদি নায়েগ্রাগী ঈশিং চাইবী।

মহাসাগর—পৃথিবীগী অয়ামবা শরুক কুপ্পুনা লৈরিবা পাকথ্ৰবা ঈশিংগী মপৈবু মহাসাগর কৌই; মাহুদি—প্রশান্ত মহাসাগর।

সাগর—মহাসাগরদগী হেন্না পিকপা থুমহিগী ঈশিংগী মপৈবু সাগর নত্রগা সমুদ্র কৌই; মাহুদি—আরব সাগর।

উপসাগর—মাইকৈ মরিদা কংফাম্না কোয়শিনবগুম তৌবা সমুদ্রগী ঈশিং শরুকপু উপসাগর কৌই। মাহুদি—পারশ্য উপসাগর।

উপকুল—সমুদ্রগী মপান্দা লৈবা মকমবু উপকুল নত্রগা তোর্ব্বান কৌই।

ঈথৎ—মাইকৈ মরিমক ঈশিংনা কোয়শিনবা কংফালগী শরুকপু ঈথৎ কৌই। মাহুদি—লঙ্কা ঈথৎ।

উপদ্বীপ—মাইকৈ মরিদা ঈশিংনা কোয়শিনবগুম তৌবা কংফালগী শরুকপু উপদ্বীপ কৌই।

ব-দ্বীপ—তুরেলগী তাকমদা ব-গী মওং মানবা চিথেক অহুম নাইবা কংফালগী শরুকপু ব-দ্বীপ কৌই। মাহুদি—গঙ্গা তুরেলগী ব-দ্বীপ।

অন্তরীপ—সমুদ্রদা চংখ্ৰগা কংফালগী অতুম্বা মতোলবু অন্তরীপ নত্রগা লৈচীল কৌই। মাহুদি—কুমারিকা অন্তরীপ।

যোজক—লমদম অচৌবা অনিবু তাইনহল্লিবা অখুবা লম মচেৎ অতুনী মমিং যোজক কৌই। মাগুদি এশিয়া অমসুং আফ্রিকা মমাংতৈনদদি সুয়েজ যোজক অমগা অমগা তাইশি-নহল্লম্মী; হৌজিক্কি সুয়েজদা লাংখোং তৌরবা মরমনা তোঙাল তোঙাল ভারে।

প্রণালী—অচৌবা ঈশিংগী শরুক অনিবু তাইনহল্লিবা মরাক পাক্তবা ঈশিংগী শরুকপু প্রণালী কৌই; মাদুদি—পক প্রণালী।

---

## অসাম প্রদেশ।

সুরমা তম্পাক অমসুং চীংলৈবাক, ব্রহ্মপুত্র তম্পাক, অরং নোংপোক তমথৈদা লৈবা লৈবাক অমসুং মণিপুর লোইহাবা লৈবাক অসি পুম্নমক পুনশিল্লগা আসাম কৌবা প্রদেশ অমা শেমই।

তমথৈ—অরাংদা ভুটান লৈবাক, তোয়াঙ, আকা, দফলা, মিরি অমসুং মিশমি চীং; নোংপোক্তা মিশমি চীং, সিংফো চীং, পাটকৈ চীং, মনিংমখা তম্বা নাগা চীং, মণিপুর অমসুং ব্রহ্মদেশ, মখাদা ব্রহ্মদেশ, চীং লৈবাক ত্রিপুরা জেলা; নোংচুপ্তা ময়মনসিংহ কিশোরগঞ্জ, কোচবিহার অমসুং জলপাইগুড়ি জেলা।

মমিং থোনবা—আসাম হায়বা মমিং অসি থোনবগী ফিরমদা পুকচেল তিন্নদবা খাল্লা লৈ। মতম অমদা ব্রহ্মপুত্র তুম্পাক্তা অহুম জাৎকী নিংথৌশিংনা পাল্লম্মী। আসামী লোন্দা 'স' গী থোনফমদি 'হ' গী মতৌগুম্মই। অহম হায়বা থোনফম অসিদগী 'অসম' অমসুং মথং মথং আসাম হায়বা মমিং অসি থোকখি। কনা কনাগুম্বনা হায়, লাইগী খুৎশেম নিংথিজবদা ব্রহ্মপুত্র তুম্পাক্তা 'সম' হায়বদি মাম্না মফম অতৈ লৈতে. মরম অসিদা সংস্কৃত 'অসম' হায়রেদগা আসাম হায়বা মমিং অসি থোকখি।

ইতিহাস—

(১) শ্রীহট্ট জেলা—থাইনা মমাংদৈদা শ্রীহট্ট অসি গৌড়, লাউড় অমসুং জয়ন্তিয়া হায়না লৈবাক অহুম থোক্লা থায়দোক্লমমি। চাওরাক্ল খৃষ্টাব্দ ১৩৮৪ শুবদা মুসলমানশিংনা ফকির শাহজালালগী মতেংদগী গৌড়গী নিংথৌ গোড়গোবিন্দবু মায়থীবা পীদুনা মখোয়না লৈবাক লোইচললি। থৌথোক অসিগী মতুংদসু মতম খরনং লাউড়দা হিন্দু নিংথৌশিংনা পাললমমি। মোগল নিংথৌ আওরঙ্গজেবকী মতমদা লাউড়গী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা মুসলমান ধর্ম লৌবা তাখি। মতম অদুদগী হৌরগা লাউড় অসি মুসলমানশিংনা খুৎতম চললি। বানিয়াচঙ্গদা লাউড়গী অতোপপা কোনুং ওইরম্মি। জয়ন্তিয়া পরগণা নত্তনা শ্রীহট্ট পুম্নমক মুসলমান লৈবাক লাকপগী মথাপোনবা সুবা বাঙ্গলা প্রদেশকী মনুং চলম্মি। খৃষ্টাব্দ ১৭৬৫ দা বাঙ্গালাগী অতৈ অতৈ জেলাগা লোয়ননা শ্রীহট্টসু ইংরেজশিংনা লোইচনখি। মতম অদুদসু জয়ন্তিয়া লৈবাক

মনিংমথা তম্না লৈরম্মী। জয়ন্তিয়াগী মীশিংনা মরক মরক্তা ইংরেজনা লোইচল্লবা প্রজাশিংবু কাহুনা পুথিহুনা জয়ন্তেশ্বরী কালিগী মমাংদা বলি তৌরম্মী। মুংশিহৈত্রবা পথাপ অসি কোকহনগে হায়দুনা খৃষ্টাব্দ ১৮৩৩ দা ইংরেজ গবর্ণমেন্টনা জয়ন্তিয়া অসি লোইচনশিল্লি।

(২) কাছাড় জেলা—কাছাড়ী জাৎ অসি জেলা অসিদা অহানবদা লৈরম্বা মীশিংনি। ইহান হানবদা কাছাড়ীশিংনা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তা লৈরম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৫৩৬ তা কাছাড়ীশিংনা অহমশিংনা লাকশিল্লকপা অদুদা মুণ্ডাইত্রদুনা মাথোইগী কোম্লুং ডিমাপুর থাদোকহুনা মাইবংদা হোংদোকই। খৃষ্টাব্দ ১৭০৬ তা অমুকহন্না অহমশিংনা লাকশিনবা থাংবা ভমত্রদুনা কাছাড়ী-শিংনা মনিপুরদা লাকহুনা অনৌবা কোম্লুং শেমখি। কাছাড়গী ইকোন কোনবা নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রগী মতমদা ব্রহ্মদেশগী মীশিংনা অহানবদা মনিপুরঅমসুং মতুংদা কাছাড় লাকশিল্লি। অযাম্বা মনিপুরী মতম অদুদা কাছাড়দা চংখিরম্মী। ইংরেজ গবর্ণমেন্টনা গোবিন্দচন্দ্রগী মিচং চংহুনা ব্রহ্মদেশকী মীশিংবু তাম্থোকখিরম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৮৩০ দা গোবিন্দচন্দ্রনা মচা পোক্লমদনা শিথবদা মাহাক্কী লৈবাক ইংরেজশিংনা লৌশিনখি। ব্রহ্মদেশগী মীশিংনা লান্দা-রকপনা গোবিন্দচন্দ্রনা লাংতক্লনা লৈরিবৈগী মতম অদুদা কোহীদন কৌবা মাগী লাম্মী লুচিংবা অমনা অরাং কাছাড়গী লাল হৌখি। কোহীদনবু লৌনম তৌহনা কাহনা হাংখি। তৌরকপদুং গোবিন্দচন্দ্রনা মাহাক্কী মচা তুলারামতুদি বাকা [illegible] মাহাকপু অমাং কাছাড়গী লিংথৌনি [illegible] [illegible]। [illegible] [illegible] ১৮৫৩ [illegible] তুলারামগী মচা [illegible]

হাওগী লানফমদা মথরাই থাখি অদুগী মতুংদা অরাং কাছাড়সু ইংরেজশিংনা লোইচনখি।

(৩) আসাম তম্প্যাক — হৌজিক কামরূপ অসি আসামগী অখোয়রবা জেলা অমনি। থায়না মমাংঙৈদদি নোংপোক-লোমদা দরঙ্গ জেলাগী দিক্রাই তুরেলদগী নোংপোকলোমদা রংপুর জেলাগী করতোযা তুরেল ফাওবা পাংকথ্রবা লমদম অসি কামরূপ লৈবাক হায়না কাওবম্মি। মহাভারততা ইদুনা লৈ কুরুক্ষেত্রগী লাম্ফমদা কামরূপকী নিংথৌ ভগদত্তনা দুর্য্যোধনগীরোমদা লাল যাওই অমসুং অর্জ্জুনগী মথুত্তা মথরাই থাখি। মথং মথং নিংথৌ শাগৈ যাম্না আসামদা পাল্লম্মি। খৃষ্টগী কুম ১৩২৯ দা ব্রহ্মদেশকী অরাং চিদাযদা লৈবা পোং লৈবাক্কগী অহম কৌবা শান জাৎকী মীশিংনা অহানবদা মথক আসামদা লাক্কনা লৈবাক শেম্মি। খৃষ্টগী চহিচা ১৬ হৌরকপদা কামরূপ কোচ জাৎকী নিংথৌগী মখা পোল-লমমি। খৃষ্টগী চহিচা ১৭ হৌরকপদা বঙ্গদেশকী মুসলমান-শিংনা কোচ নিংথৌগী মথুত্তগী কামরূপ মুন্দুনা লৌখি। মতম অসিদা অহমশিংনা য়াম্না কনখৎলমমি। খৃষ্টগী কুম ১৬৫৮ দা মাখোয়না মুসলমানশিংবু তাম্থোকতুনা ব্রহ্মপুত্র তম্প্যাক পুম্নমক লোয়চনবনা নম্নমে। মুসমমানশিংনা হন্না হন্না হোৎনতুনসু অহম লৈবাক লোযচনবা ঙমখিদে। অহ-মশিং অহানবদি বৌদ্ধধর্ম্ম চৎলমমি। আসামদা লাক্লবদা মাখোয় মথং মথং হিন্দুধর্ম্ম লৌরমমি। অহম নিংথৌশিংনা অরাম্বা ব্রাহ্মণ অমসুং কায়স্থবু মাখোয়গী লৈবাক্তা লৈহন্নখি। কুমজা ১৮ লোয়রকপদা অহম নিংথৌ শাগৈদা অকিবগী মথক ওয়রবা ইমুংমনুং থৎনবা থোকখি। খুদোংচাবা অদি

কংলহনা ব্রহ্মদেশকী মীশিংনা আসামদা অকিবা কংনা ওৎপা হৌই ; মহুৎদা আসাম খুদুম চন্দুনা ইংরেজশিংগী লৈবাক ফাওবা ওৎপা হৌরকই। খৃঃ কুম ১৮২৪ দা ইংরেজশিংনা ব্রহ্মনিংথৌগী মথক্তা লাল শীংলম্মি। বর্মান-শিংনা মকম পুম্নমক্তা মাযথীবা ফংখি। খৃঃ কুম ১৮২৬ ডা যান্দাবুততা তায়শিন্নবে অমস্তুং মাদুগী মতৃহ্দি ব্রহ্মনিংথৌনা ইংরেজ গবর্ণমেণ্টদা আসাম পীথোকপা তারম্মি।

গোয়ালপাড়া জেলা—২তম কুম্না কোচ লৈবাক্কী মহুৎ চল্লম্মি। হৌজিকসু কোচ হায়বদি নিংথৌ শাগেগী মীশিংনা জেলা অসিদা লৈরি। খৃঃ কুম ১৬৮২ দা মুসলমানশিংনা কোচ নিংথৌ সূর্য্যনারায়ণগী মখুত্তগী গোয়ালপাড়া মুন্দুনা লৌরম্মি। অদুদগী হৌদুনা মুমিৎ থরদং মাহু মোগোল লৈবাক্কী মহুৎ চন্দুনা বাঙ্গালাগী সুবাদারগী মখা চোল্লম্মি। খৃঃ কুম ১৭৬৫ দা বঙ্গদেশ ইংরেজশিংগী মখুৎ চল্লি অমস্তুং মাহুগা লোয়ন লোযননা গোয়ালপাড়াসু মাথোয়গী মখুত্তা তাখ।

(৪) চীং লৈবাক—আসামগী চীংমান্দা লৈবা মীশিংনা খুৎপু খুৎপু ওয়না চীংথক্তগী কুমথরক্তুনা লৈতেম মায়বা লমদা লৈবা মীশিংগী মথক্তা মনিং মখা তম্না ওৎলম্মী। অমস্তুং মাথোয়গী মরলমথুম পুম্নমক মুন্দুনা লৌরম্মি। অদুনা, ইংরেজ গবর্ণমেণ্টনা মথং মথং চীংলৈবাক অসি লৌশিন্দুনা মাথোয়গী লৈবাক মহুৎ চলহনবা তারম্মি।

অহানবদা আসাম বঙ্গদেশকী লেফটেন্যাণ্ট গবর্ণরগী মখা লোল্লম্মি। খৃঃ কুম ১৬৭৪ দা আসামগী শাসনগী থবক

তোঙানবা প্রদেশ অমগী মহৌশুম্না চীফ কমিশনার অমনা মপুঙা শিল্লে। কর্ণেল কিটীং আসামগী ইহান হানবা চীফ কমিশনারনি।

সাল ১৯০৫ দা বঙ্গদেশকী নোংপোক অমসুং অরাং বঙ্গ ( ঢাকা, চট্টগ্রাম অমসুং রাজসাহী বিভাগ ) থাস্নদোক্লগা আসামগা লোয়ননা তিনশিন্দুনা "পূর্ব্ববঙ্গ অমসুং আসাম" হায়না অনৌবা প্রদেশ অমা শেমই। আসামগী মতম অদুগী চীফ কমিশনার স্যার বি, ফুলার "পূর্ব্ববঙ্গ অমসুং আসাম" প্রদেশকী ইহান হানবা লেফটেনান্ট গবর্ণর ওই। অনৌবা প্রদেশ অসিগী কোন্নুং ঢাকা ওইরম্মি, অমসুং ওলাংথাগী লৈফম্না শিলঙ্ ওইবম্মি।

চহি ৭ লোম "আসাম" অসি নোংপোক অমসুং অরাং বঙ্গগা লোয়ননা পুল্লপনা লেফটেনান্ট গবর্ণরগী শাসনগী মথাদা লৈরম্মী। নিংথৌরেল মঙাশুবা জর্জ্জগী অভিষেককী মরমগীদমক দিল্লীদা ( ১২ ডিসেম্বর ইং ১৯১১ ) চাউরবা দরবার অমা তৌখি। দরবার অদুদা নিংথৌরেল্না রারম অমা শন্দোকখী। মাদুগী মতুংদা "আসাম" বাঙ্গালা দেশতগী থাস্নদোক্লগা অমুক হন্না চীফ কমিশনারগী শাসনগী মথা পোল্লি; নোংপোক অমসুং অরাংবঙ্গ, নোংচুপ বঙ্গগা লোয়ননা গবর্ণর অমগী মথাদা অদুগা বিহার, ছোটনাগপুর অমসুং উরিষ্যা লেফটেনান্ট গবর্ণর অমগী মথাদা তোঙান তোঙানবা প্রদেশ অনি [illegible] [illegible]; ভারতকী কোন্নুং কলিকাতাদগী দিল্লীদা হোংদোকখি। [illegible] [illegible] ব্যবস্থাপক সভা অমা [illegible], [illegible]

স্যার আর্কদেল আর্ল বাহাদুরনা অমুক লেমগৎলবা আসাম প্রদেশকী অহানবা চীফ কমিশনার ওইরম্মি (১৯১২—১৮)। সন ১৯২১ দগী অনৌবা শাসন লেংদোকপগী মতেংনা আসাম গবর্ণর অমগী মথা লোম্মি।

লাইগী খুংশেম মতুংইন্না লৈবাক থায়বা—সুরমা ভম্পাক, ব্রহ্মপুত্র ভম্পাক অমসুং চীংলৈবাক—লাইগী খুংশেম মতুংইন্না আসাম প্রদেশ অহুম থোক্লা থায়বা ঃ—

(১) সুরমা ভম্পাক—মাইকৈ অহুমদা চীংনা কোয়শিনবা মাইল ১২৫ শাংবা অমসুং মাইল ৬০ পাকপা লৈতেম মায়বা লমদম অমনি। সুরমা কৌবা বরাক তুরেলগী অচৌবা মশা অমা ভম্পাক অসিগী মনুংদা চেল্লি। অসিনা মাগী মমিং সুরমা ভম্পাক কৌই। বরাক তুরেল মণিপুরগী নোংপোক চিংদারদগী হৌরক্লুনা কাছার জেলা অমসুং মণিপুরগী ওমথৈ লেপ্লমক্লুনা অরাংপাংনা শক্লা চৎলুরগা জিরিঘাট কৌবা মফমদা জিরি তুরেলগা তিন্নদুনা মমায় নোংচুপওন্না চেন্থরকই অমসু থোয়দিং থোয়ত্রাং বাছাড় জেলাদা চেল্লরগা শ্রীহট্ট জেলাদা চংই। কাছাড়গী ওমথৈ লাম্লোকখিদুনা বদরপুরগী মনাকনক্তা বরাক অসি মশা অনি থোক্লা থায়দোকই। অরাংগী মশা অহুগী মমিং সুরমা অমসুং মথাগী মশা অদুগী মমিং কুশিয়ারা কৌই। সুরমা মমায় নোংচুপপাংনা শ্রীহট্ট অমসুং ছাটকলোমদা চেল্লক্লুনা সুনামগঞ্জগী মনাক্তা মথাগোমদা হায়থরক্লুনা অমুক [illegible] অমসুং কালনী হায়না মশা অনি থোক্লা থায়দোকই। [illegible] কালনীগা তিনৈ। কুশিয়ারা— [illegible]

চেল্লক্কুনা থা শ্রীহট্ট মহকুমাগী বাহাছুরপুর খুনদা বিবিয়ানা অমস্তুং শাখা ববাক হায়না অমুকহন্না মপা অনি থোক্না শায়-দোকই। মাবকৃলিগী মনাক্তা বিবিয়ানা অমস্তুং কালনী তিংদূনা ভেড়ামোহনা হায়না মমিং কৌই। শাখাবরাক আদমপুবদা ভেড়া-মোহানগা তিন্নে অমস্তুং তিন্নবা ঈচেল অসি মফম অহুদগী থলেশ্বরী হায়না থোল্লি। থ.েশ্বরী, ময়মনসিংহ জেলাগী মন্নুংদা লৈবা ভৈবব বাজাবগী মনাক্তা অবিবা ব্রহ্মপু্ত্র তুরেনগা তিন্নহুনা মেঘনা হায়না মমিং কৌহুনা মথা পাংনা চেন্থে। ঢাকা জেলাদা বাজবাড়ী কৌবা ষ্টীমাব ষ্টেশনগী থবা নোংপোক ওয়না মেঘনা পদ্মাগা তিন্নহুনা য়াম্না পাক্লে অমস্তুং মেঘনা কৌহুনা থাবোমদা চেন্থখিহুনা সমদ্রুদা তাই।

অরাং কাছাড়গী চীংদগী হৌরক্কুনা জিবি অমস্তুং জাটিঙ্গা তুরেল অহুগা লুসায় চীংদগী হোবক্কুনা থলেশ্বরী অমস্তুং সেনায় তুবেল কাছাড় জেলাদা ববাকতা তাই।

থাসিয়া—জয়ন্তিয়া চীংদগী হৌবক্কুনা বগাপাণী অমস্তুং থাদু-কাটা সুবমাদা তাই। লুসায চীংদগী হৌববপা লঙ্গায় অমস্তুং মন্নু কুশিয়ারদা অমস্তুং থোযায় হবিগঞ্জদা শাখা বরাকতা তাই।

( ২ ) ব্রহ্মপুত্র তম্পাক—তিববতকী সা ম্পু তুরেল আসামদা অহানবদা ডিহং হায়না থঙনৈ। মিসমি চীংদগী হৌরকপা লোহিত তুরেল ব্রহ্মপুত্রদগী থাইথখিহুনা ব্রহ্মপুত্র হায়না মমিং কৌহুনা কবো কৌবা মফমদা ডিহং তুরেন্দা তাই। কবোদগী ডিহং তুরেল, মমিং ব্রহ্মপুত্র হায়না অরাংদা হিমালয় চীংজাও অমস্তুং থাবা নাগা অমস্তুং থাসিয়া জয়ন্তিয়া চীংগী মরক্তা

লৈবা লৈতেম মায়বা লমদমগী ময়ায়দা নোংচুপ পাংনা চেন্থে। গারো চীংগী নোংচুপ ওমথৈদা ব্রহ্মপুত্র খারোমদা লৈখরক্তুনা মশা অনি থোক্লা খায়দোকই। অথোইবা মশা অহু যমুনা হায়না চেন্থরক্তুনা গোয়ালনদগী মনাক্তা পদ্মাগা তিন্নে; অতোপপা মশা মচুনা ব্রহ্মপুত্র হায়না ময়মনসিংহ জেলাগী মমুংদা চেনখিহুনা ভৈরব বাজারগী মনাক্তা থলেশ্বরী তুরেলগা তিন্নদুনা মেঘনা হায়না কৌই। রাজারবাড়ীগী নোংপোক খরা ওয়না পদ্মা অমসুং মেঘনা তিন্নহুনা মেঘনা হায়না মথা-রোমদা চেন্থখিহুনা সমুদ্রদা তাই।

অরাংলোমগী চীংদগী দিবং, সুবনশিরি, ভরলী, ধনশিরি বরনদী, অমসুং মানাস অহুগা মথারোমগী চীংদগী বুড়িডিহিং দিশাং, দিখৌ অমসুং ঝাঁজি কৌবা উপনদী কয়ামরুম ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী লমথাংদা তিন্নে।

ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী তোববানগী মফম অয়াম্বা তৌ অমসুং শীংনাংনা পিকথন্না হৌই। করি করিগুম্বা মফমদা উমংনা কুপশিল্লবা চীং ময়াম তোববান ফাওবা চথরকই; মাদু য়েংবদা য়াম্না ফজে।

(৩) আসাম পাহাড়—হিমালয়গী নোংপোক চিঙাইদগী চীংশাং অমা নোংচুপলোমদা বাঙ্গালাগী ওমথৈ ফাওবা শন্দোকখিহুনা সুরমা তম্পাকপু ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তগী থাইদোকই। চীংশাং অসিবু আসাম পাহাড় কৌনৈ। তোঙান তোঙানবা চীংদা লৈবা লাংশিংগী মমিং মচুংইমা মাহু নোংপোক্লোমদগী নোংচুপলোমদা নাগাপাহাড়, খাসিয়া জয়ন্তিয়া পাহাড় অমসুং গারো পাহাড় হায়না

কৌনৈ। অরাং কাছাড়গী বড়াইল চীং জয়ন্তিয়া পাহাড়গী মৈরমথংবা চিঙাইদগী হৌরকপুনা মনিপুর ঙাওবা লাকই। নাগাপাহাড়গী নোংপোক ওমথৈদগী লুসাই পাহাড়না আসাম অমসুং ব্রহ্মদেশকী ওমথৈ খায়দোকপুনা খারোমদা চংখিনা ত্রিপুরা অমসুং চট্টগ্রাম চীংগা তিনৈ। নাগাপাহাড়দা জাপভো চীংদোল ফুট ১০,০০০, লুসাই পাহাড়দা নীল চীংদোল ফুট ৭,১০০, খাসিয়া পাহারড়দা শিলং চীংদোল ফুট ৬,৪৫০, বড়াইল পাহাড়দা হেম্পিয়ওপেঠ চীংদোল ফুট ৬,১৫৩ অমসুং গারো পাহাড়দা নোকবেক চীংদোল ফুট ৬,৪৫০ রাংই।

ঈশিং নুংশিং (হাৱা)—আসামগী হাৱাদি চোংলি অমসুং য়াম্নমু ইংদে, য়াম্নমু শাদে। প্রদেশ অসিদা নোং চুবা অমুপ পৃথিবীগী মকম অতৈ অমদা অমুপ য়াম্না চুদে। খাসিয়া পাহাড়গী চেরাপুঞ্জী কৌবা মফমদা আসামগী মকম অতৈ অতৈদগী য়াম্না হেম্না নোং চুই। নোং অমুপ য়াম্না তার-বমক্তদমু আসামগী জেলা পুম্নমক হকচাং ফবনা নমই। চীংথোংদা ম্যালেরিয়া খরা খরা উবা ফংই; তৌইগুম্বসুং চীংশাংগী হাৱাদি নিংথমই, মুপ্তাই অমসুং হকচাং কৈ। অমুম্নদি ওইরগা গারো পাহাড়দি য়াম্না হকচাং ফত্তে। কালাজ্বর কৌবা তমথীরবা লায়না ইহান হানবদা গারো পাহাড়দা পোকই অমসুং মথং মথং আসাম পুম্নমক্তা শন্দোকখি। গবর্ণমেন্টনা শুজিল থৌরাং হৈবনা লায়না অসি অমুম অমুম মরেং ঙমখ্রে। শিলং, ডিব্রুগড়, সদিয়া, কোহিমা, শিলচর অমিলাচিংবা সহর য়াম্না হকচাং কৈ।

[illegible]

হৌরোং, ওক অমিনচিংবা প্রদেশ অসিগী মুখ্য থোকপা শাদি।

নাহক অমসুং নাহকী শা—অসাবদা শাল, কাংকল চাম, নাগেশ্বর, খয়ের, শিশু অমিনচিংবা মখল যাম্রব উপী উবং লৈ। নাহক্তা শাসু, কৈ, গণ্ডা, শগৌম, চম ইরোম, শকী অমিনচিংবা শা উবা ফংই।

লৌউবা—চা আসামগী লৌ উবদগী থোকপা অথোইবা পোৎনি। সন ১৮২৩ দা রবার্টব্রুস কৌবা ইংরেজ অমনা আসামদা নংক্ত চা-পম্বী পুথোকই। মতুংদা গবর্ণমেন্টকী মতেংনা খৃঃ ১৮৩৫ দা লখীমপুর জেলাদা ইহান হানবদা চা-বাগান অমা শেমই। হৌজিক আসামদা চা-বাগান ১০০০ রোম লৈ। হৌজিকথাংদা আসামগী ইনকমগী মরুবা লমদম অখিং থুম্মি। মোংজুথা লোইবগা লৈপাক্তা ইনাং তাহৌই। ইমাং তাংবা লৈপাক্কি যাম্না লৈহাও চেল্লি অমসুং মাহুদা ফোৎবা যাম্না লৈ। চাগী মথংদা ফৌনা আসামগী লৌউবদগী থোকপা অথোইবা পোৎনি। চা লৈবাক মচাশিংগী মহোৎশানা পাম্বৌ উহুল ফৌ থাই। খাশিয়া চিংদা আলু অমসুং পাঁরে'চিংদা লশিং যাম্না থোকই।

লৈনুংথগী থোকপা পোৎ—লখীমপুর জেলাগী মৈতাল থোককম অমসুং থাউনী ইফুৎ অহুল শ্রীহট্টকী কনাক্তা লৈবা শাদি। জয়ন্তিয়া চিংদা শুদু পুঙ, মখিং চৎলি।

খুংদা লৈবগী থোকপা পোৎ—আসামগী খুংগং লৈকাইশিংদা

মমিং চৎলি। শ্রীহট্ট জেলাদা শামু ময়াগী পোৎচ, উপু, শমজেং অমসুং হুমাই, অইংবা লীকক, ফিরোল, বা অমসুং পীগী উপু, ট্রঙ্ক উপু, চৌকি, টেবল অদুগ থাংশাং, থাংজৌ অসিনচিংবা পোৎ শাই। শিবসাগর, দরঙ্গ, গৌহাটি নওগাঁ অসিনচিংবা জেলাদা এড়ি অমসুং মুগা লংগী অফবা ফি শাই অদুগা কাছাড় অমসুং মণিপুরদা মৈতৈশিংনা ওথাবা ফি জাৎ অমা অমহিকসুং পিথাই অমসুং শেঞ্জেংগী অসবা পোৎচৈ শই।

ললোনপোৎ—আসামদগী চা, থৌ থাউ থোকপা মরূ (হজাম মরূ, তিসি অসিনচিংব), কাঞ্জং, লশিং, থোয়রূ, রবর, চং, শউন, কমল, তেজপাত, শুনু, মৈতাল, এড়ি অমসুং মুগাগী ফি, কেরোসিন থাউ, অকংবা উ, লী, বা, লী অমসুং বানা শাবা পোৎচৈ, মথল মথা অয়াম্ব, মমল য়াম্বা উ অতোপ হুতেপপা লৈবক্তা থাথি অদুগা থাঞ্জিল্লকপা পোৎচৈশিংগী মরক্তা ফি, চেং, থুম, চিনি, কেরোসিন থাউ, ম্বোংনা শাবা পোৎ, কোবী, শেঞ্জেং, পিথাইগী কোলশিক অমসুং লিক্লিগী পোৎচৈনা অথোইবনি।

শাসন—গবর্ণরনা অরুবা হিরমদা অচৌবা ফমনাইবা অনিগা বা তৌরে। মেম্বর অনি অসিগা লোয়ননা শেমবা গবর্ণরগী থবক পাঙথোকপা কমিটি অমা লৈ। কমিটি অসিগী মমিং একজিকিউটীভ কৌন্সিল কৌই। গবর্ণরনা কপ্তা অসিগী মপুনি। অদিদসু নত্তনা গবর্ণরগী মন্ত্রী থানিসু লৈরি। মাংখোইদা লোকেল সেলফ্ গবর্ণমেন্টগী থবক অমসুং মহৈ তমখিবা, হকচাং শেংনবা অনাবা লায়েংবা অসিনচিংবা

বিভাগ কয়ামরুমগী থবক পাঙথোকই। স্নরণা তমপাক অমস্নং আসাম তমপাককী কমিসনার অনি, অরাং-নোংপোক ঙমখৈদা লৈবা লৈবাক্কী পলিটিকেল অফিসার অনি অমস্নং মনিপুরগী পলিটীকেল এজেন্তনা একজিকিউটীভ কৌনসিলগী মেম্বর অনি অমস্নং মন্ত্রী অনিগী য়াথং মখুংইনদা থবক তৌই। কমিশনারগী মখা'দ জেলা থুদিংদা ডেপুটি কমিশন'র অমমম অদুগা সদর মহকুমা নমনা অতৈ অতৈ মহকুম'দা সবডিভিসনেল অফিসার অমমম লৈ।

একজিকিউটিভ কৌন্সিলগী মেম্বর অনি অমস্নং মন্ত্রী অনিগী মখাদা পুলিশ, মহৈ তম্বা অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা হিরমগী থবক নিংথেং চংনবগীদমক অচৌবা থবক তৌবা মী অমমম হাপই। মাদুগি—পুলিশকী ইন্সপেক্টর জেনারেল, শিক্ষ বিভাগকী ডিরেক্টার, লৌগী মুক্ষম লেপপা অমসুং লৌউবগী ডিরেক্টার, ময়াই কাবা পোৎকী কমিশনার, পাব্লিক ওয়ার্কস ডিপার্টমেন্টকী চীফ ইঞ্জিনিয়ার, উমং রাদংগী কনজারভেটর অসিনচিংবা।

আসামগী লেজিসলেটিভ কৌন্সিল অমা লৈ। লৈবাক মীয়াম্না খনগৎলবা অমসুং গবর্ণমেন্টনা হাপপিরবা অচৌমখাং মী কয়ামরুমনা সভা অসিগী মেম্বরনি। লেজিসলেটীভ কৌন্সিলদা আইন শেমই অমসুং প্রদেশকী চাওখৎনবা হিরম থৈরে।

প্রদেশ অসিগী চাগা-চানিংগী হিসাব থম্নবগী থবক্তি কণ্ট্রোলার কৌবা অচৌবা ফমনাইবা অমদা শিন্নৈ অমস্নং ডাক-বিভাগকী থবক্তা ডেপুটি পোষ্টমাষ্টার জেনারেল অমদা

থিটৈ। মাখোই অসি ভারতবর্ষগী গবর্ণর জেনরেলগী মথা লৈরি।

জেলা অমসুং মহকুমা—আসামদা ডিভিজন অনিদা জেলা ১২ অমসুং মহকুমা ২৭ থক লৈ। সন ১৯১১ গী মীশিং মসিং মাখোইগী এরিয়া অমসুং মণীং মখাদা ইরি:—

স্তুরমা ভেলাক অমসুং চৌংলৈবাক।

| জেলা | মহকুমা | এরিয়া | | মীশীং | |
|---|---|---|---|---|---|
| শ্রীহট্ট | উত্তর শ্রীহট্ট | ৮৬৩ | লক্ষ | ৫।০ | রোম |
| | হবিগঞ্জ | ৯৯৯ | „ | ৬ | „ |
| | করিমগঞ্জ | ১০৬৬ | „ | ৪৸০ | „ |
| | সুনামগঞ্জ | ১৪৫০ | „ | ৪৸০ | „ |
| | দক্ষিণ শ্রীহট্ট | ১০৬৪ | „ | ৪ | „ |
| কাছাড় | শিলচর | ১৬৪৯ | „ | ৪॥০ | „ |
| | হাইলাকান্দি | ৪১৪ | „ | ১।০ | „ |
| | উত্তর কাছাড় | ১৭০৬ | লিশিং | ২৭ | „ |
| খাসিয়া অমসুং জয়ন্তিয়া চীং | শিলং | ৩৯৪১ | লক্ষ | ১॥০ | „ |
| | জোয়াই | ২০৮৬ | লিশিং | ৭৮ | „ |
| নাগাপাহাড় | কোহিমা | ৩০৭০ | লিশিং | ৮৯ | „ |
| | | | „ | ৬৩ | „ |
| | মককচং | | | | |
| লুশাই চীং | আইজল | ৪৭০১ | „ | ৬৫ | „ |
| | লুঙলে | ২৬[illegible] | „ | [illegible] | „ |

আসাম তম্পাক।

| জেলা | মহকুমা | এরিয়া | | মীশীং | |
|---|---|---|---|---|---|
| গারো চীং | গারো চীং | ৩৪০ | লক | ১॥০ | রোম |
| গোয়ালপাড়া | ধুবড়ী | ২৮৬৬ | ,, | ৪॥০ | ,, |
| | গোয়ালপাড়া | ১০৮৯ | , | ১॥০ | ,, |
| কামরূপ | গৌহাটি | ২৫৮৪ | ,, | ৫॥০ | ,, |
| | বড়পেটা | ১২৭৪ | ,, | ১॥০ | ,, |
| দরঙ্গ | তেজপুর | ২০৪১ | ,, | ২ | ,, |
| | মঙ্গলদই | ১৩৭৭ | ,, | ১ | ,, |
| নওগাঁ | নওগাঁ | ৩৮৫৩ | ,, | ৩ | ,, |
| শিবসাগর | যোড়হাট | ১০৩২ | ,, | ২॥০ | ,, |
| | শিবসাগর | ১১৬২ | , | ২॥০ | ,, |
| | গোলাঘাট | ৩০১৪ | ,, | ২॥০ | ,, |
| লক্ষীমপুর | ডিব্রুগড় (সদিয়া য়াওনা) | ৩০৩৩ | ,, | ৸০ | ,, |
| | অমুং লক্ষীমপুর | ১১৭৪ | ,, | ১ | ,, |
| জেলা ১২ | মহকুমা ২৭ | ৫৩০১৫ | , | ৬৭ | ,, |

অরাং-নোংপোক ভমথৈদা লৈবা লৈবাক।

সদিয়াগী ভমথৈদা লৈবা লৈবক } এরিয়া অমসুং মীশিং
বালিপাড়াগী ভমথৈদা লৈবা লৈবাক } হৌজিক কাওবা লেপ্পি।

মফিং চৎলবা মফম।

শ্রীহট্ট জেলাদা—শ্রীহট্ট, মফম আসিদা। কলেজ অমা, মাদ্রাসা অমা অমসুং হাই ইংলিশ স্কুল অনি লৈ। মফম

অসিগী শাহজালালগী দরগা মফিং চৎলি। দত্তরাইল—ঢাকা দক্ষিণ পরগণাদা; খুঙং অসিদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ইপা জগন্নাথ মিশ্র পোকই, হিন্দুগী তীর্থনি। ফালজোড় অমসুং গোটাটিকোর—লাইরেম্বীগী খুনম লৈ। বানিয়াচঙ্গ—চাওখৎলবা খুঙং অমনি, মফম অসিদা হাইস্কুল অমা লৈ। বালাগঞ্জ, ছাতক, হবিগঞ্জ, আজমিরিগঞ্জ, সুনামগঞ্জ, অমসুং করিমগঞ্জ—অথোইবা লল্লোনফমনি। বদরপুর—অচৌবা রেলওয়ে জংশননি।

কাছাড় জেলাদা—শিলচর, জেলাগী সদর ষ্টেশননি অমসুং বিভাগকী কমিশনারগী লৈফমনি। লক্ষ্মীপুর অমসুং সোনাইমুখ লল্লোল ইতিকফমনি। সিদ্ধেশ্বর অমসুং ভুবন—তীর্থ মফমনি। কাছার জেলা চা-গীদমক মফিং চৎলি।

খাসিয়া অমসুং জয়ন্তিয়া চীংলৈবাক্তা—শিলং—খাসিয়া চীংদা মালভুমি অমগী মথক্তা লৈ, আসামগী কোন্নুংনি। শিলংগী হাৱা য়াম্না ফৈ। চহি চুপপা মফম অসিদা নিংথমই, নিংথম থাদা য়াম্না অইংবা ফাওই; হাৱা ওনগে হায়বগীদমক ওলাংবা জেলা ময়ামদগী মী অয়াম্বনা মফম অসিদা লাকই। শিলংগী মহৌশাগী লৈজরম্বা লাইগী খুৎশেম য়েংবদা য়াম্না ফজে। সহরদা মীথুংনা শেম্বা পাং অমা লৈ। সহরগী মনাক্তা য়েংবদা নিংথিজরবা অচৌবা অমসুং অপিকপা ঈশিং চাইবী কয়ামরুম লৈ। সহর অসিদা লৈ শাংপা অসুক লৈবাক অসিগী মফম অতৈ অমদা অদুক শাংদে, পুল্লপা চীং অসি য়াম্না চাউরবা লৈকোল অমগুম ৱনি। শিলংদা অঙাওবা হুই লমহুই না চিক্লবা মীগী লায়েংননবগীদমক লায়েংশং অমা লিংখৎলে। শিলংদগী গৌহাটী কাওবা মাইল ৬৪

শাংবা লমজাও অমা লৈ। সুমিং খুদিংগী মটরগাড়ীনা মী অমস্থং পোৎ পুন্থনা হক্সৎহনদা চৎলি। চেরাপুঞ্জী—মফম অসিদা নোং তানা অসুপ পৃথিবীগী মফম অতে অমদা অহুপ তাদে।

লুসাই প'হাড় জেলাদা—আইজল, জেলাগী সদর ষ্টেশন্নি।

নাগাপাহাড় জেলাদা—কোহিমা, জেলাগী সদর ষ্টেশন্নি। ডিমাপুর—মফম অসিগী নামবার কোবা নায়ক্তা থাইনা মমাংথৈগী কাছাড়ী কোনুংগী অতেক-মবাই উবা ফংই।

আ'সাম ৎস্প্রুক্ত:—

গৌহাটী—বিভাগকী কমিশনারগী লৈফমনি। কামরূপ জেলাগী সদর ষ্টেশন্নি। মফম অসিদা কটন কলেজ অমস্থু আর্ল ল-কলেজ অদুগা অচৌবা ইংরেজী স্কুল অনি লৈ। সহরগী মনাকমক্তা নীলাচল চীংগী মথক্তা ফাওরবা কামাখ্যা তীর্থ লৈ। যোড়হাট—শিবসাগর জেলাগী সদর ষ্টেশন্নি, চাওথৎলবা মফম্নি। তেজপুর—দরঙ জেলাগী সদর ষ্টেশন্নি, ফজবা সহর অমনি; মফম অসিদা অঙাওবা লৈফম শং অমা লৈ। ডিব্রুগর—লক্ষীপুর জেলাগী অথোইবা সহরনি। হকচাং ফবা মফমনি মফম অসিদা ডাক্তারি তম্নবা স্কুল অমা লৈ। জেলা অসিদা মাকুম, জয়পুর, মার্গেরিটা—মৈতালগী থোকফমগীদমক অমস্থং ডিগবয়—কেরোসিন থাউগী ইফুৎকী-দমক মফিং চৎলি।

অয়াং-ল্যাংপোক ভমথৈবা লৈবা লৈবাক—নদিয়া—হকচাং কয়া ময়ম ময়নি। মফম অসিগী লাইগী খুংখোম ল্হংবদা য়াম্ম পুক্নিং হূই।

মণিপুর করদ রাজ্য—ইম্ফাল, কোনুংনি। মীশীংগী হিসাং-বতা আমামগী মনুংদা খাইদগী ফখোইবা সংরনি।

পাকচাউবা অমসুং মীশী—খাসিয়া চীংগী সিয়েম লৈবাক ময়াম অমসুং মণিপুরগা লোয়নবা প্রদেশ অসিগী পাকচাউবা বর্গ মাইল ৭১,৪৭১ নি অদুগা মীশীংনা ৭০,৪৯,৮৫৭ (চাউরাক্না লক্ষ হুম্ফুত্রা মথাই), হিন্দুগী মশীংনা লক্ষ ৩৮½ মুসলমানগী মশীংনা লক্ষ ১৮, চীংদা তাবা জাৎকী মশীংনা লক্ষ ১২½ নি। হায়রবদি হিন্দুগী মশীংনা মুসলমানগী শরুক অনি অদুগা চীংদ তাব জাৎকী শরুক অহুমনি। অতেয়বা খ্রীষ্টিয়ান, বৌদ্ধ অসিংসিংনি।

লোল—শ্রীহট্ট কাছাড়গী লৈতেম মায়বা লম অমসুং গোয়ালপাড়া জেলাগী গৌরীপুর লমদমদা বাঙ্গালা লোন চংলৈ। 'আসামী' আসাম ভেম্যাক্কী লৈতেম মায়বা জেলা পুম্নমক্কী লেমিং তোংঙান তোংঙানবা চীংদ তাবা জাৎশিংগী মরক্তা তোংঙান তোংঙানবা লোন চংলৈ।

চথোক চংথিনগী লাম্বল—কংক্বাদা রেল নত্রগা মহক্কুমা খুদিংগী গবর্ণমেন্ট অমসুং লোকেল বোর্ডকী লমজাও য়াবদা লৈ। লমজাওশিং অদুদা শগ অমসুং ইরোইগী গাড়ী চংলি। ঈশিংগী লম্বলদা ষ্টিমার অমসুং হি হকংলগা চংলি।

## রেল লম্বী।

১। আসাম বেঙ্গল রেল লম্বী—হরষপুর ষ্টেসনগী মনাক্তা শ্রীহট্ট জেলাদা চংহুনা অরাং-কাছাড়রোমদা সুরুং ৩২ থক লাম্থোকহুনা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তা চংহুনা, তিনসুকিয়া ফাওবা চৎখি। হরষপুরদগী তিনসুকিয়া মাইল ৪৩৭ নি। (১) কুলাউড়া জংশনদগী শ্রীহট্ট—মাইল ৪০, (২) বদরপুর জংশনদগী শিলচর—মাইল ১৮; অগা ল্যামডিং জংশনদগী গৌহাটী—মাইল ১১২—রেল লম্বী মশা অহুমনি।

২। ইষ্টার্ণ বেঙ্গল রেল লম্বী— আসামদা গোলকগঞ্জ অমসুং রঙ্গিয়া জংশন ফাওদুনা গৌহাটি ফাওবা লাকই (গোলকগঞ্জদগী গৌহাটি মাইল ১৪৩) গোলকগঞ্জদগী ধুবড়ী (মাইল ১১) অমসুং রঙ্গিয়াদগী টেঙ্গলা (মাইল ২৪) ফাওবা মাসিগী মশা অনি লৈ। টেঙ্গালদগী তেজপুর ফাওবা রেল লম্বী অমা শেম্বা হোংনরি।

৩। জোড়হাট ষ্টেট রেললম্বী— কোকিলামুখ ষ্টীমার হিদেলদগী জোড়হাট ফাওদুনা মথারেমদা চিনামারা ফাওবা চৎখিহুনা মশা অনি থোক্না থাংদোকখে। মশা অমনা আসাম বেঙ্গল রেল লম্বীগী মথক্তা মরিয়ানি ষ্টেশন অমসুং অতোপপা মশা অমনা হায়থরিবা রেল লম্বী অহুগী মথক্তা টিটাবর ষ্টেশন ফাওবা চৎখরে। রেল লম্বী অসিগীময়ুং মাইল ৩০ নি।

৪। ডিব্রু, সদিয়া রেল লম্বী—ডিব্রুগড় ষ্টীমার হিদেংদগী তিনসুকিয়া অমসুং মকুম জংশনলোমদা লাকহুনা চইখোয়া

তিদেল ( মাইল ৫৪॥ ) ফাওবা চৎখরে। মকুম জংশনদগী লেদু ( মাইল ২৩ ) ফাওবা মাসিগী মশা অমনি। চইখোয়া হিদেলদগী হিনা ( মাইল ৬ লোম ) সন্দিয়া য়ৌবা য়াই।

৫। তেজপুরদগী বালিপাড়া য়ৌবা মাইল ২০ শাংবা রেল-লম্বী অমা লৈ।

## ষ্টীমার লম্বী।

১। কাছাড়, সুন্দরবন, ডেচ্প্যাচ্ ষ্টিমার কলিকাতাদগী খোংশাল্লক্‌না ধলেশ্বরী, কালনী, বিবিয়ানা অমসুং কুশিয়ারা তুরেল ফাওহুনা শ্রীহট্ট জেলা লাম্থোক্‌না বরাক তুরেনদা তাহুনা শিলচর ফাওবা হঙ্গৎহনদা চৎলি। নোংজুথা লোইর-দুনা কুশিয়ারা তুরেলগী ঈশিং হম্থৎক্লবদা, অচৌবা ষ্টিমার কেচুগঞ্জ লাম্থোক্‌না কাখৎপা ওমদে; মতম অদুদা অথেনবা ঈশিংদা চৎপা য়াবা ফীডার নত্রগা অপিকপা ষ্টিমারনা মতম অদুদগী শিলচর ফাওবা হঙ্গৎহন্দা চৎলি।

২। মারকুলীদগী ফীডার ষ্টীমারনা ধলেশ্বরী, কালনী বিবিয়ানা অমসুং সুরমা তুরেল ফাওদুনা সুনামগঞ্জ, দোয়ার-বাজার, ছাতক অসিনচিংবা ষ্টেশনলোমদা লাক্‌না শ্রীহট্ট ফাওবা হঙ্গৎহন্দা চংলি। নোংজুথা মমৈদা ছাতক ফাওবক্তা ষ্টীমার চৎলি।

৩। আসাম ডে্চ্প্যাচ্ ষ্টীমারনা ব্রহ্মপুত্র তুরেনদা গোয়ান্দি, ধুবড়ী বিলাসীপাড়া, গোয়ালপাড়া, পলাশবাড়ী, গৌহাটী, তেজ-

পুর, শিলঘাট, বিশ্বনাথ, বিহালীমুখ, ধারশিরিমুখ, কমলাবাড়ী, কোকিলামুখ, অসিনচিংবা ষ্টেশন ফাওহুনা ডিব্রুগড় য়ৌই।

নৈননবা য়াহং—প্রদেশ অসিগী মাইকৈ মরিগী ওমথৈ, পাকচাউবা অমসুং মীশীং কয়ানো হায়রু। মাসিগী মমিং আসাম কৌরিবা করিননো ? ম্যাপ য়েংদুনা প্রদেশ অসিগী লাইগী খুংশেম করম্না লৈবগে হায়রু; সুরমা তম্পাক্তা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তা চাংদম্নৌ ; করম্বা চীংশাংবু আসাম পাহাড় কৌবগে ? মাদুগী ভোঙান তোঙানবা শরুক্তী থরাইদগী হেন্না য়াংবা চিংদোনগী মমিং হাযযু। ববাক অমসুং ব্রহ্মপুত্র কদাইদগী হৌরকপগে অমসুং ববম তৌনা চেনবগে ? মাথোইগী অথোই অথোইবা ঈশাই (ভুরেল মশা। অমসুং ইরোং (তিল্লবা তূরেল) গী মমিং অতুগা হৌফম অমসুং তাফম হায়রু অমহিকসুং ম্যাপতা পুথোকতুনা তাকউ। প্রদেশ অসিগী মীশিং হকচাং মনুং শেংব্রা করম তৌই ? আসাম পাহাড়গী করম্বা শরুক্তা করম্বা জাংকী মী লৈবগে ? উমংদা করম করম্বা মমল য়াম্বা উ হৌবগে অমসুং মহৌশানা করম করম্বা লম্লক্তা শা উবগে ? অথোই অথোইবা লৌউবদগী থোকপা পোং, খোংদগী থোকপা পোং অমসুং খুংশা হৈবদগী থোকপা পোংচৈগী মমিং হায়যু। মহৌশানা করম্বা পোং করম্বা জেলাদা য়াম্না ফংবগে ? প্রদেশ অসিগী করি করি পোং অতোপপা মফমদা থাথিবগে ? প্রদেশ অসিগী শাসন (লৈবাক ঙাকপা) গী মরমদা করি খঙবগে ? করম্বা বিভাগতা জেলা কয়া লৈবগে ? মাথোইগী মমিং অমসুং সদর ষ্টেশনগী মমিং হায়যু। প্রদেশকী কোম্লুং শিলংগী মরমদা করি খঙবগে ? কামাখ্যা তীর্থ, মহাপ্রভুগী আখড়া অমসুং শাহজালালগী দরগাগী মরোদা করি

খঙ্‌বগে ? মীশীংগী হিসাবতা আসামদা করম্বা সহরনা খ্বাইদগী হেনবগে ? শিলং কোম্নুংদগী শ্রীহট্ট, শিলচর, হবিগঞ্জ, গৌহাটী, জোড়হাট, ডিব্রুগড়, সদিয়া, ধুবড়ী, করম তৌনা চৎকনি ?

—— ——

# পৃথিবীগী রাজ্য তঙ্গনবা লাইরিক

---

## দেশ।

### ভারতবর্ষ।

প্রদেশ ময়াম পুনশিল্লগা দেশ অমা ওই। বাঙ্গালা, বিহার, উরিষ্যা, আসাম অসিনচিংবা পুনশিল্লগা ওইবা দেশ অদুগী মমিং ভারতবর্ষ কৌই। থাইনা মমাংঙৈদা দেশ অসিদা ভরত কৌবা য়াম্না কল্লবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মাহাক্কী মমিং মতুংইন্না দেশ অসিগী মমিং ভারতবর্ষ হায়না কৌথি। মরু ওইনদি হিন্দুশিংগী লৈফম্নি হায়দুনা মুসলমান বাদসাহশিংনা মাসিবু 'হিন্দুস্থান' কৌরম্মি। শিখশিংনা সিন্ধুগী মপান্দা তাবা আর্য্যশিংবু হিন্দূ হায়না কৌরম্মি। মরু ওইবা রাদি 'হিন্দু' রাহৈ "সিন্ধু" হায়বা রাহৈগী অতোপপা মওং অমনি। পারসীক লোন্দা 'স' 'হ' গী মতৌগুম্না হায়দোকই। 'হিন্দু' হায়বা রাহৈ অসিদগী 'হিন্দিয়া' নংত্রপা 'ইন্দিয়া' অমস্তুং মথং মথং ইংরেজী 'ইণ্ডিয়া' (India) রাহৈ থোকখি।

ভারতবর্ষ য়েংবদা ত্রিভুজ অমগী মওং মাল্লি। অন্নাংদা হিমালয় চীংজাউ অমসুং মথাদা ভারত সমুদ্র; নোংপোক্তা ব্রহ্মদেশ অমসুং বঙ্গোপসাগর কৌবা ভারত সমুদ্রগী মচেৎ

অমা ; অদুগা নোংচুপ্তা আফগানিস্তান, বেলুচিস্তান অমসুং আরব সাগর কৌবা ভারত সমুদ্রগী অতোপ্পা মচেৎ অমা।

ভারতবর্ষ হায়বা অসি য়াম্না চাওরবা দেশ অমনি। মাসি খা-রাংদা মাইল ১৯০০ লোম অমসুং নোংপোক নোংচুপ্তা মাইল ১৮০০ লোম্নি। লাইগী খুংশেমগী হিসাব মতুংইন্না মাসি চাউরাক্না শরুক অহুম খোক্না খায়দোকই। মাদুদি—(১) হিমালয় প্রদেশ (২) লৈতেম মান্নবা লমদম (৩) অরাংবা লৈতেম মান্নবা লমদম (মালভূমি) হিমালয় চীংজাউ অমসুং মাদুগী মশা মরেং পুনশিল্লগা হিমালয় প্রদেশ, খারোমদা লৈবা ত্রিভুজগী মওং মানবা শরুক অদু অরাংবা লৈতেম মান্নবা লমদমগী মবক্তা লৈবা নোংচুপ্তা শুলেমান চীংজাউদগী নোংপোক্তা খাসিয়া চী ফাওবা শনদোকখ্রবা লমদম পুন্নমক অদু লৈতেম মান্নবা লমদমনি। তৌইগুম্বসুং মথংগী লামাই ম্যাপ যেংলগা ভারতকী লৈমাইথক নিংথিনা খঙবা ঙমগনি। ম্যাপ অসিদা ভারতকী করম্বা মফম সমুদ্রগী মমাংদগী ফুট কয়া রাংবা, মাদু অশম্বা খুদম্না তাক্লি।

সমুদ্র মপান।—ভারতবর্ষগী উপকূল লৈই মাইল ৩৬০০ শাংই। খাদা কুমারীকা অন্তরীপ। খা ভারতকী ময়াম্ব চবুক অদু অরাংবা লৈতেম মান্নবা লমনি অমসুং চীংমান্না কুপশিল্লি ; তৌইগুম্বসুং সমুদ্র মপানদি লৈতেম মাৱৈ। নোংপোকথংবা সমুদ্রমপানদি নোংচুপথংবা সমুদ্র মপানদগী হেন্না পাকই, শাংই অমসুং নেমই। সিন্ধু তুরেলগী তাকমদগী কুমারিকা লৈচীল ফাওবা নোংচুপ উপকূলনি (নোংচুপ সমুদ্র-মপান)

অতুগা কুমারিকাদগী হুগলী তুবেলগী তাকম ফাওবা নোংপোক উপকূলনি; নোংপোক অমসুং নোংচুপ উপকূল অসি অমুক তোঙান তোঙানবা শরুক্তা তোঙান তোঙানবা মমিং থোল্লি।

সিন্ধু দেশকী থারোমদা উপকূলগী মনাকমক্তদা কচ্ছ দ্বীপ অমসুং মাতুগী মথাদা গুজরাট নংত্রগা কাথিয়াবর উপদ্বীপ লৈ। গুজরাটকী অরাংথংবদা কচ্ছ উপসাগর অমসুং থাদা কাম্বে উপসাগর লৈ। কাম্বে উপসাগরগী অরাং চিদাইদগী মথারোমদা কুমারিকা লৈচীল ফাওবা লাকলিবা উপকূল অতুগী অরাংথংবা শরুক্কী মমিং কঙ্কন উপকূল কৌই, অতুগা মথাথংবা শরুক্কী মমিংনা মালাবার উপকূল কৌই। মালাবার উপকুলগী নোংচুপ থরা ওইনা সমুদ্র ময়ায়দা লাক্কা দ্বীপ লৈ। কুমারিকা লৈচীলগী খা-নোংচুপ্তা সমুদ্র ময়ায়দা মালদ্বীপ অমসুং নোংপোক্তা লঙ্কাদ্বীপ। লঙ্কাদ্বীপকী অরাংচিদায়দগী দ্বীপ (ঈথৎ) মচা মচা কয়ামরম ভারতকী খা উপকূল ফাওবা লেংই। দ্বীপ ময়াম অসি পুল্লপনা সেতুবন্ধ কৌই। লঙ্কাদ্বীপ অমসুং ভারতকী খা উপকূলগী মরক্তা মান্নার উপসাগর। মান্নার উপসাগরগী অরাংদা মবাক পাক্তবা ঈশিংগী শরুক্তা অরাংগী অমসুং মথাগী অচৌবা ঈশিংগী শরুক অনিবু তাইনহল্লি, মাদুবু পক প্রণালী কৌই। কুমারিকা লৈচীলদগী অরাংদা কৃষ্ণা তুরেলগী তাকম ফাওবা উপকূল অতুগী মমিং করমণ্ডল উপকূল; কৃষ্ণা তুরেলগী তাকমদগী গোদাবরী তুবেলগী তাকম ফাওবা উপকূলগী মমিং গোলকুণ্ডা উপকূল অতুগা গোলকুণ্ডা গোদাবরী তুরেলগী তাকম-দগী হুগলী তুরেলগী তাকম ফাওবা উপকূলগী মমিং উরিষ্যা উপকূল অতুগী মথংদা গঙ্গাসাগর। অতুগী মতুংদা ব্রহ্মদেশকী খা নোংচুপ কাচিন্দা নিগ্রাইস লৈচীল (অন্তরীপ) ফাওবা চংখ্রিবা

উপকূল অদুগী মমিং আরাকান উপকূল কৌই। নিগ্রাইস লৈচীলগী মনাক্তা মার্ত্তাবান উপসাগর। মার্ত্তাবান উপসাগরগী মথংদা টেনেসেরিম কৌবা উপকূল মখারোমদা মালয় উপদ্বীপ ফাওবা চথখে।

চীংজাউ। ভারতবর্ষগী অৱাংদা হিমালয পৃথিবীগী মমুংদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা চীংজাউনি। "হিমের আলয়" হায়বদি উনগী লৈফমনি হায়দুনা চীংজাউ অসিগী মমিং হিমালয় কৌখিবনি। চীংশাং অসি নোংপোক নোংচুপ্তা মাইল ১৫০০ রোম শাংই; মাসিগী মরাক মাইল ১৮০ বোমনি অতুগা অযাম্বা মফমদা মাসি ফুট ১৮,০০০ দগী ফুট ১৯,০০০ হায়-বদি মাইল ৩ দগী মাইল ৪ বোম ফাওবা ৱাংই। ফুট ১৫০০০ দগী ১৬০০০ ফাওবা ৱাংবা মফম অদু চহি চুপ্পা উন্না কুপ্পুনা লৈ; মবম অসিনা হিমালযগী ওমখৈ অসিবু মতম কুইনগী উল-লৈই কৌই। নিংথমপাদা ফুট ৭০০ তগী হেন্না ৱাংবা মফম পুন্নমক উন্না ইকুপ কুপশিনবগুম তৌই। মাসিগী চীংদোল ৪০ থক ফুট ২৪,০০০ দগী হেন্না ৱাংই। মাখোইগী মরক্তগী অচৌ অচৌবা চীংদোল তরুক্তা মমিং অমম্তং অৱাংবা মখাদা ইরি।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | নঙ্গ পর্ব্বত | কাশ্মীরদা | ফুট | ২৬,৫০০। |
| ২। | নণ্ডাদেবী | যুক্ত প্রদেশ | ,, | ২৫,৫০০। |
| ৩। | গৌরীশঙ্কর | নেপাল | ,, | ২৯,০০২। |
| ৫। | ধবলগিরি | ,, | ,, | ২৬,৯২৬। |
| ৬। | গোঁসাইযান | ,, | ,, | ২৬,৩০৫। |
| ৬। | কাঞ্চন-জঙ্ঘা | ,, | ,, | ২৮,১৬৬। |

কাশ্মীরগী অৱাং নোচুপ্তা হিন্দুকুশ চীংজাউ অমসুং অৱাং-নোংপোক্তা কারাকরম চীংজাউ। কারাকবম চীংজাউগী গড-উইন অষ্টেন কৌবা চীংদোল অহু য়াম্না রাংই, ফুট ২৮,৫ ০ নি। অৱাং নোংচুপ ঙমখৈদা লৈবা প্রদেশতা সফেদ কোহ চীংজাউ। মাসিগী মখাবোমদা খা-ৱাং ইন্না সমক্ৰ মপান ফাওবা শাংদোকখি্‌বা চীংশাং অহুগী অৱাংথংবা শরুকী মমিং সুলেমান চীংজাউ অমসুং মখাথংবা শরুক্তা মমিং ক্ষীরথব চীংজাউ। হিমা-লয়গী অতোপপা চিদাইদগী চীংশাং অমা পাটকৈ অমসুং নাগা চীং হায়না খা-নোংচুপলোমদা চংখিছুনা আসামদা চংখি অমসুং মতুংদা মথংশিংনা খাসিয়া অমসুং জয়ন্তিয়া অমসুং গাবো চীং হায়না নোংপোক-নোংচুপ্তা ইশাংশাংনা লৈ। পাটকৈ অমসুং নাগা চীংদগী ত্রিপুরা, লুসাই অমসুং আরাকান হায়না মশা অহুমথক মখা মাহকৈরোমদা চংখি। ব্ৰহ্মদেশতা অবাকান ইওমা, পেগু পাউংলাংউ, টালেন, টাউংগী হায়না চীংজাও কয়া-মরুম অমগা অমগা অরাও অখু মাম্নবা খা-অৱাংদা শন্দোক্লৃনা লৈ। চীংশিং অসিসু হিমালয়দগী থোরবপনি।

ভারতকী ময়ায চবুক্তা বিন্ধ্য চীংজাউ নোংপোক-নোংচুপ ওইনা ইশাং শাংনা লৈ। মাসিগী অৱাং-নোংচুপ্তা আরবল্লী চীংজাউ। আববল্লী অমসুং বিন্ধ্য চীংজাউগী মরক্তা ওখাক্লা নেম্বা থেল অহুগী মমিং মালব মালভূমি। বিন্ধ্য চীংজাওগী মখাদা সাতপুরা চীংজাউ। সাতপুরা চীংজাউগী নোংপোক্তা মহাদেব অমসুং মহাকাল চীংজাউ। মাখোই অসিগী মখারোমদা দক্ষিনাত্য মালভূমি। মালভূমি অসিগী নোংপোক ঙমখৈদা পুর্বঘাট চীংশাং অমসুং নোংচুপ ঙমখৈদা পশ্চিমঘাট চীংশাং সমক্ৰ মপানগা অরাও অখু মাম্নবা নোংপোক অমসুং খাপাংনা

শাংথরক্তুনা দক্ষিণাত্যগী খা চিদাইগী নীলগিরি চীংজাউনা শমজিন্নহল্লি। পুর্ববিঘাট অমস্তুং পশ্চিমঘাট চীংশাংদগী সমত্র মপান ফাওবা লমদম লৈতেম মান্নবা লমনি। দক্ষিণাত্যগী নোংপোক তোরবানদা লৈবা লৈতেম মান্নবা লমদমনা নোংচুপ তোরবান্দা লৈবা লৈতেম মান্নবা লমদমদগী য়ামনা হেন্না পাকই অমস্তুং লৈহাও চেন্নী।

চীংলম্বেল - ভারতবর্ষদা অরাং-নোংচুপ্ত সংঙ্কদকোহ চীং-জাউগী মরক্তা থাইবার (ফুট ৩০০ রাংই) অমস্তুং খৈরথর চীংজাউদা বোলান (ফুট ৬০০০ রাংই) চীং লম্বেল, অরাংদা কারাকরাম চীংজাউগী মরক্তা কারাকরাম অমস্তুং হিমালয় চীং জাউগী মরক্তা জালাপল্লা চীংলম্বেল। হিমালয়গী অতৈ চীংলম্বেল কায়ামরুমস্তু লৈরি। মাখে হি পুম্নমক ফুট ১ ০০০ দগী হেন্না রাংবা ঙাক্তনি। নিংথমখাদা চীংলম্বেলশিং অত্তু উন্না বুপনা লৈ, অমস্তুং কালেন থাদা উন অত্তু শোদোক্লগা হঙ্গৎহন্দ। চৎপদা রায়োং চায়।

মরুভূমি—উ-রানচিংবা হৌদব' লৈঙোংনা বুপশিনবা পাকচাউথ্রবা লমদমবু মরুভূমি (লৈকংলা) কৌই। লৈকং-লাদি নুংথিলগী মতমদা য়াম্না শাই। অমুপকী মত্তিক শাই, মীওইবনা মাত্তুগী মথক্তা খোঙনা চৎপা ঙমদে। অসিগুম্বা লমদা উট্‌ কৌবা শা জাৎ অমা তোংননবগীদমক শিজিনৈ। লৈকংলাগী করি করিগুম্বা মফমদা লৈহাও চেনবা লম লৈ অমস্তুং মাদুদা নাপী, উহৈ পাম্বী অসিনচিংবা হৌই। লৈকং-লাগী অসিগুম্বা লমবু মরুদ্যান নৎত্রগা ওয়েসিস্‌ কৌই। লৈকংলাদা কোয়বা মীশিংনা মরুদ্যানদা চংহুনা পোত্থাই।

ভারতকী নোংচুপলোমদা থর কৌবা অচৌবা লৈকংলা (লৈঙো-ইলম) অমথক লৈ।

তূরেল—ভারতবর্ষদা তূরেল য়াম্না লৈ। অরাং ভারতকী তুরেলশিং চীংলৈবাক্তগী হৌরক্তনা লৈতেম মান্নবা লমদমগী ময়ায়দা চেল্লি অমস্তুং খা ভারতকী মনাক্তদি তূরেল ময়াম ভারতকী ময়ায় অমস্তুং দক্ষিণাত্য থেলদগী হৌরক্তনা চীংলৈবাকী মরক্তা চেন্থরি।

## অরাং ভারতকী তূরেল।

সিন্ধুতূরেল—( মাইল ১৮০০ ) হিমালয়গী অরাংদা তিব্বত য়ালভূমিদগী হৌরক্তনা অরাং-নাংচুপপাংনা কাশ্মীরদা চেল্লি অমস্তুং নঙ্গ পর্ব্বতকী মনাক্তা খা-নোংচুপ-পাংনা হাইথরক্তনা পঞ্জাব অমস্তুং সিন্ধু লৈবাকী নোংচুপ থংবা নাকনদা চেন্দুনা আরব সাগরদা তাই। সিন্ধু তূরেলগী তাকমদা ব দ্বীপ অমা লৈ। হিন্দুকুশ চীংজাউদগী কাবুল তুরেল অমস্তুং হিমালয়গী অরাংদা লৈবা মানস সরোবরদগী শতদ্রু ( Sutlej ) তূরেল লাক্তনা সিন্ধুগী লমথাংদা তিল্লি। হিমালয়গী মথারোমদগী বিপাশা ( Bias ) অমস্তুং চন্দ্রভাগা ( Chenub ) তুরেল শতদ্রুদা অহুগা ইরাবতী ( Rabi ) অমস্তুং বিতস্তা ( Jhelam ) তুরেল চন্দ্রভাগাদা তাই। শতদ্রু, বিপাশা, চন্দ্রভাগা, ইরাবতী অমস্তুং বিতস্তা ঈরোঙ মঙা অসিনা চেনবা প্রদেশকী মমিং পঞ্চ+অব (ঈশিং) = পঞ্জাব।

গঙ্গা—( মাইল ১৫০০ ) সিন্ধু তূরেনদগীদি ময়ুংদা তারবস্থ

( রাংলবন্থ ) ভারতবর্ষগী মমুংদা খ্বাইদগী অথোইবা তূরেল্লি। মরমদি হিন্দুশিংদদি তূরেল অসি যাম্না শেংই অহুগা মাসিগী তম্পাক ভাবতকী অতৈ অতৈ তূরেলগী তম্পাক্তগী য়াম্না কেন্না লৈহাও চেল্লি অমস্তুং অযাম্বা খুঙ্গংনা থম্না লৈ। হিমালয়গী নন্দা দেবী চীংদালগী মনাক্তা গোমুখী কৌবা উন্না থল্লবা অচৌবা লোক অমা লৈ। লোক অসিদগী উল শোদোক্তুনা ঈচেল মচা অমা থোরকই। মাহুগী মমিং ভাগীবথী কৌই। ভাগীরথী থা পাংনা চেন্থবক্তুনা অলকানন্দা কৌবা ঈচেল মচা অমগা তিন্নহুনা গঙ্গা হায়না মমিং কৌদুনা চীংলৈবাক্তগী কুম-থরক্ত না হরিদ্বাব কৌবা মফমদা লৈতেম মান্নবা লমদা চংলকই। হবিদ্বাবদগী গঙ্গা অসি থা-নোংপোক পাংনা চেনস্থবক্তুনা যুক্ত-প্রদেশ, বিহার অমস্তুং বাঙ্গালাবোমদা লাক্তুনা সমদ্রদা তাই। হিমালযদগী হৌবকপা যমুনা, গোমতী, ঘঘরা, বাপতী অমস্তুং কুশী ঈবোং অহুগা মহাকাল চীংজাউদগী হৌরকপা শোণ তূরেল লাক্তুনা গঙ্গাগী লমথা দা তিল্লে। গঙ্গা অমস্তুং যমুনাগী তিন্নফমদা প্রযাগ বৌবা তীর্থ লৈ। গঙ্গা অমস্তুং যমুনাগী মরক্তা লৈবা মফম অদুবু দোয়াব কৌই। যুক্তপ্রদেশতা দোযাব হাযবা লমদম অসিগী লৈপাক য়াম্না লৈহাও চেল্লি।

সমদ্রদা তাগ্রিবৈদা গঙ্গাদগী অচৌ থপিশক মশা য়াম্না লোতখিহুনা খা বঙ্গগী মযাযদা চেনদুনা সমদ্রদা তাই। মশা মযাম অসিগী মবক্তা ভাগীবথী অমস্তুং মধুমতী অথোইবনি। ভাগীবথী কলিকাতাগী মনাক্তা হুগলী হায়না মমিং কৌহুনা সমদ্রদা তাই। হুগলাগী তাফমদা সাগরতীর্থ। ভাগীরথীগী থোকফমদগী গঙ্গা অসি পদ্মা হাযনা কৌহুনা গোয়ালনদগী মনাক্তা ব্রহ্মপুত্রগা তিন্নৈ অমস্তুং মফম অহুদগী পদ্মা হায়না

থরা লাপনা চেঙ্থিদুনা ঢাকা জেলাগী রাজবাড়ী কোবা মফমগী নোংপোক থরা ওইনা মেঘনা তুরেলগা তিন্নদুনা মেঘনা হায়না নোয়াখালীগী মনাক্তা সমুদ্রদা তাই।

তুরেল—চীংদগী কুমথরকপা মতমদা ঈচেল কন্না মখারোমদা চেঙ্গে অমসুং অদুগী মতুংদস্থ মথং মথং অনেম্বা লৈবম্বা মফমদা কন্না চেল্লি তৌইগুম্বসুং লৈভেম মান্নবা লমদা যৌবন্নবদি তুরেলগী ঈচেল হস্থখি। ঈচেলনা লৈপাক মকুপ অমসুং লৈঙোই মকুপ য়াম্না থাপ্না পুহনা চৎলি। ঈচেল হন্থন্নবা মতমদা তুরেন্না পুরিবা লৈপাক মকুপ অমসুং লৈঙোই মকুপ অদু ঈচেলগা লোয়ননা চেঙ্থিবা ঙমদে, মবম অদুনা তুরেল মখাদা ফমজিন্দুনা লৈ অমসুং অমুক্তং থরা ফমজিন্দুনা লৈথ্‌বা মফম অহুদা পল্লহনা তুরেল্গী ঈচেল অমুকস্থ হেন্না শোষ্ণে, অমসুং মফম অহুদা চাং য়াম্না লৈপাক অমসুং লৈঙোই অস্নম অস্নম ফমজিল্লক্না মপৈ অমা ফারকই। মপৈ অসি মথং মথং চাউখৎলক্না ঈশিংগী মৎক্তা কাখৎলকই অস্নম তৌনা তুরেল মমুংদা লৈতোঙ শেম্মি। বঙ্গোপসাগরগী মপান্দা তুরেলশিংগী তাফমদা তুরেন্না পুথরকপা লৈবাক অমসুং লৈ-ঙোইনা শাবা ঈথৎ য়াম্না লৈ; মাখোইগী মনক্তা হুগলী তুরেলগী তাফম সাগরদ্বীপ অমসুং মেঘনা তুরেলগী তাফমদা দক্ষিণ সাহাবাজপুর, হাতীযা অমসুং সন্দ্বীপ মমিং চৎলি। সাগরদ্বীপতা গঙ্গাদা ঈরুজননবগী মরমগীদমক মী য়াম্না তিল্লি। সন্দ্বীপ খৃষ্টগী চহিচা তরাতরেৎতা মগ অমসুং পর্তুগীজ ঈশিং ডাকুশিংগী থুংফমনি হায়না মমিং চৎলম্মী। গঙ্গা অমসুং ভাগীরথী তুরেলগী তিন্নফমদগী পদ্মা অমদি মেঘনা তুরেল নোংপোক-লোমদা অদুগা ভাগীরথী তুরেন্না নোংচুপলোন্দা

চেনখিহুনা অচৌবা লমদম মতুপ অমবু মরু ওইবা কংফালগী শরুক্তগী থায়দোকই। লমদম মচেৎ অসিগী মথাদা অমুক সমদ্রু লৈ; মবম অহুনা অওইবমক মাসি ত্রিভূজগী মওং মানবা ঈথৎ খোইদোকপা অমনি, যেংবদা চাংদম লৈত্রবা "ব" গী মতৌগুমই। তুরেলগী তাকম লৈবা অসিগুম্বা কংফালগী শরুক অসিবু ব-দ্বীপ কৌই। ব-দ্বীপ হায়বা অসি ঈনাংনা শুইখি্বনি। মবম অসিনা মাসিগী লৈবাক য়াম্না লৈহাও চেল্লি।

ব্রহ্মপুত্র তুরেল— (মাইল ১৮০০) মানস সবোবরগী নোংপোক থবা ওইনা হৌবকপা সাম্প, তুরেল আসামদা চংলক্কনা ডিহং হায়না থংনখি হায়না অযাম্বনা নিংনৈ। অদুগা মিসমি চীংদগী হৌবকপা ব্রহ্মপুত্র কৌবা ঈচেল অমা ডিহং তুরেল অসিগা তিন্নহুনা অচৌবা ঈচেল অমা ওইবে। ব্রহ্মপুত্র তুরেল অরাংদা হিমালয চীংজাউ অদুগা মথাদা নাগা অমসুং থাসিয়া চীংগী মরক্তা লৈবা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক কৌবা লৈতেম মাম্নবা লমদমগী ময়াযদা নোংচুপ পাংনা চেল্লি অদুগা মতুংদা গারো চীংগী নোংচুপ ভমখৈদা মথা-রোমদা হাইথরক্কনা যমুনা হায়না চেন্দুনা গোয়ালগুগী মনাক্তা পদ্মা তুরেলগা তিন্নৈ।

## খা-ভারতকী তুরেল।

নর্মদা—মাহাকাল চীংজাউদগী হৌরক্কনা বিন্ধ্য অমসুং সাতপুরা চীংজাউগী মরক্তা চেন্দুনা মমাই নোংচুপপাংনা কাম্বে

উপসাগরদা তাই। মহাদেব চীঙ্জাউদগী থোরকপা তাপ্তী তুরেল নর্ম্মদাগা লাপপা মায়না চেন্দুনা কাম্বে উপসাগরদা তাই। মহানদী মহাকাল চীংজাউদগী থোরক্লুনা মমাই নোংপোকপাংনা বঙ্গোপ সাগরদা তাই। গোদাবরী, কৃষ্ণা অমসুং কাবেরী দক্ষিণাত্যগী অথোইবা তুরেল অহুম অসি পশ্চিমঘাট চীংশাংদগী হৌরক্লুনা মমাই নোংপোকপাংনা বঙ্গোপসাগরদা তাই।

## ব্রহ্মদেশকী তুরেল

ব্রহ্মদেশকী অথোইবা তুরেল ইরাবতী পাটকৈ চীংজাউগী নথারোমগী হৌরক্লুনা ইওমা চীংশাংগী মরক্তা চেল্লক্লুনা বঙ্গোপসাগরদা তাই। থিট্রাং তুরেল ব্রহ্মদেশকী মযায়দগী হৌবক্লুনা পেগু অমসুং পোযাংলোযাং চীং অনিগী মরক্তা চেন্দুনা মার্ত্তাবান উপসাগরদা তাই। সালুইন ব্রহ্মদেশকী অনিশুবা অচৌবা তুরেল্নি, তিববতকী নোংপোক চিদাইদগী হৌরক্লুনা মার্ত্তাবান উপসাগরদা তাই।

## ইশিং মুংশিং [হারা]

করিগুম্বা লৈবাক অমগী হারা করম তৌবগে হায়রবদি লৈবাক অদুগী নিংথম্বা, ওলাংবা, নোংচুবা, মুংশিংকী অকংবা অমসুং অচোংপা মতৌ অসিনচিংনা শীংথাগদবা ওই।

ভারতবর্ষদা মহৌশানা ওলাংবা, নোংচুবা অমসুং নিংথম্বা ঋতু অহুম অসিগী খেন্নবা থোইদোক হেন্দোক্লা উবা ফংই। কাইরেন, লমদা, শজিবু অমসুং কালেন থাদা ওলাংবা কাওই; ইঙা, ইঙেল থবান অমসুং লাংবন্দা নোং চুই, মুংশিং য়াম্না চোংশি অহুগা মেবা, হিযাঙ্গে, পোইন্থু অমসুং রাকচিং থাদা নিংথম্বা কাওই। চাওরাক্লা হায়রবদি ভারতদা নোং মরাং কাযনা তাই; তৌইগুম্বসুং দেশ অসিমক্তদা নোং খজিক্তা তাবা মফমস্থ লৈবি।

নোংগী ঈশিং ওন্নবগীদমক ইরায় লায়বা যন্ত্র মথল অমা লৈ, মাদুবু নোংদা ওন্নবা যন্ত্র (Rain-Gauge) কৌই। যন্ত্র অসি মপানদা করিগুম্বা অহাংবা লকম অমদা থম্মে। নোংদা ওন্নবা যন্ত্র হা'বা অসি কোঙৌগী উতোং মথল অমনি উতোং অদুগী মসুংদা বোতেল অমা অমসুং উতোংগী মমাই খুম্ব' লারে অমা (বোতোলদা থাউনচিংবা, হাপননবগীদমক মগৌল অরাওবা উতোং মথল অমনি) লৈ। উতোং অদুগী মগৌদা তাবা নোং অদুতা লারে মসুংদা চেম্থিল্লনা বোতোল মসুংদা চুংই, হায়বদি উতোং অদুগী মপানদা (অহাংবা লমদা) তাবা নোংগী ঈশিং মাদুগী মসুংদা চেন্না ওমদে। ঈশিং অসি ওন্নবগীদমক দাগ থাবা লিক্লিগী গ্লাস অমা লৈ। অহিং মুংথিল নোং তারবগী মতুংদা অবুক অঙনবদা গ্লাস অদুনা বোতোলগী ঈশিং ওন্দুনা মমাংগী মুমিত্তা ইঞ্চি কয়া নোং তারম্বগে হায়বা খঙবা ওমই। নোংদা ওন্নবা যন্ত্র সহরদা অচৌ অচৌবা খুঙ্গংদা থম্মে। সরকাবগী থবক তৌবা মুপা অমনা মুমিং খুদিংগী নোং তাবগী হিসাব থমই। হিসাব অসিগী লাইরিক মেংতনা করম্বা মুমিত্তা, করম্বা চয়ো-

লদা টঙ্কি কয়া নোং তাবগগে হায়বা খঙব্‌া ওমই।

সমদ্রদগী হৌরকপ মুংশিংনা অচানবদা শিংলকপা লমদমদা মহৌশানা খরা য়াম্না নোং তাগল্লি। বঙ্গদেশগী থাদা সমদ্র লৈ। কালেন থাগী অরোইবদগী বাঙ্গালাগী মথক্তা ঈশিং মনিল পুবা মুংশিং শিংলকই মবম অসিনা মতম অসিদা বাঙ্গালাগী মফম পুম্নমক্তা নোং চাম্না তাই। ঈশিং মনিল পুবা মুংশিং অসি হিমালয়গী অইংবা মথা শোক্লবগা থীনদনা ঈশিং মনিল পুবা ওল্লি মবম অসিনা দর্জিলিঙ অমসুং খাসী মনাক্তা লৈবা লমদমদা নোং যাম্না তাই। দাজিলিংদা চহিদা চাউরাক্কী হিসাবতা ইঞ্চি ১০০ দগী ১৫০



ফাওবা নোং তাই। বাঙ্গালাগী অতোপ অতোপপা মফমদা চাউরাকী হিসাবতা ইঞ্চি ৭০ দগী ৮০ ফাওবা নোং তাই।

শক্তিবুদগী লাংবন ফাওবা থা নোংচুপ মাইকৈদগী ভারতকী মথক্তা মুংশিং শিংলবই। মুংশিং অসি অহানবদা আরব সাগর অমসুং মতুংদা বঙ্গোপসাগরগী মথক্তা শিংলকই অমসুং মাখোই ঈশিং মপৈ অত্থগা থেংনবদা ঈশিং মনিল য়াম্না পুখংলি। আরব সাগরদগী লাবপা মুংশিং অদু অহানবমক্তদা পশ্চিমঘাট চীংশাংদা থেংই; মরম অসিনা দক্ষিণাত্যগী নোংচুপ চিদাইদা নোং য়াম্না তাই, পশ্চিমঘাট চীংশাং লাম্থোক্লবদা শিংলিবা মুশিং অসিদা য়াওবা ঈশিং মনিল চাং য়াম্না মযেং তাই অমসুং মফম অত্থদগী মাসি ভারতকী ময়ায়দা চংখিদুনা তাপ্তী অমসুং নর্মদাগী তম্পাক্তা নোং থরা খিক্লমহুনা মধ্যপ্রদেশদা লাক্না থুংলে অমসুং নগপুরগী চীংশাংদা থেংহুনা মফম অদুদা নোং থরা য়াম্না তাই। অত্থগী মতুংদা, থা নোংচুপকী মুংশিং অসি বঙ্গোপসাগরগী মথক্তা শিংলি অমসুং লমখাংদা ঈশিং মনিল য়াম্না লৌখত্না হিমালয় চীংজাউ, খাসিয়া অমসুং জযান্তুযা চীং অদুগা আবকান অমসুং টেনেসেরিম চীংশাংদা লাক্না থেংই; মরম অদুনা মফম পুম্নমক অসিদা নোং য়াম্না তাগ। আরব সাগরদগী শিংলকপা মুংশিং অদু সিন্ধু অমসুং রাজপুতনা-রামদমু লাকই, মাত্থগী ঈশিং মনিল অত্ত নোংচুপ ভারতকী লৈঙোইলম য়াম্না শাবা মরম্না ইংগনা নোং ওনবা ওমদে; মরম অত্থনা নোংচুপ ভারত্তা নোং য়াম্না রাংনা তাই। মুংশিংকী ইচেল অসি অরাং-নোংপোক মাইকৈদা চংখিদুনা হিমালয় অমসুং আসামগী চীংশাংদা পল্লুই। মরম অসিনা

অরাং নোংপোক ভারত্তা নোং য়াম্না তাই ; অহুগা আসামগী খাসিয়া চীং অম্মুম ওইনা মুংশি-কী ঈচেল অমসুং বঙ্গোপ-সাগরগী মথকতা লাকপা মুংশিংকী ঈচেল অনি অসিগী মচীনদা লৈবা মরম্না, মকম অহুদা, খোইদোকপদি চেরাপুঞ্জিদা, পৃথিবীগী মমুংদা খ্বাইদগী হেন্না নোং তাই।

মেরাদগী লমদা ৎ। ফাওবা ভারতকী অরাং-নোংপোক মাইকৈদগী মুংশিং শিংলি। মুংশিং অসি হিমালয়গী উল মপেগা খেংনরকই হায়দুনা য়াম্না ইংই ; অদুমকপু কংফান্দা শিংলকপা মরম্না মাসি চোক্তে। তোইগুম্বসুং অরাং-নোংপোক-লোমদগী মুংশিং অসি মান্দ্রাজ প্রেসিডেনসিগী মথকতা শিং-লদ্রিঙৈদা বঙ্গোপসাগরগী ঈশিং মপেগা খেংনহুনা ঈশিং মনিল য়াম্না খোমগংলি ; মবম অহুনা নিংথমথদা মান্দ্রাজ প্রেসি-ডেনসিগী নোংপোক থংবা শরুকতা নোং তাই ; অতে মকম অমদদি তাদে।

সমদ্রদগী কংফাললোমদা শিংলক্তুনা লৈচিল অমসুং নোং খোকহল্লিবা ইশিংগা মনিলনা খল্লবা মুংশিং অদুবু মৌসুমী মুংশিং কৌই।

### ঈশিং মুংশিংকী থবক।

লৈবাক্তগী হোৌবা পাম্বী, শা, ঙা অমসুং মী ওইবগী অবু অসি ঈশিং মুংশিং (হয়া) গী মতুং ইল্লি।

বাঙ্গালা লৈবাক্তা, মান্দ্রাজ অমসুং বোম্বেগী সমত্রু নকপা লমদমদা নোং যাম্না তাই অদুগা লম পুম্নমক অসিগী লৈপাক য়াম্না চোংলি। বাঙ্গালা দেশকী লৈপাক মথক্তা অমুক চহি খুদিং তুরেন্না পুথবকপা অনৌবা ঈনাং তাই। মরম অদুনা বাঙ্গালা দেশতা শাহিদগী য়াম্না হেন্না ফৌ হৌই। চাউরাক্লা গঙ্গা অমসুং ব্রহ্মপুত্রগী নাকল অনিগী ঈনাং তাবা লমদমদা অদুগা মান্দ্রাজ অমসুং বোম্বে উপকুলদা ফৌতনা মরু ওইনা পোকই। ওথাক্লা ফেম্বা অমসুং য়াম্না চোংপা লমদমদা লীমোন পাম্বী য়াম্না হৌই। বাঙ্গালা দেশতা অসিগুম্বা লমদম্না যাম্না হেল্লি; মরম অসিনা বাঙ্গালাদা লীমোনসু য়াম্না হৌই।

ওথাক্লা রাংবা অমসুং অবংবা লমদা গেহু, ফৌমানবী অমসুং চুবচাক যাম্না থোকই।

অরাংনোংচুপ থংবা লৈবাক্কী (যুক্ত প্রদেশ অমসুং পঞ্জাবকী) লমদম ওথাক্লা চোংই অমসুং মথম তদুদা নোং যাম্না তাদে হাযদুনা লৈপাক য়াম্না কংই। মরম অসিনা যুক্ত প্রদেশতা অমসুং পঞ্জাবতা চাং যাম্না গেহু ফৌমানবী অমসুং চুকচাক চৌই। ফৌ বাঙ্গালা দেশকী মরু ওইনা থোকপা পোংনি, অদুনা চেং বাঙ্গালীগী অথোইবা চিঞ্জাকনি। গেহু, অরাং-নোংচুপ লমদমগা মরু ওইবা অথোকপা পোংনি, মরম অসিনা গেহুগী যাম লমদম অসিগী মীগী অথোইবা চিঞ্জাক্লি। নোং মরাং কায়না চুদবা মবম্না অরাংনোংচুপ লমদমগী লৌ-উবশিং অযাম্বা মফমদা গুহাদগী ঈশিং শোক্তনা লৌবুক্তা চাইবা তাই। ম্নাসি যাম্না রাবা থবকনি। গবর্ণমেন্টনা লৌউবশিংগী ঈশিং রাংপা অসি কোক্লনবগীদমক হুরেল

নত্রগা চাউর চাউরবা ঈশিং লৈফমদগী থোং তৌহনা লৌবু৯। ঈশিং চাইননবা থোরাং তৌবিরে। পঞ্জাবতা যুক্তপ্রদেশতগীসু য়াংনা নোং তাই। পঞ্জাবতা খুৎন তৌবা থোং ময়ামগী মমুং পুল্লপনা মাইল ১২০০০ নি। মাইল অমা শাংবা অসি-শুম্বা থোং অমনা বর্গমাইল অমা পাকপা লমগী অকংবা মতৌ অছু কোকহনবা ঙমঈ।

অমুবা অমসুং শুমুগী শরুক লৈবা লৈপাক্তা লশিং নিংথিনা হৌঈ। অমুবা লৈপাক (লৈমূ) দা মুমিং য়াম্না কুঈবা ফাওবা মহি লৈ। দক্ষিণাত্যদা অমসুং বোম্বে লমদমগী অয়াম্বা লৈপাক মুই অমসুং শুমু য়াম্নে অতুগা নোংগী ঈশিং য়াংলবসু লৈপাক লৈহাও কাই। মহম অসিনা লমদম অনি অসিদা লশিং য়াম্না হৌই।

নোংদি মরাং কায়না তাবা, অতুমদি ওইরগা ওম্বা মরম্না ঈশিংদি তূংবা ওমদবা লমদুদা চা থোকই। আসামদা দার্জিলিং জেলাদা, ছোটনাগপুর কৌবা লমদমদা, পঞ্জাবকী অরাং চিদায়দা অমসুং মালবার উপকূলদা চা য়াম্না হৌঈ। মান্দ্রাজগী ওথাক্লা কংবা লমদা সিনকোণা পাম্বী (পাম্বী অসিগী মকুদগী কুঈনাঈন শেমঈ) অমসুং কাফি (পাম্বী অসিগী মপানগী মরুদগী চাওম্বা থকননবা পোৎ অমা শেমঈ) হৌঈ। নখোয়না লৌউৎদগী থোকপা পোৎ উংলিবা মানচিত্র মুন্না য়েংলবদি ঈশিং লুংশিৎকী পাম্বেনা ববম্বা মফমদা করম্বা পোৎচৈ হৌবগে হায়দা খঙবা ওমগনি।

লৈবাক্কী মহিক্তনা লৈবাক্কগী হৌবা পাম্বীগী অথোম্নবা

চিঞ্জাক্লি। অচৌ অচৌবা পাম্বীগী মবা লৈপাক মথাদা যাম্না থাপনা চংলি অমসুং লৈপাক্কী মহি চুপথংলি। মহি অসি পাম্বীগী মউ অমসুং মশা মবেংগী মশিং মমুংদা চেনখিহুনা উনা, মপাল অমসুং মহৈ তান্না চংখি অমসুং মাহুনা পাম্বী হিংহুনা লৈ। অহেনবা মহিদি নুমিৎকী মৈশানা মনিল ওয়না পায়খি। নত্রবদি পাম্বী পুম্নমগদবনি। মবম অসিনা নোংসু মবাং কাযনা তাবা অমসুং নুমিৎকী মৈশাসু নিংথিনা শাবা মফম অদুদা অৎকপা উমং উবা ফংই। লৈবাক্কী মথক থংবা লৈরোল খরতা চোঙ্গনা লৈবা লম অতুদা নাপী-শীংনা নত্রগা পাম্বী মচা মচাতা হৌই। হিমালয চীংজাউগী মখারোনদা, মালাবাব উপকূলদা অমসুং আসামদা নোং যাম্না চুই। মবম অসিনা লমদন পুম্নমক অসিদা অচৌ অচৌবা উমং উবা ফংই। মালাবাব উপকূলদা অমসুং আসামদা সেগুন পাম্বী হৌই। উমংদা শাল পাম্বী হাই। হিমালয়দা দেওদাব কৌবা উগী উমং যাম্না লৈ। হিমালয চীংজাউদা মতম কুইনা উল লৈ অমসুং দেওদার উমংগী ঙমখৈগী মরক্তা লৈবা চীংশিং অদুদা নাপীঙাক্ত। হৌই। মাহুক্কী মরমদি অসিনি লমদম অদুদা অসুপকী মতিক ইংই উ-ম্নাগী দমক কাম্নবা মুংশা অত্থক মফম অত্থদা লৈতে, মরম অহুনা মফম অদুদা নাপী নত্তনা উ-ম্না হোদে। নাপী হৌবা লমদম অসিদা চীংদা তাবা মীশিংনা মপে মপে ওইনা য়াও অমসুং হামেং শেল্লি।

শা ঙাসু ঈশিং মুংশিংকী মতু ইল্লি। অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্কী ঈশিং মুংশিং তোঙাল তোঙাল্লি, শা ঙাসু তোঙাল তোঙাল্লি। চুম্রা লৈবাক্তা অচৌ অচৌবা মতু পানবা শাঙাক্তা উবা ফংই। ঐখোইগী দেশকী শাগী মশাদা

অহুপ পৌবা মতু হৌদে। মথক মথা অযাম্বা শা, উচেক, তীলকাং মহৈমরোংনা শংলবা লৈবাক্কদা উবা ফংই। অয়াম্বা শানা নাপী, উনাশীংনা চাদুনা হিংই। মুংশা অমসুং নোং মরাং কায়বা মরম্মা ভারতবর্ষদা নাপীশীংনাগী অরাংপা লৈতে। ভারত্তা নাপী চাবা শাগী মশীং য়াম্না য়ামই। শল, ঈরোই হমেং, লোলা অসিনচিংবা য়ুমদা যোকপা শানি, নারঙ্গা শামু, কৈ, শামুগঙ্গা, লমইরোই, শজি অসিনচিংবা শা য়াম্না উবা ফংই। আশামদা, ভারতকী নোংচুপ উপকূলদা অমসুং ব্রহ্মদেশকী নারঙ্গা শামু লৈ।

মীওইবগী মথক্কস্থ ঈশিং মুংশিংনা তৌবা ভুম্বা মতিক কয়া উংলিবা। যাম্না নিংথম্বা লৈবাক্কী মীগী হৌনবী লমচংকা, যাম্না ওলাংবা লৈবাক্কী মীগী হৌনবী লমচংকা যাম্না খেন্নে। চীংদা তাবা মীশিংনা লৈতেম মাম্নবা লমদমগী মীশিংদগী হেন্না অম্নাবা খাংহৈ, কল্লি অমসুং থৌনা ফৈ। চীংদা মহৌ-শানা নিংথম্বা অমসুং নোং তাবা য়াম্না হেল্লি; চীংদা তাবা মীশিং য়াম্না হেন্না নিংথম্বা অমসুং নোং খাংবা তাই। মাখোই চীংদা চংপদা কয়া নোম্বা তাই। চীংদা তাবা মীশিং অয়াম্বা মতমদা হিংনা তৌবা লমলক্কী শা গেংনৈ। অদুনা মাখোই মহৌশানা থৌনা ফৈ। চীং মথক্কা লৌ উবা য়াম্না লুই। ইফুত্তগী খোং তৌদুনা মুংগী পম্না কোয়শিনবা লমদা ঈশিং চাইদুনা চীংদা তাবা মীশিনা থাবা মহৈ মরোং অদুস্থু মাখোই পুম্নমক্কী মথক্কাই হিংনবগা মরমদা নিংবা থুংবদি থোক্কে। লৈতেম মাম্নবা লমদমদা ঈশিং মুংশিং থক্কাই হিংনবগী মরমদা মহৌশানা ক্কায়োং চাই হায়দুনা মকম অহুগী মীশিং চীংদা তাবা মীশিংগী মক্কৌশুম্না অহুক য়াম্না অম্নাবা

থাংবা তাদে অমসুং অতুক য়াম্না নোম্বা তাদে; মরম অতুনা মাথোই থরা শোল্লি অমসুং থবক শূনিংদে।

অমুক ঈশিং নুংশিৎ থরাই হিংনববগী মরমদা রায়োং চাবা মফম অতুদা মীশিং যামই। মরম অতুনা উম্না কুপপা লৈবাক্তা, লৈকং-লাদা মী য়াম্না তাদে। ঈশিং নুংশিৎকী



ভারতবর্ষগী মীশীং উৎপা মানচিত্র।

ভৌবা ওম্বা পাঙ্গম্বা মফম অমগী লৈপাক লৈহাও চেল্লি, অতোপপা মফম অমগী লৈপাক লৈহাও চেনদে। চানবা পোৎ-চৈ মরাং-কায়না থোকপা মফম অতুদা মী য়াম্না তাই (মীশ'ং উৎপা মানচিত্র য়েংউ)। গঙ্গা তুরেলগী নাকল অনিদা, মাদ্রাজ উপকূলদা অমসুং বোম্বে উপকূলগী শরুক খরদা মীশীং য়ামই। (নাংজু লেপপা অমসুং লাউবদগী থোকপা পোৎ উৎপা মানচিত্র য়েংউ) প্রদেশ পুম্নমক অতুদা নোং য়াম্না চুই অমসুং লৈপাক য়াম্ন' লৈহাও কায। অমুক হন্দোক হঙ্গিল চ'পদা অমসুং লল্লোন ইতিক তৌবদা খুদোং চাবা মফম অদুদা মীশীং য়ামই হায়বা উবা ফংই। লল্লোনথমদা অমসুং বন্দরদা মীশীং য়ামই।

শা—ভারত্তা নাপী চাবা জীবগী মশীং য়াম্না য়ামই। শল, ঈরোয়, ছামেং, লোলা অসিনচিংবা য়ুমশাতসু নত্তনা নারক্তা শামু, কৈ, শামুগণ্ডা, লমঈরোয়, শজি অসিনচিংবা শা য়াম্না উবা ফংঈ। আসামদা, ভারতকী নোংচুপ উপকূলদা অমসুং ব্রহ্মদেশকী নারকতা শামু লৈ।

খোংদগী থোকপা পোৎ—ভারতবর্ষদা মৈতাল, সনা, মমল য়াম্বা নুং, থুম, শুনুনুং অমসুং কোঙৌগী খোং অত্থগা থাউগী ঈফুৎ লৈ। রাণীগঞ্জদা, বিহার অমসুং উরিষ্যা প্রদেশকী মমু'চনবা ছোটনাগপুর বিভাগতা অমসুং নর্ম্মদাগী তোর্ব্বানদা মৈতালগী খোং লৈ। আসামদা মৈতাল, কেরো-সিন থাউ অমসুং মৈতালসুং চাং য়াম্না ফংঈ। দক্ষিণাত্যদা সনা অদুগা ব্রহ্মদেশকী মগক জেলাদা রুবি কৌবা মমল য়াম্বা নুংগী খোং লৈ। ব্রহ্মদেশতা লৈবা টেনেসেরিম বিভাগতা

কোঙৌ অদুগা মধ্যভারতকী পাৎ পুম্নমক্তা থুম ৰৎ।

শাসনগী পথাপ—ভারতবর্ষগী নিংথৌরেল মঙাশুবা জর্জ্জ লণ্ডনদা লৈ। মাহাক অমুক যুবরাজ ওয়রিঙৈদা অদুগা অমুক্তা সিংহাসনদা কাবা মতমদা ভারত্তা লাকখি। নিংথৌরেল মঙাশুবা জর্জ্জনা অনিরকশুবদা ভারত্তা লাকখিবা মতমদা (ডিসেম্বর ১২ ইং ১৯১১) দিল্লীদা দরবার অমা তিল্লি। (চহি খুদিংগী ডিসেম্বরগী তারিখ ১২) দা এৰোইগী স্কুল কলেজ থিংই। ভারত সাম্রাজ্যগী থবক ইখাং শীললাংবিনবগীদমক ইংলণ্ডদা নিংথৌরেলগী মন্ত্রী অমা লৈ। মাগী মমিং সেক্রেটেরী অব ষ্টেট। সেক্রেটেরী অব্ ষ্টেটকী মথাদা নিংথৌরেলগী মহুৎ ওইনা, মহৌশানা চহি মঙাগীদমক, অচৌবা ফম্নাইবা মুপা অমা ভারতবর্ষদা শাসন তৌননবগী দমক হাপই। মাহাক গবর্ণর জেনারেল অমসুং ভাইসরয় হায়না থংনৈ। প্রদেশ খিবিক্কী গবর্ণর অমসুং চীফ কমিশনারনা লৈবাক লাকপগী হিরমদা হায়খিবা নিংথৌরেনগী মহুৎ অহুবু মতেং পাংই।

শাসনগী বিভাগ—ব্রিটিশ নিংথৌনা ভারতবর্ষগী মফম পুম্নমক মশামক্তা শাসন তৌদে। অয়াম্বা মফম দেশকী নিংথৌশিংগী মপা পোল্লি। দেশকী নিংথৌশিংনা ব্রিটিশ নিংথৌগী মথাদা মাগী মাগী হৌনবী মভুংইম্না মরৈবাক শাসন তৌই। মাথোইনা ব্রিটীশ নিংথৌদা চহি খুদিংগী লোইপোং হাই। মরম অহুনা মাথোইবু লোইপোং হাবা নিংথৌ অমসুং মাথোইনা লাকপা লৈবাকশিং অহুবু লোইপোং হাবা লৈবাক কৌই। গবর্ণর জেনারেলগী মহুৎশিনবা মুপা অমনা লৈবাক লাকপগী

হিরমদা দেশকী নিংথৌশিংবু পাউতাক পীরি। নিংথৌপানবা অচৌ অচৌবা লৈবাক্তা মহুৎশিনবা মুপা অমমম লৈ, মাহাকপু রেসিডেন্ট কৌই। অমুক মহুৎশিনবা মুপা অমগী মথুক্তা নিংথৌপানবা লৈবাক মচা মচা কয়ামরুমগী মিংয়েং চংননবগী ৎবক শিন্দূনা লৈ মাহাকপু এজেন্ট অমসুং মাহাকী মথাদা লৈবা নিংথৌপানবা লেবাকশিং অদু পুল্লপনা এজেন্সি কৌই। ব্রিটিশ শাসনগী মখাপোনবা প্রদেশশিংগী মমুংদসু অপিক অপিকপা নিংথৌপানবা লৈবাক কয়ামরুম লৈ। লৈবাকশিং অদুগী নিংথৌশিংনা প্রদেশ লাক্লিবা মপু অদুগী মিংয়েং মথাদা লৈদুনা মাগী মাগী লৈবাক লাকই। ভারত্তা মনিংতম্বা লৈবাক অনিথক লৈ। লৈবাক অনি অসিগী মপুনা ব্রিটিশ নিংথৌগা লোয়ননা তাইশিন্নবা লাংরিক ইনবা লৈ। অসিদসু নত্তনা দেশ অসিদা মীরৈবাক্কী ফরাসী অমসুং পর্তুগীজশিংনা লোইচনবা লমদম ৎরসু লৈ। মরম অদুনা ভারতবষ অসি শাসনগী হিসাব মতুংইন্না মরি থোক্না খায়রি, মহৃক্ষি :—

(১) ব্রিটীশ শাসনগী মখাপোনবা প্রদেশ ময়াম; (২) লোয়হাবা লৈবাক, (৩) মনিংতম্বা লৈবাক, (৪) মীরৈবাকী লোই।

মথাদা খুদম পুম্নমক অসিগী রারম হায়রি।

গবর্ণরগী মথাদা :—(১ বঙ্গপ্রদেশ, (২) মান্দ্রাজ প্রদেশ, (৩) বম্বে প্রদেশ, (৪) বিহার অমসুং উরিষ্যা প্রদেশ, (৫) আগ্রা অমসুং অযোধ্যা যুক্ত প্রদেশ, (৬) পঞ্জাব

প্রদেশ, (৭) আসাম প্রদেশ, (৮) মধ্য প্রদেশ অমসুং (৯) ব্রহ্মদেশ।

চীফ কমিশনারগী মথাদা :—(১) উত্তর-পশ্চিম সীমান্ত প্রদেশ, (২) ব্রিটীশ বেলুচিস্থান, (৩) আজমীর মারবার, (৪) কুর্গ, (৫) দিল্লী (৬) আন্দামান অমসুং নিকোবর দ্বীপপুঞ্জ।

———

ব্রিটিশ শাসনগী মথাদা লৈবা প্রদেশ ময়াম

১। বঙ্গ প্রদেশ।

বঙ্গ প্রদেশকী নোংপোক্তা আসাম প্রদেশ, মাসিগী অরাংদা নেপাল, সিকিম অমসুং ভুটান লৈবাক, মথাদা বঙ্গোপসাগর অমসুং নোংচুপ্তা বিহার-উরিষ্যা প্রদেশ।

বাঙ্গালা অসি যাম্না চাওব চাউববা লৈতেম মাল্লবা লমনি। অরাং চিদাইরোমতদা দার্জ্জিলিঙ জেলা নত্তনা মাসিগী মথক্তা চীং অচৌবা অতুগা চীং মচা অমতা লৈতে। ময়ায়চবুক অতু লৈতেম মাল্লরবসু অতৈ অতৈ শরুক্তগী হেম্না রাংই। ভুরেল য়াম্না প্রদেশ অসিগী মনুংদা চেন্দুনা বঙ্গোপসাগরদা তাই। লৈহাও চেনবদা বঙ্গদেশ অসি ভারতবর্ষগী মনুংদা খ্বাইদগী অযোইবা মফমনি। বঙ্গগী মফম পুম্নমক্তা, থোইদোকপদি মথাখবা শরকী ঈনাং তাবা অনেম্বা লৈবাক্তা, ফৌ, মবাং কায়না থোকই। খা-বঙ্গদা লীমোনসু লৌ উবদগী থোকপা

অথোইবা পোৎনি। অতৈ অতৈ লৌ উবদগী থোকপা পোৎকী মরক্তা হঙাম মরূ, তিসি, হরাই মখল মখল চু অমসুং হিদাক-মনানা ছথোইবনি। খুংশা হৈবদগী থোকপা পোংকী মরক্তা বঙ্গদেশগী লং নাইহুনা শাবা ফি অমসুং কাত্রংগী ফিনচিংবা য়াম্না চংথোল্লি। লৈন্নুংদগী থোকপা পোৎকী হিরমদসু বঙ্গদেশ অসি রাংপা নত্তে। মাসিগী মন্নুংদা লৈবা দামোদর তুরেলগী তোর্ব্বানদা লৈবা কয়লা (মৈতাল) গী খোং ভারত্তা য়াম্না মমিং চংলি। মাসিদসু নত্তনা ষ্টীম (মনিল) না থোবা খুংলাইগী পাঙম্না প্রদেশ অসিদা লশিং অমসুং কাত্রংগী ফি, থৌরী, বোরাগী ফি, চিনি, চে, সাবন, মখল মখা অয়াম্বা য়োত্তগী থোকপা পোংনচিংবা মরাং কায়না শাই।

বঙ্গদেশকী মীশীং কোটী ৫ রোমনি; মাহুগী মরক্তা হিন্দুগী মশীংনা অয়াম্বনি অমসুং মীশীং পুল্লপ অসিগী তরুকী শরুক অমরোম্না মুসলমান্নি।

বঙ্গপ্রদেশতা বিভাগ মঙাদা জেলা ২৭ থক লৈ, মাহুদি :—

প্রেসিডেন্সি বিভাগ—(১) চব্বিশ পরগণা, (২) নদীয়া, (৩) মুর্শিদাবাদ, (৪) যশোহর, (৫) খুলনা।

বর্দ্ধমান বিভাগ—(১) বর্দ্ধমান, (২) বীরভূম, (৩) বাকঁড়া, (৪) মেদিনীপুর, (৫) হুগলী, (৬) হাবড়া।

রাজসাহী বিভাগ—(১) রাজসাহী, (২) দিনাজপুর (৩) জলপাইগুড়ি, (৪) মালদহ, (৫) রংপুর, (৬)

বগুড়া, ( ৭ ) পাবনা ( ৮ ) দার্জ্জিলিঙ্।

ঢাকা বিভাগ ( ১ ) ঢাকা, ( ২ ) ময়মনসিংহ, ( ৩ ) ফরিদপুর, ( ৪ ) বাখরগঞ্জ।

চট্টগ্রাম বিভাগ—( ১ ) ত্রিপুরা, ( ২ ) নোয়াখালি, ( ৩ ) চট্টগ্রাম, ( ৪ চীং লৈবাক চট্টগ্রাম।

কলিকাতা য়াম্না চাউরবা সহর অমনি, মাসিগী মীশীংস্যু য়াম্না য়ামই। মরম অসিনা মাসিবু তোঙানবা জেলা অমনি হায়না শীংখানৈ।

## অথোইবা সহর।

কলিকাতা—হুগলী তুরেলগী মপানদা, বাঙ্গালাগী কোন্নুংনি। মমাংঙৈদা মাসি ভারতবর্ষগী কোন্নুং ওইরম্মি। কলিকাতা এশিয়াগী মন্নুংদা খ্বাইদগী হেন্না চাওখৎলবা সহরনি। মাসি ভারতবর্ষগী মন্নুংদা মহৈমণিং তম্বা অমস্যুং লল্লোনবগী খ্বাইদগী অথোইবা ময়োম্নি। খিদিরপুর—কলিকাতাগী মখাদা, হুগলী তুরেলগী মপানদা। মফম অসিদা সমক্রুদা চৎননবা জাহাজ ময়াম লেমশাই। আলিপুর—কলিকাতাগী খা নোংচুপলোমদা, চব্বিশ পরগণা জেলাগী অথোইবা সহরনি। ভারতবর্ষগী কোন্নুং কলিকাতাদা ওইরিঙৈদা বঙ্গগী ছোটলাটনা মফম অসিগী বেলভিডিয়াগী দালানদা লৈরম্মি। কৃষ্ণনগর—নদীয়া জেলাগী অথোয়বা সহরনি। নদীয়া—ভাগীরথী তুরেলগী মপানদা। সংস্কৃত তমনবগী ময়োম্নি হায়দুনা মমিং চৎলি। খুইগী কুমশীং

১২০৩ দা মুসলমানশিংনা লোইচনখিবা অতুগী মমাংদা নদীয়া বঙ্গগী কোন্নুং ওইরম্মি। নবদ্বীপ—নদীয়া জেলাদা শ্রীচৈতন্যদেবগী পোকফমনি, বৈষ্ণবশিংগী অথোইবা তীর্থনি। শান্তিপুর—লং নাইদুনা শাবা ফিগীদমক ফাওই। মুর্শিদাবাদ—ভাগীরথী তুরেলগী মপানদা, বাঙ্গালাগী নবাবকী কোন্নুং ওইরম্মি। বর্দ্ধমান—দামোদর তুরেলগী মপানদা। মফম অসিদা মমিং চংলবা জমিদার অমা লৈ; মহাকী ফমদি "মহারাজা" হায়। বর্দ্ধমান জেলাগী মনুংদা লৈবা রাণীগঞ্জ, মৈতাল অমসুং যোংকী খোংগীদমক মমিং চংলি। তমলুক—মেদিনীপুর জেলাদা রূপনারায়ণ তুরেলগী মপানদা। থাযনা মমাংঙৈদা বৌদ্ধশিংগী কোন্নুংনি অমসুং অচৌবা বন্দরনি হায়না মমিং চংলম্মি। হুগলী—ভাগীরথী তুরেলগী মপানদা, বর্দ্ধমান বিভাগকী অথোই-বা সহরনি। ইংরেজশিংনা বঙ্গদেশতা মফম অসিমক্তদা ইহান চানবদা কুঠি শাঙ্গি। হাবড়া—হুগলী তুরেলগী মপানদা, য়াম্না চাউরবা অতাওবা খোংনা কলিকাতাগা শম্নহল্লি। ভারতকী মনুংদা অথোযবা বেলষ্টেশন অমনি। হাবড়া সহরগী খারোমদা শিবপুর কৌবা মফমদা চাউববা ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজ অমা লৈ। শিবপুরগী পাম্বীশীংনাগী লৈকোল ( Botanical Garden ) পৃথিবীগা মনুংদা মমিং চংলি। রাজসাহী—মমিং অসিমক কৌবা জেলাগী অথোইবা সহরনি। জলপাইগুড়ি—রাজসাহী বিভাগকী কমিশনারগী লৈফমনি। দার্জ্জিলিঙ—হিমালয়গী ফুট ৭০০০ রাংবা মথা অমগী মথক্তা লৈ। মমিং চংলবা হকচাং ফনরবা মফম অমনি অমসুং বাঙ্গালাগী গবর্ণরগী ওলাং-থাদা লৈফমনি। পাবনা—তরেংদা নাঙ্গইদুনা শাবা লংগী ফিগীদমক মমিং চংলি। সিরাগঞ্জ—[illegible] যোনবগী [illegible] মফমনি। ঢাকা—[illegible]

কোংনুংনি হায়না শীংখানৈ। মফম অসিদা বিশ্ববিদ্যালয় অমা লৈ। ঢাকা, নাইহুনা শাবা ফি অমসুং মোইবুংনা শাবা লৈতেংগীদমক মমিং চৎলি। মতম অমদা মাস্লি মুসলমান-শিংগী কোনুং ওইরম্মি। নারায়ণগঞ্জ—ঢাকাগী বন্দরনি, লীমোনগী লল্লোনইতিক্কীদমক মমিং চংলি। ময়মনসিংহ—অয়াম্বা জমিদারগী লৈফমান। বরিশাল—বাখরগঞ্জ জেলাগী অথোইবা সহরনি। বাখরগঞ্জ জেলাদগী চেং য়াম্না বাঙ্গালাগী অতোপ অতোপ্পা জেলাদা থাখি। চট্টগ্রাম—নোংপোক বঙ্গগী সমুদ্রগী বন্দরনি।

নিংখৌপানবা লৈবাক—কোচবিহার—কোনুংদি কোচবিহার-নি। চাংলৈবাক ত্রিপুরা—কোনুংদি আগরতলানি। সিকিম—গঙ্গটক কোনুংনি।

ফরাসীগী লোইচন্দন নগর, হুগলীগী মনাক্তা।

## ২। মান্দ্রাজ প্রদেশ।

ভারতবর্ষগী নোংপোক উপকূলদা চিল্কা পাত্তগী দক্ষিণাত্যগী মথা মাংবৈদা লৈবা শরুক পুম্নমক লোম পুনশিল্লগা মান্দ্রাজ প্রদেশ ওই। পূর্বঘাট চীংশাং পুম্নমক, মালাবার উপকূলগী অয়াম্বা শরুক অমসুং পশ্চিমঘাট চীংশাংগী চাউরবা শরুক অমা প্রদেশ অসিগী মনুংদনি।

প্রদেশ অসিগী সমুদ্র মপান্দা নোং মরাং কায়না তাই। মালাবার উপকূল পাক্লবা নাবকপী-লক ওইবা লমদমনি।

মাস্রাজদা বঙ্গগী মতৌগুম্না থোইদোক হেৎলা লৌ উই; তৌইগুম্বসুং মাসিগী লৈপাক মুংনা থল্লি অমসুং লৈঙোই ওইনা তৌই হায়ত্নবা বাঙ্গালাগী লৈপাক্কী মতৌগুম্না অদুক লৈহাও চেন্দে। উপকুলদা লৈবা অগোংপা লৈপাক্তা চাং য়াম্না কৌ ংমসুং য়ুবী পাম্বী হৌই। ওথাক্লা কংব লমদা সিনকোনা পাম্বী (পাম্বী অসিগী মকুদগী কুইনাইন শেমই) কাফি (লৈ জাৎ অমনা মকনি, মাসিদগী চা-গী মতৌগুম্বা থরনবা পোৎ শেম) চা, হিদাকমনা, চু অসিনচিংবা য়াম্না থোকই।

প্রদেশ অসিগী মীশীং কোটী ৪ রোমনি। মাহুগী মনুংদা কোটী ৩; রোম্না হিন্দুনি, অবেম্বা অহুগী লক্ষ ৩০ না মুসলমাননি অমসুং লক্ষ ২০ না খৃষ্টাননি। মাদ্রাজদা লৈবা মীশিং দ্রাবির জাৎকী মচামশুনি। তামিল, তেলেগু অমসুং কানারি মাথোইগী লোম্লি। প্রদেশ অসিগী হিন্দুশিং দ্রাবিড়ী হিন্দু হায়না কৌনৈ।

অথোইবা সহর—প্রদেশ অসিগী কোম্নুংদি মাদ্রাজনি, ভারতবর্ষগী মনুংদা অহুমসুবা চাওথোলবা সহরনি। অদুম্নদি ওইরগা মফম অসিগী হিথাংফম য়াম্না রাযোং চাদে হায়দুনা মাসি লল্লোনইতিকী হিবমদা অদুক য়াম্না খুদোং চাবদি থোক্কে। মাহুরা—থাইনা মমাংঙৈদা পাণ্ড্য কৌবা হিন্দু লৈবাক্কী কোম্নুং ওইরম্মি। মাসি হিন্দুশিংগী তীর্থ মফমনি। মফম অসিগী লাইশং ভারতকী মনুংদা মমিং চংলি। রামেশ্বরম মাদুরাগী নোংপোক্তা অপিকপা ঈথং অমগী মথক্তা লৈ, হিন্দুশিংগী তীর্থ মফমনি। ওয়ালটেয়ার—সমক্রগী তোর্বান্দা ফাওরবা

হকচাং ফরবা মফমনি। ত্রিচিনপল্লী—কাবেরী ; রেলগী মপান্দা, মাসিগী মনাক্তা লৈবা শ্রীরঙ্গম কোবা মযমগী বিষ্ণুগী লাইশং মমিং চংলি। ত্রিচিনপল্লী লিরবা সহর অমনি। কোইম্বাটুর—লৌউবা তক্ষমশংগীদমক মমিং চংলি। তাঞ্জোর অমসুং কাঞ্চি মমিং চংলবা লিববা সহরনি। আরকট—মুসলমাননা পাল্লি-ভৈদা কর্ণাট লৈবাক্কী কোম্নুং ওইরম্মি। ওটকামণ্ড—নীলগিরি চীংশাংগী মথক্তা লৈবা হকচাং ফনংবা মফম অমনি। ওলাং, থাদা মাদ্রাজগী গবর্ণর মফম অসিদা লৈ। কবমণ্ডল উপকূলদা কলিঙ্গপত্তম, বিজাগাপত্তম, কোকনদ মছলিপত্তম, নাগপত্তম অমসুং মালবার উপকূলদা কালিকাট, কানানোর, মাঙ্গালোর অসিনচিংবা মফম মমিং চংলি। কানানোব অফবা যিগী-দমক মমিং চংলি।

দেশকী নিংথৌপানবা লৈবাক—ত্রিবাঙ্কুর, কোম্নু দি ত্রিবান্দ্রম। ত্রিবাঙ্কুরগী অৱাংদা সমদ্রগী মপান্দা কোচিন কোবা ই বাক মচা অমা লৈ। মাদুগী কোম্নুংদি অর্ণাকুলাম, যুবী চা, কাজী অমসুং মথল মথা অযাম্বা মকমবা লৈবাক অনি অসিদা চাং যাম্না হৌই। ত্রিবাঙ্কুরগী নিংথৌ মন্নাংইগী পাণ্ডা-নিংথৌশিংগী মচামনি।

ফরাসীগী লোই—কবমণ্ডল উপকূলদা ইয়ানাওন, পান্দ চারি অমসুং কারিকাল অমুগ, মালাবার উপকূলদা মাহী।

[৩] বোম্বে প্রদেশ।

অৱাংদা পঞ্জাব অমসুং বেলুচিস্থানগী ভমথৈদগী মথাদা মহীশূর লৈবাক ফাওবা ভারতকী নোংচুপ উপকূলগী মফম

পুম্নমক পুনশিল্লগা বোম্বে প্রদেশ ওই। প্রদেশ অসি ময়ুংদা মাইল ১,০০০ রোমনি তৌঁ গুম্বস্মুং মরাক্তা মাসিগী করি য়া মক্তম মাইল ২০০ দগী হেন্দে।

প্রদেশ অসিগী উপকূলগী শরুক্তা নোং য়াম্না তাই অমস্মুং কৌ য়ামনা হৌই, মাসিগী মনুংদা লৈবা খান্দেশ, ধারবার অমস্মুং গুজরাট কৌবা মফমদা লশিং য়ামনা হৌই। বোম্বে প্রদেশ, লশিং, চে অসিনচিংবগী কল কারখানা পিক থল্লি।

প্রদেশ অসিগী মীশীং কোটী ২ রোমনি। মাতুগী মনুংদা মারহাট্টা জাংকী হিন্দুশিংগা মীশীংনা অগ্নাম্বনি। মফম অসিগী মমিং চংলবা পার্শিকাংবু মৈ নিংই। লল্লোনইতিক্কী হিরমদা য়ামনা হৈশিংই। বোম্বে লৈবাক্তা ভারতকী অতৈ অতৈ মফমদগী ইনাকখুনবা লল্লোনবা মীশিংগী মশীং হেল্লি। সিন্ধু লৈবাকী মীশিং মুসলমাননি।

অথোংবা সহর বোম্বে—প্রদেশ অসিগী কোন্নুংনি, সমদ্রগী মপান্দা লৈবা ইথৎ অমগী মথাক্তা শেমই, মাসি ইহান হানবদা পর্তুগীজ নিংথৌমচানুপী ক্যাথাবাইনবু লুহোংচুনা অউনপোৎ ওইনা সহর অসি ফংখিবনি। ইংরেজশিংনা হায়বদি বোম্বে অসি বোম বাহিয়া হায়বা পর্তুগীজ রাইদগী থোকখিবনি। তৌইগুম্বস্মুং লৈবাক অসিগী মীনদি মমিং চৎলবা মুম্বা দেবীগী মমিং মতুংইন্না বোম্বে হায়বা মমিং অসি থোনখিবনি হায়না থাজনৈ। মবল মথুম লৈবদা অমস্মুং লল্লোনইতিক্তা কলিকাতাগী হেক মথংদা বোম্বেনি। সহর অসিদা ফি শানবা যন্ত্র য়াম্না লৈ। বোম্বেগী জাহাজ থাংফম

ভারতকী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবনি। করাচি—মফম অসিদমু ফজরবা জাহাজ থাংফম অমা লৈ। বন্দর অসিদগী পঞ্জাব লৈবাক্তা থোকপা গেহু অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তা থাখি। মক্কাদা চংপা মীশিংনা মফম অসিদা জাহাজ কাখৎলি। সুরাট—তাপ্তী তুরেলগী তাফমদা। খৃষ্টাব্দ ১৬১২ দা মফম অসিদা ইংলিশ হানবদা কুঠি শাই। থাইনা মমাংডা সুরাট ভারতবর্ষগী অথোইবা বন্দর ওইরম্মি; হৌজিক্তি মাহুগী হিথাংফম অদু তুরেন্না পূথরকপা লৈপাক অমসুং লৈতোইনা পিকথনখ্রে। আহাম্মদাবাদ অয়াম্বা ফি শানবা যন্ত্রনচিংবগীদমক মমিং চৎলি। থাইনা মমাংডগী মুসলমান কোন্নুংনি। পুণা—মহারাষ্ট্রশিংগী কোন্নুং ওইরম্মি বোম্বেগী গবর্ণরনা নোংজুথাদা মফম অসিদা লৈ। মহাবালেশ্বর—চীংদা লৈবা হকচাং ফনরবা মফমনি অমসুং গবর্ণরগী ওলাং থাদা লৈফমনি। মফম অসিদা য়াম্না হেন্না নোং চুই হায়দুনা গবর্ণরনা নোংজুথাদা পুণাদা লৈ। নাসিক—গোদাবরীগী মপান্দা, হিন্দুশিংগী তীর্থ মফম অমনি। মফম অসিদা রামায়ন্দা হায়খ্রবা পঞ্চবটী উমং লৈরম্মি। পঞ্চবটীদা সূর্পনখাগী মনাতোল ককখি। জ্যাকবাদ—ভারতবর্ষগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না শাবা মফমনি হায়না মমিং চংলি। গুজরাটকী মনুংদা লৈবা দ্বারকা কৌবা মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী কোন্নুং ওইরম্মি।

দেশকী নিংথৌপানবা লৈবাক—বোম্বে প্রদেশতা য়ামদ্রবদা দেশকী নিংথৌপানবা লৈবাক ৩৬০ থক লৈ। মাহুগী মনুংদা হিন্দু লৈবাক বরোদা অমসুং কচ্ছদ্বীপ অদুগা সিন্ধু লমদমদা মুসলমান লৈবাক খায়েরপুরনা অথোইবনি। গুজরাট নত্রগা কাথিয়াবার উপদ্বীপতা অপিক অপিকপা লৈবাক য়াম্না

লৈ। মাসিগী শরুক থরদং বরোদা লৈবাক্কী মন্নুং চল্লি। প্রদেশ অসিগী থাথংবা শরুক্কী নিংথৌপাশবা লৈবাক ময়ামগী মরক্তা সাতরা অমস্নুং কোলাপুর কৌবা মহারাষ্ট্রগী লৈবাক অনি অহুনা অথোইবনি।

পর্তুগীজগী লোই—গোয়া, দক্ষিণাত্যগী নোংচুপ উপকুলদা।

৪। বিহার অমস্নুং উরিষ্যা প্রদেশ।

বঙ্গপ্রদেশকী নোংচুপ্তা বিহার অমস্নুং উরিষ্যা প্রদেশ; মাসি থা-অংাংদা মাইল ৫৮০ রোম শাংই, তোইঙ্গুম্বস্নুং নোংপোক নোংচুপ্তা করিগুম্বা মফম অমতস্নু মাইল ১৮০দগী হেন্দে। মমাংঙৈদা প্রদেশ অসি বঙ্গদেশকী মন্নুং চল্লম্মি। সাল ১৯১৩ গী এপ্রিল থাদা বঙ্গদেশদগী বিহার (পাটনা, ত্রিহুত অমস্নুং ভাগলপুর বিভাগ), ছোটনাগপুর অমস্নুং উরিষ্যা লৈবাক থাইদোক্লুনা পুল্লপনঃ লেফটেনান্ট গবর্ণর অমগী মথাদা তোঙানবা প্রদেশ অমা ওইনা শেমখি। হৌজিক্তি প্রদেশ অসি লাক্লিবা মপু অদুবু গবর্ণর কৌই।

প্রদেশ অসিদা গেহু, খৌমানবী যোয়ার, ফৌ অসিন-নচিংবা মহৈমরোং হৌই। বিহার লৈবাক্কী নোংচুপথংবা শরুক্তা আফিং মথাংকায়না থোকই। ছোটনা র লৈবাক্তা চা য়াম্না হৌই। প্রদেশ অসিগী গিরিধি কৌবা মফম মৈতালগী খোং, হাজারিবাগ লমদমদা নোংদার অমস্নুং ম পুন্নমক্তা চোথা-মচং কংই।

প্রদেশ অসিগী মীশীং কোটি ৩২ রোম্নি। উরিষ্যা লৈবাক্কী

লোল উরিষ্যা অত্থুগা বিহার লৈবাক্কী লোন্না হিংনি।

অথোইবা সহর—প্রদেশ অসিগী অচৌ অচৌবা সহর অয়াম্বা গঙ্গা তুরেলগী মপান্দা লৈ। কোম্নুংদি পাট্টনা—মাসিগী মনাক্তা থাইনগী হিন্দু লৈবাক মগধগী কোম্নুং পাটলিপুত্রগী অংতক অকায় উবা ফংই। পাটনা লপ্লোনইতিক্কী অথোইবা মযোম্নি। মুঙ্গের অমসুং ভাগলপুর—গঙ্গাগী মপান্দা চাওখৎলবা সহর মুঙ্গেরদগী মাইল ৫ লাপনা সীতাকুণ্ড কৌবা মফমদা অশাবা ঈস্রু য়মা লৈ। ভাগলপুরদা অফবা কান্নংগী ফি শাই। রাজমহল—মতম অমদা মুসলমানশিংগী কোম্নুং ওইরম্মি। গযা হিন্দুশিংগী অথোইবা তীর্থ মফম অমনি। সহর অসিদগী মাইল ৬ লাপনা উরুবেলা কৌবা মফমদা বুদ্ধদেবনা সিদ্ধি ফংখি। উরুবেলা বৌদ্ধগয়া হায়না মমিং চংলি অমসুং বৌদ্ধশিংগী অথোইবা তীর্থনি। মজঃফরপুর—অহাওবা লীচুগীদমক অমসুং দ্বারভাঙ্গা অহাওবা কৈনোগীদমক মমিং চংলি। মধুপুর গিরিধি, দেওঘর, রাজমহল অমসুং ছোটনাগপুর মালভূমিগী মথক্তা লৈ, হকচাং ফবা মফম্নি হায়না মমিং চংলি। রাঁচি—ছোটনাগপুরগী লমদমদা, প্রদেশ অসিগী অনিশুবা কোম্নুংনি মাসিমু হকচাং ফনববা মফম অমনি। কটক - মহানদীগী মপান্দা, উরিষ্যা লৈবাক্কী অথোইবা সহরনি। মফম অসিদা লুপাগী অফবা লৈতেং শাই। পুরী—উরিষ্যাগী উপকূলদ', হিন্দুশিংগী অথোইবা তীর্থমফমনি। মাসিগী অতোপ্পা মমিংদি জগন্নাথক্ষেত্র নৎত্রগা শ্রীক্ষেত্র। কাং চিবা মতমদা পুরীদা তীর্থ চ পা মী তিনবা অত্থক য়াম্না পৃথিবীগী অতোপ্পা তীর্থ অমদা তিল্লগনি হায়বদা চিংনবা পোকই। পুরীগী সমুদ্র মপান য়াম্না হকচাং ফৈ হায়দুনা হান্না ওয়নবগীদমক্তসু মফম

অসিদা মী য়াম্না লাকই।

দেশকী নিংথৌ পানবা লৈবাক—উবিষ্যাগী লমদমদা ময়ুবভঞ্জনা অথোইবনি।

৫ আগ্রা অমস্নুং অযোধ্যা যুক্ত প্রদেশ।

বিহার অমস্নুং উবিষ্যা প্রদেশকী নোংচুপ্তা প্রদেশ অসি লৈ।

লৈহাও কাবদা বঙ্গগী হুকমথংদা যুক্তপ্রদেশ অসিনি। গেহু, ফৌমানবী, চুকচাক অমস্নুং ফৌ মফম অসিগী অথোইবা লৌউবদগী থোকপা পোৎনি।

যুক্তপ্রদেশ অসিগী মীশীং কোটী ৫ বোম্নি। মাসিদা লৈবা মীশিংগী মরক্তা হিন্দু অমস্নুং মুসলমানন অথোইবনি। হিন্দুগী মশীংনা মুসলমানগী মশীংগী শরুক তরেৎলোমনি। হিন্দি অমস্নুং উর্দ্দু মাখোইগী লোম্নি।

অথোইবা সহর—এলাহাবাদ- গঙ্গা অমস্নুং যমুনা তুরেলগী তিন্নফমদা লৈ, প্রদেশ অসিগী কোন্নুংনি। মফম অসিদা হিন্দুশিংগী ক্ষাওরবা তীর্থ প্রয়াগ লৈ। লক্ষ্নৌ—গোমতী মপান্দা। মুসলমান্না পাল্লিউদা অযোধ্যাগী কোন্নুং ওইরম্মি। মফম অসিদা মুসলমান নিংথৌরেনশিংনা শারম্বা অয়াম্বা য়েক-খোৎলবা দালান, মসজিদ অমস্নুং লৈকোল লৈ। বরানসী নত্রগা কাশী—গঙ্গাগী মপান্দা। হিন্দুশিংগী অথোইবা তীর্থ মফমনি অমস্নুং লিরবা সহরনি। সংস্কৃত তম্নবগী অথোইবা

ময়ায়খোকপা মফম অমনি। কানপুর—গঙ্গাগী মপানদা। খোংউপ, জিন, ব্যাগ অসিনচিংবা শঙ্গা শাবা পোং অমুগা শামতু অমসুং লশিংগী ফিনচিংবগীদমক মমিং চংলি। মফম অসিদা সাল ১৮৫৭ তা সিপাই লালহৌবগী মতুমদা অকিবা ফংনা মী হাৎনখি। আগ্রা যমুনা তুরেনগী মপানদা। মাসি মোগল নিংথৌরেল আকবরগী কোন্নুং ওইরম্মি। সহর অসিদা আকবরগী মশু শাহজাহান বাদসাহনা মাহাক্কী বেগমগী মোং ফমগী মথক্তা শারম্বা অঙকপা ফংনা য়েকখোৎলবা মুং অঙৌবগী লাইশং অমুগী মমিং তাজমহল কৌই। আগ্রাগী তাজমহল নিংথিজবদা অমসুং মওং ফজবদা পৃথিবীগী মনুংদা পানদম্নিঙাই লৈতে। শাহজাহান্না শারম্বা মতিমসজিদ অমসুং জুম্মামসজিদ



তাজমহলম।

কৌবা য়াম্না ফজরবা লাইনিংশং অনিমু লৈরি। মথুরা—শ্রীকৃষ্ণগী পোকফমনি। হিন্দুশিংগী অখোইবা তীর্থ অমনি।

আলিগড়—ভারতবর্ষগী মুসলমানগী লাইরিক তম্মনবগী অখোইবা মফমনি। হরিদ্বার হিন্দুশিংগী অখোইবা তীর্থ অমনি। নাইনিতাল, অমসুং মুশুরি—চীংদা লৈবা হকচাং ফবা মফমনি। নাইনিতাল ছোটলাটকী ওলাং থমদা লৈফমনি। কান্যকুব্জ নত্রগা কনৌজ, কানপুরগী অরাং থবা ওইনা গঙ্গাগী মপান্দা লৈ। থাইনা মমাংদৌদা অরাং ভারতকী কোম্নুং ওইরম্মী। হৌজিক অসিদদি কান্যকুব্জগী অতেকঅকায়তা উবা ফংই; বেরিলি, মীরাট, মোরাদাবাদ অমসুং ফয়েজাবাদ লিরবা সহরনি।

দেশকী নিংথৌ পানবা লৈবাক—তীগরী অমসুং রামপুর অখোইবনি। রামপুর অকবা নিংথমফিগীদমক মমিং চংলি।

৬ পঞ্জাব প্রদেশ।

প্রদেশ অসি যুক্তপ্রদেশকী নোংচুপ্তা লৈ। ইরাবতী চন্দ্রভাগা, বিতস্তা, সতদ্রু অমসুং বিপাশা অসিনচিংবা তুরেল মঙা চেল্লি হায়ছনা মাসিগী মমিং (পঞ্চ+অব=ঈশিং) পঞ্জাব কৌনখিবনি।

পঞ্জাবকী অরাংশরক্তা নোং থরা তাই অমসুং মফম অদুগী লৈপাক লৈহাও চেল্লি। মফম অসিদা ভারতকী অতৈ অতৈ মফমদগী ছেম্না গেহু অমসুং ফৌমানবী থোকই। প্রদেশ অসিগী শরুক অতৈ অতৈদদি নোং তাবা য়ামনা রাংলি—কয়া রাংলি হায়বদু মাহুদা লৌউবা য়াদে। তৌইশুরমসুং পঞ্জাবকী তুরেন্দগী অয়াম্বা লাখোং তৌবা মরমনা ঈশিং থাদোক থাজিনগী মরমদা অসুপকী মতিক খুদোং চারে, লৌউনবগীদমক করিশুম্বা মফমদসু ঈশিং রাংকে। লাংখোং

পুম্নমক অসিগী অশাংবা পুল্লপনা মাইল ১০,০০০ নি। মাইল অমমম শাংবা লাংথোংনা বর্গ মাইল অমমম পাকপা লৌফমগী অকংবা কোকহল্লি অমস্তুং মাত্থ মপুং ফানা লৈহাও কাবা ঙমই। পঞ্জাবতা থুম, মৈত্তাল, ফিটকরি, রাসাঞ্জন (Antimony) (অঙৌবা ধাতু মথল অমনি লাইয়েকপদা শুমস্তুং হিদাক্লচিংবদা শিজিন্নৈ) অসিনচিংবা লৈন্নুংদগী থোকপা পোৎ ফংই।

প্রদেশ অসিদা শিখনা অথোইবা জাৎনি। মাথোয অসি অমবা লান্মীনি হায়না হৌনৈ। লৈবাক অসিদা মী কোটি অনিরোম লৈ। মাংগী মনুংদা শিখশিংগী মশীং লাক ২০ কুলনি, অরেম্বনা হিন্দু অমস্তুং মুসলমান্নি। মুসলমানগী মশীংনা হিন্দুদগী থরা হোল্ল। উর্দ্দু অমস্তুং রাজস্থানী প্রদেশ অসিগী লোন্নি।

অথোইবা সহর লাহোর কোন্নুংনি, ইরাবতীগী ওইথংবা তোবর্ন্দা। অমৃতসর "অমৃতসর সরোবর" কৌবা পুখ্রিগী মপানদা লৈবা শিখশিংগী সনাগী লাইশংগীদমক মমিং চংল্লি; শিখশিংগী অথোইবা তীর্থনি। অমৃতসরগী শাল অমস্তুং গালিচা য়ামনা মমিং চংলি। লুধিয়ানা—শাল অমস্তুং কোথেংকী-দমক মমিং চংলি। মুলতান থাইনা মমাংইদগী চৌথুনা লল্লোম্বগী অথোইবা মফম অমনি। আম্বালা, রাওলপিণ্ডি, জালন্ধর অসিনচিংবা মফমদা তেঙ্গোল লৈফম লৈ। সিমলা — ফুট ৭০০০ রাংই, হিমালয়গী মশা অমগী মথক্তা লৈ, চীংথা লৈবা হকচাং ফনরবা মফম অমনি। ওলাংথাদা গবর্ণর জেনা-রেলনা মফম অসিদা লৈ। কসৌলী চীংদা লৈবা সহর অমনি।

অঙাওবা হুই অম্সুং লমহুইনা চিঙ্গবা মীশিংগী লায়েংনবগী-মমক মক্কম অমিদা লায়েংশং অমা লৈ। দিল্লী—পঞ্জাবকী খ্বাইদগী অথোইবা সহরনি অমসুং ভারতবর্ষগী কোন্নুংনি। পঞ্জাবপ্রদেশকী মনুংদা চল্লবসু মাসি পঞ্জাবকী গবর্নরগী মখা পোনদে। মাসিগী শাসনগী থবক তোঙানবা চীফ কমি-সনার অমগী মথক্তা শিন্নৈ। দিল্লী অসি য়াম্না কুইরবা সহরনি। হায়নবা লৈ দিল্লু কৌবা হিন্দু নিংথৌ অমনা মাসি শেম-গৎখি, মরম অচুনা মাসিগী মমিং দিল্লী ওইখিবনি মাসিগী মনাকমক্তদা যুধিষ্ঠীরগী কোন্নুং ইন্দ্রপ্রস্থগী অচেক অকায় উবা ফংই। মুসলমান নিংথৌরেলশিংনা পাল্লিঙৈদসু দিল্লী ভারত-বর্ষগী কোন্নুং ওইরম্মি। মাসি ইংরেজনা খুত্থম চল্লবা ভার-তবর্ষগী কোন্নুংনি। সহর অসি নিংথিংজরবা দালাম্না পিকথল্লি, মাচুগী মরক্তা কুতুবমিনার কৌবা অৱাংবা য়ুম্বী, কিলা; জুম্ম-মসজিদ অমসুং কিলাগী মনুংদা লৈশা শঙ্গায়না অথোয়বনি। কুতুবমিনার ভারতকী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা য়ুম্বীনি।

দেশকী নিংথৌপানবা লৈবাক—পঞ্জাবকী অয়াম্বা নিংথৌ-পানবা লৈবাক্কী মরক্তা শিখলৈবাক, পাতিয়ালা অমসুং মুসলমান লৈবাক বাহোয়াল অথোইবনি।

৭ ব্রহ্মদেশ [ অৱা লৈবাক ]

ভূগোল শাস্ত্রগী হিসাব মতুংইন্না ব্রহ্মদেশ ভারতবর্ষগী মনুং চনবা নত্তে; অচুম্বদি ওয়রবদা মাসি ভারতবর্ষগী গবর্নর জেনারেলগী মখা পোল্লি। বঙ্গদেশ অমসুং আসামগী নোংপোক্তা প্রদেশ অসি লৈ। মাসিগী অৱাংদা চীন ( খাগী লৈবাক ), নোংপোক্তা

শ্যাম লৈবাক অহুগা মখাদা মালয় উপদ্বীপ অমসুং বঙ্গ সমুদ্র। পাক-চাউবদা মাসি ভারতবর্ষগী প্রদেশ পুম্নমকী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না চাউই, বর্গমাইল ২,৪০,০০০ নি। তৌইগুম্বসুং মপাক মচাউগা হায়রুরবদি মাসিগী মীশিং য়াম্না রাংলি। বর্গ মাইল খুদিংদা চাউরাক্লা মী ৫০ রোমতা মরে। অরাশিং অসি মঙ্গোল জাংনি অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্ম চংলি।

লোং মরাংকায়না তাবা মরম্না ব্রহ্মদেশতা ফৌ য়াম্না থোকই। প্রদেশ অসিগী চেংনা ভারতকী অয়াম্বা মফমগী চিঞ্জাক ছুল্লি। হিদাকমনা গেহু, যোয়ার মাসিগী অতৈ অতৈ লৌউবদগী থোকপা পোংনি। উমংদা সেগুন অমসুং রবারগী পাম্বী মরাংকায়না ফং*। লৈম্নুংদগী থোকপা পোংকীদমকসু অরালৈবাক মমিং চংলি। শান লৈবাকী মনাক্তা লৈবা গুমথেদা ফাওরবা রবিনুং হায়বদি মণি অঙাংবা, ইরাবতীগী মপানদা কেরোসিন থাউ অহুগা টেনেসেরিম প্রদেশতা কোঙৌ ফংই। ব্রহ্মদেশতা ওকবা চুরুট অমসুং মরাংকায়না খোইরু থাউমৈ শাই।

অথোয়বা সহর · ব্রহ্মদেশকী অথোই অথোইবা সহর পুম্নমক ইরাবতিগী মপানদা ইরৈলৈবগুম তৌই। ইরাবতিগী তাফমদা রেঙ্গুন · কোন্নুংনি। মাসি হৌজিক্কী মতমগী য়াম্না নিংথিজরবা সহর অমনি অমসুং লল্লোনঈতিকী অথোইবা মফমনি। রেঙ্গুনগী লমজাওশিং অহু অমগা অমগা সমান্তরাল ওইনা লাম (মাগনা) লৈ; হৌজিক্কী মতমগী সহরশিংগী থোরদোকপা মতৌদি মাসিনি। রেঙ্গুনদা য়াম্না চাউরবা অমসুং য়াম্না নিংথিজরবা মীথুংনা শেম্বা পাং অমা লৈ। মফম

অসিদা "শোয়ে ডাগন" কৌবা চাউরবা প্যাগোডা হায়বদি বৌদ্ধলাইশং লৈ ; ব্রহ্মদেশতা মাসিনা থৱাইদগী অথোইবা প্যাগোডানি । মন্দালয়—ইরাবতীগী মপান্দা, অৱাং ব্রহ্মাগী অথোইবা সহরনি ; ইংরেজনা লোইচিন্দ্রিঙৈদা ব্রহ্মদেশকী কোন্নুং ওইরম্মি । সহর অসিগী মনামক্তদা য়াম্না শাংলবা থাঙ্গপাৎ হুমস্নুং চেকপন্না কোয়শিল্লবা অৱানিংথৌ গি বোনা থম্লম্বা কোন্নুং লৈ । আভা অমস্নুং অমরাপুর—লিরবা সহরনি । ভামো— ব্রহ্মদেশকী অৱাংথংবা শরুক্তা, খাগী লৈবাক্কা লোয়ননা কংফান্দা লল্লোন্নবগী অথোইবা মফমনি । মেমিয়ো—মন্দালয়গী মনাক্তা লৈবা চীং অমগী মথক্তা লৈ । গবর্ণরগী ঙলাংথাদা লৈযমনি । মৌলমীন—সালুইন তুরেলগী তাফমদা ফাওরবা বন্দর অমনি । মফম অসিদগী সেগুন উ মফম অতে অতৈদা থাখি । ইরাবতীগী তাফমগী মনামক্তদা বাসীন অমুগা আরাকান উপকূলদা হ্যাক্কি-য়াব, চেং থাখিবগী মায়ায়থোকপা মফমনি ।

## ৮। আসাম প্রদেশ।

ভারতকী অৱাং-নোংপোক হুমথৈরোমদা আসাম প্রদেশ লৈ । প্রাদেশ অসিদা চেরাপুঞ্জি কৌবা মফমদা নোং তাবা অমুক পৃথিবীগী মফম অমদা তাদে । চা, কেরোসিন থাউ, গুম্নুং, অমস্নুং মৈতালগীদমক আসাম মমিং চৎলি ।

অথোইবা সহর—শিলং কোন্নুং খাসিয়া চীংদা । মফম অসিগী হায়া য়াম্না হকচাং কৈ । গৌহাটী, ডিব্রুগড়, ব্রহ্মপুত্র তম্প্যাকী লল্লোনইত্তিকী অথোইবা মফমনি । গৌহাটী সহরগী মনাক্তা হিন্দুশিংগী কাওরবা তীর্থ কামখ্যা লৈ । শ্রীহট্ট, গুম্নুং হুমস্নুং

অক্ষবা কমলাগীদমক মমিং চংলি।

## ৯ মধ্যপ্রদেশ অমসুং বেরার

দক্ষিণাত্যগী অরাংথংবা শরুক্তা নর্ম্মদা অমসুং গোদাবরী তুরেলগী মরক্তা মধ্যপ্রদেশ অমসুং বেরার লৈ। বেরার মমাং-ঙৈদদি হায়দারবাদ লৈবাক্কী মগুং চল্লম্মি, মতুংদা ইংরেজনা লোইচনখিদুনা মধ্যপ্রদেশকা তিন্নখে।

প্রদেশ অসিদা নোং ফনা য়াম্না তাই অমসুং মাসিগী লৈপাক লৈহাও চেল্লি। মফম পুম্নমক্তা গেহু, চুকচাক, ফৌ-মানবী, যোয়ার মরাংকায়না হৌই। বেরারদা লশিং মরাংকাইনা হৌই।

প্রদেশ অসিগী মীশীং কোটি ১ লক্ষ ২০ লোমনি। মাদুগী মরক্তা কোটি অমরোম্না হিন্দুনি।

অখোইবা সহর—নাগপুর—কোমুংনি। মফম অসিদা ফিগী কল কয়ামরুম লৈ। কাম্পতি অমসুং ওয়ার্দ্ধা লল্লোনফমনি। জব্বলপুর—চাওথংলবা সহরনি অমসুং বোম্বে চংননবগী লম্বীদা ফাওরবা রেলষ্টেশন অমনি। মাসিগী মনাক্তা নর্ম্মদা মপান্দা মমিং চংলবা মুং অঙৌবগী চীং লৈ। পাঁচমারি—চীংদা লৈবা হকচাং ফরবা মফম অমনি অমসুং চীফ কমিশনারগী ওলাং থাদা লৈফমনি। অমরাবতী অমসুং ইলিচপুর বেরারগী অখোইবা সহরনি। অমরাবতী ভারতকী লশিং য়োম্নবগী অখোইবা মরায়থোকপা মফমনি।

### ১০। অরাং নোংচুপ ওমথোংবা লৈবা প্রদেশ।

প্রদেশ অসি নোং খজিক্তা মতাই। মরম অতুনা মফম অসিদা মচে মরোংস্থ খজিক্তা মহৌই।

প্রদেশ অসিগী মীশীং লক্ষ ২৫ রোমনি। অতুগী মরক্তা চীংদা তাবা জাৎকী মশীংনা শরুক ৩ গী শরুক অমরোমনি। লৈতেম মায়বা লমগী লোম্না উর্দ্দ, পঞ্জাবী অমস্থং চীংদা তাবা জাংকী লোম্না পুস্ত।

অথোইবা সহর—পেশরার—প্রদেশ অসিগী কোম্নংনি। মসি অথোইবা তেঙ্গোল লৈফম অমনি। পেশরারগী মনাক্তা লৈবা খাইবার চীংলম্বেল-লোমদা আফগানিস্থানদা ৮৫পা তাই।

দেশকী নিংথৌপানবা লৈবাক—প্রদেশ অসিগী অয়াম্বা শরুক দেশকী পাঠান সর্দ্দার খাঁ-শিংগী মখা পোল্লি।

### ১১। ব্রিটিশ বেলুচিস্থান।

প্রদেশ অসি ব্রহ্মদেশকী মতৌগুম্না ভূগোলশাস্ত্রগী হিসাব মতুং ইন্না ভারতবর্ষগী মনুং চনদে। অতুমদি শুইরবদা ভারতকী গবর্ণর জেনারেলগী মখা পোল্লি। মাসিগী অরাং-থংবদা লৈবা শরুক ৩ গী শরুক ১ রোম চীফ কমিশনারগী শাসনগী মখা পোল্লি। মখাদা লৈবা অরেম্বা শরুক অদু পাঠান সর্দ্দার খাঁ-শিংগী মখা পোল্লি। বেলুচিস্থানগী অয়াম্বা শরুক পাকথ্রবা লৈঙোইগাক্তা ভাইবা মালভূমিনি। মফম অসিদা নোং খজিক্তা মতাই নত্রগা নোং ইত্তাতাদে অমস্থং লাউবা

য়াম্না লুই। কেপ্ৰেটা সহর অমসু মাহুগী মনাক্তা লৈবা মফম খরগী নোং খজিক্তং তাই হায়রুনা, মফম অহুদা মহৈ মরোং খরদং খোকই। গেছ অমসুং থাংতুপ প্ৰদেশ অসিদা খোকপা অথোইবা পোখান। মপাক মচাউগা য়েংনক্লববদি বেলুচিস্থানগী মীশাং য়ামনা য়ামদে। মফম অসিদা উনা লোনা প্ৰদেশ অসিগী মীশীংগী চিঙাক ওক্লদে; মরম অসিনা মাখোইগী করিগুম্বা অরেপপ মথুম মক য়াইক, এতমগী মচুং ইম্বা থুদোংচাবা মচম অহুদ মাহোইনা শা শম্নচিংবা হোয়রুনা পুই অমসুং দম্বুর থমন লৈ।

কোন্নুং কোয়েটা—লম্ৰোনগী তক্তা অথোইবা মফমনি। মথম অসিদগী মাইল ৩০ গী মনুংদা বোলান চীংলম্বেল লৈ। কোয়েটাদা চাউরবা তেংগাল লৈফম অমা লৈ। মাসি ভারতকা রেললম্বীনা তাইনহল্লি পাঠা। নক্ষিণগী মরক্ত খিলত কৌবা মফমগী খী অথোইবনি।

১২। আজমীর মারওয়ারা।

রাজপুতনাগী নিংথৌপানব, লৈবাক মথামগী মথায়মক্তদা লৈবা আজমীর—মারওয়ারা অপিকপা ইংরেজ লৈবাক অমনি। প্ৰদেশ অসি আজমীর অমসুং মারওয়ারা হায়বা জেলা অনিতা খোক্লা থায়দোকই। কোন্নুংদি আজমীর। আবক—হকচং ফবা মফমনি অমসু চীফ কমিশনরগী ওপাংথাদা লৈফমনি।

১৩। কুর্গ।

নীলগিরির চীংশাংগী অরাং নোংচুপ থবা ওইনা কুর্গ চীং-

মান ওইনা তোৌবা অপিকপা প্রদেশ অমনি। প্রদেশ অসিদা কাফি মরাংকায়না থোকই। মারকারা—মাসিগী অমত্তা ওায়বা অথোইবা সহরনি অমস্নুং কোন্নুংনি।

১৪। দিল্লী।

দিল্লী পঞ্জাবকী মনুংচনবা য়ামনা চাউরবা সহর অমনি। মাসি পঞ্জাব গবর্ণরগী শাসনগী মথা পোনদে। তোঙানবা চীফ কমিশনাব অমগী মথক্তা দিল্লীগী শাসগনী থবক শিন্নফুনা লৈ; মরম অসিনা মাসিবু তোঙানবা অপিকপা প্রদেশ অমা ওইনা লৌংখনৈ।

১৫ আন্দামান অমস্নুং নিকোবর দ্বীপপুঞ্জ

আন্দামান অমস্নুং নিকোবর বঙ্গোবসাগরগী ময়ায়দা লৈবা তোঙান তোঙানবা ঈথংচবুল অনিনি। ঈথংশিং অসিগী শাসনগী থবক চীফ কমিশনার অমগী মথুক্তা শিন্নৈ। পোর্টব্লেয়ার আন্দামান দ্বীপপুঞ্জগী কোন্নুংনি। অচৌবা মরানদগী লোইথাবগী দণ্ডি ফংলবা অরানবা মীশিং ভারতবর্ষদগী মফম অসিদা থাই। অসিগুম্বা দণ্ডিগী মমিং লোইথাবা কৌই।

অথোই অথোইবা নিংথৌপানবা লৈবাক ময়াম।

হায়দরাবাদ।

লৈবাক অসি থা-ভারতকী ময়ায়চবুক্তা লৈ। মাসি দেশকী

নিংথৌপানবা লৈবাক মথামগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না চাউই। মাসিদা লৈবা মীশিং অথোইবদি হিন্দুনি। তেলেগু, বান্নারী অমসুং মারহাট্টি লৈবাক অসিগী অথোই অথোইবা লোন্নি।

হায়দরাবাদ লৈবাক যাম্না পান্নবা মালভূমি অমনি। মাসিগী ঈশিং তুংশিং কংই অমসুং মেংই। নোংদি খবতা মতাই; মবম অহুনা লৈবাক লৈহাও কাদে। অথোকপা পোংকী মবক্তা লশিংনা অথোইবনি।

অথোইবা সহর—মুসী তুরেনগী মপান্দা হায়দরাবাদ কোন্নুংনি। গোলকুণ্ডা, গুলবাগা, বিদারা, ওযাবাঙ্গাল অমসুং আওরাঙ্গাবাদ লিরবা সহরনি। গোলকুণ্ডা থাইনা মমাংদৈদা হীরাগী খোংগীদমক মমিং চৎলমই। ইলোরা অমসুং অজন্তা কৌবা মফম অনি, চাংগী মশাদা খোত্তোক্লনা শাবা ওক্রবা লাইশং অমসুং য়েকখোৎলবা গুহাগী য়ুমগীদমক মমিং চৎলি।

## মহীশূর

মান্দ্রাজ প্রদেশকী নোংচুপ্তা মহীশূর লৈবাক। মাসিসু মালভুমী অমনি। মাসিগী নোংচুপ অমসুং খাথংবা শরক্তা নোং য়াম্না তাই। মফম অসিদা মরাংকায়না য়ুবী, সুপারী চন্দন উ, সেগুণ উ, এলা, কাফি অমসু সিনকোনা হৌই। লৈবাক অসিগী নিংথৌদি হিন্দুনি। মাহাকী ফমদি মাহারাজনি। কোন্নুংদি মহীশূর। মহীশূর লৈবাক মতম অমদা মুসলমান শিংনা খুত্তম চললমই। (মাসিগী মুসলমান নিংথৌশিংগী মরক্তা হায়দরআলী অমসুং টিপুসুলতানগী মমিং ফাওই)।

মতুংদা ইংরেজীশিংনা মইশূর হিন্দুনিংথৌশিংগী মখুত্তা হন্নিনখিখি। বাঙ্গালোর— মহারাজগী শোলাংথাদা লৈফমনি। সহর অসিগী ঃনাবঃতুক বাহেরী ভূরেনগী ঈশিংচাইবী লৈ; ভারতবষগী ঈশিংচাযবী ময়ামগী ঃ-ত্তা মাসিনা থঙ্গাইদগী হেন্না চাউই। বোলাব বৌবা মথমগী মনক্তা লৈবা চীং পুন্নমক মওম অংদা সনাগী খোংনা থন্না লৈরমমী।

## কাশ্মীর লৈবাক।

পঞ্জাবকী অরাংদা চীংজাউ পরেংনা লৈতেংবা কাশ্মীর লৈবাক। হিমালয় অমসুং মাগী ·শা পীরপাঞ্জাল অহুগা কৃষ্ণগঙ্গাগুনা মাসিগী ওরাং-নোংপোক অমসুং নোংচুপ মায়কৈদা লৈপলগী মতৌওয়া বোয়শিনদুনা লৈ। ঈশিংসুংশিং অমসুং লাইগী খুৎশেম নিংথিজবদা কাশ্মীর তম্পাক পৃথীবীদা পানদমনিঙ্গায় লৈতে। খা নোংপোক থংবা চীংজাউদগী হৌরক্লুনা বিতাস্তা তুবেন্না কাশ্মীর তম্পাককী ময়ায়দা ওয়ালাব কৌবা তুরবা পাং অমা শেম্নমলগা অমুক হন্না পাংকী থা-নোংচুপ চিদা দগী তুবেন থংনা চেন্থে। পাংকী লুববা ঈশিংদা মনক্তা লৈবা মুমিং মঙানবা লংলবা চীংদোল ময়াম অমসুং অরাংবা উচাল পাম্বীগী মপৈনা মমি তাহুনা অয়েংবা মীগী মিৎ অমসুং পুক্নিং শুক্কত্তুনা অঙকপা ফংনা নিংথিজে।

কাশ্মীর লৈবাকী ঈশিং সুংশিং য়াম্না সুংঙাই অমসুং হক চাং ফৈ। লৈবাক অসি দ্রাক্ষা, কিশমিশ, সেম, পিচ অসি নচিংবা অহাওবা উহৈগীদমক মমিং চৎলি। অসিদসু নত্তুনা মযম অসিদা গেহু, যোওয়ার চুকচাক অসিনচিংবা মহৈ

মরোং স্মু য়াম্না থোকই।

কাশ্মীরগী নিংথৌদি হিন্দুনি। মাগী ফমদি মহারাজা। হিন্দুনিংথৌনা শাসন তৌরবস্মু লৈবাক অসিগী অয়াম্বা মীদি মুসলমাননি।

অথোইবা সহর—কোম্মুংদি শ্রীনগর। মোগলনা পাম্লি-ভৈদা সহর অসি বাদশাহশিংগী ওলাংথাদা লৈরম ওইরম্মি। লেহ—তিববত অমসুং চীন চংনবগী লম্বেলদা ফুট ১১,০০০ রাংবা চীংগী মথক্তা লৈ; লাডকেব অথোইবা সহরনি। মাসি ভারতকী মমুংদা খরাইদগী হেন্না রাংবা সহরনি। জম্মু—কাশ্মীরগী থাথংবা শকক্তা। কাশ্মীরদা সহর অসিমতগা রেল লম্বী শম্নে।

## রাজপুতানা এজেন্সি।

রাজপুতানা এজেন্সি পিক্ল-পিক্লবা নিংথৌপানবা লৈবাক ২০ না পুনশিনুনা শেম্মি। মাদুগী মরক্তা (১) জয়পুর, (২) যোধপুর নত্রগা মারবার, (৩) উদয়পুর নত্রগা মেবার, (৪) বিকানীর, (৫) যশলমীর, (৬) আলোয়ার, (৭) ভরত-পুর, (৮) ঢোলপুর, (৯) বুন্দী, (১০) টঙ্ক অমসুং (১১) ঝালা-ওয়ার অথোযবনি। দেশকী নিংথৌপানবা লৈবাক মযামগী মরক্তা টঙ্কদদি মুসলমান লৈবাক্নি। অসি নত্তনা অতৈ অতৈ অদুগী নিংথৌদি রাজপুত শাগৈ মচানি। ইংরেজনা শাসন তৌরিবা প্রদেশ অজমার মারওয়ারবু লাকইবা চীফকমিশনারনা গবর্ণর জেনারেলগী এজেন্টকী মশক ওইনা রাজপুতানাগী দেশকী

নিংথৌপানবা লৈবাক ময়ামগী মথক্তা মিংয়েং চংভি।

রাজপুতানা থোংদোক্না ওলাংবা মফমনি। খা-অরাং ওইনা শন্দোক্না লৈরিবা আরাবল্লী চীংশাংনা মাসিবু মহৌশানা অনি থোক্না থায়দোকই। খা-নোংপোকথংবা শরুক্তা নোং ৎরা হেন্না তাই। মরম অদুনা মফম অসিগী লৈপাক লৈহাও চেল্লি; গেহু, ফৌমানবী, যোয়ার অসিনচিংবা থোকই। অরাং-নোংচুপথংবা শরুক্তি থর মরুভূমি ( লৈঙোয়লম ) গা তাইনৈ চায়রুনা মফম অদুগী লৈপাক লৈঙোই ওইনা তৌ, কংই অমসুং লৈহাও কাদে। আরাবল্লীগী অরাংদা সম্বর কৌবা পাত্তা থুম মরাংকায়না ফংই।

জয়পুর লৈবাক—মাসিগী নিংথৌগী ফমদি মহারাজা। রাজপুতানাগী লৈবাকশিংগী মরক্তা মাসিনা থরাইদগী হেন্না চাউখৎলি। কোন্নুংদি জয়পুর য়াম্না ফজরবা সহর অমনি। মাসিগী মনাক্তদা লৈবাক অসিগী কোন্নুং অরিবা অম্বর লৈ।

যোধপুর লৈবাক—মাসিগ অতোপ্পা মমিং ম রবার। লৈবাক-মপুগী ফমদি মহারাজা। কোন্নুংদি যোধপুর।

উদয়পুর লৈবাক—মাসিগী অতোপ্পা মমিং মেবার। লৈবাক মপুগী ফমদি রাণা। মাহাক রাজপুত নিংথৌ পুম্নমক্কী মরক্তা থরাইদগী হেন্না চাউই। কোন্নুংদি উদয়পুর; থাংনা মমাং-ঙৈগী ইতিহাসদা য়াওবা কোন্নুং চিতোর মাসিগী মনাকমক-তদা লৈ।

টঙ্ক লৈবাক— মাসিগী নিংথৌদি মুসলমাননি, কোন্নুংদি টঙ্ক।

## মধ্যভারত এজেন্সি।

রাজপুতানা অমস্তুং মধ্যপ্রদেশকী মরক্তা নিংথৌপানবা লৈবাক ৬৪ থক লৈ। মাথোয় অদু পুল্লপনা মধ্যভারত এজেনসি কৌ। নিংথৌপানবা লৈবাকশিং অসিগী মরক্তা গোয়ালিয়র, ঈন্দোর অমস্তুং ভুপালনা অথোয়বনি।

গোয়ালিয়র লৈবাক—মাসি মধ্যভারতকী খ্বায়দগী অথোয়বা নিংথৌপানবা লৈবাকনি। লৈবাক অসিগী নিংথৌদি মহারাষ্ট্রনি; মাহাক্কী ফমদি সিন্ধিয়া। গোয়ালিয়র কোন্নুংদা মাইল ১॥ শাংবা অমস্তুং ফুট ৩৫০ য়াংবা চীংগী লম্বেল অমা লৈ। থায়নগী হিন্দু কোন্নুং উজ্জয়িনী সহর লৈবাক অসিগী মনুংদনি।

ইন্দোর লৈবাক—মাসিগী নিংথৌদি মহারাষ্ট্রনি অমস্তুং ফমদি হোলকার। কোন্নুং ইন্দোর; ইন্দোরদা গবর্ণর জেনারেলগী এজেন্ট লৈ।

ভুপাল—লৈবাক অসিগী মপুদি মুসলমাননি, কোন্নুংদি ভুপাল।

## দেশকী মনিংতম্বা লৈবাক।

নেপাল—লৈবাক অসি হিমালয় চীংজাউগী মরক্তা লৈ। ধবলগিরি, গোসাইথান, গৌরীশঙ্কর, নত্রগা এভারেষ্ট, কাঞ্চনজঙ্ঘা অসিনচিংবা চীংদোল অসিগী ওমথৈদা লৈ। নেপালদা শাল, শিশু অসিনচিংবা মমল তাওলবা উ ফংই। নেপালীশিং হিন্দুনি। মাখোইগী অতোপ্পা মমিংদি গুর্খা। থৌনাকবা লান্মীনি

হাংহনা শুখাশিং মমং চংলি। কোম্বুংদি কাটামুণ্ড।

ভূটান—বঙ্গদেশ অমসুং আসামগী অরাংদা ভূটান লৈবাক। মাসিগী মথাখংবা শরুক ইংরেজনা লোইচল্লি। কোম্বুংদি পুন্যাখ।

## সিংহল নত্রগ লঙ্কা।

ভারতবর্ষগী খাদা চাউরবা সিংহল ইথৎ, মাসি ইংরেজনা খুল তারবা লৈবাকনি। মাসি ইংলণ্ডগী নিংথৌগী মখাদা থোঙানবা গবর্ণর অমনা শাসন তৌই। মরম অদুনা সিংহল ভারত সাম্রাজ্যগী মনুংচনবা নত্তে। সিংহল ইথৎকী মপাকমচাউদি বর্গমাইল ২৫,০০০ দগী খরা হেল্লি অমসুং মীশীংনা ৩৬,০০ ০০০ রোমনি।

থাইনা মমাংঙৈদা সিংহল খা-ভারতকা শম্নরম্মি। মরম অদুনা মাসিগী মহৌশাগী লৈজংম্বা লাইগী খু শেম দক্ষিণাত্যগী মতৌ-শুমই। ময়াম্নদা অরাংবা চীংজাও অমসুং মাহুদগী সমদ্রুমপাল ফাওবা লম অম্নম অম্নম লেমথৈ। খাইদগী হেন্না রাংবা চীং দোল্লি পিত্রু অমসুং আদম্। সিংহলগী ইশিংমুংশিং মুংঙাই অমসুং হকচাং কৈ। ঈথৎ অসিদা মুবা অমসুং কোনাগী জাংকী উনচিংবা মফম থুদিংদা উবা ফংই। লৈতেম মাম্নবা লমদা কৌ, খরা রাংবা লমদমজা চা অহুগা নারকশীংলক্তা মমল য়াম্বা উ অমসুং মথল মথা অয়াম্বা মসলা থোকই। সিংহলগী চা য়াম্না কৈ হায়না পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা লোনৈ। সিংহলদা মণি অশংবা, মণি অঙাংবা, সনা নোংদাম, য়োং অসিনচিংবা

ফংই। মান্নার উপসাগরদগী মরাংকাইনা মুক্তা ফংই।

অথোইবা সহর—কলম্বো—কোন্নুংনি। ত্রিঙ্কোমালী বন্দর অমনি। কান্দি কোন্নুং অরিবনি। হায়নবা লৈ, অনুরাধাপুর কৌবা মকমদা বাবনগী কোন্নুং লৈবম্মি।

---

মীরৈবাক্কী লোই।

ফরাসীগী লোই—বঙ্গদেশদা চন্দন নগর। করমণ্ডল উপকূলদা ইয়ানাওন, পীন্দচারি, কাবিকাল অমসুং মালাবার উপকূলদা মাহী।

পর্তুগীজগী লোই- মালাবার উপকূলদা গোয়া, কঙ্কন উপকূলদা ডেমন অমগা গুজরাটতা ডিউ।

ভারত্তা লৈবা মী—ভারতবর্ষগী মতৌগুম্না পৃথিবীগী অতোপ্পা দেশ করিগুম্বা অমদা অম্নুক যাম্না তোঙান তোঙানবা জাৎ খায়দোকপা উবা ফংদে। মহৌশানা দেশ অসিদা লৈবা মীশিং আর্য্য অমসুং দ্রাবিড় কৌবা অথোইবা (মরু ওইবা) জাৎ অনি থোক্না খায়দোকই। গঙ্গা, সিন্ধু অমসুং ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী লৈতেম মান্নবা তম্পাক্তা আর্য্যশিংনা লৈ অমগা দক্ষিণাত্যদা দ্রাবিড় জাৎনা লৈ। আর্য্যজাৎকী লোন্দ বাঙ্গালা, হিন্দী, পঞ্জাবী, মারহাট্টি, গুজরাটি অমসুং আসামী দ্রাবিড়জাৎকী লোন্না তামিল, তেলেগু অমসুং কানারি। ভারত্তা লোনগী খেন্নবম্ন য়াম্না উবা ফংই। দেশ অসিগী ওমথৈগী মনুংদা চামদগী

ফেয়া তোঙানবা লোল চৎলৈ।

ভারতবর্ষগী চীংলৈবাক্তা তোঙান তোঙানবা চীংদা তাবা জাৎ লৈ, মাদুদি ঃ—রাজপুতানাদা ভীল জাৎ; মধ্যভারত অমস্তুং ছোটনাগপুর লৈবাক্তা খন্দ, কোল অমস্তুং মুণ্ডা জাৎ খা-ভারত তোড়া জাৎ, সাওতাল পরগণাদা সাওতাল জাৎ অদুগা আসামদা গাড়ো, খাসিয়া, নাগা, কুকি অমস্তুং লুসাই অসিনচিংবা জাৎ। নেপাল, ভূটান, সিকিম অমস্তুং ভারতকী নোংপোক ভমথৈদা লৈবা চীং ময়ামদা তাবা মীশিং মঙ্গোল জাৎনি।

ধর্ম্ম—ভারতবর্ষদা হিন্দুধর্ম্ম চংপা মীগী মশীংনা অয়াম্বনি। ৢ লোমগী মীনা হিন্দু, ৳ লোম শরুক্তী মীনা মুসলমান অদুগা অরেম্বা বৌদ্ধ, খ্রীষ্টীয়ান, ব্রাহ্ম, শিখ, জৈন, পার্শী অসিনচিংবা। ব্রিটীশ বেলুচিস্থান, অরাং-নোংচুপ ভমথৈদা লৈবা প্রদেশ, সিন্ধুদেশ পঞ্জাব অমস্তুং নোংপোক বঙ্গদা মুসলমান অদুগা মান্দ্রাজদা খ্রীষ্টীয়ানগী মশীংনা অয়াম্বনি। চীংদা তাবা লমচৎ শত্রুদবা জাংশিংনা ভুতপ্রেত লাৎলি।

মীশীং—ভারতবর্ষদা মী কোটি ৩১ লক্ষ ৫০ রোম লৈ, মাক্তুগী মরক্তা ব্রিটীশ শাসনগী মথা পোনবা প্রদেশ ময়ামগী মীশীং কোটী ২৫ অদুগা দেশকী নিংথৌপানবা লৈবাক্তী মীশিংনা কোটী ৬ লক্ষ ২০ রোমনি। হজংহন্দা চংনবা লম্বেলগী খুদোংচাবা অমস্তুং লৈহাও চেনবগী চাং মতুং ইয়া মীশীংসু অরাং-অথোই নাই। ময়াম অসিনা বঙ্গদেশ, বিহার, যুক্ত প্রদেশ অমস্তুং মানদ্রাজদা মীশীং য়ামই।

চখোকচংশিন ? লম্বেল ভারতবর্ষদা অয়াম্বা তুরেল অমসুং মাখোংগী ঈরোং অমসুং ইথাগ চেল্লি। মরম অদুনা ঈশিং লমদা হি অমসুং ষ্টীমার হোন্দুনা চখোকচংশিন য়াম্না খুদোং চাই। কংফানদসু চখোকচংশিনগী খুদোং চাবা পাক্ল পাক্লবা লমজাও য়াম্না লৈ। কলিকাতা, বোম্বে, মান্দ্রাজ, করাচী, আগ্রা, এলাহাবাদ, পেশোয়ার আসনচিংবা অচৌ অচৌবা সহর অমগা অমগা লমজাওনা শম্নহল্লি। কলিকাতাদগী পেশোয়ার ফাওবা চংখিবা লম্বেল অদু ভারতবর্ষগী মদুংদা খাইদগী হেন্না চাউই। ব্রহ্মদেশদা রেঙ্গুন্দগী মান্দালয় ফাওবা লমজাও অমা লৈ। চহিচা তরামাপলগী ময়াই ফাওবা দেশ অসিদা মাইল অমা ফাওবা শাংবা রেললম্বী লৈরমদে। মতম অদুদা কংফাল লম্বীদা শললাবা অমসুং ইরোইগী গাড়ীতনা চখোকচংশিনগী অথোইবা পাম্বৈ ওইরম্মি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী মতম অসিদা ভারতবর্ষদা রেল লম্বী মিয়াংগী মতৌগুমনা শনদোক্লে। ভারতবর্ষদা মথাদা পীরিবা রেল লম্বীশিং অসিনা অথোয়বনি :—

( ১ ) "ইষ্টার্ণ বেঙ্গল রেল-লম্বী"—কলিকাতাদগী সান্তাহার ফাওদুনা গৌহাটি, সান্তাহারদগী শিলিগুড়ি। ( শিলিগুড়িদগী অতোপ্পা রেল-লম্বী অমা দার্জ্জিলিং ফাওবা চংখে) কলিকাতাদগী গোয়ালণ্ড।

( ২ ) "ইষ্ট ইণ্ডিয়া রেল-লম্বী"– কলিকাতাদগী এলাহাবাদ অমসুং দিল্লী ফাওদুনা বলকা অদুগা এলাহাবাদতগী জববলপুর। কলকাদগী অতোপপা রেল-লম্বী অমা সিমলা ফাওবা চংখে।

( ৩ ) "বেঙ্গল নাগপুর রেল-লম্বী" কলিকাতাদগী

নাগপুর অমসুং কটক।

( ৪ ) " বেঙ্গল অমসুং নর্থ ওযেষ্টার্ণ রেল-লম্বী "—কাটী-হারদগী কানপুর।

( ৫ ) " নর্থ ওয়েষ্টার্ণ রেল-লম্বী "—দিল্লীদগী লাহোর ফাওদুনা পেশোয়ার, লাহোবদগী করাচী ফাওদুনা আফগানি-স্থানগী ওমথৈ ফাওবা শন্দোকই। মাসি ভারতকী থল্লাইদগী হেন্না চাউবা রেল লম্বীনি শাংবদা মাইল ৪০০০।

( ৬ ) " গ্রেট ইণ্ডিযান পেনিনসুলা রেল-লম্বী "—বোম্বেদগী জববলপুর, বোম্বেদগী বাইচব অমসুং নাগপুর।

৭ " বাজপুতানা মাল্লব রেল-লম্বী "—দিল্লীদগী অহ ম্মদা

( ৮ ) " ইষ্ট কোষ্ট রেল-লম্বী " কটকতগী মান্দ্রাজ। ব্রহ্মদেশকী চখোযবা রেললম্বী—রেঙ্গুন্দগী মান্দালয ফাওদুনা মিচিনা।

"সমদ্রদা জাহাজগী লম্বী" কলিকাতাদগী চট্টগ্রাম ফাওদুনা রেঙ্গুন। কলিকাতাদগী বিজগাপটাম ফাওদুনা মান্দ্রাজ, মান্দ্রাজ-দগী রেঙ্গুন অমসুং কলম্বো। রেঙ্গুনদগী শিঙ্গাপুর, কলম্বোদগী শিঙ্গাপুর, অষ্ট্রেলিযা, বম্বে, এডেন অমসুং খা আফ্রিকা। বোম্বেদগী করাচী অমসুং এডেন। করাচীদগী এডেন অমসুং পারশ্য উপসাগর মপান্দা বোসরা বন্দর।

ভারতবর্ষগী লল্লোন ইতিক—ভারতবর্ষদগী মমল লুপা কোটী ১১ রোমগী পোৎ চহি খুদিং অতোপ অতোপপা লৈবাক্তা থাখি অমসুং মমল লুপা কোটী ৯ লোমগী পোৎ অতোপ অতোপপা দেশতগী দেশ অসিদা থারকই। ভারতবর্ষদগী চেং গেহু, লশিং, লীমোন, থাউথোকপা মরূ, শউন, চা, নীম, কাফি অতোপ অতোপপা দেশতা থাখি। মীরৈবাক্তগী ইরৈবাক্তা থারকপা পোৎশিং অদুগী মরক্তা ফি, কব্রং অমসুং শামতুগী ফি, ধাতুনা শাবা পোৎচৈ, য়ু শউনগী পোৎচৈ, হিদাক, মিংশেল অমসুং লিক্লিগা পোৎনা অথোইবনি

ময়হং

ভারতবর্ষগী মহৌশাগী লৈজবম্বা ঙমখৈ করিনো অমসুং এরিয়া কয়ানো? ভারতবর্ষ অমসুং ইণ্ডিয়া হায়বা মিংগী থোরকফম মরম হায়য়ু। ভারতবর্ষগী লৈমাইথক করম তৌই হায়য়ু, অথোই অথোইবা চীংজাউ অমসুং মালভূমিগী মমিং হায়য়ু। অথোই অথোইবা কুরেলগী ঈরম লেপউ। আফগানিস্থানদগী ভারতবর্ষদা লাক্কে হায়রবদি করম্বা চীংলম্বেললোমদা লাক্কদগে হায়য়ু। ভারতবর্ষদা মালভূমি অমা লৈবা মাদুগী মমিং হায়য়ু অমসুং কদাইদা লৈবগে মাদুসু হায়য়ু। ভারতবর্ষগী উপকূল (সমুদ্র মপান নকপা লম) গী মরীদা খণ্ডবা মখৈ হায়য়ু অমসুং মাদুগী অতোপ অতোপপা শরুক্কী মমিং হায়য়ু। মৌসুমী নুংশিৎ কদাইবু কৌবগে? চেরাপুঞ্জিদা নোং অসুক য়াম্না তারিবা করিননো? নিংথমথাদা মাদ্রাজ লমদমদা নোংতাবা করিননো? ভারতবর্ষগী অতোপ অতোপপা মফমদা তোঙান তোঙানবা ঈশিং নুংশিৎ (হায়া) উবা

করিননো ? ভারতবষগী লৈন্নুংদগী খোকপা অমসুং লৌউবদগী খোকপা অথোই অথোইব পোংকী মমিং হায়য়ু। ভারতবষগী শাসনগী মরমদা করি খঙবগে ? বৃটীশ শাসনগী মথাপোনবা প্রদেশ ময়ামগী মমিং মাখোয়গী রায়েনবা মীগী অমসুং কোকুংগী মমিং হাযয়ু। অথোই অথোইবা দেশকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী মমিং মাখোযগী নিংথৌ অমসুং কোন্নুংগী মমিং হায়য়ু। আসাম ববিগদমক মমিং চংলি? পঞ্জাব হায়বা মিং অসিগী হোরককম মরম হায়য়ু। ভারতবষদা ইংরেজ নত্তনা অতৈ করম্বা মীংবাকী ভাংকী লোই লৈবগে? মখোইনা লোইচনবা মফমশিং অতুগী মমিং হায়য়ু। ব্রহ্মদেশ অমসুং সিংহলদ্বীপ করি করি পোংকীদমক মমিং চংলি? দিল্লী, কলিকাতা, বোম্বে, মান্দ্রাজ, এলাহাবাদ, শিলঙ, দার্জিলিং রাণীগঞ্জ, শিবপুর হাওড়া, চট্টগ্রাম, ত্রিচিনাপল্লী, ওয়াল্‌টেযার কোইম্বাটুর, কারাচী, আহমদাবাদ, পুনা, পাটনা, পুরী, বারানসী আগ্রা, কানপুর, লক্ষ্ণৌ, হরিদ্বার, লাহোর, অমৃতসর, সিমলা নাগপুর, জব্বলপুর, রেঙ্গুন, মান্দালয়, ইলোরা অমসুং আজন্তা শ্রীনগর, গোয়ালিযার, পোর্টব্লেযার, কলম্বো মফম পুম্নমক অসি কদায়দা লৈবগে অমসুং করিগীদমক মমিং চংপগে হায়য়ু অতুগা মানাচদা মাখোয়গী লৈফম পুখোকউ।

কলিকাতাদগী বোম্বে মান্দ্রাজ, পেশোয়ার, সিমলা, দার্জিলিং, রেঙ্গুন, কলম্বো, করাচী, এডেন অমসুং বোস্‌রা করম্বা লম্বীদা চংকদগে হায়য়ু অমসুং মানচিত্রদা ( ম্যাপতা ) পুথোকউ।

ভারতবর্ষদগী করম করম্বা পোং মীরৈবাক্তা থাথিবগে অমসুং

মীরৈবাক্কী করম করম্বা পোৎ ইরৈবাক্তা থারকপগে ?

## মহাদেশ অমসুং মহাসাগর।

পৃথিবীগী কংকালগী শরুক পুন্নমক অমগা অমগা ঈশম শম্নবা নত্তে। পাকচাউরবা থুমহী য়ানবা ঈশিংগী মপৈনা তোঙান তোঙানবা শরুকপু কোয়শিন্দুনা লৈরি। মাসি চাউরা চাউরবা শরুক মঙা থোক্না খায়দোকই। শরুক খুদিংমকপু মহাদেশ কৌই। ভারতবর্ষ মপুংচনবা মহাদেশ অদুগী মমিং এশিয়া ( Asia )। এশিয়াগী অরাং-নোংচুপ্তা য়ুরোপ মহাদেশ ( Europe ) এশিয়া অমসুং য়ুরোপ অমগা অমগা শম্নবা য়াম্না পাকচাউরবা পৃথিবীগী শরুক অমনি, পুল্লপনা য়ুরেশিয়া ( Eurasia ) মহাদেশ হায়না খঙনৈ। এশিয়াগী নোংচুপ্তা য়ুরোপকী মখাদা আফ্রিকা ( Africa ) মহাদেশ। য়ুরেশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী মায়কৈ মরিমক্তা য়াম্না পাকচাউরবা থুমহী য়ানবা ঈশিংগী মপৈ। এশিয়াগী নোংপোক্তা য়াম্না থাপনা ঈশিং মপৈগী অতোপপা মান্দা আমেরিকা ( America ) মহাদেশ। এশিয়াগী খা-নোংপোক্তা ঈশিংমপৈগী ময়ায়দা অষ্ট্রেলিয়া ( Australia ) মহাদেশ।

মমাংঙৈদা এশিয়া মহাদেশ আফ্রিকা মহাদেশকা লোয়ননা স্যুয়েজ কৌবা মরাক পাক্কবা লম মচেৎ অমনা তাইনহল্লম্মি। ( মরাক পাক্কবা লম মচেৎ অমনা লমদম অচৌবা অনিবু তাইনহল্লবদি মাদুবু যোজক কৌই )। তৌইগুমসুং স্যুয়েজ থোং তৌরবগী মতুংদা এশিয়া আফ্রিকাদগী তোঙান্না তারে

অমসুং সুয়েজ যোজক অপিকপা প্রণালী অমা ওল্লে । সমদ্রুগী জাহাজ ময়াম চখোক চংশিনগী খুদোং চাননবগীদমক চহি ১০ দা ( ১৮৬০-১৮৬৯ ) লুপা কোটি ৩০ তিংনা ডিলেস্-পেশ কৌবা থবক থংলবা ফরাসী মুপা অমনা খোং অসি তৌরম্মি । মাসিগী মমুং মাইল ৮৭, মরাক খুদুপ ১০০ দগী ২০০ ফাওবা অমসুং অরুবা খুতুপ ১৮ লোম । য়ুরোপ্পগী জহাজ ময়াম মমাংঙৈদা আফ্রিকা কোয়তুনা ভারতবর্ষদা লাক্-রম্মি, হৌজিক্তি জাহাজ ময়াম সুয়েজ খোংদা মতম খজিক্তদা ভারতবর্ষদা লাকপা ঙমই । মমাংঙৈদা আফ্রিকা কোয়দুনা লণ্ডন্দগী বোম্বেদা লাকপদা চংলম্বা মতম অত্তদগী হৌজিক ২৪নি মতম ৱাংনা চংলে ।

পৃথিবীগী অয়াম্বা শরুক থুংনা লৈরিবা য়াম্না পাকচাউরবা থুমহীগী ঈশিংমপৈ অত্থুবু কংফালগী মতৌগুম্না চাউর-চাউরবা শরুক মঙা থোক্লা খাযদোকহ অমসুং খুদিংমক মহাসাগর অমমমনি হায়না খঙনৈ পাকচাউরবা ঈশিংমপৈ অসিগী মরক মরক্তা কংফাল লৈ হায়তুনা মাসিবু তোঙান তোঙানবা শরুক থোক্লা খায়দোকপগুম উহ, তৌইগুম্বসুং অওইবমক্তি মাসি অমগা অমগা শম্নবা মপান নাইত্রবা ঈশিংমপৈ অমতনি । মখাদা মহাসাগরশিংগী মমিং হৈরি :-

১। প্রশান্ত মহাসগব - ( the Pacific Ocean ) এশিয়া অমসুং আমেরিকাগী মরক্তা ; পৃথিবীগী মমুংদা খ্বাইদগী হেন্না চাউবা মহাসগরনি ।

২। আটলান্টিক মহাসাগর ( the Atlantic Ocean ) নোংপোক্তা য়ুরোপ অমসুং আফ্রিকা অহুগা নোংচুপ্তা আমেরিকা ।

৩। ভাবত মহাসাগর—( the Indian Ocean ) ভাবত-বর্ষগী মখাদা।

৪। উত্তর মেরু মহাসাগর—( the Arctic Ocean ) পৃথিবীগী অয়াং চিদাইদা।

৫। দক্ষিণমেরু মহাসাগব—( the Antarctic Ocean ) পৃথিবীগী খা চিদাইদা।

নৈনরবা রাহং।

ওয়মক্লা মহাদেশ অমসুং মহাসাগব কথা লৈবগে, মাখোইগী মমিং করিনো অমসুং কদাইদা লৈবগে তাযযু অমসুং ম্যাপকা পুথোকউ। সুযেজ যোজকপু প্রণালী ওস্তোকপনা ভাবতবর্ষ-দগী য়ুরোপ চথোক চংশিনগী করি খুদোংচাবা থোক্লবগে।

---

## [৩] পৃথিবী।

এশিয়া, য়ুরোপ, আফ্রিকা, আমেবিকা, অষ্ট্রেলিয়া, অসিন-চিংবা কংফালগী শরুক অমসুং মাখোইগী মাইকৈ মবিমক্তা য়াম্না পাকচাউরবা থুমহীগী ঈশিংমপৈ পুল্লপা পৃথিবী ওই। পৃথিবীগী ঈশিং অমসুং কংফালগী শরুকী এরিয়া বর্গমাইল ১৯,৭০,০০,০০০ লোমনি। মাসিগী শরুক ৪ গী শরুক ১ দগী থরা হেন্না কংফান্নি অহুগা লেমহৌবা অহুনা ঈশিংনি।

পৃথিবীগী মীশিং—হৌজিক্কী মতম অসিদা পৃথিবীগী মীশীং কোটা ১৫২ রোমনি। পৃথিবীগী মী পুম্নমকপু চাউরাক্লা ককেশিয়ান (Caucasian), মঙ্গোলিয়ান (Mongolian) অমস্থং নিগ্রো (Negro)—জাং অহুম অসি থোক্লা থায়দোকপা য়াই।

ককেশিয়ান জাং—মাখোইগী মীশীং কোটা ৬৪ রোমনি। জাং অসিগী মায়তা য়েক্লম মওং মাল্লি, মশম করি করিগুম্বা মকমদা থোই, মমিং তিংই অমস্থং মরাইবক রাংই। অতৈ অতৈ জাংতগী জাং অসিগী মীনা লৈবাকমচা তাবা হেল্লি। য়ুরোপ, আমেরিকা, অষ্ট্রেলিয়া, অমস্থং ভারতবর্ষগী অয়াম্বা মী ককেশিয়াল্লি।

মঙ্গোলিয়ান জাং—জাং অসিগী মীশীং কোটা ৬০ রোমনি। মাখোইগী মমায়গী শক্ল তোংই, কুচু নাপুনি; মশম শাংই, খোইদে অমস্থং মুই; মকোয়মরাং পঙনা হৌদে; মমিং খুই অমস্থং মনাতোল্লোমদা হাইথৈ। এশিয়াগী নোংপোক অমস্থং অরাং-নোংপোক থংবা মফম পুম্নমক্কী মীশীং অমস্থং মেগিয়াস তুর্কী, ফিন, অমস্থং ল্যাপল্যাণ্ডদা লৈবা মীশীং মঙ্গোলিয়াল্লি।

নিগ্রো জাং—মাখোইগী মশীং কোটা ২০ লোমনি; জাং অসিগী মীগী কুচুদি মুগুক মুই; মশম শামতুগী মতৌ-গুম্না থোই; মনাতোল নমই অহুগা চিনবান চাউই অমস্থং নোয়। আফ্রিকা মাখোইগী ইহান হানবা লৈফমনি। তৌইগুম্বস্থং আমেরিকা অমস্থং পশ্চিম ভারতকী দ্বীপপুঞ্জদস্থু জাং অসিগী মী য়াম্না উবা ফংই। মফম পুম্নমক অসিদা নিগ্রোশিংবু

অরৈবা মীনাংগী মতৌগুম্না পুখিরম্মি।

অসিদসু নগুনা অমুকসু পিক্ল-পিক্লবা জাং য়াম্না লৈ। মাতুগী মরক্তা মালয উপদ্বীপ্তা অমসুং প্রশান্ত মহাসাগরগী ঈথৎ মপৈদা মালয় জাং, আমেরিকাগী মনাক্তা লৈবা ঈথৎ মপৈদা আমেরিকান ইণ্ডিয়ান জাং, অরাং আফ্রিকাদা হাম্মিদি অমসুং নোংচুপ এশিযাগী সেমিতি জাং পনবনা মতিক ওই। আরব অমসুং য়িহুদিশিং সেমিতি জাৎনি।

ধর্ম্ম—পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চংপা মীশিংগী মশীং থাঙ্গেশেংনা লেপপা ঙমদে। অতুমকপু মাখোইগী মশীং চাউরাক্রা মথাদা ইরি :—

খ্রীষ্টিয়ান কোটী ৪৭, য়িহুদি লক্ষ ৮০, মুসলমান কোটি ১৯, হিন্দু কোটী ২০, বৌদ্ধ কোটী ২৮ অমসুং অতৈ ধর্ম্মচংপা মী কোটী ৩৭ বোমনি।

লোল—পৃথিবীদা পুম্নমক্লা লোল লিশিং মরিরোম চংনরি। মথাদা ইবিবা লোল তরেং অসিগী লোল খুদিংমক্তা কোটী মরিদগীসু হেনবা মীনা রা ঙাংনৈ।

থাগী লোন কোটী ৪০, ইংরাজী লোল কোটী ১৩, রুশিয়া লোল কোটী ১০, হিন্দি কোটী ৯, জার্ম্মান লোল কোটী ৬ লক্ষ ৪০, স্পেন লোল কোটি ৪ লক্ষ ৮০ অমসুং ফরাসী লোল কোটী ৪ লক্ষ ৫০।

শাসনগী পথাপ – পৃথিবীদা শাসনগী পথাপ মখল অহুম চংনৈ। মাদুদি :—

১। ইচ্ছাতন্ত্র প্রণালী – ( Absolute Monarchy ) মতুংইন্না নিংথৌগী পাঙ্গল ওমখৈ নাইদে, মাহাক্কী লৈবাক্তা মানা নিংবা অতুমক তৌবা ওমই ; মমাংডৈদা রুষিয়াদা অসি-গুম্বা শাসনগী পথাপ অসি চংনরম্মি।

২। প্রজাতন্ত্র প্রণালী – (Limited Monarchy) মতুংইন্না নিংথৌনা প্রজাশিংগী মপুক্কিংগী রা লৌদুনা, হৌনবী অমসুং আইনগী মথা পোম্না লৈদুনা, লৈবাক শাসন তৌবা ভাই। মাদুদি — ইংলণ্ড।

৩। সাধারণতন্ত্র প্রণালী — (Republican Goverment) সাধারণতন্ত্র চংলিবা দেশ অদু কনাগুম্বা নিংথৌগী মখা পোনবা নত্তে ; দেশকী মীগী মহুৎশিনবশিংনা তিন্নদুনা লৈবাক্কী থবক পুম্নমক পাংথোকই। সভা আসদগী মেম্বরশিংগী মবক্তগী মহৈ মশিংদা অমসুং মরৌশিংদা খল্লাইদগী অথোইবা মেম্বর অমবু সভাগী মকোক নত্রগা প্রেসিডেন্ট হাপ্নে। মাহাক্কা সভাগা রা তান্নদুনা শাসনগী থবক পাংথোকই। থাক্সদা, যুক্তরাজ্যদা ( United States ) অমসুং রুষিয়াদা সাধারণতন্ত্র প্রণালী চংলি।

নৈনবা রাহুং

পৃথিবীগী ঈশিং অমসুং কংফালগী এরিয়া কয়ানো ?

মীশীং কয়ানো? পৃথিবীগী মী পুম্নমকপু চাউরাক্লা জাং কয়া থোক্লা খায়বা য়াবগে? মাথোয়গী মমিং হায়য়ু অমস্তুং মশক মতৌমু হায়য়ু। হিন্দু, মুসলমান অমস্তুং খ্রীষ্টান ধর্ম্ম চংপা মীশিংগী মশীং হায়য়ু। পৃথীবীদা মথল কয়াগী শাসনগী পথাপ চংনরিবগে?

## ( ৪ ) সৌর জগৎ।

পৃথীবীগী মওং—পৃথীবীগী মওং তুম অত্তুম্নদি ওইর-বদা মশা অপুম্বা পুমতুম তুম্বদি থোক্তে, কোমলাগী মতৌ গুম্না অরাং অমস্তুং খাদা খজিক্তুং কুংশিল্লি। তৌইগুম্বস্তুং পৃথিবী অস্তুক্কী মতিক চাউই করিগুম্বা মফম অমদা লেপ্তুনা য়েংবদা মাসিগী শরুক খজিক্তা মউই অমস্তুং লৈতেম মান্নে হায়না নিংই। অওইবমক্তি পৃথিবী লৈতেম মান্নদে, তুমই, মাহুগী খুদম কয়ামরুম মথাদা ইরি:—

১। অবাপ পদগী করিগুম্বা জাহাজ অমা লাকপা মতমদা ঐথোইনা ইহানহানবদা মাহুগী মাস্তুলগী মতোল উবা ফংই; অদুগী মতুংদা জাহাজনা নকশিল্লকইবা অহুক্কী মথে মথংমথং জাহাজগী অতোপ অতোপ্পা শরুক অমস্তুং ইকোনকোনবদা জাহাজগী মখা ইথংথংবা শরুক উরকই। সমদগী মথকথংবা শরুক মনম পোল্লি হায়দুনা জাহাজগী মখা থংবা শরুক অহানবদদি লোৎক্লুনা লৈ। পৃথিবীনা লৈতেম মান্নরম্নবদি ঐথোয়না অমুক্তদা জাহাজগী মশা পুম্নমক উবা ফংলমগদবনি। অচৌ অচৌবা তুরেনদস্তু অস্তুম তৌনা উবা ফংই।

২। ককচেং এমা কোমলা অমগী মথক্তা চুমত্রিং চুম্না

চংলবদি মাহ্নু মানা চংপা হৌথিবা মফম অদুদা অমুক লাক্ত্না থুংলৈ । পোৎকী মওং তুম্লবদি অস্নুম্না থোকই। জাহাজ অমা নোংপোক মাইকৈদা নংত্রগা নোংচুপ মাইকৈ-রোমদা করিগুম্বা মফম অমদগী খোংশানহুনা মাইকৈ ইওন ওনদনা চংলবদি মাহ্নু মমৈথংদা মানা খোংশানখিবা মফম অহুমক্তদা অমুক লাক্ত্না থুংলৈ । পৃথিবী তুমত্রবদি অস্নুম্না থোক্লমলোইদবনি । জাহাজ অহু মাইকৈ ইওনওন্দনা অল্লাং নংত্রগা থাপাংনা চংলবস্নু অহানবা খোংশানখিবা মফমদা লাক্ত্না থুংলবা য়াই ; তৌইগুম্বস্নুং অল্লাং অমস্নুং থাগী চিঙ্গাইদা অকিবা ফংনা ইংই, উন ফমজিন্দুনা লৈ, মরম অহুনা লাম্হোকপা য়াদে ।

৩। পৃথিবীগী মমিনা থাগী মথক্তা তারগা চন্দ্রগ্রহণ



তৌই। চন্দ্রগ্রহণগী মতমদা উবা ফংই থাদা তাবা মমি অদু তুমই। পৃথিবী তুম্নমত্রবদি-মাগী মমিসু তুম্নম্মোইদবনি।

স্কুলদা গোলক কৌবা যন্ত্র অমা লৈবা অদু পৃথিবীগী য়াম্না পিক্লবা মওং অমনি। গোলক অসিগী মথক্তা মহাদেশ, মহাসাগর অসিনচিংবা য়েকপা অদুদসু নত্তনা লৈই কয়ামরুমসু য়েক্ত্না লৈ। তৌইগুম্বসুং এখোইগী পৃথিবীগী মথক্তা অসি গুম্বা করিগুম্বা লৈই অমতা লৈতে। অদুমনদি ওইরবদা, হিসাব তৌবদা খুদোং চাননবগীদমক গোলকী মথক্তা য়েক্লিবা লৈইশিং অদুগী মতুংইন্না পৃথিবীগী মথক্তা অসিগুম্বা লৈই কয়ামরুম নিংনৈ।

গোলকী ময়ায় ফাওদোকখিদুনা অৱাং চিদাইদগী খা চিদাই ফাওবা লেংলিবা য়োংচৈ অদুবু গোলকী মেরুদণ্ড কৌই। গোলকী মনুংদা চংদুনা লৈরিবা য়োংচৈগী মশাং অদুবু গোলকী ব্যাস কৌবা য়াই। গোলকী মেরুদণ্ডগী মতৌগুম্না পৃথিবীগীসু মেরুদণ্ড অমা নিংনৈ। অসুম্না নিংনবা পৃথিবীগী মেরুদণ্ডগী অতোপপা মমিং অক্ষদণ্ড (Axis) মেরুদণ্ড অসিগী অৱাংথংবা চিদাইগী কুংশিনবা প্রদেশ অদুবু উত্তরমেরু নংত্রগা সুমেরু (North Pole) অমসুং খা চিদাইগী কুংশিনবা প্রদেশ অদুবু দক্ষিণমেরু নংত্রগা কুমেরু (South Pole) কৌই। পৃথিবীগী ব্যাস নোংপোক নোংচুপ্তা মাইল ৭২৯৬ হায়বদি ৮০০০ লোমনি অমসুং মাসিগী পরিধি ব্যাসকী শরুক অহুমদগী থরা হেল্লি, মাইল ২৪৯০০ হায়বদি ২৫০০০ রোমনি। পৃথিবী খা-অৱাংদা কুংশিল্লি হায়দুনা মাসিগী মেরুদণ্ড নংত্রগা খা-অৱাংগী ব্যাস নোংপোক নোংচুপকী ব্যাসদগী মাইল ২৬ ৱাংলি।




অন্নাং অমস্থুং খা মেরুদগী লাপপা চপমান্ননা পৃথিবীগী মথক্তা লৈই অকোয়বা অমা নিংনৈ, মাত্থগী মমিংদি বিষুব রেখা নৎত্রগা নিরক্ষবৃত্ত ( Fquator )। বিষুব রেখা অসিনা পৃথিবীবু অন্নাং অমস্থুং খাদা চপমান্নবা শরুক অনি থোক্লা থায়দোকই। অন্নাংথংবা শরুক্তা মমিং অন্নাংথংবা পৃথিবীতম্খাই

( Northern Hemisphere ) অমস্তুং খা থংবা শরুকী মখিং খা-থংবা পৃথিবীতখাই ( Southern Hemisphere ) ।

এশিয়া, য়ুরোপ, অমসুং আমেরিকাগী শরুক পুম্নমক অমস্তুং খা আমেরিকাগী অরাংথংবা শরুকী পিরুবা মচেং অমা অহুগা আফ্রিকাগী অয়াম্বা শরুক অরাংথংবা পৃথিবীতখাইদা লৈ । অষ্ট্রেলিয়া, প্রশান্ত মহাসাগরদা লৈবা অয়াম্বা দ্বীপ ( ঈথং ) খা আমেরিকাগী অয়াম্বা শরুক অমস্তুং আফ্রিকাগী খা-থংবা শরুক খা-থংবাপৃথিবী তখাইদা লৈ ।

বিষুব রেখাগী অরাং অমস্তুং খাদা বিষুব রেখাগা সমান্তর ওইনা ( লাপপা মান্নবা ) য়েক্লিবা ময়াম অহুবু অক্ষরেখা ( Parallels of Latitudes ) কৌই । রেখা পুম্নমক অসি বিষুব রেখাদগী মেরুদেশকী মনাকলোমদা নকশিনখিবা অহুকী মতিক তেনশিল্লকই । মাগোইগী পাম্বেনা পৃথিবী করিগুম্বা মফম অমা বিষুব রেখাদগী কয়া অরাংদা অমস্তুং কয়া মখাদনো, মাহু লেপনৈ ।

বিষুব রেখাবু চপমান্নবা শরুক ৩৬০ থোক্না খায়দোকই । শরুক খুদিংমকপু ডিগ্রী কৌই । (°) না ডিগ্রী খঙনৈ । অরাং মেরুদগী খা মেরু ফাওবা লৈই অমা চিংলবদি মাহু বৃত্ততখাঙ্গী অমা ওঙ্গৈগনি অমস্তুং মাহুদা ১৮০° লৈগনি করিগুম্বা মেরু অমদগী বিষুব রেখা ফাওবা লৈই অমা চিংলবদি মাহুদা ডিগ্রি ৯০° লৈগনি । অহু ওইরবদি ডিগ্রী ৯০°গী মফম থুংনা অরাং—অক্ষ রেখা অমস্তুং ডিগ্রী ৯০° গী মফম থুংনা খা-অক্ষরেখা য়েক্লনা লৈ । ডিগ্রী খুদিংদা ভৌগলিক মাইল ৬০ নংত্রগা ইংরাজীদা মাইল ৬৯ নি । করিগুম্বা মফম অমা ডিগ্রী ১° অরাং অক্ষরেখাদা

লৈ হায়রবদি অস্নুম্না থংনগনি হায়থরিবা মফম অদু বিষুব-রেখাদগী ভৌগলিক মাঈল ৬০ নংত্রেগা ইংরাজী মাঈল ৬৯ লাপনা অরাংলোমদা লৈ।

সুমেরুদগী কুমেরু ফাওবা বৃত্ততথাঈ মানবা লৈঈ কয়ামক্না বিষুব রেখাবু লম্ব ওইনা কক্লনা চপমান্নবা শরুক ৩৬০ থোক্না থায়দোকই। লৈঈশিং অসিবু দ্রাঘিমা ( Meridians ) কৌঈ। লণ্ডনগী মনাক্তা লৈবা গ্রীণিচ কৌবা মফম ফাওদুনা চংথরিবা দ্রাঘিমা অদুদগী ইংরেজ ভূগোল শাস্ত্র হৈবশিংনা মশিং থীবা হৌই ; মরম অসিনা মাদুবু অহানবা দ্রাঘিমা (First Meridian) কৌই। মরম অদুনা অহানবা দ্রাঘিমাগী নোংপোকলোমদা দ্রাঘিমা ১৮০ থক লৈ। নোংচুপলোমদস্মু মতৌ অদুগুম্না দ্রাঘিমা লৈ। নোংপোক মাইকৈগী দ্রাঘিমাশিং অদুবু নোংপোক দ্রাঘিমা অমস্নুং নোংচুপ মাইকৈগী দ্রাঘিমাশিং অদুবু নোংপোক দ্রাঘিমা কৌই। দ্রাঘিমাশিং অসিগী পান্থনা করম্বা মফম অহানবা দ্রাঘিমাদগী নোংপোক অমস্নুং নোংচুপ্তা কয়া লাপনা লৈবগে হায়বা খঙনৈ। গ্রীণিচদগী দিল্লী ৭৭ লোম কলিকাতা ৮৮ লোম অমস্নুং শিলঙ ৯২ নোংপোক দ্রাঘিমাদা লৈ। থা'না মমাংঙৈদা ভারতকী পণ্ডিতশিংনা লঙ্কা দ্বীপকী ময়ায়চবুক ওইনা অহানবা দ্রাঘিমা লৌরমই, মতুংদা বারাণসীগী ময়ায়চবুক ওইনা অহানবা দ্রাঘিমা নিংনরমই।

অহিং মুংথিল—ঐথোইনা মুমিংকী মঙাল ফংলিবা মিকুপ অদু ফাওবা ঐথোইগী মুংথিল অমস্নুং মুমিংনা উথিদদুনা অমুকহন্না পোরকত্রিবা ফাওবা ঐথোইগী অহিংনি। মহৌশানা ঐথোইনা হায়নৈ, মুমিংনা নোংপোকলোমদগী থোরকপনা

নোংচুপলোমদা তাই হায়বদি মুমিৎ অসি চৎলি হায়না নিংই। মৌইগুম্বস্নুং অওইবমক্তি মাদূ নত্তে; মুমিৎনা মফম অমদা লেংদনা লৈ, পৃথিবীতনা কোয়রিবনি।

গোলক অত্থু থাউমৈগী মমাংদা লেংদনা থম্লবদি মাত্থগী তথায় অমা ঙাল্লি অমস্নুং তথায় অমনা মমই। পৃথীবীনা লৈদনা (কোয়দনা) অস্থুম তৌনা লেঙদনা লৈরম্লবদি পৃথ্বীগী শরুক অমদা মতম লৈবা থিবিক্তা মুংথিল অমস্নুং অতোপ্পা শরুক্তা মতম লৈবা থিবিক্তা অহিং ওইরমগদবনি; মৌই-গুম্বস্নুং ঐথোয়না মুংথিলগী মতুংদা অহিং অমস্নুং অহিংগী মতুংদা মুংথিল ফংই। গোলক অত্থুবু মাহাকী মেরুদণ্ডগী মথক্তা লৈহল্লবদি (কোয়শিন্নবদি) উবা ফংই, গোলকী তথাট



অমা অমুক অমম্ব রোমদা অত্থগা তমুক অঙানবরোমদা লাকই। মাসিদগী ঐথোয়না লেপপা ঙমই, মুমিৎনা মফম অমদা লেঙদনা লৈ অমস্নুং পৃথীবীনা মাহাকী মেরদণ্ডগী মথক্তা থুংগী

মতৌগুম্না লৈরি। ঐখোয়না লৈরিবা পৃথীবীগী শরুক অসিদা মুমিংকী মঙান তাবা মতম অদূদা ঐখোয়গী মুংথিল অমসুং ঐখোয়গী ওন্নতৈনবা শরুক্তা হায়বদি অমেরিকাদা অহিং ওই; অমুক পৃথীবীগী মশা ওনবা মরম্না ঐখোয়না মঙাল ফংদবা মতমদা ঐখোয়গী অহিং অমসুং আমেরিকাদা মুংথিল ওই। মুমিং অসিনা চংলিমাল্লে হায়না মহৌশানা নিংনৈ। চেল্লিবা রেলগাড়ীদা ফমদুনা মেহুংথোংলোমদা মপান্দা য়েংলবদি রেল-লম্বীগী নাকন্দা লৈবা য়ুমকৈ, উ, ম্না অসিনচিংবা মতৌ অংগুম্না ওন্নতৈনবা মায়কৈদা চেল্লি হায়না নিংই; য়াঙনা হোললিবা হিদগী তুরেনগী মপান্দা লৈবা য়ুমকৈ, উনচিংবসু মতৌ অঙ্ক-গুম্না ওন্নতৈনবা মায়কৈদা চংপগুম উই। অওইবমক্তি য়ুমকৈ উনচিংবদি মফম অমতদা লেঙদনা লৈবনি। পৃথীবীনা নোং-চুপ্তগী নোংপোকলোমদা মশা ওললি, মরম অদুনা ঐখোয়না চত্তুবা মুমিংপু পৃথীবীনা চংপগী ওন্নতৈনবা মায়কৈদা হায়বদি নোংপোকলোমদগী থোরক্তুনা নোংচুপলোমদা তাবা উই। পৃথিবীনা মাহাক্কী মেরুদণ্ডগী মথক্তা লৈবদা (কোয়বদা) চংবা মতম অদুবু ঐখোয়না পুং ২৪ থোক্লা থায়দোকই। পৃথীবীগী ব্যাস লৈবনা (কোয়বনা) অহিং অমসুং মুংথিলগী খেন্নবা থোকই, অদুনা পৃথীবীগী মচং অসিমবু আহ্নিকগতি কৌই।

পৃথীবীনা মাহাক্কী মেরুদণ্ডগী মথক্তা নোংচুপলোমদগী নোং-পোকলোমদা লৈ হায়দুনা মুমিংনা নোংপোকলোমদা থোকই অমসুং নোংচুপলোমদা তাই অদুগা মরম অসিনা নোংচুপ থংবা দেশদগী নোংপোকথংবা দেশদা হান্না মুমিং থোকপা উই। পৃথীবীনা পুং ২৪ দা ডিগ্রিমা মচেং ৩৬০ থুংনা অমুক্তং লৈ।

মরম অদুনা ৩৬০÷২৪=১৫ দ্রাঘিমা মচেৎ লৈবদা পৃথীবীগী পুং ১ চংই। $\frac{১ \times ৬০}{১৫}$=মিনিট ৪ দা দ্রাঘিমা মচেৎ অমা লৈ। অদু ওইরবদি খঙবা ঙমলে—করিগুম্বা মফম অমগী দ্রাঘিমা মচেৎ অমা নোংপোক্তা নত্রগা নোংচুপ্তা মিনিট ৪গী মমাংদা নত্রগা মতুংদা মুমিং উবা ফংঈ হায়বদি করিগুম্বা মফম অমগা, মাদুদগী দ্রাঘিমা মচে অমা নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা লৈবা অতোপপা মফম অমগা মিনিট ৪ খৈদ্নে। মানচিত্রদা করম্বা মফমদা ডিগ্রী কয়াগী দ্রাঘিমা তাবগে য়েংলগা মাদুদগী হিসাব তৌদুনা মফম অমদগী অতোপপা মফম অমগী খেন্নবা মতম লেপপা যাই; মাদুদি:-

গ্রীণিচ্দি শিলঙ্ ডিগ্রী ৯২° দ্রাঘিমাদা লৈ হায়বদি গ্রীণিচ্দগী শিলঙ্ দ্রাঘিমাদা মচেৎ ৯২ নাংপোক্তা। মরম অদুনা গ্রীণিচদা মুংাথল পুং ১২ তাবা মতমদা শিলঙ্দা ($\frac{৯২ \times ৪}{৬০}$= পুং ৬ মিনিট ৮) মুমিদাংবাই পুং ৬ মিনিট ৮। হাযবদি গ্রীণিচদগী পুং ৬ মিনিট ৮ হান্না শিলঙ্দা মুমিং থোকই। শিলঙ্দা পুং ৬ মিনিট ৮ তাবা মতমদা শিলঙগী ডিগ্রী ৩ নোংপোক্তা (৯৫ নোংপোক দ্রাঘিমাদা) লৈবা ডিব্রুগড়দা (পুং ৬ মিনিট ৮+৩×৪ মিনিট)= পুং ৬ মিনিট ২০। হায়বদি শিলঙদগী ডিব্রুগড়দা মিনিট ১২ হান্না মুমিং থোকই। মতৌ অদুগুম্না শিলঙদা পুং ১২ তাবা মতমদা শিলঙগী দ্রাঘিমা মচেৎ নোংচুপ্তা শয়াদা (ডিগ্রী ৮৫ নোংপোক দ্রাঘিমা) পুং ১২ তাগদবা ৭×৪=২৮ মিনিট লাংকনি। শিলঙ গয়াগী দ্রাঘিমা ৭ নোংপোক্তা লৈ হায়দুনা শিলঙদা মিনিট ২৮ হান্না মুমিং থোকই।

ঋতু ওনবা ঐখোইগী অহিং নুংথিল অসি মতম পুম্নমক্তা চপমান্নবা নত্তে। কালেন থাদা নুংথিল শাংইবা অহিং তেল্লিবা অমসুং নিংথম থাদা অহিং শাংইবা অমসুং নুংথিল তেল্লিবা অসি করিগীনো? গোলক অসি মেরুদণ্ডগী মথক্তা চপম্নুংনা থম্নগা লৈরবদি উগনি মাহুদি গোলকী শরুক খুদিং-মক অরৈবা খুদিংদা চংবা মতমগী তথাই অমা অঙানবদা অমসুং অতোপ্পা মতম তথাই অমনা অমম্বদা লৈ। অদুগা মেরুদণ্ডবু লৈই অমতদা (সমসূত্র) থাউমৈগা থম্মিন্নদুনা লৈর-বদি গোলকী তথাই অমদদি লৈবদা চংব, মতম পুম্নমক মঙাল লৈগনি অমসুং তথাই অমদনা মতম পুম্নমক অমম্বা লৈগনি। অসুম তৌদুনা পৃথিবীনা মশাগী মেরুদণ্ডগী মথক্তা চপম্নুংনা লৈদুনা লৈরম্নবদি অহিং নুংথিল পুম্নমক চপমান্নরম-গদবনি; অদুগা ছিপথদুনা লৈরগা লৈরম্নবদি পৃথিবীগী শরুক অমদা ইতত্তুনা নুংথিল অমসুং অতোপপা শরুক অমদা অহিং ওইরমগদবনি। অদুবু পৃথিবীদি চপম্নুংনা নত্রগা ছিপথদুনা লৈদে।

মেরুদণ্ডবু খজিক্কুং হাইথরগা পায়দুনা লৈরবদি উগনি গোলকী শরুক অমদি মতম অযাম্বা ঙাম্দুনা লৈ অমসুং শরুক অমনা মতম অয়াম্বা মমদুনা লৈ। গোলক অদুবু য়েংলোমদা পাযদুনা লৈরবদি মাসিগী অরাংথংবা শরুক অদু ইতত্তুনা মতম য়াম্না হেন্না ঙাম্দুনা অমসুং মথাথংবা শরুক্না ইতত্তুনা মতম য়াম্না হেন্না মমদুনা লৈগনি। পৃথিবীনা



অস্নুম তৌহ্না থক্তিক্তং হাঈথরগা মফম অমতদা লৈরম্লবদি অম্লাংথংবা গোলার্দ্ধদা ঈতত্তত্তনা মুং-থিল শাংলমগদবনি, অহিং তেল্লমগদবনি—কালেনথা ওঈরমগদবনি অমস্নুং মথা থংবা গোলার্দ্ধদা ঈত তত্তনা মুংথিল তেল্লমগদ-বনি, অহিং শাংলমগদ বনি—নিংথমথা ওঈরম-গদবনি । অহুবু মাহুদি ওঈবা য়াদে ; অম্লাংথংবা গোলার্দ্ধদা লৈরে হায়রগা ঐখোয়না কালেন থাগী মতুংদ নিংথমথা, নিংথম থাগী মতুংদা ওলাংথা ফংহুনা লাক্লিবা অসিনি । গোলক অদুবু ইন্থোরক্তৃনা থাউমৈবু কোয়হনা পূরকপা য়ারবদি উবা ফংগনি গোলকী অরাংথংব তথ্বাযগী য়াম্না হেম্না ওান্দুনা লৈরম্বা শরুক্তা মণ্ডাল অহু অস্নুম অস্নুম রাথরকঈ অমস্নুং মথাথংবা তথ্বায়দা অমম্বনা য়াম্না হেম্না কুপশিন্দূনা লৈবা শরুক্তা অমম্বস্নু চাং অদুদা রাথরকঈ ; অমস্নুং গোলক অদুবু থাউমৈগা চপচানা ওম্নতৈনবা মায়কৈদা ( ওয়থংবা নাকন্দা ) থম্বা য়াবা মতমদা অম্লাংথংবা তথ্বায়দা অমম্বনা অমস্নুং মথা

খংবা তথ্বায়দা অঙানবনা মতম হেন্না লৈরগনি পৃথিবীদসু থাঙৈশেংবা অসিমক ওঈ। মাসিসু মশাগী মেরুদণ্ডগী মথক্তা খঙ্গিক্তং হায়থদুনা থুংগী মতৌগুম্না লৈনা লৈনা সুমিৎপু য়েৎওইনবা কোয়রি। সুমিৎপু অমুক্তং য়েৎওইনবা কোয়রিঙৈদা পৃথিবীনা মশাগী মেরুদণ্ডগী মথক্তা ৩৬৫ বক্তগী খজিক্তং হেন্না লৈ। মাসিদা অহিং সুংথিল ৩৬৫ নৎত্রগা চহি অমা ওই। মরম অসিনা পৃথিবীগী চংলিবা (গতি) অসিবু বার্ষিকগতি কৌই। চহি অমবু ঐখোইনা থা তরানিথোই থোক্লা থায়রি। পৃথিবীনা সুমিৎপু য়েৎওইনবা কোয়রিবা লম্বেল অদুবু পৃথিবীগী কা (কক্ষ) কৌই।

অন্নাংথংবা গোলার্দ্ধদা ওলাংথা ওইদুনা সুংথিল শাংবা অহিং তেনবা মতম অত্তুদা মখাথংবা গোলার্দ্ধদা সুংথিল তেল্লি, অহিং শাংই। পৃথিবীনা হাঙৈথংনা লৈবা মরম্না সুমিৎনা থা তরুক বিষুব রেখাগী অন্নাংদা অমসুং থা তরুক অমা মখাদা লৈ। অন্নাংদা লৈবা মতম অদুদ, অন্নাংথংবা গোলার্দ্ধদা লৈবা ঐখোইনা ওলাংথা ফংই। অমসুং মখাথংবা গোলার্দ্ধদা অষ্ট্রেলিয়াদা মংাথংবা আমেরিকাগী মফম অযাম্বদা লৈবা মাখোই অত্তুনা মতম অদুদা নিংথমথা ফংই। অসুম তৌদুনা সুমিৎনা মখাদা লৈবিঙৈদা ঐখোযগী নিংথমথা ওই অত্তুগা মথাগী গোলার্দ্ধদা লৈবশিংগীনা ওলাংথা ওয়। অদুগা গোলক অদুবু থাউমৈগী নাকল মবিমক্তা কোয়না পুরকপা মতমদা উররিগনি অন্নাংথংবা গোলার্দ্ধগী মাংা হেন্না লৈবা মঙাল অদু অসুম অসুম ম্রাথরকঈ মথং মথং অসুম তৌনা অন্নাং গোলার্দ্ধদা মঙাল অমসুং অমম্বগা চপমান্নরবা মতম অম ংাকনি। অত্তুগা অমুক হেন্না থৈদোক্তনা পুরক্লবদি অমম্বা অত্তু অসুম হেন-

গৎলক্কনি অমসুং থাউমগী থাঙ্গেশংবা ওন্নতৈনবা মায়কৈদা চংথিদুনা অন্নাংথংবা গোলার্দ্ধদা সৈরম্বা মঙাল অতুগী চাংদা অমম্বা অসুম হেনগৎলক্কনি। মথং মথং অমুক অন্নাংথবা গোলার্দ্ধদা অমম্বগা অঙানবগা মান্নরক্কনি। মমৈদা অমুকসু হেন্না লৈহনা পুরক্লবদি মাঙল হেনগৎলক্কনি অমসুং মমাংঙৈগী মফমদা পুরক্কুনা অমুক হন্না মঙাল খ্বায়দগী হেনগনি। পৃথিবীগীসু অসুম তৌই। পৃথিবীগী অন্নাংথংবা গোলার্দ্ধদা জুনগী ৩১




নি শুবা নুমিৎনা খ্বায়দগী হেন্না শাংবা নুংথিল্লি। মরম অসিনা তারিখ অসিগী মমাং থরনে মতুং থরনে লৌহনা অন্নাংথংবা গোলার্দ্ধদা ওলাংথা ওইন্নিবনি। তারিখ অসিগী থা তক্কী মতুংদা ডিসেম্বরগী তারিখ ২২ নি শুবা নুমিৎকী অন্নাংথংবা গোলার্দ্ধদা নুংথিল পুন্নমক্কগী তেল্লি, অহিংনা অহিং পুন্নমক্কগী শাংই। নুমিৎ অসিগী নক্ক নক্কবা মতম লৌদুনা অন্নাংথংবা গোলার্দ্ধগী নিংথমথা ওই। অদুগ্না তারিখ অনি অসিগী মরক্তা লৈবা সেপ্টেম্বরগী তারিখ ২৩ নি অমসুং

মার্চ্চগী তারিখ ২১ নি শুবনে অনি অসিদা চহিদা অনিরক অহিং মুংথিল মায়ে। মাখোই অসিগী নরু নরুবা মতম লৌহুনা মথং মথং শরৎ অমসুং বসন্ত ওই। শরৎ অমসুং বসন্তগী মতমদা য়াম্না ঈংবা অমসুং শাবা তৌদে। অদুনা মাখোই অসিবু য়াহে মতমদা য়াম্নসু ঈংদবা অমসুং শাদবা মতম ( নাতিশীতোষ্ণ কাল ) হায়বা য়াই। পৃথিবীগী বার্ষিক-গতিনা অসুম ভৌহুনা ঋতু হোংলিবনি।

পৃথিবীগী অকোযবা ( ভূমণ্ডল )—পৃথিবীগী কৰি কৰিগুম্বা মফমদা গুমিংকী মণ্ডাল আস খাযনা শাই অমসুং মতম য়াম্না কূইনা লৈ অতুগা কবি কবিগুম্বা মফমদা মুমিংকী মণ্ডাল অসি




খোংনা তাই অমসুং মতম খরদা মরৈ। মরম অসিনা পৃথিবীগা করি করিগুম্বা মফমদা ওলাংবা হেল্লি ; কবি করিগুম্বা মফম-দনা নিংথম্বনা হেল্লি। কাব করিগুম্বা মফমদনা যাম্নসু লিংথমদে, য়াম্নসু ওলাংদে "নাতিশীতোষ্ণ" ওই। অরাং অমসুং মথা মেরু

মেরুদগী লাপপা চপমান্নবা ডিগ্রী ২৩½° রোম অরাংদা নত্রগা থাদা লৈই অনিথক লৈ হায়না কহনা ভৌই, মাথোয়গী মমুংচনবা মফম অনি অতুদা চহি অমদা নোংমদি পুং ২৯ গী মমুংদা মুমিং ঈউউদে। অদুগা হায়বিবা মুমিং অসিগী মতুং থা ৬ হেক শুবদা নোংমদি পুং ২৪ গী মমুংদা মুমিং ঈতাতাদে। মেরুগী লমদমদা থা তরুকচুপপা মুমি. উদুনতা লৈ অমমুং মাহুগী তুংদা থা ৬ অমা উদে। মুমিংকী মঙাল্লা মতম য়াম্না তেম্না লৈবগা ঐখোয়গী নিংথমথা লাকঈ। মরম অসিনা থা তরুকথক মুমিং উদবা লম অতুদা করম্বা মঈং ঈংলিদগে হায়বা অদু লায়ন্না খংবা য়াই। হায়খবিবা মেরু অনি অদুদা লৈবা সমদ্রু অহুদি তাউদুনা লৈবা উন্না পিকথল্লি অমমুং কংফালগী শরুক অতুনা চহি অমা চুপপা উন্না কুপ্তুনা লৈ। মেরুপ্রদেশকী মমুংদা মতম কুইনা উন্না কুপ্তুনা লৈবা লৈপাক অনি অসিগী উনগী লমদম (Frizid Zone) কৌই। অতুগা বিষুবরেখাগী অরাং অমমুং থাদা লাপপা চপমান্নবা লৈ হায়না নিংলিবা লৈই অনিগী মরক্তা বিষুবরেখাদগী ডিগ্রী ২৩½° পাক্লা লৈরিবা লমদম অতুদা মুমিং ইত্তত্তনা লৈ। হাযরিবা মফম অসিগী করিগুম্বা মফম অমদা নোংমদি মুমিংকী মঙান চপযুংনা তাই। মবম অসিনা মফম অসি থান্না ওলাংই অমমুং ওলাংবা-লম (Torrid Zone) হায়না খঙনৈ। উনগী লম অমমুং ওলাংবা লম অনি অসিগী মরক্তা লৈবা মফম অনি অসিগী মথক্তা মুমিংকী মঙাল খজিক্তা ওইরবমু থান্না ওইরবমু থোয়না তায়। মরম অসিনা মফম অহুদা য়াম্না ইংদে অমমুং থান্নমু ওলাংদে। মাখোই অনি অসিবু য়াম্না শাদবা অমমুং ইংদবা নংত্রগা অচীক অশা মান্নবা লম (Temperate Zone) কৌই।

গ্রহ—মুমিংকী মাংকৈ মবিদা পৃথিবীগুম্বা পিশক অমসুং অচৌবা গোলক কযামক্কা কোযরি। মাখোইবু মুমিংকী গ্রহ কৌই। হৌজিক ফাওবা মুমিংকী মাইকৈ মরিমক্তা পুথোক-খরবা গ্রহ পুম্নমক অত্তগী মমুংদা নিপালখরা অথোয়বনি মাদুদি ঃ—বুধ ( Mercury ), শুক্র ( Venus ), পৃথিবী ( Earth ), মঙ্গল ( Mars ), বৃহস্পতি ( Jupiter ), শনি ( Saturn), উরেনস (Uranu ) অমসুং নেপচুন্ (Neptune)।

কা নৎত্রগা কোযননবা লম্বেল চাউবিবা অদুকী মতিক গ্রহ অদু মুমিত্তগী লাপনা লৈ অমসুং মুমিংপু যেংওইননা কোযবদসু মাহাক্কী মতম অত্তকামতিক হেন্না চংই। বুধগ্রহগী কনা অতোপ অতোপপা গ্রহদগী হেন্না পিকই হাযবদি বুধন। অতোপ অতোপপা গ্রহদগী হেন্না মুমিংকী মনাক নক্না লৈ, অদুম্নদি ওইরবদা মাসি মুমিত্তগী মাইল কোটি ৩ লক্ষ ৬০ দগী



রাজনা থাপনা লৈ অমসুং নুমিৎকী মাইকৈ মরিদা অমুক্তক কোয়-বনা নুমিৎ ৮৮ নি চংই। বুধগী মথংদা শুক্রগ্রহনা নুমিৎনা খ্বাইদগী হেন্না নরে, নুমিৎপু য়েংওইনদনা কোয়বনা মাহাক্না নুমিৎ ২২৫ চংই। শুক্রগী মথংদা পৃথিবা, পৃথিবীগী মথংদা মঙ্গল, মঙ্গলগী মথংদা বৃহস্পতি, বৃহস্পতিগী মথংদা শনি, শনিগী মথংদা উরেনস, অমসুং উরেনসগী মথংদা নেপচুন লৈ। নুমিৎতগী পৃথিবীনা মাইল কোটি ৯ লক্ষ ৩০ লাপনা লৈ। নেপচুননা নুমিৎতা খ্বাইদগী হেন্না থাপনা লৈ। অমসুং নুমিৎপু য়েংওইনদনা কোয়বদা চহি ১৬৬ চংই। নুমিৎ ৩৬৫ নিদা ঐখোইগী পৃথিবী অসিনা নুমিৎকী মাইকৈ মরিদা অমুক্তং কোয় অমসুং মাসিদা ঐখোইগী চহি অমা ফাই। মরম অসিনা নুমিৎ ৮৮ নিদা বুধগী চহি অমা, নুমিৎ ২২৫ নিদা শুক্রগী চহি অমা অমসুং ঐখোইগী চহি ১৬৫ না নেপচুনগী চহি অমা ওই।

অতোপপা লামাইদা য়েংবগী অসিদগী নুমিৎনা অতৈ অতৈ গ্রহগা পান্দমবদা কয়া হেন্না চাওবগে হায়বা অদু নেপপা য়াই। পৃথিবাদগী নুমিৎনা শরুক লক্ষ ১৩ হেন্না চাউই। বুধনা খ্বাইদগী হেন্না পিকই অমসুং ঐখোইগী পৃথিবীনা মাসিদগী শরুক ১৭ হেন্না চাউই শুক্রনা পৃথিবীদগী খজিক্কং পিকই। বৃহস্পতি য়াম্না লংবা অমসুং অচৌবা গ্রহ অমনি। পৃথিবীদগী মাসি শরুক ১৪০০ রোম হেন্না চাউই।

গ্রহশিংগী মপা মশাগী করিগুম্বা মওং লৈতে। সুমিংনা চংলরা মওংগী মপৈ মচাক ওইনা গ্রহ খাংবগী মতাংদা লৈরুবা মাখোইবু তাক্লকই। সুমিত্তগী কয়ম্বা মওং মখুমকী অমি মাখোইনা অইলি।

(গ্রহশিংগা চাংদম্নবদা সুমিংকী মপুংফারবা মশাগী শরুক থখিরক্কং,)।




ঐখোইনা অহিয়াদা উবা ফংলিবা থবান্মিচাক পুম্নমক অসিগী অমমমনা সুমিং অমমমনি। অদুগা সুমিত্তগী য়াম্না রেম্না চাউবা থবান্মিচাকসু লৈ। থবান্মিচাকশিং অসি য়াম্না থাপনা লৈবা মরমনা পিকনা উবনি। অওইবমক্তি ঐখোইগী পৃথিবী অসিদগী মখোইনা লাপনা লৈরিবা অদুকী মতিক সুমিংনা থাপনা লৈবমলবদি ঐখোইনা সুমিং উবা ফংলম-লোইদবনি। য়াম্না থাপনা লৈবা থাউমৈনা মুংলি মুংলি ওাস্নুনা লৈবগুম্না, থবান্মিচাকশিংসু অহিয়াদা মুংলি মুংলি ওাস্নুনা লৈ। গ্রহ অমসুং থবান্মিচাক হায়বা অসি য়েংবদা

মশক অমত্তা ওইনা তৌই। মদুম্নদি ওইরবদা খজিক্তং পুক্নিং চংনা য়েংশিল্লবদি মখোই মশেল খেন্নরিবা অদু লেপপা য়াই। গ্রহগী মঙাম্দি লেংদনা লৈ, থরাম্নিচাকী মঙাম্দি থক থক লাওই, থরাম্নিচাক্তি মুংলি মুংলি তৌদুনা ঙাম্লি। সুমিংপু কেন্দ্র ওইহল্লে হাইরগা বুধ, শুক্র, পৃথিবী, মঙ্গোলনচিংবা গ্রহনা কোয়না চংপগুম্না, থরাম্নিচাক খুদিংগী মাইকৈ মরিমক্তসু গ্রহ মচা অচৌবা ময়াম্না কোয়না চংলি, অমসুং সুর্যমণ্ডলগী গ্রহশিংগী মতৌগুম্না লেঙদবা অমসুং থক থক তৌদবা মঙাল শন্দোরকই।

থা—পৃথিবী অমসুং অতৈ অতৈ গ্রহনা সুমিংপু য়েংওইননা কোয়বগুম্না, থানসু পৃথিবীবু য়েংওইননা কোয়রি। মরম অসিনা থাবু উপগ্রহ কৌই। খানা পৃথিবীগী মাইকৈ মরিমগা অমুক্তং সুমিৎ ২৮ নিদা কোয়বা থুংই। থাগী ময়াইদা ফাওদোকখিবগী পাদম (ব্যাস) মাইল ২,৬২ নি। পৃথিবীদগী খানা মাইল কোটী ২ লক্ষ ৬০ লাপনা লৈ। সুমিংকী মতৌগুম্না থাগী করিগুম্বা মঙাল লৈতে। সুমিত্তগী ফংলিবা মঙাল অহুমক মাহাক্না অমুক পীথোক্লকপদনি

থা অমসুং পৃথিবীনা কোয়না কোয়না চৎপা মরম্না গ্রহণ তৌরিবনি। পৃথিবী অমসুং থানা মাগী মাগী লম্বেন্দা (কক্ষ) কোয়রকপদা থানা পৃথিবী অমসুং সুমিংকী ময়ায় চপচানা

লৈই অমতদা লাক্ত্না থুংলরবা মতম অতুদা মুমিত্তগী পৃথিবীনা ঋংলম্বা মঙাল অতু থম্মোকই; মাসিমক মুমিংকী গ্রহণ (সূর্য্যগ্রহণ) ত্তৌবা হায়বা অদুনি। অতুগা অম্মমতৌনা লৈরক লৈরকপদা পৃথিবীনা থা অমম্মুং মুমিংকী মরক্তা লৈই অমতদা লাক্ত্না থুংলবা মতম অতুদা পৃথিবীগী মমিনা থাগী মথক্তা তাই; মাসিমক থাগী গ্রহণনি।

ওমখৈ নাইদ্রবা অহাঙবগী লম্বেন্দা তাউতুনা লৈরবা মুমিংকী অমম্মুং মাহাক্কী মাইকৈ মরমিক্তা লৈবা গ্রহ পুন-শিল্লগা মুমিংকী জগৎ (সৌরজগৎ) শেমই।

## লৈনবা ৱাঁহং।

পৃথিবীনা তুম্বক তুমই হায়বগী খুদম খরা পীয়ু। মুলদা লৈরিবা গোলক অতুনা কবি কান্নবগে? অক্ষদণ্ড, উত্তর অমম্মুং দক্ষিণমেরু, বিষুবরেখা নত্রগা নিরক্ষরেখা, উত্তর গোলার্দ্ধ, দক্ষিণ গোলার্দ্ধ, অক্ষরেখা, অহানবা দ্রাঘিমা কদাইবু কৌবগে? পৃথিবীগী অকোয়বা অমম্মুং ময়ায়দা ফাওদোক-খিবগী ব্যাসকী পাদম মাইল কয়ানো? পৃথিবীনা চৎপনা করম তৌনা অহিং মুংথিল ওইবগে অমম্মুং বাষিকগতি কদাইবু কৌবগে? পৃথিবীবু মরু ওইনা শরুক কয়া থোক্না থায়দোকপা য়াবগে অমম্মুং শরুকশিং অতুনা মমিংশিং অতু কৌথিবগী মরম হায়য়ু। গ্রহ কদাইবু কৌবগে? মকোক

মমেকোক ওইনা গ্রহ ৮ অমুগী মমিং করি করিনো ? গ্রহ অমসুং থবানমিচাকী থেংনবা করিনো হায়রু। থাবু পৃথিবীগী উপগ্রহ কৌরিবা করিগীনো ? পৃথিবীগী মুমিৎ অমসুং থা কয়া লাপনা লৈবগে ? করম তৌনা থা অমসুং নুমিৎকী গ্রহণ তৌবগে ?

---

## (৫) ব্রিটিশ সাম্রাজ্য।

## (The British Empire.)

## (গোলক্তা য়েংগদবা)

য়ুরোপ মহাদেশকী মনুং চনবা আটলান্টিক মহাসাগরদা লৈবা গ্রেট ব্রিটেন ( Great Britain ) ইংলেণ্ড অমসুং স্কটল্যাণ্ড ( England and Scotland ) অমসুং আয়রল্যাণ্ড ( Ireland ) দ্বীপতা লৈবা মীশিং অদু ব্রিটীশ হায়না কাওই। য়ুরোপ্তা লৈবা জাৎতী পুম্নমক স্বাধীন ( মনিংমথা তম্বা ওাক্করা ? মাথোয়গী মরক্তা ব্রিটিশ জাৎতীনা পাঙ্গুা থবাংদগী হোয় । ব্রিটীশ দ্বীপ মপে অমসুং পৃথীবী শীনথুংলবা ব্রিটীশ জাতিনা লোইচনবা মফম পুম্নমক তিল্লগা চাওরবা ব্রিটিশ সাম্রাজ্য শেমই। গোলক অদু লৈয় অমসুং অঙাংবা মচু শংলবা মফম পুম্নমক্তা য়েংউ। ব্রিটীশনা লোইচনবা মফম অসি পৃথিবীগী মফম

পুম্নমক্তা শীনথুংনা নৈ হায়বা অসি উবা ফংগনি। "ব্রিটীশ সাম্রাজ্যদা নুমিৎ তাদে" হায়বা রাইহে অসিগী অর্থদি অসিনি সাম্রাজ্য অসি অস্মুকী মতিক শন্দোকখে মাহুদি মাসিগী করিগুম্বা মফম অমদা নুমিৎনা তাবা কান্দা অতোপপা মায়-কৈদা অতোপপা মফম অমদা নুমিৎ থোকপা উবা ফংই।

ঐখোয়গী দেশ ভারতবর্ষ অমসুং মনাক্তা লৈবা সিংহল (Ceylon) দ্বীপ, অতৈ অতৈ দ্বীপমপৈ, বেলুচিস্থান, ব্রহ্ম-দেশ, প্রণালী উপনিবেশ নত্রগা ষ্ট্রেটস সেটলমেণ্ট (Straits Settlement), পেনাং, মালয়, দ্বীপমপৈগী মনুংচনবা বোর্নিও দ্বীপকী অরাংথংবা শরুক, খাগী (চীন) গী মথাদা লৈবা হংকং দ্বীপ— পুম্নমক অসি ইংরেজগী মখাপোনবা ভাক্তনি।

ভারতবর্ষদগী য়ুরোপ নত্রগা নোংচুপলোমদা লৈবা অতৈ অতৈ লৈবাক্তা চৎপা তারবদি বোম্বেদগী জাহাজ তোংবা তাই। জাহাজনা লোহিত সাগরগী মচিন্দা এডেন (Aden) লোমদা সুয়েজ খোং চত্তুনা ভূমধ্যসাগরদ চংই অমসুং জিব্রল-টার (Gibralter) রোমদা চত্তুনা অটলান্টিক মহাসাগরদা তাদুনা চৎনিংবা মফমদা থুংই। এডেন বন্দর অমসুং ভূমধ্য-সাগরদা লৈবা সাইপ্রাস (Cyprus) অমসুং মালটা (Malta) অদুগা জিব্রালটার ইংরেজগী লোইনি।

লোহিত সাগরগী নোংচুপ্তা ভূমধ্যসাগরগী মথাদা আফ্রিকা

মহাদেশ লৈ। মহাদেশ অসিগী মথাথংবা শরুক্তা কেপকলনি ( Cape Colony ), নেটাল ( Natal ), জুলুল্যাণ্ড ( Zululand ), বাস্তুটোল্যাণ্ড ( Basutoland ), ট্রান্সভাল (Transval ), অরেঞ্জ ( Orange ), প্রদেশ অমস্তুং রোডেশিয়া ( Rhodesia ), নোংচুপ্তা গ্যাম্বিয়া ( Gambia ), স্বর্ণোপকূল ( Gold Coast ), লাগোস ( Lagos ), অমস্তুং নাইজিরিয়া ( Nigeria ), অরাংদা মিসরদেশ ( Egypt ) অমস্তুং নোংপোক্তা জাঞ্জিবর ( Zanzibar ), অমস্তুং সোমালিল্যাণ্ড ( Somaliland ) পুমনমক অসি ইংরেজগী মথাপোনবনি। আফ্রিকাগী নোংচুপ্তা আটলান্টিক মহাসাগরদা সেণ্ট হেলেনা ( St. Helena ) নচিংবা দ্বীপ ইংরেজনা লোইচনবনি।

ভারতমহাসাগরগী নোংপোক থংবা চিদাইদা অষ্ট্রেলিয়া মহাদেশ অমস্তুং মাসিগা মনাক্তা লৈবা টাসমেনিয়া ( Tasmanea ) অমস্তুং নিউজিল্যাণ্ড ( Newziland ) দ্বীপ ইংরেজনা লোইচনবনি। মফম পুম্নমক অসি নত্তনা প্রশান্ত মহাসাগরগী অয়াম্বা দ্বীপ ব্রিটীশ সাম্রাজ্যগী মনুংচল্লি।

প্রশান্ত মহাসাগরগী নোংপোকলোমদা আমেরিকা। অরাং আমেরিকাগী অরাংদা কানাডা লৈবাক ( Canada Dominion নোংপোক্তা নিউফাউণ্ডল্যাণ্ড ( New Foundland বর্ম্মুডাস ( Bermudas ), বাহমাস ( Bahmas ), অসিনচিংবা দ্বীপ—মথাদা জ্যামেকা ( Jamaica ), অমস্তুং থা-

আমেরিকাগী অরাংদা গিযানা (Guiana) অমসুং মাদুগী অরাংদা লৈবা পিরুপিরবা ঈথৎ মচা পুন্নমক অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মনুংচনবনি।

য়ুরোপকী অচৌবা লান্দগী এশিয়াগী তুরস্কগী মনুংচনবা মেসোপোটেমিযা প্রদেশ, পেলেষ্টাইননচিংবা মফম কয়ামকুম ইংরেজগী মখাপোন্না লৈ।

ব্রিটীশ সাম্রাজ্যনা পৃথিবীগী কফানগী শরুক মচা লগী শরুক অমা অমসুং মীসিংগী মশাংনা পৃথিবীগী মশিং শরুব মাংখোন্নগী শরুক অমরোম ওইগনি।

## নেননবা ৱাহং

কবম করম্বা মফম শিংদা ব্রিটীশ সাম্রাজ্য লৈবগে? ব্রিটীশ সাম্রাজ্যদা নুমিৎ তাদে হায়বগী অর্থ করিনো? ভারতবর্ষ অমসুং মাসিগী মনাক্তা লৈবা ইংরেজনা লোবা মফম পুন্নমক্কী মমিং হায়যু। আফ্রিকা মহাদেশ কদাইদা লৈবগে? আফ্রিকাদা লৈবা ইংরেজনা লোবা মফম পুন্নমক্কী মমিং হায়যু। অষ্ট্রেলিয়া মহাদেশ অমসুং আমেরিকাগা লৈফম তাকউ। টাসমেনিয়া, নিউজিলাণ্ড, বর্মুডস, বাহমস কদাই-দনো অমসুং কনানা লোইচনবগে?

## (৬) এশিয়া।

উমথৈ —অরাংদা উত্তরমেরু মহাসাগর, নোংপোক্তা প্রশান্ত

মহাসাগর; মখাদা ভারত মহাসাগর অমসুং নোংচুপ্তা লোহিত সাগর ( Red Sea ), কৃষ্ণসাগর ( Black Sea ) অমসুং য়ুরোপ মহাদেশ।

এশিয়াগী পাকপা চাউবা বর্গমাইল কোটী ১ লক্ষ ৭০ রোমনি অমসুং মীশীংনা কোটি ৯১ রোমনি। এশিয়া নোংপোক্তগী নোংচুপ্তা মাইল ৬,৭০০ অমসুং অরাংদগী মখাদা মাইল ৫,৩০০ নি। মাসি মথন্তনা পৃথিবীগী কংফালগী শরুক পুম্নমক্কী শরুক অহুম থোক্লগা শরুক অমনি।

সাগর নত্রগা উপসাগর—নোংচুপ্তা কৃষ্ণসাগর (Black Sea) মর্ম্মর সাগর ( Sea of Marmora ) অমসুং ভূমধ্যসাগর ( Mediterranean Sea ); খা-নোংচুপ্তা —লোহিত সাগর ( Red-Sea ) অমসুং পারিশ্য উপসাগর ( Parsian Gulf ) অমসুং বঙ্গোবসাগর ( Bay of Bengal ); অমসুং নোংপোক্তা অক-টস্ক সাগর ( Sea of Okhotosk ), জাপানসাগর ( Sea of Japan ), চীন সাগর ( China Sea ) অমসুং পীতসাগর ( Yellow Sea )।

ঈথং ( দ্বীপ )—উত্তর মেরু মহাসাগরদা লিয়াখোব ( Liakhov ) ঈথংমপৈ; প্রশান্ত মহাসাগরদা—সাগালিয়েন ঈথং ( Sagalian ), কুরিল ( Kurile ), জাপান ( Japan ) অমসুং লুচু ( Luchu ) ঈথংমপৈ, ফরমোসা ( Formosa ), হংকং

( Honkong ), হাইনান ( Hainan ) অসিনচিংবা; ভারত মহাসাগরদা সিংহল নত্রগা লঙ্কা, সুমাত্রা, যবদ্বীপ, বোর্নিও, মালদ্বীপ, আন্দামান অমসুং নিকোবর দ্বীপমপৈ, ভূমধ্যসাগরদা—রোডস ( Rhodes ) অমসুং সাইপ্রস ( Cyprus ) ঈথং লৈ।

চীং—এসিয়াগী ময়ায় অসি চীং য়াম্না লৈ। বাশ্মীরগী আৱাংদা পামির ( Pamir ) মালভূমী এসিয়াগী চীং পুম্নমক্কী কেন্দ্রগী মশকনি। পামির হায়বা অসি চিথেক মরি নাইবা য়ামনা ৱাংবা মালভূমি অমনি। মালভূমি অসিদগী হৌরক-তুনা চীংগী পরেংনা মশা মচা মচা থোক্না খায়দোক্নুনা এশিয়াগী মায়কৈ মরিমক্তা চংখি। ভারতবর্ষগী অৱাংদা হিমালয় চীংপরেংনা পামিরদগী থোরক্লগা নোংপোক মাইকৈদা অৱালৈবাক্কী অৱাংথংবা ঙমখৈ তাম্না চংখিদুনা মথারোমদা কোয়দূনা লাকই। আসাম অমসুং অৱালৈবাক্কী চীংপরেং হিমালয়চীংদগী থোরকপনি। পামিরগী মখাদা হিন্দুকুশ ( Hindukush ) অমসুং কারাকরাম ( Karakoram ) চীং লৈ। হিমালয় অমসুং কারাকরাম অনি অসিগী মরক্তা লৈরিবা চীংপরেং অদু হিমালয়দগী লাওবা মান্নবা পরেং ওইনা লৈ; মাসিগী মমিংদি গাঙ্গরী ( Gungari ) কৌই। পামিরগী নোংপোক্তগী কোয়েনলিন ( Kuenlin ) অমসুং আলটিনটাগ ( Al yntag ) চীংনা তিববতকী মালভূমিগী মমায় ফাওদোকখিদুনা নোংপোকলোমদা চংখে। হিমালয় অমসুং আলটিনটাগকী মরক

ি'ববত হাযবা অসিনা পৃথিবীগী মন্নুংদা খন্নাইদগী রাংবা মালভূমিনি। মাসিগী রাংবদি অ'োই অহেন চপমান্নহনবদা যুট ১৮০০০ ৻োমনি। পামিংগী অরাং নোংপোকী কাচিন্দগী থোরকতূনা তিযানশান (Thi nshan) চীংনা নোংপোক মাইকৈদা অমস্নুং আলটাই Ai t) চাংনা নোংচুপ মাইকৈদা চেখবে। আওটাই চীংগী অরাংদা কোবদ (Kel cdo) মালভূমি লৈ। কোবদ মালভূমিগা তরাং-নোংপোক্তা ব্লোনয (Yablo-noi) চীং লৈ অমস্নুং ব্লোনযগী অরাং-নোং পাক্তা ষ্টেনো-ভয (Stanevoi) চীংনা এশিযাগী অরাং-নোংপোকথংবা মতাই তান্না শনদোকখে। ি'ববতগী নোংপোক্তা খা-অরাং ওইনা শাংদাক্তুনা লৈিবা চীং অদুগী মমিং ইউলি (Yunlin_) কৌই। আলটিনটাকী নোংপোক্তা নানশান চীং লৈ। আল-টিনটাগ অমস্নুং নানশানগী অরাংদা মঙ্গোলিযা থোইনা রাংদবা মালভূমি অমনি, মাসিগী অরাংবদি যুট ৮০০০ ৻োমনি। খাগীগী খা-নোংপোক পাংবা মণাইদা নানলিং (Nanlin_) চীং লৈ। এশিযাগী নোংচুপথংবা শরুক্ত ইরান মালভূমি হাযনা যাংবদা পরস্য দেশকী মালভূমি তমস্নুং এশিযা মাইনব (A ia Min r) মালভূমি ওনি অসি পুন্না পামিরগা শয়্নে। এলবুর্জ (Elburz) চীংনা পামিরগী নোংচুপথংবা নাকলদগী লোন্রে হাযবগা পারস্য দেশ অমস্নুং এশিযা মাই-নরগী অরাংদা নোংপাক-নোংচুপ ওইনা শনদোকহ। এলবুর্জ চীংগী অরাংদা, কাস্পিয়ান সাগর (Ca pian Sea) অমস্নুং

কৃষ্ণসাগরগী মরক্তা, ককেশাস্ ( Caucasus ) চীং লৈ।

সমভূমি—এশিয়াগী ময়ায়দা লৈবা চীংপরেংগী মাইকৈ মরিমক্তা অচৌবা অমসুং অপিকপা সমভূমি য়াম্না লৈ। তিব্বতকী নোংপোক্তা থাগী লৈবাক্কী সমভূমি লৈ। তিববতকী অরাংদা গোবি ( Gobi ) মরুভূমি লৈ। সাইবেরিয়া ( Siberia ) পাক্লবা সমভূমি অমনি। মাসিগী অরাংথংবা শরুক্তি চহিচুপপা উন্না কুপতুনা লৈ; মফম অসিদা মী য়াম্না তাদে। ভারতবষ হায়বা অসি লৌউবনা অথোইবা শিল ওইবা লৈবাক অমনি। মাসিগী আয়াম্বা শরুক্তি সমভূমিনি; আরব, এশিয়ামাইনর অমসুং পারস্য দেশগী ময়াইগী লমদম অদু মরুভূমিনি।

পাৎ—কাস্পিয়ান পাৎ নৎত্রগা সাগর ( Caspian Sea) পৃথিবীগী মনুংদা খরাইদগী চাউবা থুমহীডাক্তা ডাইবা পাৎ অমনি। কাস্পিয়ান পাৎকী নোংপোক্তা আরল পাৎ নৎত্রগা সাগর ( Sea of Aral ) লৈ। সাইবেরিয়াগী মখাদা বৈকাল ( Baikal ) পৃথিবীগী মনুংদা খরাইদগী লুবা পাৎনি। মাসিগী ঈশিংদি থুমহী নত্তে। তিয়ানশান চীংগী অরাংদা বলকাস পাৎ ( Balkash ) লৈ। পারস্য দেশতা উরুমিয়া ( Urumiyah ) অমসুং এশিয়ামাইনরদা ভান ( Van ) পাৎ লৈ।

তূরেন—এশিয়াগী ময়ায়থংবা শরুক মাংই অমসুং মাসিগী মাইকৈ মরিদা কংফালগী শরুক্কা সমদ্রু ফাওবা অসুম অসুম নেমথরকই। মরম অসিনা তূরেনশিং অসি এসিয়াগী ময়ায়দা লৈবা চীং অমসুং মালভূমিদগী থোক্লক্লে হায়রগা সাগররোমদা চেল্থে। তিববতকী মালভূমিদগী থোরক্লে হায়রগা ভারতবষগী গঙ্গা তূরেল অমসুং ব্রহ্মপুত্র তূরেল বঙ্গ উপসাগরগা তাই। তূরস্কগী টাইগ্রিস ( Tigris ) অমসুং ইউফ্রেটিস ( Euphrates ) তূরেল এশিয়া মাইনরগী মালভূমিগী অরাংথংবা শরুকতগী থোরক্লগা পারস্য উপসাগবদা তাই। অমা লৈবাক্তা ইরাবতী ( Irrawady ) অমসুং সালুয়েন ( Salwen ) তূরেন থাগীগী মথাথংবা শরুক্তগী থোরক্লগা বঙ্গ উপসাগরদা তাই। এশিয়াগী ময়ায় লমদমগী মালভূমিদগী হৌবল্লগা হোয়াংহো ( Hoyang-Ho ) অমসুং ইয়াংসিকিয়াং (Yang-tse-kiang) তূরেন্না মথং মং পীত অমসুং চীন সাগবদা তাই। ইয়াংসিকিয়াং এশিয়াগী থমাইদগী চাউবা তূরেন্নি ময়ুংদা মাইল ৩০০০ দগীসু হেন্না শাংই। আমুর ( Amoor ) এশিয়াগী অনিশুবা অচৌবা তূরেন্নি—ময়ুংদা মাইল ৩০০০ লোম শাংই—এন্নয় চীংদগী চেল্লক্লগা অকটক্স সাগবদা তাই। ইরিটিস ( Iritish ) ওবী ( Obi ) না আলটাই চীংদগী থোরক্লগা অমসুং ইনিসি ( Yenisi ) লেনা ( Lena ) তূরেন্না বৈকাল পাত্তগী থোরকতূনা সাইবেরিয়াগী ময়ায়দা চেল্লক্লগা উত্তর মহাসাগরদা তারৈ। শিরদরিয়া ( Sirdaria ) অমসুং আমুদ-

রিয়া ( Amo daria ) ভূরেন্না পামিরগী মালভূমিদগী থোরক-ভুনা আরল হ্দতা তাই।

হন্না—এশিয়াগী খ্বাইগী অন্নাংথংবা শরুক অত্তুদি য়াম্না ইংই, মফম অত্তুদা করিগুম্বা উ উন্না অমতা হৌবা ঙমদে মীশ্নু য়াম্না তাংনা লৈ। ময়ায়থংবা শরুক্তি য়াম্নসু ইংদে অমস্তুং শাদে অত্তুগা মথাথংবা শরুক্তি শাই। মথাথংবা শরুক্কী লমদি লৈহাও চেল্লি অম্নস্তুং মীশীংস্নু মফম অত্তুদনা হেল্লি। মথলমথা অয়াম্বা শা উচেক্তি মথাথংবা শরুকলোম-দনা হন্না উবা ফংই তৌইগুম্বস্তুং নাংচুপলোমগা মরুভূমিগী লমদম অত্তুদি য়াম্না লৈহাও চেন্দে।

### দেশ অমস্তুং সহর।

ভারতবষ—লৈবাক অসি ব্রিটীশ সাম্রাজ্যাগী মন্নুং চল্লি। মাসিগী অন্নাংথংবা শরুক্তি রাংবা মান্নবা চাংশাংনা কোয়শিল্লি; মথারোমদা চিথেক অত্তুম নাইবা লমদমগা মাইকৈ অত্তুম্বক্তা সমদ্রু লৈ। মহৌশাগী উবিবা অমস্তুং হন্না খেন্নবা অসিনা ভারত লৈবাক্কা অথোইবা অমনি। মশাং নাইন্নবা ভূরেন্না মাসিগী মফম অযাম্বা চামথোক্লম্লগা সাগরদা চত্তুনা তারুই। লৈবাক অসিগী লমদি য়াম্না লৈগাও চেল্লি অমস্তুং মাইমরোং ফৈ, খোংদগী ( খনিদগী ) থোকপা পোৎকী মরমদস্নু লাই-রবা নত্তে। হিরম অয়াম্বা খন্দুনা য়েংলে হায়রগা মাসিবু

দেশ কৌবগী মহুত্তা মহাদেশ অমা কৌরবস্থ হাযমনবা থোক্কে ।

থাইনা মমাংঙৈদস্থ ভারতবষ হাযবা অসি লৈবাকমচা তাবগী লমদম অমা ওইবমহ । লৈবাক অসিগী সাহিত্যাদি যাম্না কুইববনি অমস্থু হৌজিক্কী মতমদস্থ মফম খুদি দা লুনা তৌনবি । থাহনগা দালান থিবিক্লা ভবতকা হৌখব' উশূবগী অমস্থং নুংশচিংবদা যেকখো'পগী থবক্তা হৈবগী খুদম উত্তনা যেংলিবা মীগা মপুক্তা অঙকপা শোকহল্লি ।

ভারতবষদা তোঙান তোঙানবা জাতি উবা ফংবগুমনা পৃথিবীগী করিগুম্বা লৈবাক অমতদস্থ উবা ফংদে । হিন্দু অমসুং মুসলমান অনি অসিনা অখোহবা জাতিনি । লৈবাক অসিদা লোনগী খেন্নবস্থ যাম্না উবা ফংহ । ভারতবী ওমখৈগী মনুংদা য়াংনা হায়ববদা লোন চামা চংনরি । তোংঙান তোংঙানবা জাতিগা লমচংব্যবহার তোঙান তোংঙাল্লি ।

জাত খাযদোকপা হাযবা অসি হিন্দুধর্ম্মগী অখোইবা খুদম অমনি । করি অমুক হাযগনি জাতি অমনা অতোপ্পা জাতি অমনা শোকপা ঈশিং ফাওবা লোনদে । অযাম্বা প্রদেশকী হিন্দুশিংগী লমচংব্যবহারবস্থ তোঙাল্লি । মান্দ্রাজ লমদমগী হিন্দু-শিংবু দ্রাবিড় হিন্দু কৌই । মুসলমানশিংনা ধর্ম্মদা চেংনা থাজবগুমনা থাজবা পৃথিবীগা অতোপ অতাপপা বস্ম চংঙ্গিবা

মীশিংগী মরক্তা উবা ফংদে। মাখোযনা মুপ্পাগী জাতপু মপান থোকহন্নবা নিযম অসি পামই। মাখোযগী মরক্তা জতি থাযবা লৈতে। কোবাণনা মাখোযগী অখোযবা ধর্ম্মগী লাই-বিকনি অমস্তুং মুসলমান ধর্ম্মগী মরুনি।

হিন্দু, মুসলমান নত্তনা ভারত্তা কংবু মচা মচা যাম্না লৈবি, মাতুগা মরক্তা অরা-পো চুপকা লমদমদা শিখ অমস্তুং বোম্বেগী লমদমদা পার্শি কাবুনা অংথোকবনি। শিখশিংগী লমচংবা বহাবদি মাখোযগা লৈমিন্নবিবা হিন্দুশিংগা যাম্না মাম্নৈ। পার্শিশিংনা মৈ লাংলি, মখোযনা জতি থাযদোকপা যাদে।

সহর—ভারতবগগী কোনুংদি দিল্লীনি। সহর অসিগী জুম্মা-মসজিদ অমস্তু কুতবমিনার হাযবা দালান অসি যাম্না মমিং চংলি। আগ্রাগী তাজমহল হাযবা অসি পৃথিবীগী মন্নুংদা যাম্না ওকথবা পোং অমনি। বারাণসী হিন্দুশিংগী খ্বাইদগী চাউবা তীর্থ মফমনি। কলিকাতা এশিযাগী মন্নুংদা খ্বাইদগী চাউবা লম্রোনফম অমস্তুং সহরনি, মনাংঙৈদা ভারতকী কোন্নুং ওইবমই। বোম্বে, মাদ্রাজ, হাযদরাবাদ, এলাহাবাদ, কানপুর, লক্ষ্ণৌ, লাহোর, করাচী অসিনচিংবা অসি অতোপ অতোপপ অখোযবা সহরনি।

চীন সাম্রাজ্য—মাসিদা এশিযাগী শরুক মারি থোক্লগী শরুক অমা হেন্না লম লৈ। মপাক মযু দা য়ুরোপ মহাদেশ পুম্নমক্ক-গীসু চীন সাম্রাজ্যনা চাওই। লৈবাক অসি মমাংঙৈদদি নিংথৌগী মখা পোদুনা লৈবাক ডাক্লম্মি, হৌজিক্কি প্রজানা

ৱায়েন্দুনা ঙাক্লে হায়বদি সাধারণতন্ত্র চৎলে। চীনগী মীশীং মাঙ্গোল জাৎতীগী মীনি অমস্নুং থোয়গী অয়াম্বদি বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলি। মাখোয়গী মনুংদা ধর্ম্ম অমা চৎনরি। মাদুগী মমিংদি শিন্টো কৌই। মাসি থাইনগী মাখোয়গী মপামপু-শিংগী পুজা অখোয়বা অমা ওইরম্মি। থাইনমমাংঙৈদগী চীনগী মীশিং অসি লৈবাক মচা তারকই অমস্নুং করি করিগুম্বা হিৎমদা হৌজিকস্তু মাখোয়না পৃথীবীগী মনুংদা খ্যাইদগী হেন্না মহৈ হৈ। মাখোয়গী সাহিত্যদি সাহিত্য পুন্নমক্কগী খ্যাইদগী কুইনবনি। মাখোয়গী কাংলুপ পুন্নমক্কী মীনা ইবা পাবগী মরম অসি য়াম্না লুনা তৌই। নিংথৌগী থবক পুন্নমক ময়ামগী ওয়বা পরীক্ষা অমা থারগা ফংবা য়াই। হৌ-জিক্কী মতম অসিদদি য়ুরোপ, আমেরিকা অমস্নুং জাপানগা চাংদম্নবদা চীনগী মীশিংনা লৈবাক মচা শাবগী মরমদদি খরা শোথহৌরে। আফিং চাবমক্কনা মাখোয়গী মাংনবগী মরম অমা ওংখে, হায়না খন্না চীনগবর্ণমেণ্টনা আইন শেমদুনা আফিং শীজিন্নবা অসি মথং মথং অস্নুম ৱাথহল্লক্লে।

চীনগী মীশিংনা মকোক্তা শমজী শাংনা থাকই, মতম কুইথিদ্রি চ নবিবা অসিগী মরমদা য়াম্না ৱা য়াম্নরে। ৱা য়াম্মিবা অসিগী মবোক ওইরিবা মীশিংনা শমজী ককচুনা হুন্দোক্করে। চীনগী মী অয়াম্বমা হিদা লৈ। মাখোইগী অতোপ্পা ময়ুম-মকৈ লৈতে। হিদা লৈবা চীনগী মীশিংনা অঙাংমচাশিংনা ঈশিংদা তাদুনা লুপকনি হায়বগী

কিবনা মাখে।ইগী মখ্‌াংদা অহোবা রাবক অনিখক পুন্দুনা থম্বি। অহোবা রাকক অনি ঙসিনা অঙাংশিংবু ঈশিং মথক্তা তাউইহল্লি। চীনগা নুপীমচাশিং'গী মখোং অত্থু পিক্তবদি মাখো-ইবু ফজে হায়না থানদে। মবম অসিনা যাম্না রাবা থাংলবস্থু নহা ওইরিঙৈদা মাখোযনা য়োংকী থাংউপ উপই। মাসিনা মতম অযাম্বদা মখোং ফংত্ত। চীনগী নুপা নুপী অনিমক্না যাম্না পাকপা হোপ হোপ লাউবা ফিজোন শীজিন্নে।

লৈবাক মচা তাবা অমস্তুং থৌজালহৈবা লমচৎ চৎপা অসি চীনগী মীশিংগী লমচৎকী অথোইবা খুদম অমনি। কবি অমুক হায়গনি বিদেশগী মীশিনা লৈবাক অসিগী চিদাই অমদগী চিদাই অমা ফাওবা কোযবদা কবিগুম্বা মফমদস্থু ব্যবহার ফজদবা নত্রগা লৱাঈমচাতাবা থক উখিদ্রি। মাখোইনা চংন-ৰিবা লমচৎ পুন্নমক্কী মরুদা লৈবাকমচা তাবগী মপৌ উবা ফংই। পোক হৌববা মীবু থাই পুন্নমক্না লুনা তৌনৈ। চীনগী নুপমচা নুপীমচাশিংনা মপা মমাবু থাঙ্গৎেংবা মমিংনা উবা লাইনি হায়না থল্লি। মাখোইনা মপা মমানা হায়বা ইনবগম্না পৃথিবীগী অতোপপা দেশ অমগী নুপামচা নুপীমচা শিংনা ইন্দে। হন্নুবগী "হকাইথুম্নববা যাশিংগী যাইফ-রা" হংনরগা মাহাক্না য়াম্না পেল্লি। লম্বীদা যু থক্তুনা ঙাওবা উদে। নোম্বা অমস্তুং মখুৎমশা-হৈবদা চীনগী মীনা যাম্না পুক্নিং চংই। এখোইগী লৈবাক্তস্থু চীনগী মী য়াম্না লংগী অমস্তুং শউনগী থবক

তৌদুনা লৈ, চীনগী ময়মখুদি যাম্না ইথনা পাল্লি। মাখোইগী লমচত্তি অযাম্বা মকমদা যুপোপ্পা লৈবা মীশিংগা ওম্নৈনৈ অমসুং ঐখোইগা হন্দি মান্নে। মাখোয়না লুনা তৌনবা মথমদি ওইথংবা মাইকৈনি। মাখোইগী তঙাবগী ফিজত্তি মচু ভৌই। মাখোইগী লমচৎ খবদি ঐখোযবোমদা অঙবপা ওইনা থোবই। মাখোইনা যা মচৎ অনিনা চানবা পোৎ মচিন্দা হাপঈ। বদ্ধিলোশিং মন্নগা মখুউদা হোংলি। যুমদা অনাবা [illegible] মাঈবনা শেল ফঈ, নাবে হাযবগা তলব থিংঈ। চীনগী লাঈবিক ফমগা নিযমাদ অঙকপানি। ছাত্র-শিংনা ওঝা [illegible]দা মংমগন পল্লোবতূনা লাঈরিব পাঈ, মাখোযনা য়াম্না লাউনা নিস্মুনা লাঈবিক পাঈ। কনাগুম্বনা ত্নামন্না লৈবগা ওঝানা মুপা অচু লাংবিক্তা পুন্নিং চংদে হাযদুনা খল্লি। এখোইগী লাইরিক্কী [illegible]বা লমাই অদু চীন লৈবাক্কী লাইবিক্কী [illegible]কনবা লামাইনি।

মখাদা হন্দিবা দেশ কযামরুম অসিসিংগা চীনসাম্রাজ্য শেমই। (১) চীন (China), (২) তিব্বত (Tibet), (৩) মঙ্গোলিয়া (Mongolia), (৪) মঞ্চুরিযা (Manchuria), গী শরুক খবা অমসুং (৫) পূর্বতাতার (Eastern Turkestan)।

চীন—লৈবাক অ'স পাক-চাওবদা. চীন সাম্রাজ্য পুম্নমক্কী তঙ্খাযমুরি, এশিযাগী নোংপোকথংবা শরুবত্তা লৈবা ইনাক-বৈবাকখুনবা অমসুং মীনা লন্নবা লৈবাক অমনি চীনদে

অসি চীনগী ফাওরবা চেকপম্না মঙ্গোলিয়াদগী তোঙালহল্লি।



চীনগী চেকপাল।

চেকপল অসি করি করিগুম্বা মফমদা মরোল অনি নত্রগা অহুম থোকনা লৈ অমসুং চেকপান পুম্নমক্কী মযুংদি মাইল ২০০০ রোম ওইগনি। অরাংবদি ফুট ২০ দগী ৩০ অমসুং মথক্কা পাকপদি ফুট ২০ ওইগনি। মাসিগী মরক মরক্তা ফুরা অমসুং লানবন লৈ। রাংলবা চাংদাম্দা, লুবা চীংগী মরক্তা, উপত্যকা অমসুং মালভুমি লাহোকতুনা মম্নগী পাঙ্গম্ন।

মুং ওলহল্লবা অকিবগী মশক ওইবা লাইবেনগী মতমগুম্না চেকপন অসিনা চীন লৈবাক্কী অরাংগী ওমখৈদা লৈ। চীনগী চেকপন অসি পৃথীবীগী মনুংদা যাম্না ওকথববা পোং অমনি। দেশ অসিবু তাতবনা লানতাবকপদগী ওারুবা হাযদুনা চেক-পন অসি শাথিবনি।

(১) পিকিন [ Pekin ] চীন সামাজ্যগী কোন্নুংনি। টীয়েনসিন [ Tientsin ] হনফুন [Honfu] সাংহৈ, [ Shanghai ], নানকিন [ Nankin ] কাণ্টন [ Canton ], অতোপ অআোপ্পা অথোইবা সহবনি। হংকং [ Hongkong ] ইংরেজগী বন্দরনা।

২। তিববত—লৈবাক অসিদা মহৈমশিংদা অমস্থু ধর্ম্ম কর্ম্মদা খাইদগী হেনবা নুপা অদুনা অথোইবা লানমীগী যম ফংহ। অথোইবা সহবদি লাসা [ Lassa ] নি।

৩। মাঙ্গোলিয়া—চীনগী অরাংদা লৈ। লৈবাক অসিগী অযাম্বা শরুবদি শ্যামু [ Shamo ] নত্রগা গোবি [ Gobi ] মালহূমগী মনু চল্লি। মরম অদুনা মফম অসিদা মা যাম্না তাদে। অরা... ... ... ... হৌই। শা শল যোবপনা মঙ্গোলিয়াগী থবকনি। শল, য়াউ অসি নচিংবা শনা মঙ্গোলিয়াদা লেবশিংগী মথন্নি। মাঙ্গোলি যানা মযাথংবা এশিয়াগী মফম অযাম্বদি কুপ্পুনা লৈখ্রে। ময়াযথংবা এশিয়াগী নোংপোকংবা মথাইদগী নোংচুপ মতাই ফাওবদা লৈরিবা লমদম পুন্নমক অদুবু মফম অদুদা লৈরিবা

কোয়না চংলিবা মীশিং অতুনা " নাপিগী লম " কৌই। লৈবাক অসিদা পাক চাউরবা শংলনবুং অচৌবা, মরক মরক্তা চীং মচা, তূরেল, পাং উবা ফংই। অথোইবা সহরদি উরগা ( Urga ) নি।

৪। মাঞ্চুরিয়া—আমুব তূরেলগী মখাথংবদা লৈ। লৈবাক অসিগী শরুক খরদি রুসিয়া সাম্রাজ্যগী মনুংচল্লি। কোনুংদি কিরনউলা ( Kirinula ) নি; নিউচাঙ ( Nieuchwang ) অথোইবা হিথাংফম লল্লোলফমনি; পোর্ট আথার ( Port-Arthur ) মমাংঙৈদা রুষিয়ানা লোইচল্লম্বা হিথাংফম লল্লো-নফম ওইরমই হৌখিবা রুষ-জাপানগী লানদা মাসি জাপানগা মখা পোনখে।

৫। পূর্ববতাতার—( Eastern Turkestan ) তিব্বতকী অরাং-নোচুপ্তা লৈ। অথোইবা সহরদি ইয়রখন্দ (Yarkhand ) অমসুং খাসগর ( Khashgar ) নি।

জাপান সাম্রাজ্য—প্রশান্ত মহাসাগরগী হণ্ডু ( Hondo ) নত্রগা ( Niphon ), কিউসিউ ( Kiusiu ), শিককু (Shikiku) ইয়েজো ঈথং অমসুং মনাক্তা লৈবা অতৈ ঈথংমচা কয়ামরুম তিল্লগা জাপান সাম্রাজ্য শেমই। জাপানগী ঈথং মপৈদি চীংভাক্তা ওইনা তৌই; জাপানগী চীং কয়ামরুমগী মতোনদি য়েংবদা লফু থরোগুমই অমসুং চুম্নগী মথৌগুম্না মঙং অহু অতোঙ অরাক লৈতে। অসিগুম্বা চীংদা অসিদি মহৌশানা অমমমতা মরৈ। মাখোয় অতুগী মতোঙ্দা লুরবা লৈখুন লৈ

অমস্তুং লৈথুন অসিদগী মৈঙাক্কা ওইবা মৈথু, উৎ, নুংক্কুপনচিংবা থোকবকই । অসিগুম্বা চাং পুম্নমক অসিবু মৈগী চাং (অগ্নেযগিরি) কৌই । জাপানদা লৈবা মৈগী চাং কয়ামরুম অত্তুগী মবক্তা নাপন ঈশংতা ফুজিয়ামা (Fusi-yama) অমস্তুং ফুজি (Fuzi) চাংদোন্না অপোযবনি । ফুজিযামা মৈগী চাংবু জাপানগী মীশংনা যাম্না অশেংবনি হায়না খল্লি । জাপানদা মতমলৈবর্থিবক্তা তঙাং ংপনা যুহা-রাত্নুনা লৈ । চহি কয়ামরুম ওইখে, জাপানদা অনিবগী মশক ওইরবা যুহাবাবা অনা পোবাথত্নুনা মা লক্ষ যাম্না শিখে ।



দালান য়াম্না নিংখাইথরে। জাপানগী অস্থপ য়াম্না ফিবম ফৎথিত্রে মাতুদি পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বনা মতেং পাংলকই। মথলমথা অয়াম্বা মচুগী ফজ ফজরবা লৈগীদমক জাপান অসি পৃথিবীগী মনুংদা থাওই। জাপানগী মীশিংগী মওংমতৌদি খাগীগী মীগা অয়াম্বা মান্নে; মাখোয়দি খাগীশিংদগীস্থ হেন্না নেমই। লমচৎস্থ খাগীশিংগী লমচ অত্ত মন্ডাই। জাপানগী মীশিংনা নাপী অমস্থং চেনা য়াম্না ফজরবা অমস্থং কান্নরবা মথলমথা অয়াম্বা পোংচৈ শাই। হায়রিবা পোংচৈশিং অসি পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্তা পান্না তৌনৈ। মাখোয় অসি হৈশিংই অমস্থং নোম্বা কল্লি। মহৈদা মাখোই অসি য়াম্না চাওখংলে। লৈবাকমচা তাবদা পৃথিবীগী অতোপ অতোপপা লৈবাকমচা তারবা জাংকা মান্নরক্লে। অয়াম্বা জাপানগী মীনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চংলি। মাখোয়গী মরক্তস্থ খাগী লৈবাক্তা মতৌগুম্না শিন্টো ধর্ম্ম চংনৈ। জাপান নিংথৌরেনগী ফমদি মিকাডোনি। জাপানগী নিংথৌরেনবু জাপানগী মীশিংনা লায়নি খল্লি। মাখোয়গী জাহাজ য়াম্না লৈরে, লম্লোনইথিকস্থ য়াম্না শম্মোক্লক্লে। লৈবাক্তা য়েংনরুবদা সাম্রাজ্যগী মীশীংনা অস্থপকী মতিক হেল্লে মাসিদা থোকপা মহৈমরোংনা খরাঙ্গীগী চানবা ওকত্রে। মরম অসিনা জাপানগী মীনা কোরিয়া ( Corea ) উপদ্বীপকী মপাল য়াম্না তাংই। কোরিয়া অসিগীদমক্তা খৃষ্টাব্দ ১৯০৫ দা রুশিয়াগা জাপানগা লাল শোক্লৈ। লান্দা রুশিয়ানা মায়থীবা ফংই। কোরিয়া উপদ্বীপ অমস্থং পোর্ট আথার

( Port Arthur ) বন্দর অসি জাপানগী মখা পুমপোন পোনখ্রে।

টোকিও—( Tokio ) জাপানগী কোন্নুংনি, নীফম ঈথংকী নোংপোকথংবা তোর্ব্বানদা লৈ। অসিগী মনাকমক্তদা ইয়াকো- হামা ( Yakohama ) হিথাংফম লল্লোনফম লৈ। ওসাকা ( Osaka ), কিয়োটু ( Kioto ), নাগাসাকি ( Nagasaki ) অথোয়বা হিথাংফম লল্লোনফমনি।

এশিয়াগী রাসিয়া ( Asiatic Russia ) শরুক অহুম থোক্লা খায়দোকই।

( ১ ) অন্নাংথংবা শরুক—সাইবিরিয়া ( Saiberia ), ( ২ ) মখাথংবা শরুক—পশ্চিমতাতার ( Western Turk- estan ) অমস্তুং ( ৩ ) নোংচুপথংবা শরুক-- ককেশিয়া ( Ca- ucasia )। সাইবিরিয়া—মাসি পাক্লবা লৈতেম মান্নবা লমদম ( সমভূমি ) অমনি। মাসিগী মখাথংবা শরুক্তি নাপীতাক্তা তায় অমস্তুং রাংদবা উরী-ম্নারীনা কুপশিল্লি। অন্নাংলোমদা তোব্বান ফাওবা উন নত্তনা উরী-ম্নারীনচিংবা করিমতা উবা ফংদে। উরী-ম্নারিনচিংবা হৌদ্রবা উন্না কুপশিল্লবা অসিগুম্বা লমদম অসিবু তুন্দ্রা ( Tundra ) কৌই। য়াম্না ইংবা মরম্না তুন্দ্রাগী লমদা উনচিংবা নত্রগা করিগুম্বা মহৈ মরোং পাম্বী অমতা হৌবা ওমদে। শজিবু অমস্তুং কালেম্বাদা।

খজিক্তুং ওলাংই। মতম অদুদা উন শোদোকই অমস্তুং অয়াম্বা মক্কম ঈশিংনা চোংলি। নিংথমখা হেক লোয়রকপদা মতম খরদং অনেম্বা উরী-রারীনচিংবা হৌই। অমস্তুং শংবানবা মচুনা য়াম্না নিংথিজরকই। লৈবাক অসিদা মখলমখা অয়াম্বা জাংকী মতুচোম্বা শা উবা ফংই; মাদুগী মরক্তা অঙৌবা শওম লমহুই, শীল (ঙা জাং অমা), বলগাহরিন ( Rein Deer ) মমিং পনবদা মতিক চায়। লৈবাক অসিদা লৈবা মীশিংনা মতুচোম্বা শা ভান্নুনা মাখেইগী মউং। নিংথমগী ফি শায়। সায়বিরিয়াদা মী য়াম্না তাদে, অদুম্নদি ওয়রগা লৈবাক অসিদা জাং তোঙান তোঙানবগী মী উবা ফংই। শাতানবা অমস্তুং য়াউ য়োকপনা মাখোয়গী থৰায় হিংনবগী মরম্নি। তোর্বা-নগা শরুকলোমদা মকোক ওয়না এস্কিমো হায়বা জাং অদু লৈ; শওম অঙৌবগী মউন্না এস্কিমোশিংগী অথোয়বা শেংন-বনি। শউন অসিনা মখোংদগী মকোক ফাওবা কুপশিল্লগা এস্কিমোশিংনা শা ফান্দুনা কোয়।

লৈবাক অসিগী য়ুমদা য়োকপা শাগী মরক্তা বলগা-হরিণনা অথোয়বনি। মাসিগী মশা অমস্তুং মখোম্না লৈবাক অসিদা লৈবা মীশিংগী অহাউবা চানবা পোংনি। তুন্দ্রাদা লৈবা মী-শিংনা শ্লেজ ( Sledge ) কৌবা অয়াংবা লুমদবা গাড়ি জাং অমা শিজিন্নে। গাড়ি অসিগী মওংদি এখোইগী লৈবাকী হিগা য়াম্না মান্নে। বলগা-হরিণ অনি মরি নত্রগা অচৌ অচৌবা মতুচোম্বা হুই কয়ামরুম্না উনগী মথক্তা গাড়ি

অসি চিংদুনা পুদুনা চৎলি। নিংথম থাদা সাযবিরিয়াগী মীনা উনগী য়ুম শাবগা মাদুদা লৈ। ওলাংথাদা উন শৌ-দোকঈ, মতম অদুদা মাখোযনা মফম মফম খুদিংদা কোয, অমসুং খুদোং চায হাযনা থনবা মফমদা দম্বুর খন্দুনা লৈথোকঈ।

সাযবিরিযা অসি নোংপোকথংবা সাযবিরিয়া (পূর্ব সায়-বিরিয়া) অমসুং নোংচুপথংবা সাযবিরিযা (পশ্চিম সাযবিরিযা) অনি থোক্না খাযদোবঈ, ঈর্খুটস্ক (Yrkutsk) নোংপোক-থংবা সাযবিরিযাগী কোন্নুংনি, ভ্লাডিভষ্টক (Vladivostok) অথোযবা হিথাংফম লল্লোনফমনি। টোবলস্ক (Tobolosk) নোংচুপথংবা সাযবিরিযাগী কোন্নুংনি, ওমস্ক (Omosk) অমসুং টামস্ক (Tomosk) অতোপপা অথোয়বা সহব অনিনি।

২। পশ্চিমতাতাব—মাসিগী ববিগুম্বা মফমদসু অরাংবা উনচিংবা উবা থংদে। তৌইগুম্বসুং মফম অসিদা ফুট ৫০৬ ৫াংবা নাপী জাৎ অমা হৌহ। অসিগুম্বা অশাংবা নাপীনা কুপশিল্লবা লম অসিবু ষ্টেপস (Steps) কৌহ। পশ্চিমতা-তাবগী মীশিংনা কাংবু কাংবু নাঈনা শা শেন্দুনা কোযনা চৎলি। শগোলগী মখোম অমসুং মশানা মাখোযগী অথোইবা চানবা পোৎনি। তাসখন্দ (Taskend), লৈবাক অসিগী কো-ন্নুংনি। বোখাবা (Bokhara), খোতান (Khotan), সমরখণ্ড (Somarkhand), খীব (Khive) অতোপ

অতোপপা অফাওবা সহরনি।

৩। ককেশিয়া—কৃষ্ণসাগর অমসুং কাশ্যপ সাগরগী মরক্তনি; কোনুংদি টীফ্লিস (Tiflis) নি। বাকু (Baku) কেরোসিন থাউগী থোকফমগীদমক পৃথিবীগী মমুংদা মমিং চংলি। বাটুম (Batoum) হিংথাংফম লল্লোনফম অমনি।

১। এশিয়া তুরস্ক—(Turkey in Asia)—এশিয়াগী নোংচুপকী থনথেংবা মতাইগী লমদম অদু এশিয়াগী তুরস্কনি। মুসলমান, য়িহুদি অমসুং খৃষ্টান্না লৈবাক অসিদা লৈবা মীনি। মতম অমদা এশিয়াগী তুরস্ক অপুম্বা য়ুরোপকী তুরস্কগী সুলতানগী লৈবাক মনুংদা চল্লমই। য়ুরোপকী লান অচৌবা অদুগী মরম্না মাসিগী মনুংচল্লবা মেসোপটেমিয়া (Mesopotamia), সিরিয়া (Syria) আর্মেনিয়া (Armenia) অমসুং প্যালেষ্টাইন Palestine তোঙাল তোঙলবা লৈবাক অমমম ওঈখরে। মেসোপোটেমিয়া অমসুং প্যালেষ্টাইন ইংরেজগী মখা পোল্লে।

এশিয়ামাইনরদা—অখোইবা সহরদি স্মার্ণা [Smyrna] নি, মাসি লল্লোনবগী ময়াইথোকপা মফম অমনি। মী য়াম্বদা অমসুং চাওখৎপদা তুরস্কগী খল্লাইদগী ইহেন হেনবা সহরনি।

২। আর্মেনিয়াদা আরজেরূম [Erzeroum] অখোইবা

সহরনি। সিরিয়া দেশদা দামস্কাস [ Damascus ] অফাওবা কুইরবা সহর অমনি ; রেশমগী অমসুং শামতূগী ফিগীদমক য়ামনা ফাওঈ। যর্ডান [ Jordan ] তুরেনগী মপান্দা লৈবা প্যালেস্টাইন [ Palestine ] সহর খ্রীষ্টয়ানশিংগী খ্রাইদগী চাউবা তীর্থ মফমনি। মাসিগী মনাক্তা লৈবা বেথেল কৌবা খুন্দা যীশুখৃষ্ট পোকই। মেসোপটেমিয়া—টাইগ্রীস অমসুং ইউফ্রেটাস্ তুরেনগী মরক্তা লৈবা দেশকী মমিং মেসোপটেমিয়া কৌঈ ; থায়না মমাংঙৈদা মফম অসি লৈবাক মচা তাবদা পৃথীবীগী মনুংদা খরাইদগী হেনবা মফমনি। বাগদাদ [ Bag-dad ] খলিফাশিংগী কুইরবা কোন্নুংনি, টাইগ্রীস, তুরেনগী মপানদা লৈ। মাসি মতম অমদা য়াম্না চাওখৎলম্লবা সহর অমা ওইরমই। মোসল [ Mosul ] সহরগী মনাক্তা মমাংঙৈগী নিনেভা সহরগী কায়খিবগী লেমহৌলাকহৌবা উবা ফংই। হিল্লে হায়না কৌবা সহরগী মনাক্তা থাইনা মমাংঙৈগী বাবিলন [ Babylon ] সহরগী লেমহৌবা মখাক লৈ। বাবি-লনগী অহাংবা নোংদোন্দা লৈবা লৈকোন পৃথিবীগী মনুংদা য়ামনা অঙকপা পোং অমনি খন্নবমং। বারোসা ( Barosa ) পারশ্য উপসাগরগী তোন্দা লৈ। অফাওবা হিথাংফম লল্লোলফম অমনি। মফম অসিদগী খাংজুপ য়াম্না পুথোকই।

আরব—তুরস্কগী মখাদা লৈ। আরবদেশকী সমদ্র মপান্দা লৈবা করি করিগুম্বা মফম অমসুং নোংপোকথংবা মতাঈগী

লমদমদি লৈহাউ চেল্লি। ময়ায়থংবা শরুক্তি পাকচাওরবা লৈঙোইঙাক্তা ঙাযবা মরুভুমিনি, মাসিগী মরক মরক্তা মরুস্থান কয়ামরুম লৈ। আরবকী মরুস্থানশিং অত্তদা থাংতুপ য়াম্না হৌহ। অফবা শগোল অমস্নুং উটকাদমক লৈবাক অসি পৃথিবীগী মন্নুংদা ফাওই। মরুভুমিদা লৈবশিং অত্তবু বেতু-ইন হায়না খঙনৈ। মাখোযগী কবিগুম্বা অরেপপা লৈফম লৈতে। মাখোযনা মফম অযাম্বদা কোয়না চৎলি অমস্নুং দমূবুবদা লৈ। উট, শগোল, য়াও অসিনচিংবা শাতনা মাখোযগী মরলনি। তৌইগুম্বস্নুং বেতুইনশিংনা অযাম্বা মতমদা ডাকাতি তৌত্তনস্থ মপল্লাঈ হিংনৈ। তোববা০লোমদা আরব-জাতিনা লৈ। আরবশিংনা যামনা লৈবাক মচা তাই অমস্নুং অতিথিবু লুনা তৌই।

মক্কা ( Mecca ), মদিনা ( Medina ), জিদ্দা ( Jiddah ) মস্কট ( Muscat ), এডেন ( Aden ) আরবদেশকী অথোইবা সহরনি। চহি ১৩০০ গীস্ত মমাংদা মুসলমান ধর্ম্ম হৌদোকপা মহম্মদ কৌবা অতৈবা মুপা অমা মক্কা সহরদা পোকই। মুসলমানশিংগী অথোইবা তীর্থ মফম মক্কা সহর অমস্নুং মহম্মদকী 'সমাধী মফম মদিনাদা চহিচুপপা যাত্রী লিশিং লিশিং লাকই। জিদ্দা মক্কাগী হিপাংফম লল্লোলফমনি। মফম অসিদা কুমথ-রগা যাত্রীশিংনা উটকী মনমগন্দা মক্কা তাম্না চৎলি। এডেন ইংরেজগী মখাপোনবা হিপাংফম লল্লোনফমনি, বোম্বে গবর্ণরগী

কয়লা পুহনা চংলি। আরব লৈবাক্কী তোব্বানগী লমদম অহু য়ুরোপকী তুরস্কগী সুলতানগী মখা পোল্লি; মরুভূমিদা



মরুস্থান।

লৈবা বেছুইনশিং অদু মথলমথা অয়াম্বা কংবু (সম্প্রদায়) থোক্লা খায়দোকনা। মবেবনা কনাগীসু মখাপোনবা য়াদে।

পারস্য—তুরস্কগী অমসুং আরবকী নোংপোক্তা পারস্য দেশ লৈ। মাসিগী ময়ায়থংবা শহুক্তা অমসুং নোংপোক্কী শহুক্কদি লৈহাও চেন্দে। তৌইগুম্বসুং অরাং অমসুং নোংচুপ্পা করি করিগুম্বা মকমদি য়াম্না লৈহাও চেল্লি অমসুং মফম

অত্থদা মথল মথা অয়াম্বা অহাউবা উহৈ থোকই। লৈবাক অসিগী রেশমগী ফি, মথুংমশাহৈবনা শেম্নবা সন্না লুপাগী পোৎচৈশিং অদু মমিং চৎলি। পারস্যদা লৈরিবশিং অদু মুসলমান্নি। নিংথৌগী ফমদি "সা" নি। থাইনা মমাঙদা লৈবাক অসি য়াম্না ফাওরমই। পারস্যগী "সা" না লৈবাক অয়াম্বা জয় তৌরমই। তেহারান (Tehcran) কোন্নুংনি। তেব্রিজ (Tabriz), শিরাজ (Shiraz), বুশায়ার (Bushire) অফাওবা সহরনি। শিরাজ য়াম্না ফাওরবা মুসলমান কবি হাফিজ অমসুং সাদীগী পোকফমনি।

আফগানিস্থান—পারশ্যদেশকী নোংপে'ক্তা আফগানিস্থান লৈ। আফগানশিং অসি মুসলমাননি। মাখোয় অসি খিলিজি, হাজারানচিংবা তোঙান তোঙানবা কাংলুপ গোকনা খায়-দোকই। মাখোয়গী লোন্দি পতস্তুনি। লৈবাক অসিদা মথল মথা অয়াম্বা য়ামনা থুম্বা উহৈ ফংই। আফগানশিং অসি য়াম্না মরেপ ন্নাংই অমসুং কল্লি। মাখোইগী লমচৎতি য়াম্না, চগন্নবা ক্ষোংদোকই। ঐখোইগী লৈবাক্তা অরুম্বা ফি, ছুরি কাত্তি, অকংবা উহৈনচিংবা য়োন্দুনা কোয়রিবা কাবুলি কৌবা মী পুম্নমক অত্থ আফগানিস্থান অসিগী মীনি। লৈবাক অসি-গী নিংথৌগী ফমদি আমীরনি। আমীরগী মখাদা খাঁ কয়ামরুম্না লৈবাক অসি ঙাকই। কোন্নুংদি কাবুলনি। গজনী কুয়রবা সহরনি। জালালাবাদ, কান্দাহার, হিরাট অতোপ অতোপপা অফাওবা সহরনি।

পূর্ব্বউপদ্বীপ—ভারতবষগী নোংপোক্তা বঙ্গোপসাগর অমস্তুং চীন সাগরগী মরক্তা ব্রহ্মদেশ, শ্যাম, মালয় অমসুং আনাম কৌবা দেশ মচা কয়ামরুম তিল্লগা পূর্ব্বউপদ্বীপ শেমই। ফৌনা পু-কংউপদ্বীপকী অখোয়বা অথোকপা পোংনি মালয় উপদ্বীপকী মথাথংবা শরুক্তা লী অমস্তুং কিগোম য়াম্না হৌই। ব্রহ্মদেশ ভারতসাম্রাজ্যগী মনুং চল্লি। রেঙ্গুন ব্রহ্মদেশগী অথোয়বা সহ-রনি। শ্যাম দেশগী নিংথৌদি বৌদ্ধধর্ম্ম চংলি; ব্যাঙ্কক (Bangok) কোনুংনি। মালয় উপদ্বীপকী অরাংথংবা শরুক্তি শ্যাম লৈবাক্কী মনুংচল্লি। মথাথংবা শরুক্তা ইংরেজগী মখা পোল্লি। সিঙ্গাপুর সহরনি ; অফবা কিহোমগীদমক ফাওই। সিঙ্গাপুর পৃথিবীগী মনুংদা অফাওবা হিথাংফম লল্লোনফম অমনি। মালয় উপ-দ্বীপকী মথাথংবা শরুক্তা মলক্কা ফাওরবা সহরনি। মলক্কাগী লীচৈ য়াম্না ফৈ। আনাম ফরাসীশিংগী মখাপোল্লি। সাইগন ( Saigan ) কোনুংনি। কম্বোডিয়া ( Cambodia ) অচৌবা সহর অমনি। আনামগী অরাংথংবা শরুক্তা টঙ্কিন ( Tonkin ) সহর কয়লা থোকফম ( খনি ) গীদমক য়াম্না মমিং চংলি।

মালয়দ্বীপ মপৈ - ( Malay Archipelago। মালয় উপদ্বীপকী মনাক্তা লৈবা ঈথং ( দ্বীপ ) কয়ামরুম অদুবু দ্বীপমপৈ কৌই। দ্বীপ পৃয়মক অসিগী মরক্তা সুমাত্রা Sumatra ), যাভা ( Java ), বোর্ণিয়ো ( Borneo ), সেলিবিস. ( Celebes ), নিউগিনি ( New Guinea ) দ্বীপ অমস্তুং ফিলিপাইন (Philli Pine) দ্বীপমপৈনা মকোকনি।

বিশ্বরখানা মালয় দ্বীপমপেগী ময়ায়দা চংথে। মরম অদুনা মফম অসিগী হরাদি শাই। অদুম্নদি ওইরবদা মফম অসিদা যাম্না নিংথিনা নোংস্তু তাই। য়াম্না শাবা অমস্তুং নোংতাবা মথম্না দ্বীপ পুম্নমক অসিদা শুকথ্বা উমং উবা ফংই। মালয় দ্বীপমপেগী উমংদা মখল মখা অয়াম্বা জাৎকী চাউরবা অমস্তুং মমল য়াম্নবা উ হৌই। মফম খুদিংদা মমৈ পানদবা য়োং মযাম অমস্তু মচু ময়াম্না তিল্লবা উচেক উবা ফংই। যাভাদ্বীপবী চীদোন কয়ামরুমদগী মৈ থোকই।

ফিলিপাইন দ্বীপমপে আমেরিকাগী শিন্নবা লৈবাক ( যুক্তরাজ্য ) গা মখাপোল্লি। দ্বীপশিং অসিদা হিদাক যাম্না থোকই। ম্যানিলা ( Manilla ) অথোইবা সহরনি, চুরুটকীদনক ফাওই।

অতোপ অতোপপা দ্বীপকী অযাম্বা শরুক্তি ওলন্দাজশিংগী মখাগী লৈবাকী হল্যাণ্ড দেশতা লৈবশিংবু ওলন্দাজ কৌনৈ। দ্বীপ পুম্নমক অসিদগী গোলমরিচ, হিদাক সাগু, কপুর, রবার, চ যফল আসনচিংবা মফম অতোপপদা থাথি। বোর্নিয়ো দ্বীপতা চাউরবা কয়লাগী খানি লৈ। বোর্নিয়োগী অরাং নোংচুপকী ভাগদা মনাক্তা লাবুয়ান ( Labuan ) কৌবা ইংরেজগী মখা পানবা দ্বীপমচা অমা লৈ। দ্বীপ অসিদগী ইংরেজনা লানগী জাহাজদা কয়লা লৌথোকই।

## নৈনবা খাহং।

এশিয়া মহাদেশগী মাইকৈ মরি হায়যু। অথোই অথোইবা

সাগর, দ্বীপ অমসুং পাৎশিংগী মমিং অমসুং ম্যাপতা মখোইগী লৈফম তাকউ। মহাদেশ অসিগী মথকথংবা শরুক্কী অবস্থা হায়য়ু। অথোই অথোইবা চীংগী পবেংনা কদাইদগী থোরক্লগা কবম তৌনা শন্দোকখিবনো অমসুং অচৌ অচৌবা তুরেলশিংনা করম্ম চীংদগী থোরক্লগা কদাইদা চত্তুনা ঃারুবগে হায়য়ু অমসুং ম্যাপ-তা ত্তাকউ। হন্না কবম তৌই ; মালয় দ্বাপ মপৈদা শুক্লবা উমং উবা ফংলিবা কবিগানো ? ভারতবর্ষগী মকোক মকোক ওইবা জাৎ অমসুং চীন, জাপান অমসুং তুন্দ্রাগী শরুক্ক লৈবা মাশিংগী লমচৎকী মবমদা কবি খঙবগে হায়য়ু। এশিয়া মহাদেশগা মন্নুংদা যাম্না অঙকপা পোৎ কবি করি লৈবগে দিল্লী, কলিকাতা, বোম্বে, মাদ্রাজ, করাচী, কানপুর, এলাহা-বাদ, লাহোর, সিকিম, হংকং, উরগা, কিরিণউল্লা, পোর্ট আ-থার, ইযারখন্দ, টোকিও, ইযাকোহামা, ব্লাডিভোষ্টক, টাসখন্দ, টাফলিস, বাকু শ্মণা, দামস্কস, পেলেষ্টাইন, বাগদাদ, মো-সাল, মক্কা, মদিনা, তেহারাণ, সিরাজ, কাবুল, ব্যাঙ্কক, সিঙ্গাপুর, মানিলা, অমসুং লাবুযান—কদাদইনো অমসুং কবিগাদমক ফাওবগে হায়য়ু অমসুং ম্যাপ্তা মাখোয়গী লৈফম তাকউ।

## ( ৭ ) য়ুরোপ ( Europe )

এশিযাগী নোংচুপ্তা য়ুরোপ মহাদেশ লৈ। মাসিগী অরাংদা উত্তর মহাসাগর, নোংপোক্তা উরল ( Ural ) চীং উরল তুরেল

অমস্তুং কাস্পিয়ান সাগর, মথাদা ককেসাস চীং, কৃষ্ণসাগর অমস্তুং ভূমধ্যসাগর অমস্তুং নোংচুপ্তা আটলান্টীক মহাসাগর লৈ।

য়ুরোপ পাকচাউবদা চীন সাম্রাজ্যদগী হেন্না পীকই বর্গমাইল ৩৭,৫০,০০০ তনি; অদুমম্নদি ওইরবদা লনথুমদা লল্লোন-ইতিক্তা অমস্তুং পাঙ্গন্দা পৃথিবীগী অতোপ অতোপ্পা মহাদেশতগী হেল্লি। মাসি পৃথিবীগী কংফালগী শরুক পুম্নমক্কী ময়ায়দা লৈ হায়দুনা পৃথিবীগী মতাই খুদিংমক মাসিদগী লাপপা মান্নবা লৈ, অদুগা সমদ্রগী অয়াম্বা মশামরেংনা কংফালগী শরুক্তা য়াম্না থাপপা ফাওবা চংশিল্লে হায়দুনা মফম পুম্নমক সমুদ্রগা য়াম্না নক্নে হায়বদি লৈবাক পুম্নমক্তা সমুদ্রগী জাহাজ পুম্নমক্কী হঙ্গংহন্দা চংপা খুদোংচারে— মরম অনি অসিনা য়ুরোপনা লল্লোন-ইতিক্কী মরমদা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেনখ্রে। তোববান অদুপকী মতিক য়াম্না চংশিনবা লৈবাক অদুদা লল্লোন-ইতিকসু অদুপকী মতিক খুদোং চাই। মরম অসিনা এশিয়াগী মনুংদা জাপান্না লল্লোনবগী মরমদা য়ুরোপকী দেশ পুম্নমক্কা মান্নখংলক্লে।

য়ুরোপকী মীশীংদি কোটী ৩৭ লোমনি। মাসিগী মথা-থংবদা লৈবা তূরস্কদেশগী ( Turkey ) মীশিং নত্তনা য়ুরোপকী জাৎ পুম্নমক খৃষ্টধর্ম্ম চংলি। তূরস্কদা লৈবা মীশিংদি মুসল-মাননি। মাখোইগী নিংথৌরেনগী ফমদি স্থুলতাননি। পৃথিবীগী অয়াম্বা মুসলমানশিংনা স্থুলতানবু ধর্ম্মগুরুনি হায়না ইকাই-খুম্নখৈ।

সাগর অমসুং উপসাগর—অরাংদা -রাষিযাগী অরা'দা শ্বেত-সাগর ( White Sea ), মথাদা—রাষিয়াগী মথাদা আজব-সাগর ( Sea of Azov ) লৈ। গ্রীস অমসুং এশিয়া মাইনরগী মরক্তা ইজিয়ান ( Aegean ) সাগর, ইটালী (Italy) অমসুং তুরস্কগী ( Turkey ) মরক্তা আড্রিযাটীক সাগর ( Adriatic Sea ) লৈ। নোংচুপ্তা ব্রিটিশ দ্বীপমপৈগী অরাং নোংপোক্তা উত্তর সাগর ( North Sea ) অমসুং ফ্রানসগী নোংচুপ্তা বিস্কে উপসাগব ( Bay of Biscay লৈ।

দ্বীপ পুন্নমক আটলান্টিক মহাসাগরদা ব্রিটিশ দ্বীপমপৈ (British Island ), আইসল্যাণ্ড Iceland )—দ্বীপ অসিদা মৈগীচীং অমা লে, অজোস ( Azores ) অমসুং ফারো ( Faroe ) দ্বীপমপৈ লৈ। উত্তরমেরু সাগরদা—নবজেম্বলা (Novo Zembla ), দ্বীপ অসিদা সরিচেফ ( Sarytcheff ) কৌবা মৈগীচাং অমা লে লফোডেন ( Loffoden ) দ্বীপ-মপৈ অমসুং স্পিজবার্গেন ( Spitzbergen ), ভূমধ্যসাগরদা —সিসিলি ( Sicily ) দ্বীপ অসিদা এটনা ( Etna ) কৌবা মৈগীচীং অমা লৈ, সার্দ্দিনিযা ( Sardinia ), কর্সিকা ( Corsica , এলবা ( Elba ), লিপারি ( Lipari ) দ্বীপ-মপৈ ( মাসিগী মনুংদা লৈবা ষ্টাম্বোলি দ্বীপ্তা মৈগীচীং অমা লৈ )। মাল্টা ( Malta ), ক্রীট ( Crete ) নত্রগা কাণ্ডিয়া ( Candia ) অমসুং আযোনিয়ান ( Ionian ) দ্বীপমপৈ। বালটিক সাগরদা জীল্যাণ্ড ( Zeeland ), ফিউনেন (Funen)

রিউগেন (Rugen), বরণহলম (Bornholm), ল্যালণ্ড (Laaland), গথল্যাণ্ড (Gothland) অসিনচিংবা লৈ।

চী—এশিয়াগী মতোগুম্না য়ুরোপকী মযায়থংবা শরুক অসিস্থু তোঙই। ইটালী উপদ্বীপকী অম্নাংথংবা শরুক্তা থা মচেৎ-শানা য়ুরোপকী ময়াযথংবা শরুক কুপ্তনা লৈরিবা চীং পরেং পুম্নমক অহু আলপস (Alps) চীং কৌই। মাসিগী নোংচুপথংবা শরুক্তা মাউণ্টব্ল্যাঙ্ক (Mt. Blanc) থ্বাইদগী ম্নাংবা চীংদোম্নি—ফুট ১৫,৭৮২ ম্নাংহ। আলপস চীং পরেং ফাওহুনা রেল গাড়ী হঙ্গৎহন্দনা চৎনবগীদমক চাউরবা চিংম্নুং-হুৎ কয়ামকম শেমখে। চিংম্নুংহুৎ পুম্নমক অসিগী মবক্তা সিম্পলন (Simplon) কৌবা চীংম্নুংহুৎনা মাইল ১২½ শাংই। অমস্তুং সেণ্টগথাড (St. Gothard) কৌবা চীংম্নুংহুৎনা মাইল ৯¼ শাংই। আলপস চীংপরেংদগী চীংশাং কয়ামরুম মাইকৈ-মরিমক্তা শন্নোকখে। আলপসদনী থোরক্লগা মথারোমদা ইটালিগী ময়ায়দা সিসিলি দ্বীপ ফাওবা চৎখিবা চীং পরেং অহুগী মমিং আপেনাইন (Appenine) কৌই। ইটালিগী মখাদা নেপ্লস (Naples) উপসাগরগী মপান্দা (Vesuvius) হায়না ফাওরবা মৈগী চীং অমা লৈ। খৃষ্টাব্দ ৭২ দা মৈগী চীং অসি অকিবগী মশক ওইনা মৈ তোবকপদা পাম্পিয়াই (Pampeii) অমস্তুং হাকুলিনিযাম্ (Herculaneum) কৌবা ইটালিগী য়াম্না নিংথিনা চাওখৎলবা সহর অনি অমুক্তা ওইনা উং ওনখে। আলপসগী মথাথংবা নাকন্দগী ডিনারিক



বিষুবিয়স ।

আলপস্ কোবা চীং পরেং অত্ত মথা নোংপোক পাংনা চংখে, । আসিগী বলকান ( Balkan ) হাযবা মপা অমনা নোংপাক মাইকৈরোমদা কৃষ্ণসাগরগী মপান ফাওবা শন্দোকখে, অমসু,

অতোপপা মশা পিণ্ডাজ ( Pindıs ) কৌবা অতুনা মথা-পাংনা চংখে। কার্পেথিয়ান ( Carpathian ) চীং পরেংনা আলপসগী নোংপোকথংবা মতাইদগী থোরক্লনা হাঙ্গেরিগী ( Hangary ) অরাং নোংচুপলোমদা শন্দোকখে। এসিয়াগী রাষিয়া অমসুং য়ুরোপকী রাষিয়াবু তোংভানহল্লিবা চীংপরেং অতুগী মমিং উরল চীং কৌই। ফ্রান্স ( France ) অমসুং স্পেনগী ( Spain ) মরক্তা পীরেনীজ ( Pyrenees ) চীং লৈ। নরওযেগী মপান্দা স্কানডিনেভিযা চীংশাংগী খা অরাংদা শাং-দোক্লনা লৈবিবা স্কানডিনেভিয়া উপদ্বীপকী অরাংবা মাল ভূমিবু জেলডস ( Fjelds ) কৌই।

পাং—রাষিয়াদা—লাদোগা ( Ladoga ) অমসুং ওনেগা ( Onega ), সুইডেন্দা ( Sweden )—ওযেনার ( Wener ) অমসুং ওয়েটাব ( Wetter ) সুইজারল্যাণ্ডদা Switzer-land )—জেনেবা ( Geneva ), কনষ্টান্স ( Constance , ) নশাটেল ( Nechatel ), লুসার্ণ ( Lucerne ), জুরিক ( Zurich ), ইটালিদা—গাড। ( Gerda ), মাদজোরে ( Maggiore ), কোমো ( Como ), হাঙ্গেরীদা ( Hungary)—প্লেটেন ( Platten ) হল্যাণ্ডদা উইণ্ডারমিয়ার (Windermere ), আলসওযাটর ( Ulleswater ); স্কটল্যাণ্ডদা —লকলমণ্ড ( Loch Lomond ), লকনেস ( Loch Ness ) অমসুং কিলার্নি ( Killerney ) লৈ। লাডোগা য়ুরোপকী

মমুংদা থ্বাইদগী চাউবা পাংনি। সুইজালর্যাণ্ড অমসুং ইটালিগী প্যাংশিং অসি মহৌশাগী ফজবগীদমক কাওই।

তুরেল—রাষিয়াগী ময়ায়দা লৈবা ভালডাই ( Valdai ) মালভূমিদগী থোরকক্তুনা ভালগা তুরেন (Volga) কাস্পিয়ান সাগরদা নীপার ( Dnieper ), ডন ( Don ) তুরেন কৃষ্ণসাগরদা, অমসুং ডুনা তুরেল ( Duna ) বালটীক সাগরদা তারৈ। উরল তুরেন উরল চীংদগী থোরক্লগা এশিয়াগী পিক্লবা শরুক অমা চামথোক্তুনা কাস্পিয়ান সাগরদা তাই। স্পেন উপদ্বীপকী ময়াইদগী থোরক্লগা এব্রো [ Ebru ] তুরেন ভূমধ্যসাগরদা অমসুং ডুরো [ Douro ] অমসুং টেগাস [Tagas] তুরেন আটলান্টিক মহাসাগরদা তাই। লয়ের [Loire] ফ্রান্সগী মখা-নোংপোক থংবা শরুক্তগী থোরকক্তুনা বিস্কে উপসাগরদা তারৈ। সেন [ Seine ], মিউজ [ Meuse ] অমসুং রাইন [ Rhine ] তুরেন সুইজ্যাল্যাণ্ডদগী অমসুং এলব [Elbe] তুরেন অষ্ট্রিয়া হাঙ্গেরীগী [Austria Hungary] অরাংথংবা শরুক্তগী থোরক্তুনা সমুদ্রদা তারৈ। অডার [ Oder ] অমসুং বিষ্টউল্লা [ Vistula ] তুরেন অষ্ট্রীয়া হঙ্গেরীগী অরাংথংবা শরুক্তগী থোরক্তুনা বালটীক সাগরদা তাই। আলপস, চীং অমসুং মাগিগী মশামরেংদগী থোরক্লগা রোন [ Rhone ] তুরেন ভূমধ্যসাগরদা, পো [ Po ] তুরেল অড্রিয়াটীক সাগরদা, অমসুং ডানিয়ুবক্তা [ Danube ] নীষ্টার

[ Dniester ] তুরেনগা কৃষ্ণসাগরদা তারে।

হৱা—য়ুরোপ পুম্নমক অসি অহিংঅশা মান্নবা লমদমদা (সম-মণ্ডল) লে। অদুনা চাউরাৱা মাসিগী হৱাদি যাম্নসু শাদে অমসুং ইংদে। অথুম্নদি ওইরগা মথম খেন্নবা মতুং ইম্না য়াম্নসু ইংদবা অমসুং শাদবগী খেন্নবা থওবা ওমই। য়ুরোপকী অৱাং থংবা শরুক্তা, উত্তর মহাসাগরগী তোরবানগী লমদমনা খোইনা যাম্না ইংই। ময়াযদদি যাম্নসু ইংদে অমসুং যাম্নসু শাউদে। মথা থংবা শরুক্তি অতৈদগী হেন্না শাই। তৌইগুম্বসুং সমদ্রুদগী যাম্না থাপনা লৈ হায়দুনা নোংপোক থংবা শরুক্কী হৱাদি নোংচুপথংবা শরুক্কী হৱাদগী কনবা হেল্লি হায়বদি নিংথম্বা অমসু ওলাংবগী খেন্নবা অসি যামনা হেল্লি।

চাউরাকপা ৱারম—বাষিযাগী নোংপোকথংবা শরুক নত্তনা য়ুরোপকী অযাম্বা মফমদদি লোং য়াম্না তাই। মরম অসিনা মাসিগী লেপাকসু লৈহাও চেল্লি। য়ুরোপকী ববিগুম্বা মফমদসু লঙোয়ওাক্তা গ্রাযবা লৈহাও চেনদবা পাক্লবা মরু-ভূমি লৈতে, তৌইগুম্বসুং এশিয়াগী মতৌংম্না য়ুরোপকী অৱাংদা, উত্তরমক সাগরগী তোররানদা লেরিবা ভূমধ্যগী লমদম অদুদি লৈহাও চেনদে। মহাদেশ অসিদা লেরিবা উমং ময়াম অসিদা এশিযাগী মতৌগুম্না মথলমথা অয়াম্বা জাংকী উনচিংবা উবা ফংদে। ওক [Oak] বীচ [Beech],

কর্ [illegible] । য়ুরোপক ী জঙ্গলগী অথোইবা উনি। মহাদেশ অসিদা লৈবা জঙ্গলগী শাগী মশীংদি য়াম্না যামদে। অরাংগী ভমখৈদা বলগা-হরিণ, শওম অঙৌবা অমসুং রাষিয়াগী মথাদা উট উবা ফংই। কৈশাল অমসুং শওম মকোক ওংবা শাহিংতাহিং, চাবা শানি। শগোল, শল, যাউ, ওক অমসুং হুইনা থ্বাইগী ময়ুমদা য়োক্লবা শানি। য়ুরোপ্তা মথলমথা অয়াম্বা মচুগী নিংথিজরবা উচেক্তি তাওই। অহুমদি ওই-রবদা খোঙ্গেল নুংশিরবা শ্যামা, শেম্বাংনচিংবা উচেক্তি মফম খুদিংদা উবা ফংই। বালি, গেহু, চুগচাক, যব, আলু অমসুং আঙ্গুর, আপেল, বাদাম অসিনচিংবা উহৈ য়ুরোপকী মফম খুদিংদা থোকই। মযাযথবা লমদমগী থরা হেক্না শাবা লমদা আঙ্গুর হোই। ফ্রান্সগী য়ু শেম্বা উহৈ অহু যাম্না ফবনি হায়না পৃথিবীগী মফম খুদিংদা পায়ে। থনিগী লনদমদি, য়োং অমসুং কযলাদনা যাম্না য়ুরোপনা থ্বায়দগী হেল্লি। ব্রিটীশ দ্বীপমপৈদা কযলা অমসুং য়োং ফংবগুম্না পৃথিবীগী অতোপপা কবিগুম্বা লেবাক অমদা অহুপ ফংদে। থুম, কেরোসিন থাউ, গন্ধক, সনাহিদাক, মিশি, কোবি, দস্তা, সনা, লুপানচিংবা য়ুরোপকী অতোপ অতোপপা থনিদগী থোকপা পোংনি। সমুদ্রগী ঙা ফাবা অসিনা য়ুরোপ্তা লৈবশিংগী অরু ওইবা থবকনি। ভুমেনাশিংদস্থ ঙা য়াম্না লৈ। স্কান-ডিনেভিয়াগী লমদমগী মনাক্তা লেবা সমুদ্রদা কড কোবা কাওংসতো চাউবা ঙা ফাং অমা ফাই। কড হায়বা ঙা অসিগী

ফিরাক্তগী "কড লিভার অয়েল" কৌবা য়াম্না কাম্নরবা হিদাক অমা শেমই ।

## দেশ অমসুং সহর

ব্রিটিশ দ্বীপমপৈ — ইংলণ্ড, স্কটল্যাণ্ড (পুম্নগা গ্রেট ব্রিটেন) অমসুং আয়র্ল্যাণ্ড দ্বীপ অমসুং মাখোইগী মনাক্তা লৈবা দ্বীপশিং অস্তু পুম্নগা দ্বীপমপৈ অসি শেমই । ব্রিটীশ দ্বীপ মপৈগী পাবচাউবদি বর্গ মাইল ১,২০,৯৮৯ নি অমসুং মীশিংনা কোটী ৪ নি। লৈবাকমচা অমা ওইরবসু মাসি মীরৈবাক লৌশিনবদা, লল্লোনবদা, পাঙ্গন্দা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেল্লি। পৃথিবীগী কংফাল লমদম পুম্নমক্কী শরুক মঙা থোক্লগা শরুক অমবোম্না ব্রিটীশ সাম্রাজ্য শেমই, অমসুং পৃথিবীগী মীশিংগী শরুক মবি থোক্লগা শরুক অমনা ব্রিটীশ প্রজানি, স্কটল্যাণ্ডগী মকোক ওইবা ক্লাইড (Clyde) অমসুং টে (Tay) তুরেল অনি অসিগী অরাংথংবা শরুক্তি চীংনা কুপশিল্লি অমসুং অতোপ্ত অকুৎ নায । চীংশাং অসিগী মরক্ত নিংথিজবা পাৎ যাম্না লৈ। ইংল্যাণ্ড অমসুং স্কটল্যাণ্ডগী মরক্তা চাভিয়ট (Cheviot) চীং লৈ। চীং অসিদগী ব্রিষ্টলচ্যানেল (Britsol Channel) ফাওবা ইংলণ্ডগী নোংচুপথংবা শরুক অসি স্কটল্যাণ্ডগী মতোগুম্না চীংঙাক্তা ঙায অমসুং অতোপ্ত-অকুৎ নায় । আয়র্ল্যাণ্ডগী তোর্ব্বানগী শরুক্তা

চীং মচা মচা ময়াম লাপপা চপমান্নবা লৈ। ইংলণ্ডদা টেমস (Thames) অমসুং ট্রেন্ট (Trent) অমসুং আয়র্ল্যাণ্ডদা ব্লাক ওয়াটার (Black watar) অমসুং স্যানন (Shannon) মকোকওইবা তুরেল্নি।

ইংলণ্ডগী টেমস তুরেনগী মথক্তা লণ্ডন [London] সহর ব্রিটীশ সাম্রাজ্যগী কোনুংনি। মাসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউরবা সহরনি অমসুং লল্লোন-ইতিক্কী খ্বাইদগী ময়াম ওইরবা মফমনি। লণ্ডনদা টেমস তুরেনগী মথাদা গাড়ী অমসুং মী হঙ্ংহনদা চংননবা অচৌবা চীংনুংহুং অমা লৈ। ঐখোযগী নিংথৌবেন মঙাশুবা জর্জ্জ লণ্ডনদা লৈ। লিবারপুল [Liverpool] মকোক ওইবা বন্দর অমনি, মফম অসিদগী থুম য়াম্না থাদোকই। মাঞ্চেষ্টার [Manchester] সহরদা ফি শানবা খুৎলাই যাম্না লৈ। ঐখোযগী লৈবাক্কী ফেজোম ইনফি যাম্না মাঞ্চেষ্টারদা শায়। বার্ম্মিংহাম [Barmingham], লীডস [Leeds] অমসুং শেফিলড সহর য়োংনা শাবা পোংচৈগীদমক মমিং চংলি। অক্সফোর্ড [Oxford] অমসুং কেম্ব্রিজগী [Cambridge] বিশ্ববিদ্যালয় পৃথিবীগী মনুংদা কুয়বনি। অমসুং খ্বাযদগী অথোয়বনি। পোর্টসমাউথ (Protsmouth) লানগী হিথাংফমনি। কার্ডিফ [Cardiff], ওয়েলসগী (Wales) মকোক ওইবা বন্দর অমনি। মফম অসিদগী কয়লা চংখিবগুম্না পৃথিবীগী অতে

করিগুম্বা সহর অমদগী অদূপ যাম্না চত্তে। এডিনবর [Edinburgh] স্কটল্যাণ্ডগী কোন্নুংনি, মফম অসিদা অচৌবা বিশ্ব-বিদ্যালয় অমা লৈ। গ্লাসগো [Glasgow] জাহাজ শানবগ কারখানাগীদমক মমিং চংলি। এবার্ডিন [Aberdeen] অমস্নুং ডাণ্ডী (Dundee) স্কটল্যাণ্ডগী অতোপপা অথোযবা সহব অনিনি। এবার্ডিনদস্নু ফাওরবা বিশ্ববিদ্যালয় অমা লৈ। ডাব্লিন (Dublin) আয়লর্যাণ্ডগী কোন্নুংনি। বেলফাস্ট (Belfast) মকোক ওইবা বন্দর অমনি।

ফ্রান্স (Franee)—প্যারি নক্রগা প্যাবিস (Paris) ফ্রান্সগী কোন্নুংনি। পৃথিবীগী মনুংদা মাসিগুম্না নিংথিজবা অনিশুবা সহর অমা ঊদ্রি। কেলে (Calais) অথোযবা বন্দর অমনি। মার্শেল (Marseilles) ভূমধ্যাসাগরগী মপান্দা ভাবা অথোয়বা বন্দর অমনি। বোর্ডো (Bordeaux) বন্দর অমনি, মফম অসিদগী য়ু যাম্না থাথি। লিয়োঁ (Lyons) রেশমগী ফিগীদমক ফাওই। যুরোপকী লান অচৌবগী মতুংদা জার্ম্মাণিগী আলশাস-লরেন্স প্রদেশ ফ্রান্সগী মনুং চল্লি।

স্পেন অমস্নুং পার্ত্তুগাল (Spain and Portugal)—দেশ অনি অসি পুল্লগা আইবিরিযা (Iberian) উপদ্বীপ খংনৈ। স্পেনগী কোন্নুংদি মাড্রিডনি (Madrid)। বার্সিলনা (Barcelona) অমস্নুং ভ্যালেনসিয়া (Valencea)

ভূমধ্যসাগরগী তোর্বিা দা লৈবা বন্দর অমি অসিদগী উহৈ অমস্তুং রেশম্মচিংবা থাখি। জিব্রালটার ( Gibraltar ) ব্রিটিশনা লোযচনবা বন্দর অমনি। মফম অসি চীংনা থল্লি। লিস-বন ( Lisbon ) পর্তুগালগী কোনুংনি। অপর্টো ( Oporto ) বন্দরদগী মু যাম্না থাখি।

সুইজারল্যাণ্ড Switzerland —আলপস্ চাগী মশা কযামকমনা লৈবাক অসিবু কুপশিল্লি। বার্ণ ( Bern ) কোনুং অমস্তুং জেনেভা ( Geneva ) অফবা ঘড়িশাদমক ফাওই। জুরিক ( Zurich ) অথোয়বা বন্দর অমনি।

জ্যাকো-শ্লোভক ( Czecho-Slovakia-State ) অমস্তুং যুগো -শ্লেভ ( Jugo-Slav State ) লৈবাক। যুরোপকা লান অচৌবনা লোযববদা মমংঙৈগী মতৌগুম্না অষ্টায়া হাঙ্গেরী সাম্রাজ্যগা অরংথংবা লমদম গী শরুক কযামরুম তো ওানখিহ্বনা জ্যাকো-শ্লোভক কৌবা অনৌবা লৈবাক অমা মগু চনখে। কোনুংদি প্রেগ ( Prague ) নি। অতুগা মাসিগী শরুক থরনে, সাভিযা [ Servia ] অমস্তুং মন্টিনিগ্রো [ Montenegro ] নে পুল্লগা যুগো-শ্লেভ হায়না মমিং থোন্দুনা অনৌবা লৈবাক অমা শেমখো। কোনুংদি বেলগ্রেড ( Belgrade ) নি।

ইটালি ( Italy )—লৈবাক অসিগী হয়াদি যাম্না ফৈ। কোনুং দি রোম ( Rome ) নি। পৃথিবীগী মনুংদা য়াম্না কুইববা

অমসুং ফাওরবা সহরনি । নেপল্‌স ( Naples ) খ্বাইদগী হেন্না চাউবা অমসুং য়েংবদা নিংথিজবা সহরনি । মিলান ( Milan ) মর্ম্মর মুংনা শাবা গির্জ্জাগীদমক ফাওই । ভেনিস ( Venice ) সমদ্র মপান নক্না লৈবা দ্বীপকী মথক্তা লৈবা কুইরবা সহর অমনি । সহর অসিদা কয়িগুম্বা কংকাল লম্বী অচৌবা লৈতে, মীনা হিনা হঙ্গংহন্দা চৎনৈ । ফ্লোরেন্স ( Florence ) সহরগী লাইযেকশং পৃথিবীগী মনুংদা ফাওই ব্রিন্দিসি ( Brindisi ) অফাওবা বন্দর অমনি । ভারতবর্ষদগী লণ্ডনচৎপা মীশিংনা মফম অসিদা কুমথরগা রেলনা ফ্রান্সগী তোবরান্দা কেলে যৌই অমসুং মফম অদুদগী ইংলিশ চ্যানেল লাম্বোক্লগা লণ্ডন চৎলি । জেনাওয়া ( Genoa ) আমেরিকা পুথোকপা কলম্বসগী পোক-ফমনি ।

অষ্ট্রিয়া অমসুং হাঙ্গেরী ( Austria-Hungary )—লান অচৌবগী মমাংদা অষ্ট্রীয়া অমসুং হাঙ্গেরী তোঙান তোঙানবা লৈবাক অনি অসি গবর্ণমেণ্ট অমতগী মখা পোন্দুনা অষ্ট্রিয়া হাঙ্গের সাম্রাজ্য হায়না খঙনরমঈ । হৌজিক্তি অষ্ট্রীয়া অমসুং হাঙ্গেরী তোঙান তোঙানবা লৈবাক অনি ওইরে । অষ্ট্রিয়াগী কোন্নুং ভিয়েনা [Vienna] ফাওরবা খুংশাহৈবগী মফম অমসুং লল্লোনযমনি অদুগা বিশ্ববিদ্যালয়গীদমক ফাওঈ । ডানিয়ুব তুরেনগী তোর্নবান অনিমক্তা মহৈ মহৈ মাইযোক্লনা তাম্নিবা বুডা [Buda] অমসুং পেষ্ট [Pest] তোঙান তোঙানবা সহর

অনি অসি তিন্নহনা বুডা-পেষ্ট [Buda-Pest] হায়না কৌহনা সহর অমা ওযখে, মাসি হাঙ্গেরী লৈবাক্কী কোন্নুংনি।

রুমানিযা—কোন্নুংদি বুকাবেষ্টনি। আলবানিয়াগী কোন্নুংদি ডরাজোনি (থাইনগী কোন্নুংদি স্কুটাবী)। গ্রাসগী কোন্নুংদি এথেন্সনি। সহর অসি থাযনা মমাংঙৈদা, খ্রীষ্টনা পোক্তি্ঙৈদগী যুরোপ্তা লৈবাকমচাতাবা অমসুং লৌশিংগী মযাযথোকপা লমদম [কেন্দ্র] ওযরমঈ। বুলগেরিয়াগী বোন্নুদি শোফিযানি। তূরস্ক—কনষ্টান্টিনোপল। যুরোপকী মন্নুংদা মকোক ওইবা অমসুং যেংবদা নিংথিজবা বন্দব অমনি। মাসিগী অতোপপা মমিং অমদি ষ্টাম্বল কৌঈ।

জর্ম্মানি (Germany)।—কোন্নুংদি বার্লিন (Berlin) নি, বিশ্ববিদ্যালয, খুংশাইবা অমসুং লাল্লানবগীদমক ফাওই। হ্যামবর্গ (Hamburg) যুরোপকী মন্নুংদা মকোক ওইব বন্দব অমসুং লাল্লানবগী মযাইথোকপা মফম অমনি। লিপজিক (Leipzic) লাইবিকশংগীদমক পৃথিবীদা ফাওই। ড্রেজডেন (Dresden) লাইযেকশংগীদমক ফাওই। মিউনিক (Munic) ফজরবা সহব অমনি; মফম অসিগী মিত্রংগী যুমদি ফাওই। ব্রেসল [Breslaw], হ্যানোভার [Hanover], কলোন [Cologne] অসিনচিংবা অসি মকোক ওইবা সহরনি।

বেলজিযম [ Belgium ]।—লৈবাক অসিগী অযাম্বা শকত্তি লৈতেম মাম্নবা লমদম অমস্তুং মীহ মবোংগী লৌবুক্না থল্লি। বেলজিযমগী লিল্লিগী পোৎ যাম্না ফাওই। লৈবাক অসিদা কযলা অমস্তুং যোৎকা থনি যাম্না লৈ। কোন্নুংদি ব্রাসেলস [ Brussels ] নি এণ্টোযার্প [ Antwerp ] ফাওবা বন্দর অমনি। মফম অসিদা জাহাজ শানবগী কার খানা লৈ। ওযাটার্লু ( Waterloo ) সহরদা কল্লবা নেপোলিয়ানবু ইংরেজ অমস্তুং জর্মাণ লান্মীনা মায়থোকবা পীখি। লীজ ( Liege ) মৈগী থৃংলাই শানবগী মকোক ওইবা কেন্দ্রনি।

হল্যাণ্ড ( Holland )। লৈবাক অসিগী করিগুম্বা মফমদম্বু চীং উদে। মাসিগী লমদি সমুদ্রগী ঈমাইদগী নেমথৈ সমুদ্রগী ঈথক্তগা বন্নবগীদমক লৈবাক অসিগী মাইকৈ মথিমক্তা পল লৈ। হল্যাণ্ডদা লৈবা মীশিংবু ওলন্দাজ হায়না খঙনৈ। কোন্নুংদি হেগ ( Hague ) নি। আমষ্টার্ডাম ( Amsterdam ) অমস্তুং রটার্ডাম ( Rotterdam ) মকোক ওইবা বন্দর অমস্তুং লল্লোনবগী মযায় থোকপা মফমনি।

ডেনমার্ক ( Denmark )।—জ্যাটল্যাণ্ড (Jutland) উপদ্বীপ অমস্তুং মাসিগী মনাক্তা লৈবা অপিকপা ঈথৎ কয়াম্নমা তিল্লগা লৈবাক অসি শেমই। ডেনমার্কতা লৈবা মীশিংবু দিনেমার হায়না খঙনৈ। কোন্নুংদি কোপেনহেগেন ( Copenhagen ) নি।

নরওয়ে অমসুং স্যুইডেন ( Norway and Sweden ) অচৌবা উপদ্বীপ অমনি, পুল্লপ-পুনশিল্লগা স্কাণ্ডিনেভিয়া উপ-দ্বীপ হায়না খণ্ডনৈ। মমাংঙৈদা স্কাণ্ডিনেভিয়া হায়বা অসি নিংথৌ অমতগী মখা পোল্লমই। তৌহণ্ডুম্বসুং হৌজিক্কি স্যুইডেন অমসুং নরওয়ে অসি তোঙান তোঙানবা নিংথৌ অনিগী মখা পোল্লে। অশ্লো ( Oslo ) নরওয়েগী কোন্নুংনি, মমাংঙৈগী মমিংদি ক্রিষ্টিয়ানা নি। বার্গেন ( Bergen ) কড্ কৌবা ঙা ফানবগী মকোক ওইবা কেন্দ্রনি। স্যুইডেন্দা গন্ধক যাম্না ফংই। মফম অসিদগী ঐখোইগী লৈবাকলোমদা মৈখেৎ খাম্না থারকই। ষ্টকহলম্ (Stockholm) স্যুইডেনগী কোন্নুংনি। গথেনবার্গ ( Gothenberg ) য়োংকী থবককাদমক পৃথিবীগী মফম্দা ফাওই। স্যুইডেন অমসুং নরওয়েদা লৈবা মীশিংগী মনুংদা মী অমতসু লাইরিক হৈতবা নত্তে।

লান অচৌবগী মতুংদা অমুক রাশিয়া লৈবাক কাযরম্মী। অহুনা রাষিযা অসি লৈবাক মচা মচা কযামরুম থোকনা থায়দোক্লে। মাদুগী মফমদা মখাদা হরিবা কয়ামরুম অসিনা মকোকনি ঃ—

| | | |
|---|---|---|
| ফিনল্যাণ্ড | কোন্নু | হেলসিংফোর্স্। |
| পোল্যাণ্ড | ,, | ওয়ার্সো। |
| ইস্তোনিয়া | ,, | রিভাল। |
| [illegible] | ,, | রিগা। |

| | | |
|---|---|---|
| লিথুয়ানিয়া | কোন্নুং | ভিলনা। |
| ইউক্রেইন | ,, | কিফ্। |
| জর্জ্জিয়া | ,, | টিফ্লিস। |
| আর্জ্জেবাইজান | ,, | বাকু। |
| গ্রেটরাষিয়া | ,, | মস্কো। |

লৈবাক পুন্নমক অসিদা লৈবাক প্রজানা রায়েল্লি।

রাষিয়াগী অরাং-নোংচুপকী কাচিনদা শ্বেতসাগর অমস্নুং বাল্টিক সাগরগী মরক্তা লৈবা তূন্দ্রাগী লমদম অদুবু ল্যাপ-ল্যাণ্ড [ Lapland ] হমস্নুং মাসিদা লৈবা মীশিং অদুবুনা ল্যাপজাতি কৌই। এস্কিমোশিংগী মতৌগুম্না শাতানবনা মাখোইগী জীবিকানি অমস্নুং লমচংস্নু মাখোইগী মতৌগুমই। ল্যাপজাতিনা নিংথমথাদা উনগী য়ুমদা লৈ অমস্নুং ওলাংথাদা শউন্না খাং-পোকশং মচা শাদুনা মাদুদা লৈ। মাখোইনা উনগী মথক্তা স্লেজগাড়ী তোংদুনা মফম অয়াম্বদা কোয়না চৎলি। মস্কো সহরদা মন ৫৬০০ লুম্বা শরিক অমা লৈ। পৃথিবীগী করি-গুম্বা মফমদা অস্নুপ চাউবা শরিক লৈতে। রাষিয়াগী রেল লম্বী পুন্নমক মস্কোদা লাক্নূনা ভিল্লে। রাষিয়াগী কুইরবা কোন্নুং পেট্রগ্রাড [ Petrogard ] [ হৌজিকতি মাসিগী মমিংদি লেনিন্‌গাড ]। নিজনি-নভগড [ Nijni Novogord ] মেলা-গীদমক ফাওই। আর্কেঞ্জেল [ Archangel ] শ্বেত সাগরগী মপানদা লৈবা বন্দরনি ; মফম অসিদগী শীং অমস্নুং ধুপ থারকই।

## নৈনবা রাহং।

য়ুরোপ মহাদেশকী ওমথৈ মবি হায়য়ু। য়ুরোপনা করি করি মরম্না লল্লোনবগী মরমদা পৃথিবীগী মনুংদা খল্লাইগী ওথোইবা মফম ওইখিবনো? এশিয়াগী মনুংদা কবম্বা লৈবাক্না হিরম অসিদা য়ুরোপকী মতৌগুম্না খুদোংচাবা ফংলক্লিবগে? মকোক মকোক ওইবা সাগর, ঈথৎ অমসুং পাৎশিংগী মমিং হায়য়ু। ম্যাপতা মাখোইগী লৈফম তাকউ। এশিয়া অমসুং য়ুরোপ অনিগী মহৌশাগী খুৎশেম পানদম্নৌ। মকোক মকোক ওইবা চীংগী পরেংনা কদাইদগী থোরক্লগা করমতৌনা শন্দোকখিবা অমসুং অচৌ অচৌবা তুরেলশিংনা করম্বা চীংদগী থোরক্লগা কদাইদা চৎখিবা হায়য়ু অমসুং ম্যাপতা তাকউ। য়ুরোপকী ঙন্না করম তৌই? মকোক ওইবা কবম কবম্বা উ হৌবগে, করম করম্বা লমশা অমসুং যুমদা যোকপা শা উবা ফংবগে? মকোক মকোক ওইবা মহৈমবোং অমসুং খনিদগী পোকপা পোৎকী মমিং হায়য়ু। কড্কোবা ঙা কদ ইদা ফাবগে অমসুং মাহুনা করম্বা হিদাক শেম্নবগে? য়ুরোপকী তোঙান তোঙানবা লৈবাককী মমিং অমসুং কোনুংগী মমিং হায়য়ু অমসুং ম্যাপতা মাখোইগী লৈফম তাকউ। লণ্ডন্, লিবারপুল, অক্সফোড কেম্ব্রিজ, মাঞ্চেষ্টার করিগীদমক ফাওবগে?

---

## ৮ আফ্রিকা। [Africa]

আফ্রিকাবু জিব্রাল্টার প্রণালীনা য়ুরোপতগী অমসুং সুয়েজ খোংনা এশিয়াদগী তোংঙালহল্লি। মরম অসিনা পাকচাউরবা ঈথং অমা হায়বা য়াই। মাসিগী অরাংদা ভূমধ্যসাগর; নোং-পোক্তা সুয়েজখোং, লোহিতসাগর অমসুং ভারত মহাসাগর; মথাক্তা দক্ষিণ মহাসাগর, নোংচুপ্তা আটলান্টিক মহাসাগর লৈ। পাকচাউবদা মহাদেশ পুম্নমক্কী মরক্তা আফ্রিকা অনিশুবা মফমদা লৈ হায়বদি এশিয়াগী মথংদা মাসি খরাইদগী চাউবা মহা-দেশনি।

উপসাগর—আফ্রিকাগী অরাংথংবা তোর্বান্দা কাবেস (Cabes) অমসুং সীদ্রা [Sidra] উপসাগর; নোংপোকথংবা তোর্বানদা বায়েরা [Biera] উপসাগর, নোংচুপকী তোর্বানদা গিনি [Guinea] উপসাগর ইবদা মতিক চায়।

ঈথৎ ময়াম—আফ্রিকাগী তোর্বানগী মনাক্তা লৈবা ঈথৎ পুম্নমক্কী মরক্তা মথাদা ইরিবা ঈথংশিং অসিনা মকোকনি—

ভারতমহাসাগরদা মাদাগাস্কার (Madagascar) ঈথৎ পাকচাউবদা পৃথিবীদা মরিশুবনি, পকপা-চাউবদা বর্গমাইল ২,২৮,০০০ নি; মাসি ফরাসীনা খুল্লাবা লৈবাকনি। মরিসস (Mauritius) অমসুং রিউনিয়ন (Reunion)

ঈথৎ মাদাগাস্কাৰগী ে০াংপোক্তা লৈ। এডেন উপসাগবদা সকোট্রা ( S cotra ঈথৎ লৈ।

আটলান্টিক মহাসাগবদা সেন্টহেলেনা ( St Helena ) অমসুং আসেনসান ( Ascension ) ঈথৎ, কানাবা (Canary ) অমসুং কেপবাদ [ Cape Verde ] ঈথৎমপৈ, মাডেবিযা Madeira ) ঈথৎ লৈ।

চীং আফ্রিকা মহাদেশগী শরুক অযাম্বদি ফুট ২,০০০ দগী ৩,০০০ ফাংবা লৈ েম মান্নবা লমদম্নি মালভুমি। নি। সাহাবা মরুভুমিগী নোংচুপ, ৮ ৱাং অমসু সমদ্র মপানগা তাহনবা লমদম অদুদি নেমই। অযাম্বা চীংদি সমদ্র মপান-লোমদা লৈ। অৱাং-নোংচুপকী তোববান্দা আটলাস (Atlas ), নোংচুপকা তোববান্দা কেমেরুণ [ Kamerun ], নোংপোকী তোববান্দা কেনিযা [ Kenia ], চীং লৈ। আফ্রিকাগী মখাপাংবা চিঙাহদা ড্রাকেনবার্গ [ Drakenberg ] অমসুং নিউবেল্ট (Newbelt ) চিং লৈ।

লৈতেম মান্নবা লমদম—আফ্রিকাগী আৱাং তোববান্দা বোবস, সিড্রা উপসাগবগী নীল ৱুবেনগী তাযম ফাওবদা লৈবিবা লমদম, মহাদেশ অসিগী মনুংদা থৱাইদগী হেন্না নেম্বা লৈতেমমান্নবা লমদমনি। মাসি ভূমধ্যসাগবগী ঈমাযদগী ফুট ৩৭ নমও। লোহিতসাগরদগী আটলান্টিক মহাসাগর ফাওবা কৈগাককৈনা

সাহারা ( Sahara ) মরুভূমি শন্দোকই। পৃথিবীগী মন্নংদা মাসি থরাইদগী তেম্না চাউবা মরুভূমিনি। মাসিগী নোংপোক-থংবা শরুক্তী মমিং লিবিয়া ( Libyan ) মরুভূমি কৌই। পাকচাউবদা সাহারা মরুভূমি অসি য়ুরোপ পুম্নমক্তা মান্নবগুম তৌই। মাসিদা মরুদ্যান ( Ban ) কয়ামরুম লৈ। মরু-ভূমিদা কাযবা আববীশিংনা মরুদ্যানদা চংজফম ফংই। করি করিগুম্বা মতমদা মরুভূমিদা যাম্না কন্না নুংশিং শিংলি অমস্তুং লৈঙোই ম প পাই অমস্তুং মরুভূমিদা কোয়বশিংনা অকিবগী মশক ওইবা অন্নাবা ফংই, বরি অমুক হায়রুগনি অযাম্বা মতমদা বাঙবু কাঙবু পুল্লপ লেঙোহগী মপেনা কুপশিন্দুনা শি। আফ্রিকাগী মখাদা কালাহারি ( Kalahari ) মরু-ভূমি লৈ।

পাং—আফ্রিকাদা অচৌ অচৌবা পাং লৈ। মযাযথংবা আফ্রিকাগী নোংচুপথংবা শরুক, সমুদ্রগী ঈমাইদগী ফুট ১৬০০ দগী ৭০০০ ফাওবা রাংবা মালভূমিগী মথক্তা লৈবা ভিক্টোরিয়া নিয়েনজা ( Victoria Nyanza ), আলবার্ট নিয়েঞ্জা (Albert Nyanza), টেঙ্গানিকা ( Tanganyika) বাঙ্গইওলো ( Bangweolo ), ন্যাসা ( Nyassa ) পাং অমস্তুং সাহারা মরুভূমিগী মখাথংবা চিদাংদা চাদ ( Tchad ) পাং অফাওবনি। পাং মযাম অসিগী ঈশিংদি থুমহি নত্তে।

তুরেন – আফ্রিকাগী থরাইদগী চাউবা নীল ( The Nile ) তুরেন। ভিক্টোরিয়া নিয়েনজা পাংগী চেল্লকপা অরাংপাংনা

লাক্নুনা ভূমধ্যসাগরদা তাই। সেনিগাল ( Senegal ), গাম্বিযা ( Gambia ) অমসুং নীজর ( Niger ) তুরেন কঙ্গো চীংদগী, কঙ্গো (Congo) তুরেন টেঙ্গানিকা পাতগী, অরেঞ্জ ( Orange ) তুরেন ড্রাকেনবার্গ চীংদগী থোবকতুনা আটলান্টিক মহাসাগরদা তাই। মথাথংবা আফ্রিকাগী মালভূমিদগী থোরক্লগা জাম্বেজী ( Zambesi ) তুরেন ভারত মহাসাগরদা তাই। জাম্বেজী তুরেনগী মযাযদা লৈবা ভিক্টোরিয়া কৌবা ঈশিংচাইবিগী ঈশিং মপেনা ফুট ৪০০ রাংবা মফমদগী কল্লা চেন্থরকতুনা তাই। পৃথিবীগী মনুংদা মাসি মকোক ওইবা ঈশিংচাইবী ( জলপ্রপাত ) অমনি।

হন্না- আফ্রিকাগী শরুক তরুক থোক্লগা শরুক মঙাদি ওলাংবা লমদমদা লৈ। বিষুব রেখানা মাসিগী ময়ায়দা চংলি। ময়ায়থংবা আফ্রিকাগী অন্নাংথংবা শরুক, নোংপোক-থংবা সুদান অমসুং মিশরগী হন্নাদি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না শাং। অন্নাংগী তোবান অমসুং মথাগী শরুক্তা হন্নাদি য়াম্না শাংদে অমসুং হংদে। আফ্রিকাগী মথাংবা শরুক্তা অখোইঅহেন নাইনা নোং চুই, অদুন্নদি ওইরবদা অতোপ অতোপপা শরুক্তা নোং তাবগী চাং অসি যাম্না রাংলি।

চাউবাকপা হিরম—আফিকাগী অন্নাং-নোংপোপাংবা তোবরা-ঙগী মনাক্তা লৈবা লমদি লৈহাও চেল্লি। ময়ায়থংবা আফ্রি-

কাগী তোর্বান্দা তাবা লমদি শুরুবা জঙ্গলনা থল্লি । নোং-চুপথংবা আফ্রিকাদা গেহু অমসুং কোনাগী জাংকী উ যাম্না হৌই । লৈবাক অসিগী কোনা পাম্বীদগী থাউ থোকই । গিনি উপসাগরগী তোর্বানগী জঙ্গলদা নাপী জাং অমা হৌই, মাছু অসুপকী মতিক শাংঙ মাদুদি শামুনা মাদুগী মনুংদা উবা ফংদনা কোয়না চংলি । অরাংথংবা আফ্রিকাগী লৌউ-হুনা থোকপা পোংকী মবক্তা গেহু অমসুং বার্লিনা অথোই বনি । সাহারাগী মরুস্থানশিংদা বমলা, বাদাম অমসুং থাংতুপ হৌই । মযাযথংবা আফ্রিকাগী নোংচুপকা শরুক্তা চুগচাক, ফৌ, চু অসিনচিংবা যাম্না থোকই , নোংপোক্কী অযাম্বা শরুক্তা কাফি থাই । গহু, আঙ্গুর উহৈ, লশিং, মখাথংবা আফ্রিকাগী অথোইবা লৌউবদা থোকপা পোংনি । খনিদগী থোকপা পোংকীদমক আফ্রিকা নিংথিনা মমিং চংলি । স্বর্ণ উপকুলদা ( Gold coast ), মযাযথংবা আফ্রিকাদা অমসুং ট্রান্সভালদা ( Transvaal ) সনাগী খনি অমসুং কেপকলনিদা ( Cape colony ) হীরাগী খনি লৈ । শাগী-দমক আফ্রিকা পৃথিবীগী মনুংদা যাম্না ফাওই । লৈবাক অম্না-স্বদগী শাতানবা পাম্বা মীশিংনা মফম অসিদা শাতানবগীদমক লাক্রৈ । জিরাফ, জেব্রা, গরিলা অমসুং উট উচেক আফ্রিকাগী জঙ্গলদা মমাংঙৈদা লৈবশিংগী মবক্তা মশীং থাবা য়াই । অসি নত্তনা শামু নোংশা, কবোকৈ, মখলমখা অয়াম্বা জাংকী য়োং মহাদেশ অসিগী জঙ্গলদা লৈ । তুরেনশিংদা মশীং নাইদনা

কুম্ভীর উবা ফংই। তোর্ব্বান্দা ঈশিং চেনবা লমদমদা। হিপোপ টেমাস কৌবা মউন থাবা ঈশিংদা শান্নবা পান্বা ওমসুং শাপী চাবা জীবা অমা উবা ফংই। শা অসিগী মশক্ দি পাকও অহুগা মশাগা পান্দম্নবদা মকোয়া থান্না চাউই। ম। আফ্রিকাদা লৈবাশিংবা মাখোয়গী মহাও চাই। উটউচেক্না মচৌশানা মরুগী লমদমদা লৈ। মশাগা পান্দম্নবদা মশানা পিক হায়রুনা মাখো না পাইবা ঙমদে অহুম্নদি ওথনবদা অশাংবা মথোঙ অনি অহুগী মতেংনা শগোলগী মতৌগুম্ন যাঙ না চেনবা ঙমই। উটউচেকী মতুদি যেংবদা যান্না ফজে। মতু অসিনা প্ৰুরোপকী মুপাশিংগী মমল যান্নবা ফিবোল শানৈ।

অরৈবামা—হটেণ্ট, বুশমেন, বণ্টু অমসুং নিগ্রোজাতি আফ্রিকাগী মমাংঙৈদা লৈবা মানি। মথা আফ্রিকাদা হটেণ্ট অমসুং বুশমেন জাতি লৈ। মাখোইগা বংশ অসি মথং মথং অস্নম মু'লক্লে। আফ্রিকাগী মযাযদা বণ্টু জাৎ লৈ। জুলু অমসুং কাফিরগী জাতি বণ্ট জাৎকী মনুংচল্লি। নিগ্রো জাতিনা সুদান লৈবাঙা লৈ। অসি নত্তনা অফ্রিকাগী জঙ্গলদা মথিকনেম্বা পিগমি কৌবা জাতি অমা লৈ জাৎ পুম্নমক অসি য়েংবদা থী। মাখোইগী মমিত্তি পিকথ, চিনবান থায়, চাউই, নাতোন পাকই, কুচুদি মুসিন মুই। জাৎ পুম্ন-মক অসিগী অয়াম্বা মীনা ফি মচেৎ অমতা শেৎলি। মা-খোয়গী মনুংদা নিগ্রো অমসুং বণ্টু জাতিনা খর হেল্লা লৈবাক

মচা তাই। শা য়োকপা অমসু লৌ উবনা নিগ্রো অমসুং বণ্টু জাতিগী অখোইবা হিংনবা পাম্বৈনি

আফ্রিকাগী অৱাং অমসুং নোংপোক্কী শরুক্তা হামিদি জাতিগী মনুংদনবা আরব অমসুং বারবার জাতি লৈ। আবিসিনিযাদা লৈবশিংতনা খ্রীষ্টধর্ম্ম চ লি। অতুনত্তবা পুম্নমক্তি মুসলমানগ্তাকতা ওইনা তৌই

আফ্রিকাগী মীশীং স্রুপনা কোটা ২০ লোমনি।

আফ্রিকাদা ব্রিটিশ অমসুং অতোপ অতোপ্পা জাতিনা লোই চনবা।

। ব্রিটিশনা লো চনবা লৈবাক

১। মিশর (Egypt) আফ্রিকাগী অৱাং-নোংপোক্তা নীল তুরেল্লা মিশবদেশ চামথোক্‌না ভূমধ্যসাগরদা তাই। থাইনা মমাংগৈদা মিশর লৈবাক লৈবাকমচা তবগী হাযনবম্মী। চহি ৬০০০ রোমগী মমাংদা মিশর নিংথৌশিংগী সমাধিগী মথক্তা পিরামিড কৌবা য়াম্না রাংবা নংমপৈ শাগৎলম্বা। পুম্নমক অতু তৌজিক যাওবা পৃথিবীগী মনুংদা য়াম্না ওকপা পোৎশি হায়না খন্নরি। পিরামিডকী লুরবা মফম অতুগী মন্নবা কা অমদা মিশব নিংথৌশিংগী মশা অতু মহী জাৎ অমগী মনুংদা তিংছনা থম্নরমই, মশা অতু পুমথম্নমদে। অসুম তৌদুনা থম্নবা

অশিবা মশা অতুবু "মমি" কৌই। পিরামিডতা চহি লিশিং লিশিংগী মমাংঙৈগী মমি যংথবে।

মিশর দেশকী মযাবদা নীল তুরেল চেল্লি। থাইনগী মিশরদা লৈবা মীশিংনা নীল তুরেলবু অশেংবনি হায়না খন্দুনা পূজা শৌনবমই। নীল তুরেলগী তাকমগী মনাক্তা চাউরবা অঙকপগী মশক ওইববা নুংগী মুর্তি উবা ফংই। মসিগী মশাদি নাংশানি অতুগা মকোয়া মীনি। নীল তুরেলগী ঈবমদসু নাকল অনিমক্তা চাংগী মশাদা নুংগী মুর্তি য়াম্না হক্তনা লৈ। মুর্তিশি অসিনা মিশরগী থাইনগী লৈবাকমচা তাবগী সাক্ষীগী মশক ওযনা চহি লিশিং কয়া চুপনা লৈবব-লিবগে হায়বা কনাসু হায়বা ঙমদে।

মিশরগী নিংঙৌদি মুসলমাননি, মাহাক্কী উপাধিদি খেদিভ ( Khedive ) নি। মঙাক্না ব্রিটিশ লৈবাকী মথাদা মিশর অমসুং মিশরগী মখ মাইকৈদা ইজপশিয়ান সূদান লৈবাক ( Egyptian Sudan ) তাকই। নীল তুরেল পাদমদা কেইরো ( Cairo ) মিশরগী কোন্নুংনি। মফম অসিদা অল্ আজহার কৌবা কুইরবা বিশ্ববিদ্যালয় অমা লৈ। মফম অদুদা ছাত্র লিশিং অনি হেন্না লাইব্রিক তমই। মিশরগী পিরামিডশিংছুদি কেইরো সহরদগী থাপ্তনা লৈ। ভূমধ্যসাগরগী শোর্কবান্দা আলেকজান্দ্রিয়া ( Alexandria ) আফ্রিকাগী

খ্বাইগী মকোক ওইবা বন্দর অমসুং লন্লোনবগী ময়ায়থোকপা মফমনি। সুযেজখোংগী মচীন্দা পোর্ট সৈযদ ( Port Said ) বন্দর লৈ। খার্তুম Khartum ) ইজিপাসযান সুদানগী মকোক ওইবা সহরনি।

২। ব্রিটিশ নোংপোক আফ্রিকা অমসুং উগাণ্ডা ( British East Africa and Uganda )। নোংপোকী তার্কাল্লা জাঞ্জিবার ( Zanzibar ) অমসুং পেম্বা ( Pemba ) কৌবা হৈথং অনি অসি মাসিগী মসুংচল্লি, মকোক ওইবা সহরদি জাঞ্জিবারনি।

৩। ব্রিটীশ সোমালিল্যাণ্ড ( British Somaliland ) এডেন ডপসগরগী মথাদা মকোক ওইবা সহবদি বারবারা ( Berbera ) নি।

৪ ব্রিটিশ নোংচুপ আফ্রিকা ( British West Africa ); গাম্বিয়া ( Gambia ), সিযেরা লিউনি ( Sierra Leone ), স্বর্ণোপকুল ( Gold Coast ) অমসুং নাইজিরিয়া ( Nigeria ) মাসিগী মমু চল্লি। গিনি তোকল্লা সনা যাম্না ফং। গিনি তোকলানগী সনাদগী গিনি শেল কৌবা মমি অসি ওংখে।

৫। ব্রিটিশ দক্ষিণ আফ্রিকান ইউনিয়ন ( British South African Union ) মথাদা ইরিবা প্রদেশ কয়ামরুম খোক্লা খা দোকই :—

(১) কেপকলনি (Cape Colony) আফ্রিকাগী মথা চিদাই খমথেংবদা লৈ। মাসি কযলা, কোব্রি অমসুং হিবাগী খনিগীদমক ফাওই। মমাংদৌদা কেপ্‌কলনি অসি ওলন্দাজ-শিংগী মথা পোল্লমই। চহি ১০০ রোম শরে মাসি ব্রিটীশগী মথা পোল্লে। মফম অসিদগী উটউচেক্কী মতু অমসুং য়াউগী মতু যাম্না পাথি। কেপ্‌টাউন (Cape Town) মকোক ওইবা সহর অমসুং নিংথিজবা বন্দবনি।

(২) নেটাল (Natal) কেপ্‌কলনিগী অরাং-নোংপোক্তা লৈ। কোমুং মরিস বর্গ (Maritzburg), ডারবান (Durban) মকোক ওইবা বন্দরনি। নেটাল, যোৎ অমসুং কযলাগী খনিগীদমক চমিং চৎলি।

(৩) অরেঞ্জ ফ্রী ষ্টেট (Orange free State) নে-টালগী নোংচুপ্তা লৈ। মমাংদৌদা মাসি ওলন্দাজশিংগী মথা পোল্লমই। মফম অসিদা লৈবা ওলন্দাজশিংবু বুয়ার হায়না খঙৈ। ১৯০০ সালদা বুয়ারবগা ইংরেজগা লান শোক্লে। লান অসিদা বুয়ারবশিং মাংখৌবা ফংই অমসুং ওরেঞ্জরিভার কলনি ইংরেজগী মথা পোল্লি। মফম অসি সনা অমসুং হীরাগী খনিগীদমক ফাওই। মকোক ওইবা সহরদি ব্লুমফন্টিন্ (Bloomfontein) নি।

(৪) ট্রান্সভাল (Transvaal) অরেঞ্জরিভার কলনিগী

অরাংদা লৈ। মাসি মমাংগৈদা বুযারশিংনা লোইচল্লমই। ১৯০০ সালগী লাম্দা ই বেজশিংনা মাসি লোইচল্লি। মকোক ওইবা সহর প্রিটোরিয়া ( Pretoria )। জোহান্সবার্গ ( Johanneshburg ) কৌবা মফমদা চাউববা সনাগী খনি অমা পুথোকখে। পৃথিবীগী মমুংদা মাসি খাইদগী চাউবা সনাগী খনি নি।

## ফরাসীনা লোইচনবা দেশ।

১। আলজীরিয়া ( Algeria ) অমসুং টীউনিস ( Tunis ) আফ্রিকাগী অরাংদা লৈ। মফম অসিদা যোং, মিসি অমসুং কোলগী খনি লৈ। মকোক ওইবা সহরদি আলজীরিয়ানি। টীউনিসগী মকোক ওইবা সহরদি টীউনিস নি।

২। নোংচুপ আফ্রিকাদা সানিগাল ( Senegal ) ফরাসী-কঙ্গো ( French Congo ) অমসুং ডাহামি ( Dahomey )।

৩। গিনি সাগরগী তোরবান্দা টোগো ( Togo ) অমসুং কেমেরুন ( Kamerun )।

৪। খা আফ্রিকাদা কালাহারী মক লমদম।

৫। মাদাগাস্কার ( Madagascar ) ঈথং।

## ইটালীনা লোইচনবা লৈবাক।

আফ্রিকাগী অরাং তোরবান্দা ত্রিপোলি ( Tripoli )

অমস্মুং বার্কা (Barca); লোতিত সাগরগী তোববনিদা এরিটীয়া (Aretria), অমস্মুং ব্রিটীশ সোমালিল্যাণ্ডগী মথাগী শরুক কয়ামরুম ইটালীগী সোমালিল্যাণ্ড (Italian Somaliland) নি।

আবিসিনিয়া (Adyssinia)

মাসি আফ্রিকাগী আরাং নোংপোক্তা লৈ। মাসি মমাংডৈদা মনিংমথাতম্বা লৈবাক অমা ওইবম্মি। তৌঙ্গুম্বস্মুং খৃষ্টাব্দ ১৯৩৬ শুবগী ইটালী-আবিসিনিয়া লানগী মতুংদগী মসি ইটালীগী মখা পোনখে। থাইনা মমাংডৈদা মাসি যম্না চাওখৎপা লৈবাক অমা ওইবম্মি। লৈবাক অসিদা লবা মীশিংদি খৃষ্টান ডাক্তনি। মকোক ওইবা সহরদি আদ্দিস আবেবা (Addis Abeba) নি।

পর্তুগীজনা লোইচনবা দেশ।

নোংপোক তোববান্দা পর্তুগীজ পূর্ব আফ্রিকা (Portuguese East Africa) অমস্মুং নোংচুপ তোববান্দা পর্তুগীজ পশ্চিম আফ্রিকা (Portuguese West Africa), মাডেরিয়া অমস্মু কেপবাদ্দনচিংবা ঈথৎমপে।

বেলজিয়মনা লোইচনবা লৈবাক।

আফ্রিকাগী ময়ায়দা কঙ্গো প্রদেশ।

স্পেননা লোইচনবা দেশ।

নোংচুপলোমদা রায়োডিয়রো (Rio-de-oro) আফ্রিকাগী

পিক্লবা শরুক অমনি।

য়ুরোপকী লান অচৌবনা মরম ওইদুনা আফ্রিকাদা জার্ম্মাণীনা লোইচনবা শরুক অদু মাখোইগী মখুত্তগী চংখে।

মনিংমথা তম্বা লৈবাক।

অরাং-নোংচুপ আফ্রিকাদা মরক্কো (Morocco) মনিংমথা তম্বা মুসলমান লৈবাকনি। অথোইবা সহরদি মরক্কোনি। ফেজ (Fez) সহর মুসলমানশিংনা শীজিন্নবা টুপী মথল অমগীদমক মমিং চংলি। মরক্কোদা হামেংদগী মরক্কোলেদার কৌবা য়াম্না ফরবা শউন্না মথলমথা অয়াম্বা মমল য়াম্নবা পোং শাই।

লিবারিয়া (Liberia) অরাং নোংচুপ তোরবান্দা মনিংমথাতম্বা লৈবাক অমনি। মাসিদা লৈবা নিগ্রোশিংনা মফম অসিদা প্রজানা লৈবাক পায়েদুনা ডাকপা চংহনখে। অথোইবা সহরদি মনরোভিয়া (Monorovia) নি।

আবিসিনিয়া (Abyssinia) আফ্রিকাগী অরাং নোং-পোক্তা মনিংমথাতম্বা অতোপপা লৈবাক অমনি। থাইনা মমাংঙৈদা মাসি চাওখংপা লৈবাক অমা ওইরম্মি। মাসিদা লৈবা মীশিংদি খৃষ্টান ওাকনি। মকোক ওইবা সহরদি আদ্দিস আবেবা (Addis Abeba) নি।

নৈনলবা রাজ্যং।

ম্যাপ্তা আফ্রিকা মহাদেশগী লৈফম তাকই অমসুং এশিয়া

মহাদেশগী কন্নবা মায়কৈদা লৈবগে হায়য়ু। অচৌ অচৌবা চীং, ভুরেন, পাং অমসুং জলপ্রপাতকী মমিং হায়য়ু। আফ্রিকাগী শাশিংগী মমিং হায়য়ু। ইংরেজনা লোইচনবা দেশ শিংগী মমিং অমসুং অতোপ অতোপপা মকোক মকোক ওইবা লৈবাক কয়ামরুমগী মমিং হায়য়ু। কেইরো, আলেকজান্দ্রিয়া অমসুং পোর্টসৈয়দ কদাইদনো অমসুং করিগীদমক ফাওবগে হায়য়ু।

---

## [৯] আমেরিকা।

থাইনা মমাংঙৈদা আমেরিকা লৈ হায়বা অসি অতোপ অতোপপা মহাদেশদা লৈবা মীশিংনা খংনবমদে; মরম অসিনা এশিয়া, য়ুরোপ অমসুং আফ্রিকা মহাদেশ অহুম অসি পুম্নগা নোংপোক নত্রগা অরিবা গোলার্দ্ধ অমসুং আমেরিকা মহাদেশবু নোংচুপ নত্রগা অনৌবা গোলার্দ্ধ হায়না থোল্লি। ১৪৯২ সান্দা জেনোয়াদা লৈবা কলম্বসনা ভারতবর্ষ থিবা লাকপদা আমেরিকাগী ময়ায়গী নোংপোক্তা লৈবা ওয়েষ্ট ইণ্ডিজ দ্বীপ ময়াম পুথোকই। চাহ কয়ামরুমগী মতুংদা আমেরিগো ভেসপুসী কৌবা ইটালীদা লৈবা মুপা অমনা দ্বীপ ময়াম অসিগী মনাক্তা লৈবা মহাদেশ অসি পুথোকই

অমস্তুং মাহাক্কী মমিং ম;ংইন্না মাসিবু আমেরিকা হায়না খোঙ্গি ।

আমেরিকা হাযবা অসি যুংশিযা তমস্তুং আফ্রিকাদগী পুম্নমক তোঙান্না লৈ । মসি অন্নাং আমেরিকা অমস্তুং খা আমেরিকা হায়না অচৌবা মচেৎ অনি খোন্না খায়দোকই । অন্নাং আমেরিকাগী পাকপা চাউবদি বর্গমাইল ৯০,০০,০০০ বোমনি অমস্তুং খা আমেরিকাগী পাকপা চাউবনা বর্গমাইল ৭০,০০,০৯০, বোমনি । অচোবা কংফালগী শরুক অনি অসিবু মহাদেশ অনিনি হায়না মশীং চনবা যাই । মমাং তৈঙদা অন্নাং আমেরিকাগা খা আমেরিকাগবু পানামা যোজক্কা তাইশিল্লমই । খোংগুম্নস্তুং চহি অমবোম ফাখ্ু সমদগী হি মযামগী তঙ্গৎহনদা চ পদা খুদো চানবা হায়ত্তুনা সুযেজগী মতৌগুম্না পানামা যোজকসু গা অমা খোরে অমস্তুং অমাং আমেরিকাবু খা আমেরিকাদগা খায় দারে । যুক্তরাজ্যনা মপু ওইত্তুনা পনামা খোং তোই । মসিগী ময়ু দি মাইল ৪৯ বোমনি । খোং অসি তৌদ্রিতৈঙদা সমদগী হি পুম্নমক খা আমেরিকা কোযত্তুনা প্রশান্ত মহসাগবদগী আটলান্টিক মহাসাগরদা তাবমই । পানামা খোং তৌবা মরম্না লম্বেল অসি ময়ুংদা মাইল ৯০০০ বোম তারে ।

হেক পুথোকপগী আমেরিকাদা যুবাপকী মীশিংনা লৈবা হৌই । মরম অমিনা হৌজিক্কি মহাদেশ অসিদা য়ুরোপকী

মীশিং।। মশাংনা হেল্লি। মাসিদা লৈবা মীশিং অসি মকোক ওইনা ইংরেজ, স্পেন, পর্তুগীজ অমসুং ফ্রান্সী জাতি মবিথোক্না থাদোক অমাং আমেরিকাদা ইংরেজীগী মীশাংনা হেল্লি। ৌইগুম্বসুং কানাডাগী লমদমদা যবাসাসু যাম্না লৈ। আমেরিকাগা মমা ওদা লৈবস্বা মাশিং অত্বুবু রেড (অঙাংবা) ইণ্ডিয়ান কৌই। মাখোযগী মখোংগী মচুদি কোরিগুম্বনি, মাতুগী মথক্তা মাখোযনা মচিন অমসুং মশাদা রং তশিল্লি। মবম অসিনা মাখোযনা রেড (অঙাংবা) ইণ্ডিয়ান (ভারতকী মা) হায়বা মি অসি ফংখিবনি। মাখোইন শলা মুক নম্ন নকোক্তা উচেক মতুগী টপা উপহ। মাখোযগা মশাংদি মংংমং তখবক। মেক্সিকোদগী পানামা গোজক রাংবগা মনুংদা লৈবা লমদমদা অমসুং খা আমেরিকাগা অযাম্বা মফমদা স্পেনগা মী যাম্না লৈ। খা আমেরিকাগী ব্রাজিলগা লমদা লাওনা পর্তুগীজশিংনা লৈবে। মংম অদুনা মফম অদুদা মাখোযগী মশাং য়ামহ। মাইবাকী জাংকী মংক্তা নিগ্রোশিংগী মশাংসু যামদবা নত্তে। মাখোই অসিবু য়ুরোপকা মীশিংনা কাংবু কাংবু ওইনা আমেরিকাদা লৌউবগা ংবক্কাদমক মানাথ অবেবা ওইনা পুখিরমহ।

অরাং আমেরিকাগা অরাংখংবা তাৎবানগা শরুক্তা অমসুং মাতুগী মনাক্তা লৈবা ঈশংৎ মযামদা এস্কিমো জাতি লৈ।

## অৱাং আমেরিকা।

মাসিগী অৱাংদা উত্তরমেরু সাগর, নোংপোক্তা আটলান্টিক মহাসাগর, মথাদা পানামা যোজক অমস্তুং কারীব সাগর অমস্তুং নোংচুপ্তা প্রশান্ত মহাসাগর লৈ।

সমুদ্রগী তোর্বান—অৱাং আমেরিকাগী অৱাংথংবা তোর্বানগী মনাক্তা অপিকপা অমস্তুং অচৌবা ঈথৎ যাম্না লৈ। মাতুগী মনুংদা গ্রীনল্যাণ্ড (Greenland) অমস্তুং বাফিনল্যাণ্ড (B ffirland) না অথোযবনি। বাফিনল্যাণ্ড অমস্তুং গ্রীনল্যাণ্ডগী মরক্তা বাফিন উপসাগর লৈ। বাফিন-ল্যাণ্ড ঈথৎকী মথাদা হাডসন (Hudson) উপসাগর লৈ। হাডসন উপসাগরগী নোংপোক্তা লাব্রোডার (Labrodar) উপদ্বীপ লৈ। লাব্রোডারগী নোংপোক্তা নিউফাউণ্ডল্যাণ্ড (Newfoundland) ঈথৎ লৈ অমস্তুং মাখোইগী মরক্তা সেণ্টলরেন্স (St Lawrence) উপসাগর লৈ। অৱাং আমেরিকাগী মথক্তা মেক্সিকো (Mexico) উপসাগর অমস্তুং মসিগী নোংপোক্তা ওয়েষ্ট ইণ্ডিজ (West Indies) কৌবা চাউরবা ঈথৎমপৈ লৈ। ঈথৎমপৈ অসিগী মরক্তা কিউবা (Cuba), হেইটী (Hayti) অমস্তুং জামেকা (Jamaica) ঈথৎনা মকোকনি। মেক্সিকো উপসাগরগী মথাদা উকাটান (Yucatan) উপদ্বীপ লৈ। উকাটান উপদ্বীপকী মথাদা পানামা যোজক কাওবদা লৈরিবা অখুবা লমদম অমুমু মথ

আমেরিকা কৌই। অরাং আমেরিকাদা নোংচুপথংবা তোর্কবানগী ময়ায়দা লৈবা ঈথংমপৈগী মন্থুংদা কুইন সারলোট ( Queen Charlotte ) ঈথং মথাম অমসুং ভ্যাংকুভার ঈথংনা মকো-কনি। পা-নোংচুপকী তোবকান্দা কালিফর্ণিয়া ( California ) উপসাগর লৈ।

পাং—অরাং আমেরিকাদা অচৌবা পাং কযামরুম মহৈ মহৈ শয়ত্থনা অমসুং পুল্লপপুন্না লমিৈ।। কানাডা লৈবাক্তা গ্রেট বিয়ার ( Gr a b u ), গ্রেটস্লেভ ( Great slave ) অমসুং উইনিপেগ ( W nipeg ) পাং অমসুং কানাডাগী মথাদা সুপারিযব ( Superior ), মিশিগান ( Michigan ) হিউরণ ( Hucion ), হরি ( Erie ) অমসুং অণ্টেরিয়ো ( Ontario ) পাংনা মকোকনি। নায়েগ্রো কৌবা তুরেন্না ইরি অমসুং অণ্টরিযো পাং তাংনহল্লি। ঈশিং ঈচেল অচৌবা অমনা ফুট ১৪০ য়াংবা মক্ষমদগী মথাদা তুরেন অসিগী মন্থুংদা তাহ। পৃথিবীগী মন্থুংদা মাসিমক্না থরাহদগী হেন্না চাউবা ঈশিংচাইবীনি। যুক্তরাজ্যগী নোংচুপথংবা শরুগা গ্রেটসল্ট পাং ( Great alt lake ল।

পৃথিবীদা থুমহী চেনবা পাং লৈরিবশিং অদুগী মরক্তা সুপারিয়র পাংনা থরাইদগী হেন্না চাউই।

চীং—অরাং আমেরিকাগী কৌরুদগী হোরক্তনা রকি ( Ro-

ck১ ) কেবা চাওংবা চীংশাংনা নোংচুপথংবা তোব্বর্ানগী সমান্তরাল ওইনা [ মবক্তা লাপপা মান্ননা ] পানামা যোজক ফাওবা শন্দোকই। আলাস্কা ( Alaska ) উপদ্বীপ্তা মাসিগী খরাইদগী রাংবা ম্যাকিনলি চীংদোম্না ফুট ২০,৫০০ রাংই। রকি চীংপরেংদা মৈগা চীং কযামরুম লৈ, মাত্থগী মরক্তা মেক্সিকো লমদমদা ওরিজেবা ( Orizaba ), পোপোকেটীপেটীল ( Popocatepetl ) না মকোকনি। রকি চীংপরেংদগা মযায থংবা শরুক্তা মশা অনিখোক্না খাযদোক্লনা মাথোংগী মরক্তা লৈবা লমদম অহ্ন মালভূমি ( লৈ তম মান্নবা ) ওইনা শেমখে। নোংচুপকী মশা অড অহানবা শরুক্তা কাসকেড ( Cascade ) অমসুং তুংদা সিরিযা নেবাদা ( Sierra Nevada ) হায়না খঙনখে। মেক্সিকোগী লমদমদা সিযেরা মাদ্রে ( Sierra Madre ) অমসুং যুক্তরাজ্যদা এলিঘেনি ( Alleghany ) চীংপরেং লৈ।

তুরেন—মিসিসিপি ( Mississippi ) তুরেন অরাং আমেরিকাগী মযায়দগী খোরক্লগা মেক্সিকো উপসাগরদা তাই। মিশোরি ( Missouri ) কৌবা তুরেম্না রকি চীংদগী থোরক্লগা মাসিগী ঈচেম্দা লাক্লনা তিল্লরে। মিসিসিপি তুরেন, মাসিগী উপনদী মিশোরীগা তিল্লগা মযুংদা পৃথিবীগী মনুংদা খরাইদগী হেন্না শাংবা তুরেন্নি, সেন্ট্লরেন্স ( St Lawrence ) তুরেন স্থপী রিয়র, মিশিয়াননচিংবা পাত্তগী থোরক্লনা সেন্টলরেন্স উপসাগরদা

তাই। রকি চীংপবেংদগী থোরক্ত্রনা মেকেঞ্জী ( Mackerzie ) তুরেন উত্তরমেরু সাগরদা তাই। সেস্কাচুযান ( Saskatchwan ) তুবেন বকি চীংদগী পোরক্রনা উইনিপেগ পাত্তা অমসুং নেল-সন ( N l ) কৌবা তুবেন্না পা অসিদগী থোবক্তনা হাডসন উপসাগরদা তাই। রকি চাংদগী পোরবপা কোংলা বেডো (Colorado অমসুং বাযাগ্রেণ্ড ডেল-নর্টে (Rio Grand-d -Norte ) তুবেন মথাপাংনা চেন্দনা মথং মথং কালিফর্ণিযা অমসুং মেক্সিকো উপসাগরদা তাই।

হ। অরাং আমেরিকাগী অরাংথংবা মতাইগী শরুক অমসুং উত্তরমেরুগা তাই। বিবা ঈথং পুম্নমক চহিচুম্না উনা কুপশিল্লি। নোংপোক্কী শরুক নোংচুপবী শরুক্তগী হেন্না ইংই। নোং-চুপবী তোববানদা ভ্যানকভার ঈথংতগী মেক্সিকোগী লমদম ফাওবা, পোবলান লমগা হরাদি পুক্রিং পেল্লি অমসুং হকচাং ফে। যুক্তরাজ্য লেতেম মান্নবা লমদা লৈ মরম অসিনা মাসিগা হন্না যাম্নমু ইংদে অমসু শাদে।

চাউরাকপা হিবম—অরাং আমেরিকাগী ভুন্দ্রাগী লমগী মথাগা পান্নবা বনগী লৈবাক লৈ। বন অসিদা দেবদারু জাংকী মথল মথা অযাম্বা উ হৌই। আমেরিকাগী অরাংগী শরুক্তা কানাডা কৌবা লৈবাক অসি ইংরেজগী লবাকনি। লৈবাক অসিদা দেবদারু জাংকী চাউবা চাউরবা উগী বন

লৈ। দেবদারু ভাংকী উদা ধূপ অমসুং থাউ লৈবা পোং য়াম্না লৈ। কানাডাগী বন্দা অমুক্তং ম চারুবদি অকিবগী মশক ওইরবা থৌদোক থোকই। নিংথমথাদা বনগী লমদম অদু উম্না কুপশিল্লি, উ, উবীনচিংবা অদু শি। ওলাংথাদা উন শৌদোক্লবা চংদা শিরবা উ, উরীনচিংবা অদু থংই। ওলাংথাদা মরক মরওা অকনবা বজ্র তাই। মতম অদুদা কপ্পি বরিগুম্বা কালদসু নোংথাংগী মনা বন মৈ চাকই। মতৌ অসুম তৌদুনা কানাডাগী বন অসি মরক মরক্তা লম্ম চাকই। মুংশিংনা শিংপগা লোয়না লম্মৈসু চাবশিল্লি। নোং য়াম্না তাবগা লম্মৈসু অদুম্মা মুংচৈ। অদু নত্রবদি লম্বেন্দা তুবেন নত্রগা পাং থোক্লবদি, অদু নত্রগা উ, উরী হৌদবা করিগুম্বা মফম যৌবক্লবা ফাওবা লম্মৈ চাক্লনতা লৈ।

কানাডাগী বন্দা লৈবা মীশিংনা লম্মৈ হেক চারুবপগা মাসিদগী হিনবগী দমক মুপী অমসুং অঙাংশিংনা শগোল তোংদুনা হেক ওস্বমথৈ চল্লি; উ, উরা হৌদবা মফমদা থুংলগা নত্রগা তুরেন অমসুং পাত্তা কুমথদুনা অয়াম্বা মতমদা মথরাই হিংনৈ। অয়াম্বা মতমদা হমুং অপুম্বা লম্মৈনা উং ওইনা চুমই। শা উচেকসু লম্মৈদগী করিগুম্বা মতমদতা মথরাই হিংনৈ। লম্মৈ শন্দোক্লনবা হাযদুনা মফম কয়ামরুম উ, উরী হৌহন্মুনা থমই। কালিফর্ণিয়া প্রদেশকী বশা চাউর চাউরবা উ হৌই। উশিং অসি অসুপকী মতিক চাউই অচৌবা শগোল গাড়ী অমা মাখোইগী মউগী মনুংদা চংপা য়াই। মেরুরি,

লগউভ, অসিনচিংবা মমল য়াম্লবা উ মথাবোমগী লমদগী বন্দা য়াম্না ফংই। বনগা লমগা মথাদ পাক্লব নাপী হোৱা লম লৈ। অৱাং আমেরিকাগী পাক্লবা নাপাঙাক্লা ঙায়বা লমহাং অদুবু প্রেরী (Prairie) কৌই। প্রেৰীগী লমদা গেহু, যব অমসুং ফো হোই। চুগচাক, চু, লশিং অমসুং হিদাক থোৰাক অসিগী অশাপ অমাপ্পা লৌ উবদা থোকপা পোংনি। ওযেষ্ট ইণ্ডিজ দ্বীপশিংমপেদা হিদাক য়াম্না থোকই।

উত্তরমেরু সাগরদা মপী নাইদনা সমুদ্রগী শগেল, সিল অমসুং তিমি ফায। বন্দা, বনগা হরিণ, এলক (Elk) জাৎকী শজি অমসুং শগোল, বাবর বকুন অসিনচিংবা মথল-মথা অযাম্বা জাৎকী মতুচোম্বা শা লৈ। ঙ্গুদ্রাগী লমদা লৈবা মাশিংনা শাশিং অসিগা মউন্না নিংথমফি শানে। নাপীনা লমদা মপাং নাগ্রদনা শল, যাউনচিংবা যোক। মমাংঙৈদা আমেরিকাদা শা পুন্নমক অসি লৈবমদে, য়ুরোপকা মীশিংনা মাখোয় অসিনু মাংবাক্লগ পুযক্লন থোকপা হোই। মমাং-ঙৈদা নাপী হোৱা লমদা বাইসন (Bison) কোবা থোয জাৎ অমগী কাঙবু কাঙবু কেযনা চৎলমই। শা অসি অকিবগী মশক ওংনা শাউগল্লি অমসুং মথল্লাই পানবা জীবনু লাকথুনবতা হোংনৈ। য়ুরোপকী মীশিংনা লৈবাক অসিদা লাক্লগা শাতান্দুনা মাখোয়গা জাৎ অসি লেৎনা মুংহনবগুম তোখে। আমেরিকাগী হুচেনবা লিন জাৎ অমা উবা ফংও, মাখোয়গা মমৈদা শক্লঙাক্লগা কঙোৎ লৈবা মরম্না চপা

মতমদা খড় খড লাউই, অদুনা মাখোয়বু ংরেজিদা রেটল্-স্নেক (খড় খড় লাউবা লিন) কৌই। লিন অসিনা কনা-গুম্বা অমবু চিক্লবদি খুদক অদুদা মী অহু হেক শি। মেক্সি-কোগী লমদা অমসুং ওয়েষ্ট ইণ্ডিজ ঈথৎ ময়ামদা কোকিনেল (Cochinel) কৌবা তীল জাৎ অমা যাম্না ফংই। তীল পুম্নমক অসিদগী ফরবা চা থোকই।

লৈবাক অমসুং সহর

অরাং আমেরিকা-কানাডা, যুক্তরাজ্য অমসুং মেক্সিকো হায়বা মরু ওইনা লৈবাক অহুম থোক্না থায়দোকই।

১। কানাডা লৈবাক—মাসি ইংরেজনা খুনতাবা লৈবাক অমনি। পাকপা চাউবদা মাসি বর্গ বাইল ৩৫, ১০,০০০ নি যুরোপকা চাউরাক্না মান্নে। [যুরোপকী পাকপা চাউবদি বর্গ মাইল ৩৭,০০,০০০ নি]। তৌইগুম্বসুং মাসিগী মীশীংদি লক্ষ ৫২½ তনি। কানাডা লৈবাক্কী দেবদারু জাৎকী উ, গেহু, শল, যাউনচিংবা শা, শউল, শামতু, মখলমখা অয়াম্বা ঙা অমসুং সনা যাম্না থাই। কানাডাদা কয়লা, যোৎ, নিকেল, অমসুং কে-- থাউসু যান্না ফংই। অটোয়া [Ottowa] কোম্সুং উ...থনবগী মযায়থোকপা লম [কেন্দ্র] নি। কুই-বেক [Quebeck] বন্দবদগী শউন যাম্না থাই। নোংচুপ মাইকৈগী ভ্যান্কুবার [Vancover] অমসুং নোংপোক্কী

তোর্বান্দা হ্যালিফ্যাক্স [ Halifax ] বন্দর অমসুং হিধাংফমনি।

২। যুক্তরাজ্য—চহি ৬০০ রোমগী মমাংদা ইংরেজশিংগী মপামপুনা লৈবাক, অসিদা খুন তাই। মতম য়াম্না কুইনা মাখোইনা ইংলণ্ডগী মখা পোল্লমই, মতুংদা চহি ৩০০ লোমওইখে মনিংমখা তম্লক্তুনা প্রজানা রায়েনবগী নিয়ম [ সাধারণতন্ত্র ] চংখে। কানাডাগী অরাং-নোচুপ্পা আলাস্কা [ Alaska] উপদ্বীপ যুক্তরাজ্যগী মনুংচল্লি। যুক্তরাজ্যদা যোয়ার ফৌ, লশিং, হিদাক, আলু অসিনচিংবা লৌউবদা খোকপা পোৎ অমসুং কয়লা, য়োৎ, সনা, লুপা কোরি, মিশি কেরোসিন থাউ অসিনচিংবা খান্দগী হোবপা পোৎ য়াম্না ফংঈ। মফম অসিগী ঐখোয়গী লৈবাক্তা কেরোসিন থাউ য়াম্না থায়, মখলমখা অয়াম্বা কল কারখানাগীদমক যুক্তরাজ্য পৃথিবীগী মনুংদা ফাওঈ। লৈবাক অসিদা রেল লম্বীনা শাংবদি মাঈল ১,৯৪,০০০ নি। মফম অসিদগী রেশম, নিংথিনা শেম্লবা শা মতোং, শঙ্গোম মপান, চিনি, হিদাক, উ অসিনচিংবস্ম য়াম্না থায়। অওইবমক্তি, লল্লোনইথেক্কী জগৎ অসিদা পৃথিবীগী মনুংদা যুক্তরাজ্যনা য়াম্না চাউবা খুফম অমা ফংখে। মহৈমশিং তম্বগী হিরমদসু লৈবাক অসি পৃথিবীগী মনুংদা ফাওই। লৈবাক অসিগী মীদি মী ১০০ গী মনুংদা মী ৯০ না মহৈ হৈ। লৈবাক অসিদা বিশ্ববিদ্যালয় কয়ামরুম লৈ।

যূক্তরাজ্যগী কোন্নুংদি ওয়াশিংটন (Washington) নি। নিউইয়র্ক (New York) পাকপা চাউবদা, মী যাম্না লৈবা লল্লোনবনচিংবা হিবম পুন্নমক্তা আমেরিকাগী খাইদগী হেন্না চাওবা সহবনি অমসুং মীশীংদা পৃথিবীগী মনুংদা লণ্ডনগী হেক মথাদা লৈ। সহর অসিদা অসিনা হেক শোকপা দালান যাম্না লৈ। মাসিগী কবি কবিগুম্বা দলানগী মবোল ৪৫ ফাওবা লৈ অমসুং দলান অমমমদা কা লিংশিংদগী হেন্না লৈ। অসিনা শোরবা দালানশিং অসিদি নোংথাংগী পান্থৈনা থাক্সপা যানদা ফমদুনা কানৈ। নিউইয়র্কদা লমগী মমল যাম্না তবা মরম্না অসিগুম্বা মমল যাম্না লৈবা যুম শাগবনি। পৃথিবীগী মনুংদা খাইদগী হেন্না চাওবা শাওদুনা লৈবা অসিনা নিউইয়র্ক সহর মাসিগী মপানদা তারিবা ব্রুকলীন (Brooklyn) সহরগা শাইশিন্নহল্লি। ফিলাডেল-ফিয়া (Philadelphia) সহবদা সান ১৭৮ তা যূক্তবাজ্যনা মীপাং পান্দবা খোংদোবই। সহর অসি লেবাক অসিগী মনুংদা খাইদগী হেনবা খুৎশাহৈব। লমনি অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়গীদমক মমিং চৎলি। বোস্টন (Boston) মবোক ওইবা সহবনি। চিকাগো (Chicago) মিশিগান পোৎক্তী মথক্তা লৈবা মবোক ওইবা বন্দরনি। অমসু বেসলম্বী পুন্নমক্কী ময়াযথোকপা লম (কেন্দ্র) নি। সানফ্রান্সিসকো (San Francisco) প্রশান্ত মহাসাগবগী তোরবান্দা লৈবা মকোক ওইবা বন্দবনি অমসুং শিথাংফমনি। বাফেলো (Buffalo) সেন্টলুই [St. Louis], বাল্টিমোর (Baltimore), ক্লীবল্যাণ্ড (Cleve-

( and , নিউ অলিন্স [ New Orleans ], পিটস বার্গ [ Pittsburg ] সিনসিনাটি [ Cincinnati ] অসিনচিংবা অসি যুক্তরাজ্যগী অতোপ অতোপ্পা মকোক ওইবা সহরনি অমসুং লল্লোনইতিক্কী ময়ায়থোকপা লমনি।

৩। মেক্সিকো ( Mexcio ) লৈবাক—যুক্তরাজ্যগী খা থংবদা পাক চাউনবা লৈবাক মায়বা লমদম অমা লৈ। মাসি লুপাগী খনিগী দমক পৃথিবীগী মনুংদা ফাওই। লৈবাক অসিদগী লুপা, কাফি, শাউন, মেহগ্নি, উ অমসুং কোকিনেল য়াম্না থাখি। লৈবাক অসিদা স্পেনগী মীশিংগী মপা-মপুশিংনা ইহান হানবদা খুন তাই। মতুংদা মাখোইনা মনিং মখা তমশিল্লক্লনা লৈবাক প্রজানা মায়েন্দুনা লৈবাক ঙাকই। লৈবাক অসিদা লৈবিবশিংগী অয়াম্বা। স্পেনগী মীশিংগী মচা মশুনি। মাখোইগা মরোলসু স্পেননি। কোনুংদি মেক্সিকোনি। গুয়াডালজারা ( Guadalijara অমসুং ভেরাক্রুজ ( Vera-cruz ) অহোনবা সহর অনিনি।

উকাটান ( Yucatan মেক্সিকোগী খাদা লৈবা উপ-দ্বীপনি। মমাংঙৈদা মেক্সিকো সাধারণতন্ত্রগী ( লৈবাক প্রজানা মায়েনবগী ) মখা পোল্লমই, তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি মাসি মনিং মখা তম্রে। কোনুংদি মেরিদা ( Merida ) নি মকোক ওইবা বন্দরদি কেম্পিচি ( Campeachy )নি।

৪। উকাটান উপদ্বীপকী মখাদা গোয়াটীমালা ( Gu-

atımala ), হণ্ডুরাস ( Honduras ), স্যান্‌স্যাল্‌ভাডার ( San Salvader ), নিকারগুয়া ( Nıcargua ), কোষ্টরিকা ( Costaııca অমসুং পানামা ( Panama ) লৈবাক কয়া-মরুম অসি তিল্লগা ময়ায় ( মধ্য ) আমেরিকা ওই। ইংরেজনা লোইচনবা ব্রিটীশ হণ্ডুরাস নত্তনা লৈবাক অতৈ অতৈদা লৈবাক প্রজানা রা.এজথৌদাবগী নিযম চংলি। লৈবাক পুম্নমক অসিদা মৈগী চীং কযামরুম লৈ, মাখোইগী মনুংদগী ইতত্তুত্তনা মৈ থোবকই। আমেরিকাগী মযাযদা ববার, চিনি, কাফি অসিনচিংবা যাম্না থংই। ব্রিটিশ হণ্ডুরাসগী কোন্নুংদি বেলিজ ( Belıze ) নি।

৫। ওয়েষ্ট ইণ্ডিজ দ্বীপমপৈ—ঈথংশিংগী হন্নাদি পুক্লিং পেম্নবগী মশক্তি অমসুং হকচাং ফৈ। লমদি যাম্না লৈহাও চেল্লি। চিনি, হিদাক, কাফি অদুগা কিহোম, লফোই, য়ুবি, অসিনচিংবা য়াম্না থোকই। ঈথং ময়াম অসিগী অয়াম্বা শরুক্তি অতোপ অতোপপা জাংকী মখা পোল্লি। কিউবা ( Cuba ) অমসু হেইটী ( Hayti ) ঈথত্তুদি মনিং মখা তম্মি।

বৃটীশনা লোইচনবা—জ্যামেকা ( Jamaıca ), বাহামা (Bahamas), কৌবা পিক্লবা ঈথংমপৈ, ত্রিনিডাড (Trınıdad), বার্বাডোজ ( Barbadoes ) অমসুং অতৈ অতৈ ঈথং ময়াম।

ফরাসীনা লোইচনবা—গডেলুপ ( Gaudeloupe ), মার্টি-

নিক ( Martinique ) অসিনচিংবা ইথং মচা মচা কয়ামরুম।

ওলন্দাজ অমস্তুং ডিনেমারনচিংবনা লোইচনবা ঈথং মচা মচা কয়ামরুম লৈ।

যুক্তরাজ্যগী মখাপোনবা পোর্টরিকো (Pourtorico) ঈথং।

ঈথং ময়াম অসিদা কিউবা ঈথংকী কোন্নুং হাভানা (Havana) খরাইদগী চাউবা সহর অমস্তুং বন্দরনি। হাভা-নাগী চুরুট য়াম্না অফবনি হায়না পৃথিবীগী মফম খুদিংদা পাম্মৈ। জ্যাম্যেকা ঈথংকী মকোক ওইবা সহরদি কিংষ্টন ( Kingston ) নি।



## খা আমেরিকা।

মাসিগী অরাংদা পানামা যোজক, কারিবসাগর অমস্তুং আটলান্টিক মহাসাগর; নোংপোকতা আটলান্টিক মহাসাগর; মখাদা প্রশান্ত মহাসাগরগী খাথংবা শরুক লৈ। আফ্রিকাগী মতোগুম্না খা আমেরিকাগী কংফালগী লমদা সাগরগী করিগুম্বা শরুক অমা য়াম্না থাপনা চংশিন্দে। তোর্ববানগী মনাকতা ঈথং মচা মচা কয়ামরুম লৈ। মাতুগী মরকতা খাথংবা মতাইগী

তোর্ব্বান মনাকতা বৃটীশনা পোইচনবা ফকল্যাণ্ড (Folkland) ঈথৎমপৈনা মকোকনি।

চীং—রকী চীংশাংনা খা আমেরিকাগী অরাং—নোংচুপকী কাচিন্দা চংদুনা এণ্ডিজ Andes ) চীং হাযনা খঙনহুনা খা আমেরিকাগী নোংচুপথংবা তোর্ব্বানগা মরকতা লাপপা চপমান্নবা ( সমান্তরাল ওইনা ) খাগী মতাইফাওবা অদুম্না চৎথে। রকি চীংগী মতৌগুম্না আণ্ডিজগী মযাযদগা চীং মশ কযামরুম খাবক্লে খন্নাইদগী রাংবা চীংদোন একনগুযা ( Acongua) ফুট ২৩,০০০ রাংই। এণ্ডিজ চীংদা মেগী চীং পং অমা লৈ, পৃথিবীগী করিগুম্বা চীংদা অসিগুম্বা মৈগী চীং উদে। মরম অসিনা নোংচুপকী তোববানদা তোযনা পোযনা যুহানাই। বেনিজুয়েলা [Venezuela] লমদমগী খাথংবা ওমখৈদা পারীম [Parime] চীং লৈ।

পাং—টিটকাকা [ Titi a a ] ফৌবা য়াম্না পাউবব। পাং খা আমেরিকাগী মযাযদা ফুট ৩২,৮০০ রাংবা মালভূমিগী মথক্তা লৈ।

তুরেন খা আমেরিকাগী নোংচুপথংবা শরুক্তি নোংপোক্কা শরুক্তগী হেন্না রাংই, মরম অসিনা তুরেন পুম্নমক্তা নোংচুপকী তোর্ব্বন্দা লৈবা চাং অমসুং মালভূমিদগী থোবক্লগা আটলান্টিক মহাসাগরগী মাইকৈবোমদা চেনখি। প্রশান্ত মহাসাগরদা তাই

হায়না পনবা য়াবা তুরেল য়াওদে। পারাঁম চীংদগী থোরক্লনা ওরিনোকো [ Orinoco ] তুরেল বেনিজুয়েলা [ Venezuela ] লমদগী ময়ায়দা কাওরক্লনা আটলান্টিক মহাসাগরদা তারে। খা আমেরিকাগী খ্বাইদগী চাউবা তুরেল আমাজন [ Amazon ] এণ্ডিজ চীংদগী থোরক্লনা আটলান্টিক মহাসাগরদা তা'ব। মাসি পৃথিবীগী মনুংদা অনি শুবা অচৌবা তুরেনি। তুরেল মশা কয়ামরুম লাক্লনা মাসিগী ঈচেল্লা তিন্নে। মাদুগী মনুংদা জাপুরা [ Zapura ], নিগ্রো [ Negro ] উকয়ালি [ Ucayli ], জুরুয়া [ Zuorua ], পুরাস [ Puras ], মাডীরা [ Madira ], টাপাজোজ [ Tapajos ] অমসুং জিঙ্গু [Zingu] না মকোকনি। পারাগাই [ Paraguay ] পারান [ Parana ] অমসুং উরুগই [ Urugay ] কৌবা তুবেল অহুম অসিনা তিন্নকম অত্তুদা পাক-চাউরবা ঈশিংগী ঈচেন থোকখিবা অদু রিয়োডি-লা-প্লাটা [ Rio-de-la-Plata ] কৌদুনা চেনখিদুনা আটলান্টিক মহাসাগবদা তারে। সানক্রান্সিসকো ( San Fransisco ) অমসুং টোকান্টিস্ অতোপপা মকোক ওইবা তুরেন অনিনি।

হন্না—ঙা আমেরিকাগী শরুক মরি থোক্লগা অহুমদি অশাবা লমদমদা লৈ। অদুম ওইনমক মাসিগী হন্নাদি য়ামনসু ইংদে অমসুং শাদে। অশাবা লমদা লৈবা অতোপ অতোপপা লমদগী হন্নাদগী লৈবাক অসিগী হন্নানা হকচাং কেল্লা কৈ।

চাউরাকপা হিরম—আমাজন তুরেন অমসুং মাসিগী মশাগী ভোর্ব্বানগী লমদম য়ামনা শুরুবা জঙ্গলনা কুপ্পনা লৈ। বন অসি নোংপোক নোংচুপ্পা মাইল ২০০ অমসুং খা-খাংদা মাইল ৮০ ফাওবা শনদোকই। নিংথিজনা চাউরবা বন অসিবু সেলভো ( Selvo ) কৌই। বন অসিদা মেহগ্নি, আবলুসনচিংবা মমল তাঙলবা উ ফংই। অরিনোকো তুরেন মপানদা য়ামনা পাক্লগা লৈতেম মান্নবা লম অমা লৈ। মাসি পাকপা চাউবদা বৃটীশ ঈথং পুন্নমক্কী শরুক অনিগা মাল্লে। নোংজুথাদা মাসিগী মথক্তা জঙ্গলগী নাপী হৌহ্নবা মাসিবু শঙ্গেনবুং অমা ওইহল্লি। নাপীলম অসিগী মপানদা শগোল, শল, য়াউ, কই যোকই। লম অসিবু ল্যানোজ ( Lanos ) কৌই। ব্রজিল লৈবাককী খাগী মতাইদগী আরজেন্টাইন লৈবাক্কী ময়ায় ফাওবা পাকথোকখিব্রবা অশাংবা নাপীনা কুপ্পনা লৈবিবা অপাকপা লমহাং অদুবু পাম্পা ( Pampas ) কৌই নাপীগী লমহাং অসি করি করিগুম্বা মফমদা মাইল ১,০০০ ফাওবা পাকই। মাসিদা করিগুম্বা উ অমতা হোদে। লমহাং অসিগী নাপীমপৈ অদু ফুট ১০দগী হেন্না রাংই। আণ্ডিজ চীংদা লামা ( Lama ) অমসুং আলপাকা ( Alpaka ) কৌবা উ-জাংকী শা লৈ। মাথোয়গী মচুনা ফববা অমসুং মমল তাঙলবা ফি শাই। পিউমা ( Puma ) কৌবা নোংশাগ জাং অমসুং জাগুয়ার ( Jaguar ) কৌবা কৈগী জাং লম

অসিগী মকোক ওইবা শাহিং ভাহিং চাবা শানি। অসিনত্তনা টাপিব (Tapir) লৈশৌ চাবা (পিপীলিকা ভুক—Ant-eater), আর্ম্মডিলো (Armadillo) অমস্মুং শ্লথ (Sloth) কৌবা মযা হৌদবা শা, কণ্ডর (Condor) কৌবা ল'ংজ্যা জাং অমা, রী (Rhea) কৌবা উট জা· অমা আমেরিকাগী জঙ্গলদা লৈ। মমৈ শাংবা অমস্মুং তোংঙান তোংঙানবা জাংকী য়োংস্মু উগী উশাদা কোয়না চংলি। রেট্‌লস্নিন লৈবাক অসিদস্মু উবা ফংই।

খনিদগী থোকপা পোংকীদমক আমেরিকা য়াম্না ফাওই। এণ্ডিজ চীংদা কোরি, লুপাগী খনি অসিনচিংবা য়াম্না লৈ। খা আমেরিকাগী উনচিংবদগী মখলমখা অযাম্বা কান্নরবা পোং থোকই। ঐখোঙনা শীজিন্নরিবা গোলআলু অমস্মুং এরারুট অসি ইহানহ,নবদা মফম অসিদা হৌদোকই, মতুংদা অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তা পুথি। এরারুট হায়বা অসি লৈবাক্তগী তৌবা নাপী জাং অমগী মরুদগী শেমই। মরু অসিগী মচি অত্ত খা আমেরিকাগী মমাংতৈদা লৈরম্বা মীশিংনা হু য়াওবা তেন্না খাত্নুনা শোক্লবা মফমদা তৈনরমই হায়ত্নুনা মাসিগী মমিং এয়ারুট নত্রগা তীরমুল কৌনখে। লৈবাক অসিগী মযম খুঙ্গিংদা গেহু, চু হিদাক, কাফি, সিনবোনা উ য়াম্না হৌই। নাপীগী লমহাংদা শল, য়াউনচিংবা শা মশীং নাইদনা য়োকই।

## লৈবাক অমসুং সহর।

খা আমেরিকাগী অয়াংথংবা শরকতা গিয়ানা লৈবাক (Guiana) নত্তনা মকম খুদিংদা লৈবাক প্ৰজানা রায়েনবগী নিয়ম (সাধারণতন্ত্ৰ) চৎলি।

কলম্বিয়া (Colombia)—বোগোটা (Bogota) কোন্থংনি, কার্টাজেনা (Cartagena) মকোক ওইবা বন্দরনি।

বেনিজুয়েলা (Venezuela)—কারাকাস (Caracas) কোন্থংনি, মকম অসিদা সনাগী খনি লৈ।

গিয়ানা—মাসি ব্রিটীশ, ওলন্দাজ অমসুং ফরাসীশিংগী মখাদা শরক অহুম থোক্লা থাযদোকই। ব্রিটীশ গিয়ানাদা সনাগী খনি লৈ; জর্জটাউন মাসিগী মকোক ওইবা সহরনি। পারামারিবো (Paramaribo) ওলন্দাজ গিয়ানাগী অমসুং কাইয়েন (Cayenne) ফরাসী গিয়ানাগী কোন্থংনি

ব্রাজিল (Brazil)—খা আমেরিকাদা খ্বাইদগী চাউবা লৈবাকনি। লৈবাক অসিদা হীরা, সনা অমসুং মমল অংবা নুংগী খনি লৈ। ব্রাজিলগী নুংগী আমোক মমনা কে হায়না কাওই। মকম অসিদগী নাশিং, ক্লিবাক, শবার চিনি, কাফি অমসুং মমল তাংবা উ অমসুং শাউরংচিংবা পাথি।

রায়ো-ডি-জেনারিও ( Rio-de-Janario ) কোন্নুং অকাওবা বন্দর অমনি। বাহিয়া [ Bahia ] অমস্যুং পার্ণাম্বুকো ( Par-nambuco ) নোংপোক্কী ভোর্দানদা চাওখৎলবা বনদব অনিনি

'কোয়েডোব [ Equador ] মাসিগী অৱাথংবা শরুক্তা বিষুবরেখা চৎলি। কোন্নুংদি কুইটো [ Quito ] নি।

পেরু [ Peru ] লৈবাক অসিদা সনা অমস্যুং লুপা যাম্না ফংই। কোন্নুংদি লিমা [ Lima ] নি, কেলাও সহর [ Callao ] লিমাগী বনদবনি।

অরেকুইপা [ Arequipa ] সহবদা চাউবা গির্জা অমা লৈ।

বলিভিয়া [ Bolivia ] মফম অসিদা লুপাগী খনি যাম্না লৈ। লাপাজ [ La-paz ] কোন্নু ন'শং অমস্যুং লিল্লিগী পোৎকী থবক ভোং মনি। কোচাবাম্বা [ Cochabamba ] সিনকোনা অমস্যুং কাফিগীদমক ফাওই।

চিলি [ Chili ] লৈবাক অসিদা কোবি অমস্যুং সনাগী খনি যাম্না লৈ। সান্টিযাগো [ Santiago ] কোন্নু নি, মাসিগী হৱাদি ভকচাং যাম্না কৈ।

ভালপার্যাজো [ Valparaiso ] মকোক ও'বা বন্দরনি।

আরজেন্টাইন ( Argentine )—পাক-চাউবদা মাসি খা আমেরিকাগী মমুংদা অনিশুবা অচৌবা লৈবাকনি। মাসি পাক-চাউরবা নাপীঙাক্তা ঙায়বা লৈতেম মাম্নবা লমনি। কোন্নুং বুয়ানস আইরিস ( Buenos Ayres ), খা আমেরিকাগী মমুংদা খ্বাইদগী হেনবা ইমাককৈরাক খুনবা সহবনি ; মফম অসিদা বিশ্ববিদ্যালয় অমা লৈ।

উরুগাই ( Uruguay ), লৈবাক অসিগী মফম খুদিংদা নাপীঙাক্তা ঙায়বা লমহাং উবা ফংই। মফম অসিদা শল, য়াউনচিংবা মশীং নাইদনা য়োকই। শামতু, শউন শা মহাউ অসিনচিংবা মাসিগী লল্লোনপোংনি। কোন্নুংদি মন্টি ভিডিও ( Monte Video ) নি।

প্যারাগাই ( Paraguay )—মফম অসিদা চা য়াম্না থোকই। প্যারাগাই- চা য়াম্না অংবনি হাংনা ফাওই। কোন্নুংদি আসানসন্ ( Assumption ) নি।

নৈনবা রাহং।

ম্যাপ্তা আমেরিকা মহাদেশগী লৈফম ঙাকউ। মহাদেশ অসিবু অনৌবা মহাদেশ হায়রিবা করিগীনো ? মকোক মকোক ওইবা চীং, তুরেন অমসুং পাংকী মমিং হায়য়ু। নায়েগ্রা জলপ্রপাত কদাইদা লৈবগে ? প্রেরি, সেলভো, লানোজ অমসুং

পাম্পা কদাইবু কৌবগে ? অরাং অমসু খা আমেরিকাগী তোংগান তোংগানবা শাশিংগী মমিং হায়রু। ইংরেজনা লোই-চনবা লৈবাক অমসুং কোন্নুংগী মমিং হায়রু। যুক্তরাজ্য কদাইদা লৈবগে ? মাসিগী কোন্নুংগী মমিং কবিনো ? নিউইয়র্ক, কুইবেক, মনট্রিয়েল, রায়ো-ডিজেনাবিও কদাইদনো অমসুং করিগীদমক ফাওবগে হায়রু। পৃথিবীগী মন্নুংদা খ্যাইদগী হেন্না চাউবা থোং অতাউবা মফম কদাইদা লৈ ?

[১০] ওশিয়ানিয়া [The Oceania]

এশিয়াগী খ.-নোংপোক। প্রশান্ত মহাসাগরদা লেবা অচৌবা অমসুং অপিকপা ঈথৎ ময়ামগা মপৈবু ওশিয়ানিয়া কৌই। ওশিয়ানিয়া পৃথিবীগী কংফাল্লম পুন্নমক্কী শরুক নিপান খোল্লগা শরুব অমনি। মাসিগী শরুক অমগী মমিংদি অষ্ট্রেলেশিয়া ( Australasia ) কৌই অমসুং শরুক অমগা মমিংনা পলিনেশিয়া ( Polynasia ) কৌই। অসুমতোনা ওশিয়ানিয়া শরুক অমি খোল্লা খা দোকই।

( ১ ) অষ্ট্রেলেশিয়া ( Australasia )—টাসমানিয়া ( Tasmania ), নিউজিল্যাণ্ড ( New Zealand ), নিউগিনি ( New-Guinea ) অমসুং মাখোইগী মনাক্তা লৈবা ঈথৎ মচা মচা কয়ামক্লা অষ্ট্রেলেশিয়া শেমই।

( ২ ) প্রশান্ত মহাসাগরগী নোংপোকথংবা শরুক্কী মশীং

নাইজ্রবা ঈথং মচা মচা ময়াম অসিবু পলিনেশিয়া হায়না কৌই।

অষ্ট্রেলিয়া।

মাসি পৃথিবীগী মনুংদা খাইদগী চাউবা মহাসাগরগী মোংপোকথংবা মতাংদা লৈবা খাইদগী পিকপা মহাদেশনি। উত্তরপুবোপকুলগা মনাক্তা লৈবা টাসমানিয়া ঈথংকা পুল্লগা মাসি পাকপা চাউবদা ষুবোপকী শরুক অহুমদগী খজিকুং হেল্লি—বর্গমাইল ৩০,০০,০০০ নি। অষ্ট্রেলি। অপুম্বা খা গোলার্দ্ধদা লৈ।

আফ্রিকাগী মতৌগুম্না অষ্ট্রেলিয়া পাক চাউববা কংফালগী লম অমনি, হ যবদি সাগবগা কাব ওম্বা শরুক অমনা কংফালগী লমদা যাম্না থাপনা চংদে।

উত্তর পুবোপকুলদগা মাইল ৩০ দগা মাইল ৭৫ লাপনা প্রবাল কীবা সমদ্রগী ভীল জাং অমনা শেম্বা হাংদবা চীং লৈ, মাদুবু প্রবাল চীং ( The Great Barrier Reef ) কৌই। মাসি পৃথিবীগী মনুংদা যাম্না অঙকপা পোংনি। মনুংদা মাইল ১২০০ রোমনি অমসুং মবাক্তা মাইল ১০০ রোমনি জাহাজনা মাসিদা থেংনুবম্নি কায়।

চীংনচিংবা—অষ্ট্রেলিযদা লৈরিবা চীং কয়ামরুম অদুগী

অয়াম্বদি তোর্ব্বানগী লমদমদা লৈ। মাসিগী মমুংদা দক্ষিণ পুবেবা পকুলদা অষ্ট্রেলিয়ান আলপস (Australian Alps) অমসুং ব্লু চীংশাং (Blue Mountains) পনবদা মতিক চায়। অষ্টরেলিয়াগী ময়ায়থংবা শরুক্তি লৈঙোইঙাক্তা ঙাইবা মরুভূমিনি। অতোপ অতোপপা মহাদেশকা পান্দমবদা অষ্ট্রেলিয়াদা তুরেনগী মশীং য়াম্না য়ামদে। তুরেন কয়ামরুম লৈরিবা অতুসু ওলাংথাদদি ইকং-কংবগুম তোই; তোইগুম্বসুং নোংজুথাগী মতমদদি তোববান পাথে। থাগী শরুক্তা চেল্লিবা মারে (Murray) কোবা তুরেন পনবদা মতিক চায়। লৈবাক অসিগী পাংশিং অসিবু ঐথোয়গী লৈবাক্কী লুদবা পাং নত্রগা হাওর নত্তনা করিসু হায়বা য়াদে। পাং মচাগা পান্দমবদা হায়রিবা পাংশিং অসিদি য়াম্না প্যাক-চাউই, বর্গমাইল ৩০ দগী ৪০ অসুম্না ওইগনি। অয়াম্বা পাংশিংদি থাগী শরুক্তা ল। মাখোয়গী মরক্তা ইয়াব (Eyre) গেইর্ডনার (Gairdner), টরেন্স (Torens), ফ্রোম (Frome), আমাডস (Amadeus) অমসুং আলেকজেণ্ড্রিনা (Alexandrina) না মকোকনি। আলেকজেণ্ড্রিনা পাংকী ঈশিংদি থুমহৌনি, অতৈ অতৈ পাংকী ঈশিংদি থুমহৌ নত্তে।

হয়া — অষ্ট্রেলিয়াগী হয়াদি য়াম্না কং মরম অদুনা শাই। নোংপোক্কী তোববান্দা নোং য়াম্না তাই। তোইগুম্বসুং অতোপ অতোপপা শরুক্তা, ময়ায়গী লমদনা নয়া নোং থক্লিক্তা চুই। নোংপোক অমসুং থাগী শরুক্কী হয়াদি য়াম্নসু

শাহে অমসুং ইংদে অমসুং হুকচাং কৈ।

চাউরাকপা হিরম - অষ্ট্রেলিয়াগী করিগুম্বা অগুকপা বন লৈছে। নোংপোক্তা তোববান্দা গেহু ইউকেলিপট্রাস, পিপারমেন্ট অসিনচিংবা উগী অশোংবা উমংমচা উবা ফংই। মকর্ম অসিগী ইউকেলিপট্রাস উ ফুট ৪৮০ ফাওবা রাংই। পৃথিবীগী করিগুম্বা মফমদা অসুপ রাংবা উ উবা ফংদে। ইউকেলিপট্রাস অমসুং পিপারমেন্ট উদগী হিদাক শেমই। নোংপোক্তা লৈবাক অসিদা করিগুম্বা মহৈমরোংনচিংবা থোকলমদে। য়ুরোপকী মীশিংনা মীরৈবাক্তগী আঙ্গুর, গেহু, চুগচাক, কমলা, পিচ অসিনচিংবা লৈবাক অসিদা পুরকই।

অষ্ট্রেলিয়াদা লৈবা মখৈ অঙকপা ঙাক্তনি। করিগুম্বা মকমকসু শগুপ শাযবা শা—শল, যাও, শজিনচিংবা, মউন থাবা শা - শামু, ওকনচিংবা শাহিংচাবা নোংশা, কৈনচিংবা করিগুম্বা শা অমতা উবা ফংদে। লৈবাক অসিদা উরিবা শা পুম্নমক্কী মপুক্তা অচৌবা থাউ লৈ। মাখোইগী মচাশিং অহুনা চাউদ্রিবা ফাওবা থাউ অসিদা লৈ। শা জাৎ অসিগী মরক্তা ক্যাঙ্গারুনা খাইদগী চাউই। মাসিগী খুমাংনা মখুংদগী পিকই হাযহুনা চেনবা ঙমদে, তৌইগুম্বসুং কল্লবা মঙ্গলী মথক্তা অকম্বা পীহুন চোংহুনা মকম অমঙগী মফম আরোনা থুনা চৎপা ঙমই। লৈবাক অসিদা আপেসাম কৌবা শা মচা চাৎ অমা লৈ। মাখোয়গী মহুনা কল্লা জাৎ অমা

শাই। অষ্ট্রেলিয়াদা ইমু কোবা মওংমতৌ চাউরবা উচেক অমা উবা ফংই। মশাগা পান্দম্নবদা মশানা য়ায়া নিকই হায়রবা উচেক অসি পাইবা ওমদে, তৌইওম্বস্নং উট-উচেকী মতৌগুম্না থুনা চেনবদি ওমই। লৈবাক অসিদা প্লাটীপাস নত্রগা হংস-শু কোবা অঙকপা জীব মখল অমগী উবা ফংই। মাখোয়গী মচিল অদু ওান্নুগী মচিনগুম্বনি, তৌইওম্বস্নং মশাদি উচেক মতৃগী মহুত্তা শা মরুনা কুপশিল্লি। মাখোয়না উচেকী মতৌগুম্না মরুম থুই, অদুম্নদি ওইরবত্তা মচাশিংবু খোম পিথকই।

লৈবাক অসিদা মমাংদা শগোল, শল, য়াউনচিংবা করিগুম্বা য়ুমদা য়োকপা শা জাৎ অমতা লৈরমদে। য়ুরোপকী মীশিংনা মরৈবাক্তগী শা পুম্নমক অসি মফম অসিদা পুরকই।

থনিজগী থোকপা পোৎকীদমক অষ্ট্রেলিয়া মমিং চৎলি। ওয়েষ্টার্ণ অষ্ট্রেলিয়াদা সনা, সাউথ অষ্ট্রেলিয়াদা কোরি, নিউসাউথ ওয়েল্স লমদা কযলা অমস্নং কুইন্সল্যাণ্ডদা টিনগী থনি লৈ। লৈবাক অসিদগী য়াউ মঙ, পনির মথলমথা অম্ভাম্বা মইহৈরোং সনা, য়োং, কয়লা অসিনচিংবা থাথি।

মরৈবা মী—অষ্ট্রেলিয়াদা লৈবা মীশিং অসি মালয় কাংবুকী মচাশিংনি। মাখোয়গী মশীং অম্নম তাথরকই, হৌজিক্তি অষ্ট্রেলিয়া অম্নম্বা মাখোয়গী মশীং ৬০,০০০ তগী খজিকনং মোংদুজিনি নুপগী কর্ণ জাইল মত্তা থুরিন্না মী অমরম লৈ।

য়ুরোপতগী থুনতারবা মীশীংগী মশীংদি ৩৭,৫০,০০০ রোমনি।

## বিভাগ অমসুং সহর।

টাসম্নানিযা ঈথংকা লোযননা অষ্ট্রেলিযা গবর্ণর অমগী মখাদা তরুক থোরা খায়দোকই, মাগিদি :—

১। নিউসাউথ্ ওয়েলস (New South Wales) মকোক ওইবা সহরদি সীডনি (Sydney) নি। মাসিমক্না অষ্ট্রেলিয়াগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না কুপ্রবা সহরনি। মফম অসিদা ফজরবা হিথাংফম অমা লৈ।

২। ভিক্টোরিয়া (Victoria)—অথোযবা সহব মেলবোর্ণ (Melbourne) অষ্ট্রেলিযাগী কোনুংনি। বালারাট (Balarat), বেণ্ডিগো (Bendigo), জীলঙ্গ (Geelong) অতোপ অতোপপা মকোক ওইবা সহরনি।

৩। কুইন্সল্যাণ্ড (Queensland)—শরুক অসিদা পান্নবা নাপীগী লমহাং লৈ, মফম অসিদা শল, য়াউনচিংবা য়োকই। ব্রিসবেন (Brisbane) মকোক ওইবা সহর অমসুং বন্দরনি। রকহাম্পটন (Rockhampton) সনা অমসুং য়াউ মতু থাখিনবগী ময়ায় থোকপা মফমনি (কেন্দ্র)।

৪। সাউথ্ অষ্ট্রেলিয়া (South Astralia)—বিভাগ

অসিগী অয়াম্বা শরুক্তি লৈতোইবাক্তা তায়বা মরুভূমিনি। মরম অসিনা মফম অসিদা মী য়াম্না তাদে। মকোক ওইবা সহরদি এডিলেড ( Adelaide ) নি।

৫। ওয়েষ্টার্ণ অষ্ট্রেলিয়া ( Western Australia )—মাসি খাইদগী হেন্না চাউবা বিভাগনি, মহাদেশ অপুম্বগী শরুক অহুম থোক্লগা শরুক অমবোমনি। মাসিগী ময়ায়গী লমদি য়াম্না কংই। নোংচুপকী শরুক্কী মথাদা গেহু অমসুং মখলমখা ডহৈ থোকই। নোংচুপকী তোববান শরুক্তা মশীং নাইদনা য়াউ য়োবই। মযাযগী লমদা সনা যাম্না ফংই। মকোকওইবা সহরদি পার্থ ( Perth ) নি, অচৌবা বন্দর অমনি। টাসমানিয়া ( Tasmania )—অষ্ট্রেলিয়াগী মৈবমপাংনা লৈবা তোববানগী মনাক্তা চাংতাক্তা তাযববা অচৌবা ঈথং অমনি। অষ্ট্রেলিয়াদগী মাসিগী হরানা হকচাং ফ অমসুং মুংতাই। লমদি লৈহাও চেল্লি। মমল তাংলবা উ, মখলমখা অয়াম্বা উহৈ, গেহু, চুগচাক অসিনচিংবা কৌই। মরম অসিদা কোরি, টিন, লুপা, অমসুং সনাগী খনি লৈ। অরৈবা মাগী মশীংদি ১, ৮০, ০০০ রোমনি নত্রগা বর্গ মাইল ৎদিংদা মী ৭ লোমনি মকোক ওইবা সহব হবার্ট ( Hobart ) অচৌবা বন্দব অমনি। লন্সেষ্টন্ ( Launceston ) সহর লল্লোন ইতিকী ময়ায়থোকপা মফম অমনি।

## নিউজিল্যাণ্ড [ New Zealand. ]

টাস্মানিয়া ঈথংকী নোংপোক্তা, মাইল ৯০ লাপনা ঈথং-

মপৈ অসি লৈ। মাসিগী মখুংদা নর্থ আয়ল্যাণ্ড ( North Island ) নত্রগা অরাং-ঈথৎ ( উত্তর দ্বীপ ) সাউথ্ আয়ল্যাণ্ড নত্রগা খা- ঈথৎ ( দক্ষিণ দ্বীপ—South Island ) অমস্তং ষ্টুয়ার্ট ( Stuart ) ঈথৎ অথোইবনি। ঈথ-শিং অসি চীংতাক্তা ওইনা তৌই, মৈগী চীং অমস্তং অশাবা ঈচেল য়াম্না লৈ। বন্দা মমল তাংলবা উ উবা ফংই। নাপীতাক্তা তাযবা লমহাংদা শন, হয়োইনচিংবা যোকই। গেহু অমস্তং যব ঈথৎমপৈ অসিগী অথোইবা লৌউবদা থোকপা পোৎনি। অরাংগী ঈংত্রা সনা অমস্তং থাগী ঈথত্তা কযলাগী খনি লৈ। মাওরী কৌবা জাৎ অমনা ঈথৎমপৈ অসিগী মমাংতৌদা লৈরম্বা মীনি। মথোইনা পৃথিবীগী মমাংতৌদা লৈরম্বা মীশিংগী মরক্তা হেন্না লৈবাকমচা তাই।

কোম্বুংদি ওয়েলিংটন ( Welington ) নি। অকল্যাণ্ড ( Auckland ) খ্বাইদগী চাউবা সহরনি। ডুনেডিন ( Dunedin ) মমাংতৌদা কোনুং ওংরমই, মাসি খ্বাইদগী হেনবা লম্নোনইতিকী ময়ায় থোকপা মফমনি।

## নিউগিনি নত্রগা পাপুয়া [ New Guinea or Papua ]

অষ্ট্রেলিয়াগী অরাংদা নিউগিনি বর্গমাইল লাক ও পুক-চাউবা ঈথৎ অমনি। ঈথৎ অসিগী লোক্তুগাকী তম্নাই অমনা ওলন্দাজশিংগী অমস্তং অতোপপা কম্পানিগী অমাংলোং

খোঙ্গী শরুকা জর্মাণ অমসুং শা-নোংচুপকী শরুক্তা ইংরেজ-শিংগী মখা পোল্লি। ঈথং অসি চীংজাক্তা ভায়; করি করিগুম্বা চীংবোম্না ফুট ১৮০০০ ফাওবা য়াংই। লমদি লৈহাও চেল্লি ঈথং অসিদা পাপুয়ান কৌবা জাতি অমা লৈ। মাখোইগী কুচুদি মুই, মকোক্তা খোয়রবা শম কুংনা হৌই। মাখোইনা য়ামনা চেকশিন্না শম হাংপবু অচৌবগী হিন্নমনি ঃায়না খৈ। নিউগিনিগী অরাং-নোংপোক্তা জর্ম্মাণনা লৌবা বিসমার্ক ( Bismark ) ঈথংমপে, অমসুং মাডুগী মথাদা সলোমন ( Solomon ) ঈথংমপে লৈ। সলোমন ঈথং-মপৈগী অযাম্বা শরুক্তি ইংরেজনা লৌইচল্লি অরাংদলৈবা বোগেন-ভেলি ( Boganville ) ঈথগুদি জর্ম্মাণগা মখা পোল্লি।

## পোলিনেশিয়া | polynasia

পোলিনেশিয়াগী মনুংদা টোঙ্গা নত্রগা ফ্রেণ্ডলি ( Tonga or Friendly ), সামোয়া ( Samoa ), সোসাইটী ( Society, পোমেটো ( Poumato ), মারকোয়েসাস ( Marqusas ), স্যাণ্ডুইচ ( Sandwich ), লাড্রোন ( Ladrone ) ক্যারোলিন (Caroline) অসিনচিংবা ঈথংমপৈনা অখোযবনি। পোলিনেশিয়া ঈথংশিং অসি য়ুরোপকী লৈবাক মযাম অমসুং যুক্তরাজ্যগী মখা পোল্লি। মাসিদা লৈরিবা মীশিং অত্থু মকোক অঙৌবা মালক জাৎকী মী ওাকনি। ওা কাবা হায়বা অসিনা মখোয়গী অখোইবা থবকনি। ঈথংশিং অসিগী হন্নাদি য়ামনা

মুংগাই অমসুং হকচাং কে। মফম খুদিংমক্তা লম্, মুবীনচিংবা অহাওবা উঠৈ য়ামনা হৌই।

৭নবা মাহং

ওশিয়ানিয়া কদাযবু কৌবগে অমসুং কদাইদা লৈবগে হায়মু। মকোক মকোক ওইবা ঈথংশিংগী মমিং হাযমু। অস্ট্রেলেশিয়া অমসু পোলিনেশিযা কদাইবু কৌবগে হাযযু প্রবালচীং কদাইবু কৌবগে? অস্ট্রেলিযাগী তোংঙান তোংঙানবা শাশিংগী মমিং হাযযু অমসু মওংমতো হায়মু। অস্ট্রেলিযাগী কোম্মুংগী মমিং করি কৌবগে?

## [১১] আণ্টার্কটিকা [Antarctica নত্রগা খা থবা মেরুদেশ [দক্ষিণ মেরুদেশ]।

খা মহাসাগরগী অরোইবা মতাইদা মেরুদেশকী মনাক্তা পাক্লবা লম মচেৎ কযামরুম পুথোক্লে। লমমচেৎ পুমনমক অসি খাবোমদা মহাদেশ অমগী শরুক মচেং অমনি হাযনা থম্লে। তাইগুম্বসুং মফম অসিদা কংফালগী শরুকতা পেঙ্গুইন কৌবা উচেক জাৎ অমা অমসুং ঈশিংদা তিমি গা নত্তনা অতৈ করিগুম্বা শা উবা ফংদে। কাপ্তান পেরি, কাপ্তান স্কট অমসুং কাপ্তান অমসডেননা ঈথং পুমনমক অসি পুথোকই। মকোক মকোক ওঈবা কযামরুমগী মমিং - ভিক্টোরিয়া ল্যাণ্ড, গ্রেহামস ল্যাণ্ড, কিং এডওয়ার্ডাস ল্যাণ্ড অমসুং আলেকজাণ্ড্রা ল্যাণ্ড।

### (১২ পৃথিবীগী হুঙ্গংহন্দ্রা চংনবগী লম্‌ধেল, মকোক মকোক ওইবা সহরগী লৈফম অমস্যুং লল্লোনইতিক

পৃথিবীগী মফম অমদা মাওইবগী কান্নবা ৺পাং পুন্নমক ফংদে। লৈবাক অমদা পো৲ অমা অস্তপকা মতিক যান্না খোকই মাতুদি লৈবাক অতুগা মীনা মাদু শীজিন্নদুনা লোয়বা ঙমদে। মতম ৺তুদা পোৎ অতু ৱাংপা লৈবাক অদুদা থায অমস্যুং পোং অদু যান্দুনা ফংবা শেল অদুনা লৈবাক অ৲দা ফংদবা কান্নবা পোং অমু মীরৈবাক্তগী পুবকই। মীমৈবাক্তগী পোং পুরকপবু আমদানী কৌই। ৺বৈবাক্তা থোকপা ৺প মফম অমদা পুে৲াকথিববু বপ্তানী কৌই। অস্তুম৲দুনা পে চ পুথেক পুশি৲ তোই ৺াবতুনা চা দম্ন-বদা হল্লা লৈকাওচনদব নবা৺স্তু নীনা ৺তিকচ৲বা চিঞ্জাক ফংদুনা ম ৱাং হিংবা ঙমং, অমস্যু৲ ৺বিওম্না পোৎ অমতস্তু ৱাংতে। পোংচৈ পু৲াক ৲শিন তোবা অসি মমি৺া লৈবা যোনবা কৌই—শিন্নবগা ম৲ম৲না লল্লে নব কৌই লল্লোনবনা শেল ৺৲ তমস্যু৲ লেংক্ত চ ওখংলি হঙ্‌৲হন্দা চ পগা খুদো৲-চাবা—রেল ৺মব ৺াইনন৺িংবা অদুক্ত মাতক যান্না লৈনিবা লৈবাক অদুদ। লল্লেন৲তিক অদুক্কীমতিক চাংওখ নি।

লৈবাক অযাম্বদ ২চো অ চাবা লম্বী লৈ। মফম খেন্নবা অমস্যুং খুদোংচাবা মতুংহন্না শগোল গাড়াদা, শল নত্রগা

ইরোপগী গাড়ীদা, মটর গাড়ীদা তুবেন অমসুং খোংবান মচা মচাদা ছিনা, মফম অমদাহেন্না থোকপা পোৎ অতোপপা মফম অমদা পুথিনবগীদমক মনাক্তা লৈবা রেল নত্রগা ষ্টিমার ষ্টেনন্দা পুদুনা চংলি অদুগা অতোপপা মফমদগা পুরকহৈবা পোৎচৈ অদুসু অসুমতৌদুনা রেল নত্রগা ষ্টিমার ষ্টেসন্দগী মফম মফম অদুদা পুবকই । রেলদা নত্রগা অচৌ অচৌবা ষ্টেসনদা ষ্টিমারদা মনাক্তা লেবা সমুদ্রগী বন্দরদা লল্লোনপোৎ থাহ, অমসুং মফম অদুদগা সনখং লম্বীদা জাহাজদা লৈবাক অতৈ অতৈদা লল্লানপোৎ অদু অমুক থাখি ।

রেল লম্বী—ভারতবষগী কোন্নুং দিল্লী ( হিন্দু অমসুং মুসলমান নিংথৌশিংগী মতমদা লৈবাক অসিগী কোন্নুং ওইরমঃ ) রেল লম্বে পুম্নমবক্তী মকেক ওইবা কেন্দ্রনি দিল্লীদগা লাইন অমা পঞ্জাবকী মযাযদা চত্তুনা লাহোর তাত্তুনা পেশোয়ার ফাওবা চৎখে । লাহোরদগী রেল লাইননা অমৃতসর অমসুং করাচীদা চৎখে । লাহোর অসি কাবুলদগা আফগানিস্থানগী ওমখেদা জমরুদ ফাওবা পঞ্জাবতা গেহু মান্না থোকই । পঞ্জাবকী গেহু অসি করাচী বন্দরগা মাইবাক্তা থাই । কাশ্মীর লৈবাক্তী খাগী ওমখৈদা জম্মু ফাওবা রেল লাইন লৈ । জম্মুদগী শগোল গাড়ীদা অমসু মটর গাড়ীদা কাশ্মীরগী কোন্নুং শ্রীনগর চৎপ যাই । দিল্লীদগা কলকা ফাওত্তুনা সিমলা ফাওবা রেল লাইন লৈ । দিল্লীদগী যুক্ত প্রদেশ অমসুং বিহারগী

মযাযদা চৎ্নুনা বঙ্গদেশদা হাবরা ফাওবা রেল লাইন চৎথে। আগ্রা, লক্ষ্ণৌ, কানপুর, এলাহাবাদ, বেনারস (কাসী), পাটনা অসিনচিংবা মকোক ওইবা সহর পুন্নমক অসি রেল লম্বীদা লৈ। (সহর পুন্নমক অসি বরিগীদমক ফাওবগ হায়বু)। দিল্লীদগী হাবরা ফাওবা চ লিবা রেল লাইন অসিগা, অতোপ অতোপপা লাম্না ভারতবর্ষগী মযাদা লৈবা মকাক মকোক ওইবা সহরগা শম্নহল্লি। গঙ্গা তুরনগী শোর্কান অনিমক্তা থোকপা শো শিলোন, চে, শউন, থউ রোকপা মক অমসুং আ ং, দার্জ্জিলিং, জলপাইগুড়ি অমসুং আসমগী চা কলিকতাদগী স গী জাহাজদা মীবৈবাক্তা থাই। চট্টগ্রাম পুর্ববঙ্গগী সমদ্র বন্দর অমনি। হাবরাদগী এলাহাবাদ অমসুং জববলপুর চত্তনা লাইন অমা অমসুং নাগপুর চত্তুনা অতোপপা লাইন অমা বোম্বেদা চৎথ। বোবগী লমদা অমসুং দক্ষিণাতাদা লশিং থম্না লোক। লশিং অসি বোম্ব বন্দরদগী সমদ্রগী জাহজদা থাখি। দাক্ষিণাত্যগী নোংপোক্কী তেথানদা মান্দাজ সম গী বন্দর অমনি, মফম অসিগা হিথং মদি থুদো শি হায়গনা লোনং কী মরমদা অদুক হাকনা থুদংচাবা থোক্তে। হাবরাদগী তোম্বানদা মান্দ্রাজ চত্তুনা ভারতবর্ষগী খা থংবা মথাইদা বামেশ্বর ফওবা রেল লাইন লৈ। বামেশ্বর-দগী হিমান্দা লঙ্কা ইথকী কোম্নুং কলম্বোদা চৎপা য়াই। কলম্বো সমদ্রগী ফাওবরা বন্দর অমনি। বন্দর অসিদগী লঙ্কা ঈথতো থোকপা চা থাখি।

পৃথিবীগী মকোক মকোক ওইবা বেল-লম্বীগী য়া নখোযদা হায়বি। যুবোপ্তা প্যাবী, বার্লিং, ভিয়েন। অমস্তুং মস্কো রেল-লম্বীগী বেন নি। অরিয়েণ্টল এক্সপ্রেস রেল লাইন অমা প্যারী সহ দগী ভিয়েনা অমস্তু বুডা পষ্ট চংতানা কন ষ্টান্টিনোপল হঙ্ক হন্দা চংলি। অযাম্বা রেল লম্বীনা মিবাং-গুম্না ব্রিটীশ ঈথংমপৈ অমস্তু যুবাপকা গ্র তপ অতোপপা লৈবাক শানথু খবে। কংষ্টান্টিনোপলগী অংশপপা তোর্বাম্বা হাযদবপাশাদগী বাগদদ চত্তনা পাংশ্চ উপসাগংগী তোববান্দা বখোসা ফাওবা বেলগড়ী চংনবগা বা হোদোক্লবি। মস্কা অমস্তুং পেট্রগ্রাডতা হোৌওনা নো পোক মাইকৈদা ষ্টেপ লম অমস্তুং সাইবেরিয়াগী শঙ্লবা বন লাম্লাক্তনা প্রশান্ত মহা সাগরগী তোববানদা য়াড়িবষ্টক বম্মবদা বেলগাড়ী হঙ্ক নদা চংলি। শাংলবা বেল-লম্বী অসিগা থা।। লবাক্কা রেললম্বীগা শম্নরি। আফ্রিকা মহ দেশকী অবাংপাংবা তে ববান্দা কেইবো সহবদগী উত্তমাশা অন্তরীপ ফাওরবা শাংলবা বেললম্বী অমা শেংলে। মহ দেশ অসিগা না পোক্তী তোববানদগী নোং চুপকী তোপান ফাওবা বেল-লম্বা কমরুম লৈ। অরাং আমেরিকাদা রেল লম্বা কযামরুম লৈ মাদুগী মন্ত দা কানা ডদা অহুম, যুক্তরাজ্যগী শরুক অমস্তুং মেক্সিকোগী অনিখক য়াম-। শা ই। থা আমেরিকাগী এণ্ডিজ চীংগী নযাযদা অরাংথংবা মতাইদগী থাগী মতাং ফাওবা বেলগাড়ী হঙ্গংহনদা চংলি। অষ্ট্রেলিয়া মহাদেশতা তোববানগা তাইনবিবা লৈহ ও

চেনবা লমদমদা বেল লম্বী কংামক্রম লৈ, তৌইগুম্বস্ুং ময়াযগী লমদি মরুভূমিনি হাংদুনা বেল লম্বা শেমদ্রে।

সমদগী লম্বী—সমদগী লম্বীদা জাহাজদা লল্লোনপোং যামনা শেল খাঙক্কদা লেবাক অমদগী অতোপপা লৈবাক অমদা পুথোক পুশিন তৌবা থাই। ম্যাপ মুন্না বিচব পীদুনা য়েংউ, পৃথিবীগা কনানগী লমদম পুমনমক অসি পুল্লপপুম্না পাংশিনবা নত্তে অমসুং অমচৌবা সমক্লনা কাংশিল্লি। সমদগী জাহাজনা লংফৈ চংপা শমস্তু লল্লোনপোং পুদুনা অতোপপা লৈতনা লেবাক অমগী বন্দরদা। অতোপপা লৈবাক অমগী বন্দর থান্না হঙ্গং হনদা চংলি। বনদবদগা বেলগাড়ী তোংদুনা চংনিংবা লৈবাক অমগী কবিগুম্বা শকক অমদা হঙ্গংহনদা চংপা থাই

ভারতবর্ষদগী ইংল্যাণ্ড চংনবা লম্বা

কলিকাতাগী বেল। বম্বে নংগা সম লম্বাদা জাহাজনা মান্দ্রাজ অমস্তু কলম্ব চত্তুনা বোম্বে চংলি। বোম্বদগী আরব সাগর পান্থোক্কনা এডেন বন্দর। কলিকাতাদগা জাহাজনা কলম্বো চত্তুনা এডেন চংপা যায। এডেনদগা কযলা পুদুনা জাহাজনা লোহিত সাগরগী ময়াযদা স্থুয়েজখোংগী মনিদা পোর্টসৈযদ বন্দরদা থুংই। লোহিত সাগরদা চংবগা অকিবগী মশক ফংনা শাং, মবমদি মাসিগী নাকল অনিগী মরুভূমিদগী

শাবরা মু শিং শিংলি। লোহিত সাগরগী ঈসিংদি মচু ঙাংবা নত্তু, অদোম অত্তোপপা সাগরগী মথৌগুমনা শঙই। আফ্রিকাদগী ইংল্যাণ্ড চৎপা মীনা পোর্ট সয়দদা জাহাজ লেংই। বন্দর অসি লান্থেক্লগা ভূমধ্যসাগরগী মথাযদা জাহাজনা ইটালীগী লোবর নদা লৈবা ব্রিন্দিসি বন্দর চৎতূনা ফ্রান্সগী খা থংবা তোঙান মার্শেল বন্দরদা থুংই। ইংলণ্ডগী মেলনা রেলগাডীদা ব্রিন্দিসিদগা ইটালী অমসুং ফ্রান্সগী মথাযদা ইংলিশ প্রণালীগী মপানদা লৈবা কেলে চৎলি অমসুং মফম অদুদগা জাহাজনা লণ্ডন যৌই। লংই চৎপশিংগী মরক্তা লৈনা কনাগুম্বনা ব্রিংদিসি চৎনা ইদূগা বনা লম্বা হৈতে অমনা মার্শেল চৎনা রেলগা লম্বেলদা লণ্ডন চৎলি। ইংল্যাণ্ডদগা কনি কনি লম্বা জাহজনা পোর্টসৈদদগা আফ্রিকাগী কেংরো অমসুং আলেকজানদ্রিয়াবোমদা ভূমধ্যসাগর অমসুং জিব্রাল্টার প্রণালী মথাযদা চৎতূনা ইংল্যাণ্ডগী বন্দর সাউদাম্পটন হঙ্গ হনদা চৎলি। সাউদাম্পটনদগী রেললাইন লণ্ডন অমসুং মফম কয়দা অত্তোদা চৎলে। কলিংতাদগী অচৌ অচৌবা সমুদ্রগী জহাজনা লম্বোনপোং পুদুনা আফ্রিকাগী মথাযদা ভারত মহাসাগর অমসুং প্রশান্ত মহাসাগরগী ময়াযদা সাউদম্পটন হঙ্গংহনদা চৎলি। করাচী বনদরদগী সুয়েজ খোংগী লম্বাদা য়ুরোপ চৎলি।

বোম্বেদগী মক্কা চৎনবা লম্বী। মক্কা মুসলমানশিংগী থোইং-

দোক্রা শেংলবা তীর্থ মফমনি। মুসলমানশিংনা নী চংপবু তজ্জ কৌই। মক্কা উরুরবা মাশিং অদবু হাজি কৌই। পৃথিবীগা অয়াম্বা লৈবাক্কী মুসলমা লিশিং লিশিংনা মক্কা চংলি। বোম্বেদগী এডেন যৌবদা সুমিং মরিনিবোম চংই এডেন থনম্নগা জাহাজনা কামরাণ চত্তুনা। সুমিং মরিনিদা লোহিত সাগরগী তোববনদা জিদ্দা বনদর য়োই। জিদ্দাদগা মক্কা মাইল ৬৫ নি, উট তোংদুনা চংপা য়াই।

কলিকাতাদগী ব্রহ্মদেশ, মালয় উপদ্বীপ চীন অমসুং জাপান চৎনবগী লম্বা। কলিকাতাদগা চট্টগ্রাম, ব্রহ্মদেশগী বনদর আকিযাব অমসু রেঙ্গুন, অদুগা মলয় উপদ্বীপকী বনদর পেনাং অমসুং সিঙ্গাপুর, চীনগা বনদর হংকং অমসুং সাংহাই চত্তুনা জাপানগা বনদর নাগাসাকি ফাওবা সমদ্রগা জাহাজনা হঙ্গৎ-হনদা চংলি।

মকোক মকোক ওইবা সমদ্রগা জাহাজগা লম্বা অদুতে অতৈ—কলিকাতাদগা সমদ্রগা জাহাজনা কলম্ব বনদর চত্তুনা অষ্ট্রেলিয়াগা বন্দর পার্থ, এডেলেড, মলবোর্ণ, সিডনি, ব্রিসবেন অমসুং নিউজীল্যাণ্ড হঙ্গৎহন্দা চংলে। ইংল্যাণ্ডগা সাউথাম্পটন্ বন্দরদগাসু জাহাজনা অমুক্তদ কেপটাউন চৎতুনা ভারত মহাসাগর লাম্থোকতুনা অষ্ট্রেলিযা য়োই। সমদ্রগা জাহাজনা সীডনী বন্দরদগী অরাং আমেরিকাগী নোংচুপথংবা

তোববানদা সানফ্রান্সিসকো অমসুং ভিক্টোরিয়া হঙ্গং হনদা চংলি। লিবারপুল, ঈংল্যাণ্ডগী মকোক ওঈবা বন্দর অমনি। লিবারপুলদগী উত্তর আমেরিকাগী নোংপোককী তোববান্দা নিউঈয়র্ক হ্যালিফেক্স ফাউবা জাহাজ চখোব চংশিন তৌঈ। সাউদাম্পটন বন্দরদগা পানামা খোংগী মযায়দা চুমড্রিং চুমনা নত্রগা খা আমেরি াগী নোংপোক্কী তো বানদা লৈবা মন্টি-ভিডিও বন্দর অমসু থাগী এতায়দা হর্ণ অন্ত ীপ চংকুনা নিউজীল্যাণ্ড অমসু অ লিযা চখোক চংশিন তৌঈ। পানা মাদা খো তৌবা মরমনা সমদ্রু জাহাজগী লম্বা মাঈল ৯০০ লোম তারে।

-খোঈনা পৃথিবীগী মে ক মকোক ওঈবা বল-লম্বা অমসুং সমদ্রু জাহাজগী লম্বী খন্দুনা যেংল।। খংবা মগান, শেল অমসুং পুক্লিংনা নিংবা লৈ বদি পৃথবাগা মতাঈ অমদগী অতৈ মতাঈ অমা াভবা হঙ্গংহনদা চ পা নত্রগা করিগুম্বা পোৎ অমা থাবা যায়। করম্বা লবাকতগা কি কবি পো য়ামনা পুথোকখিবগে যবা অচু হববনি ঃ—চে -ভাবতবষ, ব্রহ্মদেশ, সিংহল, ম লয উপদ্বীপ, চান অমসু জাপান। গেহু ভাবতবষ ক্যানাড, যু বজা, আবজে না, রাখিয়া অমসুং অষ্ট্রেলিয়া। লাপোন—বঙ্গদেশ অমসু আসাম। চু—যুক্ত-রাজ্য, াজিল অমসুং না পোক অমসু নোংচুপভাবতকা ঈথং মপৈ।

চুহী লোল্লগা গুড় বোকং অমসুং গুড়দগী চিনি তাহ।

ভারতবর্ষ, জাভা, কিউবা, অমসুং যুক্তরাজ্যদা চুগী চিনি যাম্না থোকই। য়ুরোপ্তা "পালঙ্" শাক্কী মতৌগুম্বা শাক অমা লৈ। শাক অসিগী মমিং "বিট পালঙ" কৌই। মসিগী মকদগী অথবা চিনি থোকই। বিলাতি চিনি অসি "বিট পালঙগী" চিনি।

চা—আসাম, সিংহল, চীন, জাপান, জাভা অমসুং নেপাল। থুম—ইংল্যাণ্ড, অষ্ট্রিয়া, স্পেন অমসুং পঞ্জাব। লশি—যুক্তরাজ্য ভারতবর্ষ, মিশর অমসুং চীন। উ—ভারতবর্ষ, শ্যামদেশ, ক্যানডা যুক্তরাজ্য, বর্মা নরওয়ে। অমসুং সুইডেন। পটন—অষ্ট্রেলিয়া, যুক্তরাজ্য, ভারতবর্ষ, অর্জেন্টিনা, খা আফ্রিকা অমসুং উরুগোয়ে। রেশম—চীন ভারতবর্ষ জাপান, ইটালী অমসুং ফ্রান্স। শামতু—অষ্ট্রেলিয়া, আর্জেন্টিনা অমসুং খা আমেরিকা। কেরোসিন—ব্রহ্মদেশ যুক্তরাজ্য ক্যানাডা অমসুং রাষিয়া। কয়লা—ইংল্যাণ্ড অমসুং স্কটল্যাণ্ড, ফ্রান্স বেলজিয়ম, অষ্ট্রিয়া, জর্ম্মাণী, যুক্তরাজ্য অমসুং ভারতবর্ষ। যোৎ—ইংল্যাণ্ড অমসুং স্কটল্যাণ্ড, ফ্রান্স, জর্ম্মাণী, সুইডেন, স্পেন অমসুং যুক্তরাজ্য। টীন—ইংল্যাণ্ড মালয় উপদ্বীপ অমসুং নোংপোক ভারতকী ইণ্ডোনেশিয়া। জিঙ্ক—ইংল্যাণ্ড অমসুং স্কটল্যাণ্ড, বেলজিয়ম জর্ম্মাণী অমসুং যুক্তরাজ্য। মিশি—ইংল্যাণ্ড অমসুং স্কটল্যাণ্ড, জর্ম্মাণী, স্পেন অমসুং যুক্তরাজ্য। কোরা—যুক্তরাজ্য, অষ্ট্রেলিয়া চিলি, খা আফ্রিকা, জাপান, অমসুং জর্ম্মাণী। লুপা—বোলিভিয়া, যুক্তরাজ্য, মেক্সিকো, চিলি, পেরু অমসুং নিউসাউথ ওয়েলস। সনা—অষ্ট্রেলিয়া, খা আফ্রিকা, ক্যানাডা, যুক্তরাজ্য, ব্রাজিল অমসুং রাষিয়া। হীরা—খা আফ্রিকা, অমসুং ব্রাজিল।



…াইববা ।